ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌꯗꯥ ꯂꯣꯟꯒꯤ ꯌꯥꯎꯂ

# মণিপুরী সাহিত্যদা লোনগী য়াওল

*Thesis on fulfillment of the requirement for the Degree of Doctor of Phylosophy in Manipuri awarded by the Manipur University in 1990. The Author is responsible if there is any change from the Orginal Thesis.*

ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌꯗꯥ ꯂꯣꯟꯒꯤ ꯌꯥꯎꯜ

# মণিপুরী সাহিত্যদা লোনগী য়াওল



দা. লাইশ্রম কামিনীকুমার সিংহ
দবল এম. এ., পি এচ. দি

লাইশ্রম পব্লিকেশন, নম্বোল ফোইজিং-৭৯৫১৩৪

**Manipuri Shahityada Lon-gee Yawol**
(Evolution of Language in Manipuri Literature)
by Dr. L. Kaminikumar Singh, Published by Laishram Publication, Phoijing, Nambol, Manipur-795134.

ফোঙজবী : শ্রীমতি কান্তমনি দেবীনা,
লাইশ্রম পব্লিকেশনকীদমক ফোঙজবা






মখুমগী মওং পুথোকপাঃ লাইশ্রম বীবেকানন্দ সিংহ

বাইন্দিং : সুচেতা প্রিন্টিং বার্ক্স,
মোইরাংখোম, লোকলাওবুং, ইম্ফাল-৭৯৫০০১

অহানবা ফোঙবাঃ ২০১৩
কোপী মশীং : ১০০০



মমল : ২৫০ (অথাবা)
২০০ (অপাবা)



---

টাইপ সেট অমসুং নমফমঃ RIDJ OFFSET PRINTERS
New Checkon, Imphal.

ধ্রুব তারাগুম
মায়কৈ লেপ্লদা–
মৈরা অমগুম
অমম্বা লম্বীদা–
লমতাক লমজিংবীরম্বা
ওঝা ইবুংঙো
প্রো.চোংথাম মনিহার সিংহগী মফমদা
লাইরিক মচা অসি কৎচরি।

# ৱামাঙ

মণিপুরীশিং চহী লীশিং অনীরোমগী মথক্তগী মশাগী ইতিহাস সংস্কৃতি, সহিত্য অমসুং চাওখৎপা ৱায়েল থৌদাগী থৌশীল লৈজরক্লবা মী কাঙলুপনি। ৱাফম অসি ইতিহাসকী মচাক ওইবা চৈথারোল কুম্বাবা, নিংথৌরোল লম্বুবনচিংবা অরিবা খুৎই লাইরিক কয়াগী মতেং অমসুং মপাল্লমগী খঙ হৈরবা শক্লাইবা কয়ানা ইরকপদগী মরীক চুম্না খঙবা ঙমই।

ভারত উপমহাদেশকী মপূঙ ওইবা আর্য্যশিংগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী ৱাংমদা নাইতোম চাওখৎলকপা মী কাঙলূপ অসিগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা নৈননীংবা থিজিন্নীংবগী অপাম্বা অমাঐঙোন্দা কন্না ফাওজখি। মসিগী তোঙান তোঙানবা হীরমশিংদা মীওই কয়ানা নৈনবসু লৈরি, অদুবু খরা ৱাৎনা উরিবা নাকল অমদি মণিপুরী লোনগী হৌরকপা অমদি চাওখৎলকপগী য়াওলশিং উৎপা ইতিহাসকী হীরমদনি। অৱাৎপা অসিগীদমক ঐহাক্না মী কাঙলুপ অসিগী ফজবা সাহিত্যগী শাদোং ওইরিবা লোনগী ইতিহাস অমা শাগৎচনবগী থৌরাংবা তত্তনা ফাওখি। তশেংনমক হীরম অসি য়াম্না পাক চাউই। লময়ানবীরম্বা নোংচুপলোমগী পণ্ডিত খরা - হোগতোন হোগসন, ডাঃ জি. এ. গ্রীয়র্সন দগ্লীয়ু মেক্কুলোক, তি. সি. হোদসন, রোবর্বর্ত শেফর অমসুং পাউল, কে. বেনেদীক্তনচিংবা পণ্ডিতশিং অসিনা লোনগী কাঙলুপ খায়না অমসুং লোনগী বিজ্ঞানগী মায়কৈদগী চাউরাকপা অমা নৈনবদগী হেন্না মণিপুরী লোনগী লীশাং শীৎনা চৎথরক্লিবা ইতিহাসকী মরমদদি

করিগুম্বা মওং অমদা হোৎনরম্বা লৈত্রি। তৌববুদি লোন অসিবু মুন্না খঙদবা মীনা লৈনবদি য়াম্না নুংনা থোকনি অমুকসু লোন অসিগী অরি-অনৌগী শকতমসু মুন্না খঙবা তাই।

লাইবক ফবদি য়াম্না ওল্লিঠে মতমদগী লোন অসিদা খুৎই লাইরিক কয়ামরুম থম্বিরক্রে। অরিবা খুৎইশিং অসিদা ওল্লিঠেগী মণিপুরী সমাজগী পুন্সি মখোয়গী পামজবা মনাং ফজবগী মীংয়েং, লৈবাক ঙাক্রোন, থৌনা, নুংশা নুংশীগী লৈনরম্বা থাক অমসুং মরী, লাইনিং মওং কয়া মখি তাদুনা লৈরি। মসি পুম্নমক কোঙদোকপা ওস্নগী লোন মী কাঙলুপ অসিগী ওইরক্কি হায়রবা তাকই। লেপ্পমক লোন অসি ইনাক খুনবা, মরাং কায়রবা পুক্কে লৈবা নত্তনদি পুম্নমক অসি ওইবা ওয়ে়াই।

মণিপুরী লোনগী য়াওল, থিজিন্নবা হোৎনবদা মরী লৈনবা লোনশিং হায়বদি তিবেতোবর্মন ফুরুপতা য়াওবা লোনশিংগী য়াওল অমসুং মখোয়গী সাহিত্যশিংদগী থোইদোকপা মতেং মরাং কায়না ফংবা ওমদবদগী ঐহাক্না অরিবা মতমদগী খুৎই ওইনা ফংলিবা লাইরিকশিংগী মতেং মপুং ওইনা লৌদুনা থবক অসি পায়খৎচে। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি অরাং-ভারত্তা লোন্নরিবা ইন্দো-এরিয়ান অমদি খা ভরত্তা দ্রাবির লোনশিংগী লৈনবা, থিজিনবদা মওং তানা খুদোং চাবা ফংবদু ঐখোয়গী লোনগী মতাংদদি থোইদোক্না ফংবা ওমদে। মরম অদুনা ইতিহাস অসি শাগৎপদা অঙনবা মতমদগী লৈরক্কবা অইবা লাইরিকশিংদগী মতেং লৌজে। অতোপ্পা ৱাফম অমনা মণিপুরী লোন্দা অঙনবা মতমদা ইরম্বা লাইরিকশিং আইবগী মিং অমসুং মতম খৃষ্টগী চহী চা তরানীপাল হৌগৎলকপগী ময়াঙ ফাওবদদি থোইদোক্না থেংনদ্রি। মতাং অসিদা লোন অসিগী ইতিহাস ইবদা অমুক খুদোং চাদবা ওইরি। অদুমকপু লোনগী লিবগী চাং হীরম অমসুং ইতিহাসকী পীরম্বা মরী মখোঙ য়েংলগা অরিবা লাইরিকশিংগী চাওরাকপা মতম অমা লেপ্পরি অমসুং মসিগী মতুং ইন্না ঐহাক্না লোনগী য়াওল লৈনবগী পরিংসু লৌখৎচরি।

অহানবা মতাংদা হিন্দু ধর্ম শাস্ত্রিঠে অমসুং ধর্মসিংগা মরি লৈনবা সংস্কৃত অমসুং বাংলাগা মরী লৈনদ্রিঙেগী মণিপুরী লোনগী য়াওল অদু পাখৎচরি। অসিগুম্বা মতাংদা লোনগী মশক হায়বদি - সংজ্ঞা, ক্রিয়া বিশেষণ, ক্রিয়া বিশেষন্নচিংবগী মওং কীতম, সনধি সমাসকী মশক খাহে পরেংশিং অমসুং মসিগী মথং মনাউ (সিনতেক্স), খোনথোকলোন (ফোনোলোজি) অমসুং খাহেগী শকতম

(মোর্ফোলোজি) নৈননবা হোংনজে। তৌইগুম্বসুং হীরম অসিদা অহানবা পায়খৎপা থবক ওইবা অমদি তাইপ মেছিন্দা খোনথোক লোনগী মহৎ শিন্নবা খুদমগী অৱাংপা খুদোংচাদবা কয়ামরুম লৈবা মরমনা য়াম্না চাং নাইবা মথং মনাও অমা থম্বদি খরা ৱানা থোক্লি। নৈনবদা খুদোংচাননবগীদমক অরিবগী শরুক্তি হৌজিক ঙাঙনরিবা লোনগা য়ারিবমখৈ চাংদম্নদুনা উৎচৈ।

লাইরিক অসি মপুংওইনা পন্দুপ তরেৎখক থোক্লা নৈনজে। মসিগা লোয়ননা নৈনখিবা পন্দুপশিংগী শন্নপ্লা ৱারোল ওইনা তোঙানবা পন্দুপ (৮শুবা) অমসু থমজরি। অহানবা পন্দুপতগী মঙাশুবা পন্দুপ ফাওবনা মণিপুরী লোনগী অরিবা শরুক ওইনা নৈনজে। তরুকশুবা অমসুং তরেৎশুবা পন্দুপতা অনৌবা মতমগী সাহিত্যগী লোন ওইনা নৈনজে। অনৌবগী শরুকশিং অসিদা চীনথাংগী সাহিত্য (ওরেল লীট্রেচর) দা ফংবা ৱাহৈগী খুদম খরসু লৌখৎচৈ। অসুমনা পায়খৎচরিবা হীরম অসিগী অঙনবগী শরুক্তা থেংনরিবা নুংঙাইবা অমদি মণিপুরী লোন, তমদা তারিবা অখন্নবা মী কাঙলুপ অমত্তগী ওইরকপা নত্তে খঙলকই। অঙনবা মতমগী ইতিহাস অমদি অতে খুৎই লাইরিকশিংদা তাকলম্বা মতুংইন্না মীওই কাঙলুপ কয়া মরুওইনা সলাই তরেৎ হায়না খঙনদুনা লম অসিদা তারমমি। মখোয়গী তোঙান তোঙানবা লোন লৈরম্বগী মতিক চাবা খুদম ফংদে মপুংদা মৈতৈলোন অসিতনা ময়ামগী অপুনবা লোন ওইরম্মি, কোন্নথংদা লোন অসি 'মৈতৈলোন' নত্রগা 'মণিপুরী' হায়না খঙনরকখি। অদুবু তোঙান তোঙানবা লৈবাক ৱায়েন, চৎনবী অমসুং পুনসি মরেন খেন্নবা লৈরম্বা মরম্না লোনগী মওং খরদা মরু ওইনা ৱাহৈ ৱাতাদা খেন্নবা লৈরমদবা নত্তে। মখোয়শিং অদু নৈনবদা পুথোকচৈ অমসুং করম তৌনা অপুনবা মণিপুরী লোনগী মচনশিং ওইখিবগে হায়বদু উৎচৈ।

খৃষ্টগী শতাবদী তরানীপাল হৌগৎলকপদা মণিপুরীশিংনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌরবা মতুংদগী রামায়ণ, মহাভারতনচিংবগী খণ্ড কয়া মণিপুরীদা ইনরকখি। মৈতৈ অইবশিংনা সংস্কৃত, বঙ্গলা লোন খুৎলোয়না খঙনরকখি। মপালগী লোনশিং অসিদগী মরু ওইনা সংজ্ঞ, বিশেষণনচিংবগী ৱাহৈ লৈতেং ওইনা পুশিল্লকখি। মতাং অসি মণিপুরী লোনগী চাউরবা য়াওল অমনি। অসুম্না হৌজিক ফাওবদা মওং অসিদা থোইদোকপা অরেপ্পা লৈতনা চৎথরকপা উরি।

খৃষ্টগী চহী চা তরামাপল লোইশিল্লকপদা মণিপুরীশিংনা নীংতম্বা মাঙখিদুন ইংগ্রেজশিংনা লৌশিনখিবদগী ইংরেজী লোন তম্বা অমদি নোংচুপ লোমগী ওইনা মহৈ মশিং তম্বগী অকনবা ঈহৌ অমা মণিপুরদা লাকখি। মদুগা লোয়ননা ভারতকী মফম কয়াদা চংনরকপা ফ্রেনচ, পোর্তুগিজ, পার্শি অমসুং উর্দুনচিংবা লোনশিংগী ৱাহৈ কয়াসু মণিপুরদা হাইজিল্লকখি। অদুম ওইনমক শতাব্দী কুনশুবা হৌগংলকপদগী পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও ফাওবদা নোংচুপলোমগী মহৈ মশিংগী প্রভাবতগী ওইরকপা লোনগী য়াওল অদুক হক্লা খুমাঙ চাওশিনবদি নত্তে। অনীশুবা লাঞ্জাওগী মনুংদা ভারত অমসুং ভারতকী ৱাংমদগী লাকপা লানমী অমদি মীওই কয়াগা থেংনরকপদগী চহী কয়াগী চংনলোন কায়থরকপা, ধর্ম্মগী অকনবা লীপুন কোমথোরকপা হিংননবগী লানফমদা অচোপ অরেম লৈনরক্তবা অসিনচিংবা অওনবা কয়া মণিপুরী সমাজদা ফাওরকখি। নীংতম্বা ফংলবা মতুংদা মণিপুর ভারত্তা তিনবা, নিংথৌগী লৈঙাক্লোনগী মহুত্তা গণতন্ত্র পুশিল্লকপা অসিনচিংবা অওনবা কয়ানা লৈবাক্তা, সমাজদা ইহৌ-ঈরাং কয়া লাকপা পুম্নমক অসিনা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং মসিগী লোনদসু অকনবা চৈথেং অমা লাকখি। অইবশিংনা মহৌশাগী চীংলেম্বা সাহিত্যগী খুংশেম, উপমা, প্রমান পানথৈ, ছন্দ অলংকারনচিংবা কয়া চেকশিন্না শীজিন্নরম্বদু থাদোক্তুনা ফোঙদোকপগী অকনবা চাংয়েং কয়া তৌদুনা পুন্সিগী মনুং মপাল নাইদবা শক্তম কয়া উংননবা হোৎনরকই। অসিগুম্বা অনৌবা মতম অসিদা মণিপুরী সাহিত্যদা লোনগী য়াওল থিজিনবা অমসুং পোল্লেপফম নাইবা ৱানা থোকই।

লাইরিক অসি শাগৎচনবগীদমক ঐনা অঙনবা মতমগী লাইরিকশিং নৈনবদা - হৌজিক বাঙ্গলা ময়েক্তা ফোঙলবা লাইরিকশিংদা নত্তনা মৈতৈ ময়েক্তা ইদুনা লৈবা অরিবা খুৎই লাইরিক কয়াদগীসু মতেং লৌজে। শতাবদী তরামাপল লোইরকপদগী বাঙ্গলা ময়েক শীজিন্নদুনা ফোঙলকপা মণিপুরী লাইরিক কয়ামরুমসু নৈনজে। বানানগী মতাংদা মণিপুর সরকারনা খৃঃ ১৯৬৮ দা লেপখিবা বানান' কাঙলোন অদু য়ারিবা মখৈ ঙাক্লা ইজে। শীজিন্নবা লোনগী মতাংদসু মণিপুরী লোন্দা লৌশিন-পুশিনগ্রবা তঙাইফদবা মপালগী ৱাহৈশিং খর নত্তনা ইশাগী ওইনদি য়ারিবমখৈ মণিপুরী ৱাহৈ শীজিন্নবা হোৎনজে।

তাং ১২-০৪-২০১৩ ইং

লাইশ্রম কামিনী কুমার সিংহ

# তৌবীমল উৎচবা

'মণিপুরী সাহিত্যদা লোনগী য়াওল' কৌবা থেসীস অসি মণিপুর য়ুনিবর্সিতিগী প্রোঃ ছ্রিএচ. মনিহার সিংহ, মণিপুরী বিভাগনা সুপরভাইজর ওইবিদুনা লমজিং পীবিখি। ইকাইখুম্নজরিবা ওখা অসিনা নীশাং শীংনা মমল য়ান্নবা পাউতাক অমসুং মচাক কয়া পীবিখিবা মরম্না থেসীস অসি পুথোকপা ঙমজবনি। পুন্নমক অসিগীদমক প্রোঃ ছ্রিএচ. মণিহার সিংহগী তৌবীমলতনা হেল্লগদবা পুনসিগী শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন তোনশিল্লরে।

লোন অমসুং সাহিত্যগী অরি-অনৌগী শরুক কয়া নৈনবদা অখঙ-অহৈ কয়াগী পাউতাক লৌবা অখি, অসিগুম্বা মতাংদা হায়রজরুবা হংজরুবা খুদিংদা অপনবা লৈতনা তাকপিরকখিবা পণ্ডিতশিং পদ্মশ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ অমসুং নোঙাম্রবা ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহগী লমনসু তোল্লবনি। কোঙম্রিবা অরিবা খুৎই কয়াবুসু য়েংহনবিখিবা এন. খেলচন্দ্র সিংহ অমসুং নোঙাম্রবা পেনা শকপা ওখা উয়ানগী হৈস্নাম ইবোমচা সিংহগী লমনসু তোল্লবনি।

নৈনবদা মতেং ওইপদবা, ওবাশিং অমসুং পণ্ডিতশিং কয়াগী অকোঙবা অমদি কোঙবা কুইম্রবা কংতমম্রবা লাইরিক কয়াবু ফংহনবীদুনা নৈনবগী খুদোংচাবা পীবিখিবা শ্রীগোংশবম লালমণি সিংহ, কাকৈখেল মেইয়াং পুরেলদা নৈবগী মফমদা তৌবীমল কঙবা উৎচরি।

থেসীস অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবগী মতাং কয়াদা মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া পীবিদুনা পুক্লীং থৌগৎপিখিবা ওঝা দাঃ হুইরেম বিহারী সিংহ, এসোসিয়েৎ প্রোফেসরবুসু থোইদোক্লা থাগৎচরি। লোয়নননা মণিপুরী দিপার্টমন্টকী ওঝাশিং অমসুং মরুপ-মপাংশিংগী পুক্লীং থৌগৎপীবা ৰাহে থোইদোক্লা কাউথম্লরোইদবা লমল্লি।

থেসীস অসিবু লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লবগী হোৎনরকপদা অয়াবা পীবিরকখিবা মণিপুর য়ুনিবর্সিতিবু থোইদোক্লা তৌবীমল খঙবা উচ্চরি। লোয়নননা লাইরিক ওইনা মশক থোক্ল পুথোকপা য়ানবগী থৌরাংবীবা মতাংশিংদা মমল য়াম্বা পাউতাক পীবিরকখিবা ওঝাশিং পদ্মশ্রী আর, কে, ঝলজীৎ সিংহ, প্রো. ই, দিনমণি সিংহ অমদি প্রো. এন তোম্বী সিংহনচিংবা ওঝাশিংগী লমনসু অচম্বা নত্তে।

লাইরিক অসি নল্লিঙৈ মনুংদা অইবনা অথাপ্পা মফমদা লৈরুবা মরম্লা, বানান অমসুং ময়েক তপশিন্নগদবা অমদি লিঙ্গুইস্তীক্কী ওইবা খুদম চাংদম (ফোনিটিক্স সিম্বোল) কয়া মতাং চানা য়েংশিনহৌদবা মরম্লা চুং-ফিরাল চাদবা মওং কয়া উরি। লাইবক ফদুনা লাইরিক অসিনা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যদা কান্নগদবা মতেং পাংবা ঙম্লবা থোক্লবদি মথংগী খূৎনমদা য়ামিখৈ চুংথোকচগনী।

লাইরিক অসিবু নম্বদা পুকচেল চাউনা অৰা-অনা থিদনা থৌদাং লৌবীখিবা 'রিডজ ওফসেত প্রিন্টর্স, ন্যু চেক্কোন রোদ, ইম্ফাল ইষ্ট, মণিপুরগী ইচা-ইনাউশিংবু ঙমখৈ নৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি। 'রিডস ওফসেত প্রিন্টর্স' মতম শাংনা য়াইফবা ওইসনু। লোয়নননা লাইরিক অসীবু বাইন্দিং তৌদুনা নীংথিনা মশক থোকহনবিখিবা সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্ক্স, লোক্লাউবুংবুসু ঙমখৈ নৈতনা থাগৎচরি।

এস, কামিনী কুমার Pen name

(লাইশ্রম কামিনী কুমার সিংহ)

# মণিপুরী সাহিত্যদা লোনগী য়াওল
## য়াওফম

## তরুকশুবা পন্দুপ



## তরেৎশুবা পন্দুপ



## নিপালশুবা পন্দুপ

# অশন্বা মিং শীজিন্নবা লাইরিকশিং

| লাইরিক মমিং | | অশন্বা মমিং |
|---|---|---|
| ঔৱা ঙন্বা | – | ঔঃ ঙমঃ |
| কেগে হারেপ্পা ঙাঙোই লৈশেন্বা | – | কেঃ হাঃ ঙাঃ লৈঃ |
| খুমন কংলৈরোন | – | খুঃ কংঃ |
| খোংচোমনুপী নোংকারোল | – | খোং নোংকাঃ |
| চৈথারোল কুম্বাবা | – | চৈঃ কুমঃ |
| চাদ লাইহুই | – | চাঃ লাইঃ |
| চেংলৈরোন | – | চেংলৈঃ |
| চোথে থাংৱাই পাখংপা | – | চোঃ থাংৱাঃ |
| চীঙ্গোইরেন | – | চীঙঃ |
| চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা | – | চঃ জিঃ চঙঃ |
| তোরৈরোল লম্বুবা | – | তোঃ লমঃ |
| তখেল ঙন্বা | – | তঃ ঙমঃ |
| ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা | – | ধঃ লাইঃ নীঙ |
| নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা | – | নাউঃ ফমঃ কাঃ |
| নিংথৌরোল লম্বুবা | – | নীং লমঃ |
| নূংলোন | – | নূঙঃ |
| পাখংপা নোংকারোন | – | পাঃ নোঙ |
| পানথোইপী খোংকুন | – | পাঃ খোঙঃ |
| পোইরৈতোন খুনথোকপা | – | পোইঃ খুনঃ |
| মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা | – | মোইঃ নিংঃ লমঃ |
| মোইরাং কংলৈরোন | – | মোইঃ কং |
| মোইরাং ফমলোন | – | মোইঃ ফমঃ |
| মৈতৈ চেফোঙ | – | মৈঃ চেঃ |
| মণিপুর ইতিহাস | – | মঃ ইতিঃ |
| মণিপুর পুরাবৃত | – | মঃ পুঃ |
| লৈরোন | – | লৈঃ |
| লাংগোই শগোল থাবা | – | লাংঃ শঃ থাঃ |
| লাংলোন | – | লাং |
| সেল্লোই লংমাই লোন | – | সেঃ লংঃ লোন |
| সনামহি লাইকল | – | সঃ লাইঃ |
| পিস্তোন অমা কুন্দাল্লে অমা | – | পিঃ অঃ কুনঃ অঃ |

## অহানবা পন্দুপ

### ৱাহৌদোক

# মণিপুরগী মহৌশাগী ওইবা মওং মতৌ

## (ক) পাক চাউবা অমসুং লমখৈঃ

মণিপুর, অৱাংগী লেতিচুদ ডিগ্রী ২৩.৫০ অমসুং ২৫.৪১ গী মরক্তা অদুগা নোংপোককী লোঙ্গিচুদ ডিগ্রী ১৩ অমসুং ১৪.৩০ গী মরক্তা লৈ।

চীং-তম পুন্না মণিপুরগী পাক-চাউবা বর্গ কিঃমিঃ ২২, ৩২৭ নি। মসিগী মনুংদা শরুক মাপল থোকপগী অমগী চাং তম্পাককী লমনি, অরেম্বা অতৈনা চীংগী লমনি-। অপুনবা চীংগী লমগী পাক চাউবনা বর্গ কিঃমিঃ ২০, ৫৭১ নি, অদুগা তম্পাককী শরুক্লা বর্গ কিঃমিঃ ৯,৮৪৩ নি। মণিপুর তম্পাক অসি তশেংনমক অৱাংবা লৈতেম মান্নবা লমদমনি। তম্পাক অসিগী অৱাংবা, সমুদ্রগী ঈমায়দগী মিঃ ৭৪৬ তগী না মিঃ ৮৫০ ফাওবগী মনুংদা লৈ। য়াংকোক মওং মানবা তম্পাক অসি অৱাংলোমদগী মখারোমদা খর খর ঙমথৈ অদুগা চীংশাং পরেংগী অৱাংবা অসিসু অৱাংগী শরুক্লা মখাগীরোমদগী হেল্লি। খ্বাইদগী ৱাংবা চীংশাংদি অৱাং নোংপোককী চীংশাং পরেং অসিনি। চীংশাং অসিদা সমুদ্রগী ঈমায়দগী মিঃ ৩,০০০ ফাওবা ৱাংবা চীংদোল লৈ।

মণিপুরগী অৱাংদা নাগা হিল্সকী চীংশাং, অৱাং-নোংপোক; নোংপোক অমদি মখাদনা বর্ম্মা, খা-নোংচুপ; নোংপোক অমসুং অৱাং-নোংচুপতা আসামগী কাছাড় জিলা অমসুং মিজোরাম্না হৌজিককী মণিপুরগী ঙমখৈনি। অদুবু মথক্তা পীরিবা ঙমখৈশিং অসিতনা মণিপুরগী মহৌশাগী ওইবা লমখৈ খক ওইরক্তে, পাল্লম পাল্লম্বা নিংথৌশিংগী পাঙ্গল মতুংইন্না মখোয়গী লোইলম পাক চাউনা শন্দোক্লম্মি।

*The territories of Muneepur have fluctuated at various times with the fortunes of their princes frequently extending for three or four days journey east beyond the Ningthee or Khyendwen river, and west to the plains of Cachar.*[১]

সার জেম্‌স জোনষ্টোননা পীরম্বা মোতসু মসিগা খেন্নবা লৈতে।[২]

অৱাংলোমদা মণিপুরগী ঙমখৈ অসি কদাই য়ৌরম্বগে হায়বগী মতাংদসু আলেকজেণ্ডর মেকেঞ্জিনা খৃষ্টব্দ ১৮৩৫ দা আসামগা মণিপুরগা অনী অসিগী লমগী ঙমখৈদি দোয়েংগা, ধনশিরি তুরেলগা অনীগী মরক্তা লৈবা উমং অদুনা আসামগা মণিপুরগী ঙমখৈ লেপ্লখি হায়রম্মী।[৩]

অৱা লানগায়বগী (খৃঃ ১৮১৯–২৫) তুংদা বৃটিশকা মরী লৈনরকপদগী শেমদোকখিবা মণিপুরগী ঙমখৈগী মতুংইন্না মখাগী অসুমনা ওইরকখি–

*'The boundary, as laid down in 1834, prescribes that the whole of the Kabbo valley should be given to Burma, and that the boundary line north of it should be drawn so as to separate the Ungoching hills in the east (which are in Burma) from the continuation of the western range of the Yumadoung or Malain hills, which are in Manipur. Looking at the map of the country as now surveyd, it is clear that the line drawn from near the Kangal Thana eastward to the Tuilieng river, then up that stream, and northward along the Nissanga and Kassom range, most neary agrees with the terms of the agreement. This boundary was laid down in 1882.'*[৪]

(খ) তুরেলশিংঃ মণিপুর তম্পাক্তা চেল্লিবা তুরেলশিং অসি অয়াম্বনা অৱাং অমসুং অৱাং–নোংচুপকী চীংশাংশিংদগী হৌরকপনি। তুরেলশিং অসি থোইদোক্তা

১। *R.B. Pemberton, Eastern Frontier of British India (1835), p. 20.*
২। *James Johnstone, 'Manipur and Naga Hills' (1976), p.81*
৩। *Alexander Mackenzie, 'The North-Eastern Frontier of Bengal, (1884), p. 102*
৪। *E.W.Dun, 'Gazetteer of Manipur (Reprint), Delhi (1980)*

চাউশাংবা ওইদ্রবসু চীংদগী হৌবা ওইবা মরম্না নোংজুথাগী মতমদদি ঈচেল য়াম্না কন্না অমসুং চাউনা চাউনা চেল্লি। মরুওইনা মমিং পনবা য়াবা তুরেলশিংদি ইম্ফাল, ইরিল, থৌবাল, নম্বুল অমসুং নম্বোল তুরেলনি। অহানবগী অহুম অসিদি অৱাংগী চীংশিংদগী হৌরক্লগা মথংশিংনা লিলোং অমসুংময়াং ইম্ফালদা ইম্ফাল তুরেলদা পুল্লগা লোক্তাক পাৎকী নোংপোক্তা চেল্লি। অকোনবগী তুরেল অনী অসিনা অৱাং নোংচুপকী চীংদগী হৌরকলগা লোক্তাক্তা তাই। লোক্তাক পাৎ অসিদগী খোর্দাক কৌবা তুরেল মতেক অমমুক হৌখি। মসিনা ইথাইগী মনাক্তা ইম্ফাল তুরেলগা পূনশিল্লগা ইম্ফাল তুরেল নত্তগা তুরেল অচৌবা হায়না খঙনদুনা মখারোমদা শুগ্নুগী মনাক্তা চেল্লি। মসিদগী চীংগী লমদমদা চেনখিদুনা অপ্পর বর্মাগী তাউন কেন্দাতকী মখাদা নীংথি তুরেলগা অমুক শম্নখি। চীংগী লমদমগী তুরেলশিংদি নোংজু–থাগী মতমদা ঈশিং য়াম্না চাউনা চেল্লবসু ইকং থাগী মতমদদি বরাক অমসুং মাকলংনচিংবা খর নত্তনা অতৈদি খোঙনা লানবা য়াবা তুরেলশিংনি।

খ্বাই (বরাক), জিরি, মকু, ঈরং, লৈমতাক অমসুং লোকচাউ চীংগী তুরেলশিংগী মরক্তা শীংথাবা য়াই। বরাক্না মণিপুরগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা তুরেন্নি।

## (গ) পাৎশিংঃ

মণিপুর তম্পাক্তা অচৌ পীশক খেন্নবা পাৎ য়াম্না লৈ। মণিপুরগী নত্রগা নোংপোক ভারতকী খ্বাইদগী চাউবা পাৎ, লোক্তাককী পাক চাউবদি ইকং থাদা বর্গ কিঃমিঃ ৬৪ রোম্নি অদুগা নোংজু থাদদি বর্গ কিঃমিঃ ১০৪ দগী হেন্না চাউগনি। অতোপ্পা পাৎ ইকোপ, খরুং, চরাং, পুম্লেন অমসুং ৱাইথৌনচিংবনা তম্পাক অসিগী মফম কয়াদা শন্দোক্লা লৈ।

## (ঘ) উমং–ৱামংঃ

মণিপুরগী লমদম অসি চাদা হুম্ফুনিপাললোমদি উমংগী লমদমশিংনি। উ–ৱা হৌবগী মওং অসিসু চীংদোলশিংগী অনেম–অৱাং অমসুং মৌসুমী নুংশিৎ ফংবগী চাং খেন্নবগী মতুংইন্না খেন্নে। লমদম অসিতদা ফংবা উমংগী লন মতিক চানা লৈ।

মণিপুরদা ফংলিবা উমংগী মচাক অসি মখল মথেল কয়ানা তিন্নরবা মশক্লি। মসিদা হিমালয়দগী মালায় ফাওবগী অমদি অমরোমদা চীনা ফাওবগী মনুংদা হৌবা উপাল ৱাপালগী মখল কয়া মণিপুরগী উমংদসু ফংলি।[৫]

## (ঙ) নোংজু-নুংশা অমসুং অইং-অশাগী চাংঃ

মণিপুর অসি চীং লৈবাক ওইবা মরম্না অনেম-অৱাংগী মতুংইন্না নোংচুবগী চাংসু খেন্নে। মণিপুর তম্পাক অসিবুদি থংননা লৈবা চীংগী শরুকশিংদনা হেন্না নোং তাই। লমদম অসি মৌসুমীগী ঈশিং নুংশিৎ ফংই অমসুং চহীগী ওইনা নোং তাবগী চাং চাউরাক্লা সেঃমিঃ ১৫০ রোমনি।

মহৌশাগী ওইবা ঈরম-খোংলমগী মওং অসিসু শরুক অনী থোক্লা অসুম্না খায়দোকপা য়াই, নোংচুপলোমগী শরুক অমনা সুর্মা তম্পাকলোমদা চেনথখি অমসুং নোংপোকলোমগী ইম্ফাল তম্পাককী য়াওনা শরুক অমনা বর্মারোমদা চেন্থখি।

মণিপুরগী অঈং-অশা অসি মফম মফমগী অমসুং ঋতু হোংবগী মতুংইন্না য়াম্না খেন্নবা মওং লৈ। অইং-অশাগী চাং অসি সেঃডিঃ ০'' দগীনা সেঃডিঃ ৩৯'' ফাওবগী মরক্তা ফংই।

## লম অসিদা তারম্বা মীওইশিংঃ

মপানদগী কোন্না চঙলকপা মী কাঙলুপ খর নত্তনা মণিপুরগী লমদা লৈরম্বা মীশিং অসি মপুংদা য়েক তরেৎ নত্রগা শলাই তরেৎকী মচা-মশুশিংনি। শলাই তরেৎ পোকখিবগী মরমদা অসুমনা ফংইঃ ''গুরু মি মহাককী থম্মোইদগী ঙান্না চোংথোক্লকএ, ঙানবা কৌই। মরৈ অশাংবদগী শাংনা চোংথোক্লকএ লৈশাংথেম কৌই। লৈয়েংদগী শাংন লাকএ শরাংথেম কৌএ কোক লেমফুদগী ৱাংনা চোংথোকলকএ, লুৱাং কৌই। খুৎয়েত্তগী চোংথোকলকএ খুমন কৌই। খৌরীদগী ঙৌনা চোংথোকলকএ অঙৌবা অঙোম কৌএ। শিনুংদগী মরাং মরাংনা চোঙথোলকএ, মোইরাং কৌএ।''[৬]

৫। *Kingdom Ward, Plant Hunter in Manipur (1958), London p.29*
৬। খাগেম্বা য়ুমলেপ (অরিবা) খুৎই, ফংফম এন. খেলচন্দ্র সিংহ, ইম্ফাল।

অতোপ্পা ব্বারী অমনা নোংম্মা তেংবানবা মপু শিদবনা মপারী অহুম মখংশীংনা অশীবা, অতিয়া শিদবা (নোংশাবা) অমসুং কোঞ্জিন তুথোকপা অহুম্মককী লৌশিং চাং য়েংবা পামখি। গুরু শিদবনা শন অশিবা অমগী মওং লৌদুনা ইচেন অমদা হঙ্গৎনা তাউথরকখি। মপারী অতোনবা কোঞ্জিন তুথোকপতনা অশিবা শন অদু গুরুনা ওনবনি হায়বসি খঙখি অমসুং মপাগী অথুপ্পা শক্তম খঙবা ঙম্মি হায়দুনা পাখংবা থোনখি। অশিবা শন অদু মীওইবশিংদা য়েনথোকপিখি অমসুং শা অদুগী কায়াৎকী শরুক ফংবা মতুংইন্না মীশিং অদুবু মথককী অদুগুম্না শলাই তরেৎ থোক্লা খায়দোকখি।[৭]

কর্ণেল মেক্কুলোক্কদি মথককী শলাইশিং অসি তোঙান তোঙানবা মায়কৈশিংদগী চঙলক্কুনা তম্পাক অসিদা খুন্দাখিবনি হায়না লৌরম্মি–

*'From the most credible traditions the valley appears originally to have been occupied by several tribes, the principal of which were named Koomal, Looang, Moirang and Meithei, all of whom come from different directions'.*[৮]

অদুমকপু লৈশেমলোনগী চৎনরকপা ব্বারী খরা নত্তনা শলাইশিং অসি করম্বা মতমদা কদাইদগী হৌরক্কুনা করম্না শলাই তরেৎ অসি খায়খিবা হায়বগী বৈজ্ঞানিক ওইবা লীখুন অদুদি মম্না লৈরি।

মথক্কী শালইশিং অসি অমগা অমগা চারৌ মৌরৌনৈ; অদুগা য়েক অমগী ওইবা অপুনবা মশেলদি লৌনবা য়াদে।[৯] মণিপুরগী ইতিহাস হৌরকপদগী হৌনা শলাইশিং অসিগী নিংথৌশিংনা তোঙান তোঙানবা লৈবাক মচাশিং শেমদুনা মনীং তম্না পান্নরম্মী।

**শলাই নিংথৌশিংনা পান্নবা লমদমশিংঃ**

মমাঙৈদা শলাই লৈবাকমচা মচাশিংনা খুন্দারম্বা মফমশিং অসি চাউরাক্লা মখাগী অসুমনা ফংই।

৭। অতোম্বাপু শর্ম্মা 'পার্ট' ১ (১৯৫২) ইম্ফাল নাঃ ২৪
৮। *M. Colloeh, account of the Valley of Manipur (1980). p.1*
৯। এল. ইবুংঙোহল সিংহ, ইনট্রোদক্সন টু মণিপুর (১৯৬৩), ইম্ফাল, লাঃ ১৫

খাবা শলাইঃ খৃষ্টনা পোক্লিঙৈদা মণিপুরগী কোনুং কংলাদা মতম অমদা খাবা শলাইনা পাল্লম্মি হায়বসি 'পানথোইবী খোঙ্গুল', 'চকপা খুন্দা খুনথোক' নচিংবদগী খণ্ডই। অকোনবগী লাইরিক অসিদা পাখংবনা খাবা নোংজেলববু ঙমদুনা খাবগী কাঙবু চাইখায়দুনা মখা পোলহনখিবগী য়াল্লোল অসুমনা ইরিঃ

> "খাপা লৈখোঙ কায়রে। য়াংপা মখৈ ফংনা তুমহল্লপাতা খাপা
> মরুপ অমাতি অঙৌপা পুরৈরোমপাতা চেনশিনখরে।....
> খাপা নোংঙানপতি লাইয়িংথৌ (মৈতৈ নিংথৌ নোংদা লাইরেন
> পাখংবা) কী ফানখোঙদা চেনশিনতুনা কনপীরে।" [১০]

লুৱাংঃ লোইজিং কৌব্রু অমসুং লাঙ্গোন চীংনা কোনবা লমশিং অসি মমাংঙৈদা লুৱাংশিংনা পাল্লম্মি। অরিবা লাইরিক লাইশুশিংদা য়াম্না তোয়না পন্নবা হোংনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা হায়বা লুৱাং নিংথৌ অদুনা লৈরম্বা খুন অদুগী মমিং পামং খুল কৌই। মানা লৈরম্বা মকুবী চীং হায়রিবসি লোইজিংবুনি। লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা অসি চাউরাক্লা খৃষ্টগী চহী চা তরেৎশুবদা মৈতৈ নিংথৌ উরা কোনথৌবনা পানবা মতম (খৃঃ ৫৬৮-৬৫৮) দা নোংগাখি। মাগী মতুংদদি লুৱাংদা খুৎকন পাঙ্গনবা নিংথৌ পানখিদ্রে। মতুংদদি নিংথৌজাগী নিংথৌগী মখাদা লৈদ্রে।

> "শকাব্দ ৮৭১ দা মৈদিংঙু চেংলৈ ইপাল লান্থাবনা নিংথৌ ওইএ।
> মহাকথক্তা লুৱাংয়িদা হি তোংলকপা লুৱাং কাঙবু মখৈ ঙম্না ফররকএ।"[১১]

খুমনঃ মণিপুরগী মখা মায়গৈদা লোক্তাককী নোংপোক্তা য়াম্না খুৎকন-পাঙ্গন্না পাল্লম্বা লম অমনি। খুমনগী কোনুং অসি অহানবদা থৌবান্দা ওইরম্মি। অদোন লাইফেংবনা পানবা মতমদা থৌবান্দগী ফেনতা লৈকোয়পুংদা কোনুং হোংলকখি। মফম অসি হৌজিক্তি ময়াং ইম্ফাল হায়না খঙনরে। লম অসিদা পাল্লম্বা নিংথৌশিংদি মতম কুইনা মৈতৈ নিংথৌশিংনা চারৌ মৌরৌননা লৈরম্মি। খৃষ্টগী তরামরিশুবা শতাকী হৌরকপদা নোংয়াই লৈকোয়পুংদা খুমন নিংথৌ লময়াই

---

১০। এন. খেলচন্দ্র সিংহ, 'অঙনবা মতমগী মণিপুর', ৫১ শুবা চহীগী সাধারণ অধিবেশন, সেমিনার পেপর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, (১৯৮৬)

১১। এল. ঈবুংঙোহল সিংহ অমসুং এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), 'চৈথারোল কুম্বাবা', মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, (১৯৬৭), লাঃ ৪

কায়থিনবনা পানবা মতমদা খুমন লৈবাক পীকশিল্লক্লদুনা খুমন মথন্তা লেপ্পা ওমদবদগী মৈতৈ নিংথৌদা চংজদুনা মৈতৈ ফুরুপ্তা পুনশিনখি–

"... লাইরেন মৈতৈংথু (কোংয়াংবা খৃঃ ১৩২৮–১৩৩৫) না থৌজাল মায়য়োক্লনা নোংয়াই শেল্লে নিংথৌও অদোন পাইরে ঙাইনে হায়না লোকলৌ শানা নাউয়োকঙাময়ে হায়দবরা...।"[১২]

মোইরাংঃ মণিপুরগী খা মায়গেদা য়াম্না খুৎকন পাঙ্গম্না মনীং তম্না পাল্লম্বা কাঙলুপ অমনি। মতম অমদা কাংঙমুং খুল অসি ফাওবা মোইরাংগী লম ওইরম্মি–

"পাথৌ কাওচিন অথৌবও লমলেন লোইয়া কাংঙমুং নিংথৌ য়ুকাংবা ময়িমনাক অসিদি পোইরে মরমখৈবু নত্তে, ময়ুম কেগে মোইরাং লমনে।"[১৩]

খৃষ্টগী তরামঙাশুবা শতাবদীগী তংখায়দা মৈতৈ নিংথৌ, নিংথৌ খোম্বনা মোইরাং পুম্নমক লৌশিনখি।

"ময়িম কেগে মোইরাংনা লৈশং খাউমা হান, লৈঙৌ খাউ হান্ননা লোই হাররে। নিংথৌ খোম্বা কেগে খোপচিনবা তুবী সনা মচুং সেনদি মদুনসুং মদোমদে।"[১৪]

অঙোমঃ মৈতৈ কংলৈ (নিংথৌজা) গী নোংপোক অমসুং অৱাং–নোংপোককী লমদা ওল্লিঙৈ মতমদগী অঙোম কাঙলুপশিংনা পাল্লকখি। মৈতৈ নিংথৌ চাইরোংবা (খৃঃ ১৬৬৯–১৭০৯) না অঙোম নিংথৌবু তানথোক্লনা মৈতৈগী মখাপোনহন্নখি।

"মৈতৈ নিংথৌনা কুফেল লানচিংপাপু কৌতানা হায়এ।। অঙোম নিংথৌকি সেকপীন মথোন ৯ থোনপা। অসিপু মুনও। হায়লাপতা। কুংফেল লানচিংপানা তানতুনা মুনলে। নিংথৌতা পীলে।"[১৫]

---

১২। এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা), খুমন কংলৈবোন, ইম্ফাল, (১৯৮০), লাঃ ৫৭–৫৮

১৩। এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা), চাযনবোল, ইম্ফালই (১৯৬৮), লাঃ ৯৮

১৪। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা), নিংথৌবোল লম্বুবা, ইম্ফাল, (১৯৬৭), লাঃ ২২২

১৫। মিয়াৎ (অরিবা খুৎই) ফংফম, তাউবুংখোক ওঝা মাধব

চেংলৈঃ চেংলৈশিংবু থাঙ্গ কম্বোং হায়নসু খঙনৈ। মৈদিংঙু পুনসিবা (খৃঃ ১৪০৪–১৪৩২) না হৌজিক্কী পাৎশোয়গী লমদম অসিদা লৈরম্বা থাঙ্গ কম্বোংশিংবু লোই চল্লম্মি।

"লাইরেন সনা মচুংশেনদি মদুনসু মদোমদে হাওরে নোংচুপ পাংবরম য়াংলৌ মদাইমা পাৎশোই লম্নহন্দা খৌশাবনে ... লাইরেন মৈদিংঙু য়াংলৌ হি থাবা কমপোং কোৎশিনহৈবা হাউখোংসুবু কায়না হুল্লে।"[১৬]

**নিংথৌজাঃ** পাখংবা (খৃঃ ৩৩–১৫৪) না থাঙ মৈবুন্নচিংবগা লোয়ননা লাক্তুনা তম অসিগী ময়োল কংলাগী অকোয়বদা তাবা লমগী নিংথৌ ওইখি। মহাক্কা নিংথৌজা শলাই অসিগী নিংথৌরেল পুকোক ওইদুনা শলাই লৈবাক অসি লিংখৎখি হায়বসি মখাগী অসুমনা খঙই‌ঃ

"লাইরেল নংগী কংলৈ পুংময়োল পুংলেন য়াইফ মপুং য়াই ময়াই শুমথোংপান, লাংকোই শারোকপুং নয়ু তুপী য়ৌইনোংতা নোংতা লাইরেন পাখং অতেংবনা অৱাং কোরৌ নোংনাংপানগী মৈপুন হায়চৌ থান চাকথাং য়াইরোংফাল সনা চোঙলেন ইনচমখান হনচিং চীংমৈইন্না খুনদাপুং নোংথৌ সোরারেন অরিবা অহম্মনা লৈকু লৈরাইনুংদা মরান হান্না ইনতম্বনা চাইবিপুং চাইবি খুন্দাপুং মমা লৈনুং য়াবিরোকচা চীংখোং পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবনা পুখংৱাই... য়াওরে নকাইফম অসিদা থৌদুতুগুম্ববু লেপ্পা য়ুংখিনবা খনচামনরৈনেৎ চেংচা তুংগুম্ববুলেপ্পা য়ুংবদি কনানো?"[১৭]

নিংথৌজাগী লমদমগী মীওইশিংবু ৱাংঙম, পোইরৈ নত্রগা মৈতৈ হায়না খঙনরম্মি। মথক্তা পানখিবা অদুগুম্বা নিংথৌজাগী নিংথৌশিংনা শলাই লৈবাক অতৈবু মথং মথং লৌশিনখ্রবা মতুংদগীদি অপুনবা মৈত্রবাক (মৈতৈ লৈবাক) অমা শেম্নদুনা তম অসিগী অপুনবা শলাইশিংগী মীশিংবু 'মৈতৈ' হায়না খঙনরকখি, চীংমী–তম্মী অপুনববুনা কাইনথংদা 'মণিপুরী' হায়না খঙনরকই।[১৮]

---

১৬। ভোগেশ্বর, ওফ, সিট, লাঃ ২১২

১৭। ইবিদ, লাঃ ১

১৮। *Ch. Manihar Singh: A Clarification on the Bishnupriyas in Helation to the Manipuris, Manipuri Sahitya Parishad Imphal, 1987, pp. 28-31*

মথক্কী শলাইশিং অসিদা নত্তনা হৈরেম খুঞ্জান, আম্রো, সেকমাই, চাইরেল অমসুং খুরখুল্লচিংবা তোঙান তোঙানবা লোনথৈ ঙাঙবা কাঙলুপ মচা কয়াসু অঙনবা মতমদগী লৈরকই। হৌজিককী মতমদা কাঙলুপ মচাশিং অসিগী লোনথৈগী শকতম মাঙত্রবসু মখোয়গী লোনগৈগী ঝাহৈশিংনা মণিপুরী লোন শাগৎখিবদা শরুক খরদি য়াবি। মতাং অসিদা বানিকান্ত কাকাতিগী মত অম নীংশিংবা য়াইঃ

> *'A language may cease to be spoken but it may leave traces of its former vitality in the shape of a large number of loans supplied to the current language of the province."*[১১]

**মৈতৈগী হৌরকফমঃ**

(ক) জাতি অমগী হৌরকফম খঙবা হায়বসি অরায়বা খক ওইদে। মরম অসিনা মণিপুরী জাতি অসিসু, কদায়দগী হৌরকখিবনো হায়বগী চপ চাবা মত পীরা লুনা থোকই।

১৯ শুবা শতাব্দীগী ময়ায়রাইদগী ২০শুবা শতাব্দী অসি ফাওবগী মনুংদা মণিপুরী জাতিগী হৌরকফমগী মরমদা ইবা লাইরিক কয়া থেংনৈ। বৃটিশনা পাল্লিঙৈদা মণিপুরগী মরমদা থিজিল্লম্না বৃটিশ ওফিসারশিং মথংশিংনা হোগসন, মেক্কুলোক, পেম্বর্টন, ব্রাউন, হদসন অমসুং জোনষ্টোন্নচিংবনা মণিপুরীশিংনা হৌরকপগী মরমদা তোঙান তোঙানবা মত কয়ামরুম পীরম্মি। মখোয়না পীরম্না মতশিং অসিনা হৌজিক ফাওবদা থিজিল্লিবা লৈবাক মনুং অমসুং মপানগী অখঙ-অহৈশিংগী অচৌবা মতেং ওইরি। হৌজিক ফাওবদা অখঙ-অহৈশিংনা মণিপুর হৌরকপগী মরীদা পীনরিবা মতশিংগী মনুংদা পৌরম্না লম্বী অনীখক্তি অয়াম্বনা য়ানৈ। অনী অসিগী মনুংদা লিঙ্গুইষ্টিকী মীৎয়েংদগী ওইবা মরু ওইবা মত অমদি ডাঃ গ্রিয়রসনগীনি। মহাক্কী মত অসিবু শরুক্কইরবা লিঙ্গুইস ডাঃ সুনীতি কুমার চট্টোর্জিনা মপুংফানা শৌগৎলি। অহানবগীসিগী মতুংইন্না মণিপুরীশিংসু মনুং চল্লিবা তিবেতো বর্মন লোন লোনবা

১১। *Banikanta Kakati: Assamese, Its Formation and Development, 1941, Gauhati, p.52*

অব্রাং নোংপোক ভারত্তা লৈবা মী কাঙবুশিংনা য়াংশিক্যাং অমসুং হোয়াংহো তুরেনশিংগী মরক্না কোনবা লমদমদা লৈরম্মি। মখোয়না মমৈথংদা অব্রা লৈবাক্তা চঙলকই অমসুং লৈবাক অসিগী ইরাবতি অমসুং নিংথি তুরেলগী মচীনথংবা শরুক্তা পন্দুনা লৈরম্মি। মফম অদুদগী মখোয়গী কাঙলুপ খরনা হিমালয় চীংগী লমদমদা হান্না শন্দোকখি অদুগা খরনা আসামগী ব্রহ্মপুত্র খোঙবান্দা হান্না খুন্দারগ্না কাঙবুশিংগা তিন্নরা খুন্দাখি। মচীনথংবা আসাম তম্পাক্তা খুন্দারগ্না কাঙলুপ খরনা খা-পাংনা চঙখিদুনা হৌজিক্কী নাগালেন্দগী চীংগী লমদমশিংদা খুন্দাখি। অসুমনা কাঙবু খরসিনা নাগা কাঙলুপকী লোনশিং ঙাঙবা মীশিংগী মপা-মপু (হৌরকফম) ওইখি। মখোয় অসিদগী খরনা নোংপোকলোমদা লৈবা নাগাগী লমদম তন্না চঙখিরগ্না য়াই অদুবু অতৈ অতোপ্পশিংদুদি খারোমদগী মণিপুর ফাওদুনা নোংচুপকী নাগাগী লমদমদা চঙখি। মথক্কী চিনাদগী লাকখিবশিং অদুগী অচৌবা শরুক অমনা ব্রাহ্মদেশকী ইরাবদি অমসুং চিন্দুইন তুরেলগী মথক থংবা শরুক্তা খুন্দাখিদুনা কাচিন কাঙবুগী মরক্তা পন্দুনা মতম খর লৈখি।[২০]

ডাক্তর গ্রিমরসন্না কাচিন কাঙলুপকা মণিপুরীগা লৈনবা মরী অদু মখা তানা অসুমনা হায়রম্মিঃ

> *Meithei, shows not only points of agreement with that spoken at the present day in its original home in what is now Kachin country but also with those of all the other emigrants from that tract.*[২১]

মণিপুরগী চীং অমসুং তমদা লৈরিবা প্রজাশিং অসি অপুনবা হৌরকফম অমদগী লাকখ্রবসু ইতিহাসকী তাংফম কয়া খেন্নরা লমদমশিং অসিদা থুংলমগনি হায়বসি গ্রিয়রসনগী মতনি। ডাক্তর সুনীতি কুমার চট্টর্জিসু মত অসিবু য়াররম্মি। মহাক্না কুকি-চিন কাঙলুপকী মনুংদা মৈতৈ নত্রগা মণিপুরীনা খ্বাইদগী চাওখৎপা ফুরুপনি হায়রম্মী।[২২]

---

২০। *G.A. Grierson: Linguistic Survey of India, Vol.II Part I, p.42*

২১। *Ibid.*

২২। *S.K. Chatterjee: Kirata-Jana-Kriti, 1978, Calcutta, p.142.*

মথক্কী মতশিং অসি নত্তবা বি, এচ. হোগসন্না তোঙানবা মত অমা পীরম্মী

*In Maitay of Manipur we have the combined applications of the Siamese 'Tai; and the Kochin Chinese 'Nay'.*[২৩]

মত অসিগী মরী মখোঙ তাকপা মতিক চাবা প্রমান লৈতে। মরম অসিনা মহাক্কী ৱারোল অসি চুমগনি নীংনদে। পের্মতন্না মণিপুরীশিংবু চীনাদগী লাকখিবা তার্তার কাঙলুপ অমদগী চারোন শুরোন্নি হায়না লৌরম্মি। মহাক্কী মত অসি কর্ণেল মেক্কুলোক্লা মরম চাবা ৱাংলি, মৈতৈদি তম্পাক্কী অকোয়বা চীংশাংদা তারিবা চীংমীশিংগী চারোন-শুরোন্নি হায়বনা হেন্না নাতৈ চাবা ওইংগনি হায়রম্মি।[২৪]

আর, ব্রাউন অমসুং টি.সি. হদসননসু মেক্কুলোক্লা হায়রিবা ৱাফম অসিদা য়ানীংবা ফোঙদোক্লম্মি অদুমকপু হদসননা মৈতৈগা, মণিপুরগী চীংমীশিংগা হৌরকফমগী মরমদা কদাই ফাওবা মরী লৈনবগে হায়বসিগী ইতিহাসকী মচাক ৱাংপনা খঙবা লুগনি হায়না মমৈথংদা হায়রম্মি।[২৫]

হদসন্না মতাং অমদা ডাক্তর ৱাউনগী মত ফোঙদোক্লিবা অসিদা মমাঙগী মীরোলশিংদগী হৌনা মৈতৈশিংনা চীংমীদগী ওল্লকপনি হায়বা ৱাফমসি য়ারক্তে খঙই-

*by the upper classes of Manipuri, who deny their origin from the hill tribes surrounding the valley, although when asked to account for themselves otherwise. They have no plousible story to offer. They can merely say that they always belonged to the valley and have always been a separate race.*[২৬]

সার সেমস জোনষ্টোনগী শীংথানিংঙাই ওইবা মত অমদদি মণিপুরীগী চীং অমসুং তমদা লৈরিবা মীওইশিং অসি খেন্নবা মওংদা লৌরম্মি। অহানবা

---

২৩। *B/H/ Hodson: Journal of the Asiatic Society of Bengal, Vol. 18, pp. 14-15.*

২৪। *W. McCulloch: Account of the Valley of Manipur and Hill Tribes, 1980, p.4*

২৫। *T.C. Hodson: The Meitheis, 1981, p.12*

২৬। *Ibid, p.7*

লৈরম্বা কাঙলুপশিংদা অকোনবগী কাঙলুপশিংনাঐতিহাসিক ওইবা তাংকম কয়াদা পুনখিবনি–

> *The Manipuris themselves are a fine stalwart race decended from an Indo Chinese stock with some admixture of Aryan blood, derived from the successive waves of Aryan invaders that have passed through the valley in pre-historic days... Since then the race has been constantly fed by addition from the various hill tribes surrounding the valley.*[২৭]

মণিপুরী জাতি অসি টিবেতো–বর্মন লোন ঙাঙবা মোঙ্গোলোইদ কাঙলুপকী মনুংচল্লি অমসুং মখোয়গী চারোন–শুরোন্নি হায়বসি মপুং ওইনা য়ানরবসু মসিমক্তা মণিপুরীশিংগী অসুপ্পা হৌরকফম ওইদ্রি। মণিপুরী হায়না খঙনরিবা জাতি অসি শাগৎখিবদা ঙল্লিঙৈ মতমদা মফম অসিদা ভারতকী আর্য্য কাঙলুপকী খুন্দারবা কয়াসু য়াওখি হায়বা মত অসিসু খন্ননিংঙাই ওইবা মচল অমনি। বাফম অসি পন্দুনা ক্যাপতেইন ডন না ইরম্মিঃ

> *... a great Aryan wave of very pure blood passed through Manipur in to Burma in pre-historic times, I often think I see traces of this in the finely cut features seen now and then among the Manipuris, and even among the hill tribes, notably among the Tangkhuls. The Hinduism of those remote times was probably free from cast prejudices, and very different to what it is now; but I think it extemely probable that a tradition of its remained when the new missionaries from Bengal arrived.*[২৮]

মথককী অসি সার জেম্‌স জোনষ্টোনগী মতকা থোইনা খেন্নদনা উরি। মণিপুরগী লম অসি থায়নগী নোংপোক নোঙচুপকী মরী ফাওনফম লম্বী অমা ওইরবদি নাকল অনীমককী পুনফমসু ওইফম থোক্লবনি। বাফম অসি মণিপুর তম্পাককী মীওইশিংদা থোইদোক্লা চুম্না থোকই।

---

২৭। *James Johnstone: Manipur and Naga Hills, 1971, p.97*
২৮। *E.W. Dun: Gazetteer of Manipur, 1973, Imphal, p.4*

ইতিহাসকী কোরবংদা মৈতে নিংথৌশিংনা থানবা ওইনা নগ্রগা চত্তকম পীদুনা খুন্দাহনখিবা ভারতকী লমদমদগী মুসলিমশিং, অতে কাওলুপ অমসুং ব্রাহ্মনশিং তম্পাক অসিদা খুন্দাহনখ্রে। অসুমনা মণিপুরদা থারনবৈদগী হৌদুনা তোঙানবা মী কাওলুপ অনীগী তিন্নকম ওইরকখি, মখোয়শিং অদুদি নোংপোকলোমদগী লাকপা মোঙ্গোলোইড্ অমসুং নোংচুপলোমদগী লাকপা ভারতকী আর্য্যশিংগী কাওবু অসিনী।[২৯]

মণিপুরদা নত্তনা যুমলোন্নবা আসামগী লমদম অসিসু ইতিহাসকী তাংকম কয়াদা নাকল অনীসিদগী তিন্নখিবা মী জাতি, ধর্ম্ম অমসুং লোন কাওলুপ কয়াগী অপুনবা মফম অমনি। অদুম ওইনমক নাকল অমদা আসামগা ভারতকী অতে শরক্তা লৈনবা মরী অমসুং নাকল অমদা খা–নোংপোক এশিয়াগা লৈনবা অশেংবা মরী অদু নীংথিনা হোৎনদুনা উৎপা অদুদি হৌজিকফাওবা খোইনা লৈরি। হৌজিক ফংলিবা আসামগী কলচর অসি অস্ত্রীক, অলপাইন আর্য্যান অমসুং তিবোতো-বর্মন কাওলুপশিংনা পুনশিন্দুনা শেমখিবনি অদুবু পুনখিবা কলচর অসিগীদমক মচা তানা থিজিনবসু মপুংফাদনা লৈরি।[৩০]

নক্রবা বেঙ্গলগী লমদমসু অসুমনা নোংপোক নোংচুপ তিন্নখিবগী শক্তম ফংই।[৩১]

মণিপুরগী মতাংদসু অসিগুম্বা অপুনবা শক্তম অসি হৌজিকসু ফংলি।

(খ) ইতিহাসঃ

খৃষ্টনা পোক্লিঙৈ মমাং মণিপুরদা পাল্লম্বা নিংথৌরোলশিংগী মরীক চুম্বা ইতিহাসকী মচাক খাংলবসু নিংথৌ কয়া খৃষ্ট মমাঙদা পাল্লম্রে।

“হুগ্নিচক্তা পাল্লম্বা নিংথৌদি শিলৈমা লৈত্তেং নিংথৌ চনুনা পোকপা নিংথৌ কাংবা কাংখন লৈমা তারিনু কৌএ। ... যুগ (লাংবচক) অসিদা পাল্লম্বা নিংথৌদি মোরিয়া ফম্বালচা কৌনা পানলম্মে। ...”[৩২]

২৯। *Jyotirmoy: History of Manipur, 1973, Imphal, p.4*
৩০। *P.C. Chaudhury: The History of Civilization of the People of Assam to the twelfth century A.D., 1966, Gauhati, p.2*
৩১। *Dimbeswar Neog: Growth of the Asamiya Language, 1964, p.4*
৩২। শাকোক লমলেন (অরিবা খৃৎই), ফংকম– এন. খেলচন্দ্র সিংহ, ইম্ফাল।

অসিগী মতুংদা লাংবা চক কৌবা যুগ ফাওরক্নে। যুগ অসিদা পাল্লম্বা নিংথৌদি নিংথৌ ককসু তোনকোনবা। লৈমা বুরুম থৌচোনবীনে।''[৩২] খরা নৌনা থোরকপা মিংয়েং অমসু লৈরি। মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্মগী য়াওন লাক্লবদা মহারাজ গরিবনিবাজ (খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮) হাক্তঙগী হৌবা বিজয় পনচালি কৌবা নিংথৌরোল অমা ইহল্লম্মি।৩৩ অদুদা ইরিবদি লমদম অসিদা অহানবদা 'অরান্য গর' মথংদা 'মেখলা' অমসুং মমৈথংদা আনন্তনা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদগী লৈবাক অসিবু 'মণিপুর' হায়না খঙনরকখি। মহাককী মথংদা গনধর্ব্ব নিংথৌ চিত্রভানুনা সিংহাসন কাবা ফাওব্রগী মীরোল অমা চৎথরকই। অকোনবগী নিংথৌ অসিগী মচা লৈরমদে অদুবু মাগী মহারানীনা শিবগী ভক্ত অমা ওইরম্বা মরম্না মমৈদা মখোয়গী মচানুপী অমা ফংজখি, মহাকপু চিত্রঙ্গদা হায়না মিংথোল্লম্মি। রাজকুমারী অসিনা অমুকহন্না পাণ্ডবকী অথোইবা অর্জ্জুনবু মপুরোইবা ওইনা ফংজনবা পেনবী হৈরবা শিববু পুজা তৌখি। আর্জ্জুন্না মশাগী নোংদমথীবা অমগী কোক্লবা তীর্থ কোয়রকপদগী মমৈথংদা মণিপুরদা থুংলদুনা চিত্রঙ্গদাবু উনখি অমসুং মাবু লুহোংদুনা লৌখি। অদুগী মতুংদা মচানিপা (বভ্রুবাহন) পোকখি।[৩৪] অসুমনা বভ্রুবাহনদগী যবীষ্ট (নোংদা লাইরেল পাখংবা) ফাওবগী নিংথৌরোল উৎপা ৱারী পরিংবু থাজনবা নাকল হৌজিকসু লৈরি। অদুবু অসিগুম্বা ৱারী অসি হিন্দু ধর্ম্মগী ইথিলদগী লৌবা শেংদবা শক্তম অমনি অমসুং লমদম অসিগী থাইনগী ৱারীশিং হৌরকপদা হিন্দুগী ওইবা মিং উদে হায়না টি.সি. হদসন্না মত পীরম্মী।[৩৫]

মথককী পূম্নমক অসি ইতিহাসকী ওইবা অশেংবা মচাক ৱাৎপনা ঐতিহাসিক ওইবগী মহুত্তা পুরানগী ওইবা থাজনবা ৱারী ওইনা তৌই। চৈথারোল কুম্বাবদা মণিপুর ইতিহাসকী যুম্ফম ওইবা মরু ওইবা ৱারোল কয়া ফংই–

পাখঙবনা নিংথৌ ওইবা চহী ৪৫ শুরক্লবদা শকাব্দ অমা হৌএ।[৩৬]

---

৩৩। এল. ইবুঙোহল অমসুং এল. খেলচন্দ্র (সম্পা), ''চৈথারোল কুম্বাবা'', ১৯৬৭, ১৯৮৮ই লাঃ ১৩৮.

৩৪। মঙ্গি অমসুং মণি সিংহ (সম্পা), 'বিজয় পনচালি' ১৯৬৬, ইম্ফাল, লাঃ ১১-১৪

৩৫। *T.C. Hodson, The Meitheis, 1981, p.5*

৩৬। এল. ইবুঙোহল অমসুং এন. কেলচন্দ্র (সম্পা), 'চৈথারোল কুম্বাবা' ১৯৬৭, ইম্ফাল, লাঃ ৯

খৃষ্টাব্দ ৭৮ দা শকাব্দ অমা হৌখি, মরম অসিনা নোংদা লাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ওইখিবসি খৃষ্টাব্দ ৩৩ হায়না হনরিবসিনি।[৩৭]

মণিপুর ইতিহাসকী মরমদা য়ুরোপকী পণ্ডিতশিংনা পীরম্বা মত কয়াসু লৈ–

> *'The historical annals of the court commence with the 30th year of the Christian era, and they record the achievement of 47 rules who appear to have been little known beyond the precinets of the valley till the country was visited by Samlong the general and brother of the Sovereign of the Shan state of Pong about the year A.D. 777.*[৩৮]

শমলুংনা মণিপুরদা লাকখিবা (খৃঃ ৭৭৭) অসিগী মতুং চংথরকপা শাংলবা মতম অসিগী মনুংদা নিংথৌ ক্যাম্বনা পাল্লবা মতম খৃঃ ১৪৭৫ দা মৈতৈ অমসুং পোংগী অপুনবা লালমীনা খম্বাওা লান্দাদুনা কবো তম্পাক লৌশিনখিবা থৌদোক অদু নওনা অতৈ থোইদোকপা ইতিহাসকী কান্নবা রেকোর্ড লৈখিদে হায়না ক্যাপ্টেন ডন্না হরুমী।[৩৯] মহাক্না মখা তান্না হায়রম্মি, মদুদি–খৃঃ ১৪৭৫ দগীনা গরিবনিবাজনা সিংহাসন কাবগী মতম খৃঃ ১৭১৪ ফাওবগী মীরোল খরা অসিগী মনুংদসু থোইদোকপা মরুওইবা খওজিনবা য়াবা লৈখিদে। গরিবনিবাজ ফম্বাল কান্নবা মতমদগীদি মণিপুরীশিংনা মখোয়গী চীংলৈবাক লান্দুনা বর্মাগী মু, চীন্দুইন অমসুং ইরাবদি তুরেলগী মপান্দা তাবা বর্মিজশিংগী মরুওইবা সহর অমসুং খুঙ্গং কয়া খুদুম চনখি অমসুং মমৈথংদা মখোয়গী কোনুং ফাওবা পায়খি।[৪০]

বর্মা অমসুং মণিপুরগী চুশিন্নবা ইতিহাসকী মতাং অমসু মহাক্না অসুমনা পল্লম্মিঃ

> *'The truth of this portion of their historical annals receives most unexpected and satisfactory corroboration from records*

---

৩৭। এন. খেলচন্দ্র সিংহ, 'অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস' লাঃ ৬
৩৮। *E.T. Dalton: Tribal History of Eastern India, 1973, Delhi, pp.48-49*
৩৯। *E.W. Dun: Gazetteer of Manipur, 1981, Delhi, p.37*
৪০। *Ibid.*

> *of Ava, in which all the principal circumstances are narrated nearly as we find them in the chronicles of Manipur, with a trifing variation of three of four years in the dates assigned to them, for the knowledge of which we are indebted to the researches of Lieutenant Colonel Burney, the Resident at Ava.*[৪১]

মণিপুরগী ইতিহাসতি মপুংদা মানগী ওইবা ইতিহাসনি। ইতিহাসকা মরী লৈনবা লাইরিক– 'চৈথারোল কুম্বাবা' 'নিংথৌরোল লম্বুবা' নচিংবা লাইরিকশিংদা মণিপুরীশিংনা বর্মাগী লৈবাকশিং অমদি কাছাড়, ত্রিপুরানচিংবগা তোয়না লানথোকনবিবগী থৌদোক কয়া কয়ই।

মহারাজ খাগেম্বনচিংবগী হাতক্তা শক্তি লৈরবা ভারতকী মুসলমান অমসুং লানময়কপা চিন লৈবাককী লানমীশিংবু মায়থীবা পীদুনা লানফা কয়া য় থুনাহনখি।[৪২]

অমা অমসুং বৃটিশকী লানসায়দা মণিপুরীশিংনা মরোক্তখিবা অবাবা থৌদোক কয়াসু মণিপুরী ইতিহাসতা থোকনে। অদুম ওইনমক ইতিহাস কনবগী লানফমদা মণিপুর কৈথোঙ্জেদসু কুইনা মায়থীবা ওইখিদে;

> নমু তুখী য়োইম্নোনদা লাইরেন পাকবা কোরৌ নোংলানশানগী ... মালেম তম্পাক লৈদা তায়কঙেগী হৌনা নমুনিংথৌজা মরোল খুদিংবু লৈবাক নিংথৌ পানবা কনাওম্বনা ওমবে উরোং শংনা লাকচা খুংখুম চম্রক্তিএ।[৪৩]

মতৌ অসুম তৌনা মণিপুরীশিংনা য়াম্না ওনবা মতমদগী হৌনা মশাগী মনীং মথা তম্বা ইতিহাসকী মৈরা অদু মুত্তনা থম্নকখি।

**অকোয়বা লমগী মীশিংগা লৈনবা মরীঃ**

মমাঙজেদগী হৌনা লৈবাক অসিগা অতোপ্পা লৈবাকশিংগা মরুওইনা অকোয়বদা লৈরিবা লমগী মীশিংগা য়াম্না মরী লৈনরকই। ভারত অমসুং নোংচুপলোমগী মীনা নোংপোক অমসুং মৈয়মলোমদা ঊবা, খাগীনচিংবা লৈবাক্তা চংশা তায়বদি মণিপুর থাওদুনা চংনেরম্মিঃ

---

৪১। *Ibid.*
৪২। *James Johnstone: Manipur and Naga Hills, 1976, p.80*
৪৩। ও, ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা), 'চন্দ্রকির্ত্তি জিলা চঙবা', ১৯৭১, ইম্ফাল

51577



*The Indian Colonists also proceeded to the east and south-east by land route through Eastern Bengal, Manipur and Assam.*[৪৪]

থায়নঙৈদগী হৌনা মণিপুরদা অকোয়বা লমদমশিংগতা নত্তনা অথাপ্পা লৈবাকশিংগসু ললোন ইতিক তৌবগী মরী ফাওনরকই হায়বগী খুদম কয়া ফংই:

চীন্দুইন তুরেলগী মখা খরদং চৎথরগা মণিপুর ফাওবা য়াবা লম্বী অমদা উৎ তোংদুনা চৎপা ললোনবা কাঙবুশিংনা আফগনিস্থান ফাওবদা থা অহুম চঙনা চৎলগা মফম অদুদা ইউরোপকী সনাগা চাইনাগী মুগাগা শিন্নে হায়না হার্ভে না মত পীরম্মী।[৪৫]

অরিবা মিঙ্গৌদা মণিপুরীশংনা বর্মীজশিংবু 'খামরন', শেনবী কবো, নত্রগা অবা; চিনাবু 'খাগী, ত্রিপুরীশিংবু 'তখেল, কাছাড়ীশিংবু 'থোংনাং ময়াং', 'বাঙ্গালীবু' পাংঙন অমসুং আসামীশিংবু 'তেখাও' হায়না খঙনরম্মি। মতৌ অসুম্না মণিপুরীশিংবুসু অকোয়বা লমশিং অসিগী মীশিংনা তোঙান তোঙানবা মমিং থোল্লম্মি।

মণিপুরীশিংনা লৈরিবা লৈবাক নত্রগা মীওইশিংবু বর্মীজশিংনা 'কতে' হায়না কৌরম্মি। কছাড়দা লৈবা মীশিংনা 'মোগলী', আসামদা লৈবা মীশিংনা 'মীকলী' (মেখলী) অদুগা সান অমসুং চীন্দুইন তুরেলগী নোংপোক্তা লৈবা লৈবাকশিংগী মীনা 'কছে' হায়না বর্মীজশিংনা 'কতে' হায়নবা ব্রাহে অসিদগী থৈরপ্পা কৌনরম্মি।[৪৬]

মরম অদুনা মথক্তা পীখ্রিবা মিং ময়াম অসিনা মণিপুরবু খঙনরম্বা অসিনদি লম অসি থংননা লৈবা লৈবাকশিংদা মমিং চৎলবা অমদি য়াম্না নীংথিনা খঙনরক্লবা লৈবাক অমনি হায়বসি তাকই।[৪৭]

মথক্তা পনখ্রিবা বর্মীজ, কছাড়ী, ত্রিপুরী অমসুং আসামীনচিংবনা নক্লবা লৈবাককী মীশিংগা মণিপুরীশিংগা মমাঙঙৈদগী হৌনা চারৌ–মৌরৌনরকই।❑

---

৪৪। *R.C. Majumdar: Hindu Colonies in the far East, 1974, p.14*
৪৫। *G.E. Harvey: History of Burma, p.9*
৪৬। *R.B. Pemberton: Eastern Frontier of India, 1935, p.20*
৪৭। এন. চন্দ্রমণি সিংহ, মণিপুর ইতিহাস, ১৯৭০, ইম্ফাল, লাঃ ৫–৬

অনীশুবা পন্দুপ

# মণিপুরী লোনগী মশক

মণিপুরগী চীং অমসুং তমদা লৈরিবা মীশিংবু মণিপুরী হায়না খঙনৈ অদুগা মণিপুরীশিংগী মনুংদা মশীং য়াম্না মৈতৈ ফুরুপকী মমালোনবু 'মৈতৈলোন' নত্রগা 'মণিপুরী' হায়না খঙনৈ।

মমাঙদা অপুনবা লৈবাককী ওইনা থোইদোক্না চৎনরমদবা মণিপুর হায়বা মিং অসি বৃটিশশিংনা ষ্টেট অসিগী লোয়শঙ (ওফিস)গী ওইবা থবক থৌরমদা অহানবা ওইনা শীজিন্নবা হৌরকখি। মরম অসিনা ষ্টেট অসিদা লৈরিবা অপুনবা প্রজাশিং অমসুং মখোয়গী লোন অমসুং মনাৎনচিংবা কয়াগী মশক তাকপদা মণিপুর হায়বা মিং অসি শীজিন্নরকখি।[১]

ডাক্তর গ্রিয়রসন্না মৈতৈলোন অসি মতম শাংনা মনীং তম্না চাওখৎচরকপা লোন অমনি হায়বগী থাজবা উৎলম্মি।

> *Meithei is the chief language of Manipur valley and has apparently had a long and independent development.*[২]

মণিপুর ইতিহাস হৌরকপদগী হৌনা ফংলিবা অপুনবা ইনাৎকী ওইনা চৎনরক্লিবা লাইনীং-লাইশোন, লাই হরাওবদা শীজিন্নরিবা ঈরাৎ-লাইশোন, ঔগ্রী, খেঞ্জো, অনোইরোন্নচিংবা শৈরোলশিং মৈতৈ, মোইরাং অমসুং খুমন্নচিংবগী কংলৈরোন্দা অমসুং নুংদা, কোম্পাক্তা ইরপ্লিবা ব্বারোল কয়া মৈতৈলোন্দা ইরি। করিগুম্বা মরক্তা নিংথৌরোল লম্বুবা, শল কাও, নাওথিংখোং ফম্বাল কাবনচিংবা

১। সি. ঐচ. মণিহার সিংহঃ এ ক্ল্যরিফিকেসন ওন দি বিষ্ণুপ্রিয়াজ ইন রিলেসন টুদি মণিপুরীজ, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১৯৮৭, লাঃ ৪০

২। *G.A. Grierson: Linguistic Survey of India, vol. III, Part III, p.8*

লাইরিকশিংদা শলাইশিংগী তোপ তোপ্পা ৱাহৈ খরগী খেন্নবা মশক তাক্লন্নবসু মসিমক্তা শলাইশিং অসি হৌজিক মণিপুরী হায়না খঙনরিবা মৈতৈলোন অসিদগী তোংভানবা লোন লোল্লম্বগী খুদম অরিবা মচাকশিংদা ফংদে।

মরম অসিনা মৈতৈলোননা চহী চা কয়াগী মমাঙদগী লৈবাক অসিগী লোন (ষ্টেট লেঙ্গুয়েজ) ওইহ্রকই হায়বা উৎলী।[৩]

মণিপুর ষ্টেট কোনষ্টিত্যুশন এক্ট ১৯৪৭ কী সেকশন নং ৫৮ শুবদা ইরিঃ *The court language of the state shall be Manipuri or English.*[৪]

হৌজিকসু লৈঙাক্লোনগী থৌরম খুদিংদা মতাং মতাংগী ওইনা মণিপুরীগা ইংরেজী লোনগা নাক য়েৎ ওইনা শীজিন্নরি। সাহিত্য একাদেমী ওফ ইন্দিয়ানা খৃঃ ১৯৭১ দা মণিপুরী লোনবু মেজর ইন্দিয়ান লেঙ্গুয়েজ অমা ওইনা শক খঙবিখ্রে, লোয়নন‍া একাদেমী অসিনা মণিপুরগী শক্লাইবা অইবশিংদা চহীগী ওইবা মনা-মথুম পীরি। ওল ইন্দিয়া রেডিওনা য়ারবা লোন অমা ওইনা ইম্ফাল ষ্টেশনগী অপুনবা থৌরমগী চাদা ৭৮ গী চাংদি লোন অসিদা শন্দোক্লি। হৌজিক মণিপুরী লোন অসিদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট তম্বা অমসং পরিক্ষা থাবা য়াবতা নত্তনা এম. ফিল *(M.Phil)* অমসুং পিএচ ডি *(Ph.D)* গী থেসিস কয়া পুথোকখ্রে।[৫]

**মণিপুরীনা য়াওরিবা লোন কাঙলুপঃ**

মণিপুরী লোনবু নৈনরম্বা নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিং, ডাক্তর কোনৌ, হোগতোন হোগসন, ডাঃ গ্রিয়রসন, মেক্কুলোক অমসুং হদসননচিংবা অমসুং মখোয়গী মতুং তারকপা হৌজিক ফাওবগী মণিপুরী লোনবু নৈনরিবা অয়াম্বা মীওইনা লোন অসিবু সিনো-টিবেতান শলাই লোনগী মশা টিবেতো-বর্মনগী ফুরুপ্তা থম্মি। মসিদগী অমুক মচা তানা কুকিচিন কাঙলুপকী মনুংদা থম্মিঃ

> *'We owe to the labour of Dr. Griarson and his colleague Dr. Konou, the definite classification, of the dialects spoken in Manipur State... We may first say that it belongs to the Tibeto-*

৩। *Ibid., p.39*

৪। *Manipur State Constitution Act, 1947, p.10*

৫। মণিহার, ওপ,সিট, লাঃ ৩১

*Burman group of languages, In the first place it is assigned to the Kuki-Chin group, differentiating it from the Bodo, Naga and Kachin group while in regard to the other dialects (Northern Chin, Central Chin, Old Kuki Southern Chin) which for old associations sake, are assigned to the same group it occupies a distinct and separate position.*[৬]

অদুমকপু গ্রিয়রসন্না বাক্‌ম অমদি মখা তানা পল্লমইঃ

*'Meithei has preserved some traces of a more ancient stage of phonetical development. It sometimes agrees more closely with Burmese and even with Tibetan than with Kuki Chin languages proper.*[৭]

মহাককী বারোল অসিদা মণিপুরী খোন্‌থোক চাওখৎলকপসি (কুকি চিনদগী) হেন্না লিরবা য়াওল লৈপ্রে। মৈতৈলোন (মণিপুরী) গা খরদং মান্নরিবা বর্মিজ অমসুং টিবেতান লোননা কুকি চিন কাঙলুপকী লোনশিংদগী করিগুম্বদা হেন্না চুশিন্নরকপগুম তৌই হায়বসি মহাককী মত অসিনা উৎলি। মৈতৈলোনগা অতৈ কুকি চিন লোনগা হীরম কয়ামুক্তা খেন্নবা লৈ হায়বসি মহাক মশানসু মখা তানা ইথরিঃ

*Meithei, the chief language of Manipur, differes from the other Kuki-Chin languages in so many points that it must be classed as a separate sub-group.*[৮]

ডাঃ গ্রিয়রসনগী অকোনবগী মত খরসিনা তাকপদি মৈতৈলোনবু মহাকনা অশেংবা কুকি-চিনগী লোন অমনি হায়বগী মহুত্তা তোঙানবা কাঙলুপ মচা অমা ওইনা থম্বা পাল্লি।

(ক) মণিপুরীগা অতোপ্পা লোনশিংগা লৈনবা মরীঃ

তিবেতো-চাইনীজ (সাইনো-তিবেতান) লোন কাঙলুপকী মরী অসি

৬। T.C. Hodson, The Meitheis, 1975, Delhi, p. 155
৭। G.A. Grierson, Linguistic Survey of India: Vol. III, Part III, p.8
৮। Ibid

বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা নৈনদুনা পুথোকখিবা মতম অসি ইকুই কুইদ্রি। বি, এচ. হোগসননা খৃঃ ১৮২৮ দা অহৌবা ওইনা পায়খৎলম্বা থবক অদুগী মতুংইন্না ডাঃ জি, এ, গ্রিয়রসননা মণিপুরী লোন অসি তিবেতো–বর্মন লোনশিংগী মনুং চল্লি হায়না শেংনা উৎলম্মি, মহাককী মততিঃ

*If there is one principle that is universally accepted as comparative philology, it is that languages must be classed according to their grammar. Vocubulary along is but anuntrustworthy guide.*[৯]

মখাগী নিয়ম খর অসিনা মণিপুরীগা মথককী লোন কাঙলুপ অসিগা গ্রামারগী ওইবা নক্লবা মরী খর উৎলিঃ

*'In the first place, Meithei has affinities with Burmese, especially in regard to the following points, the second personal pronoun and adjective, prefix, while it agrees with Tibetan rather than with Burmese as in the case of the suffics. Pa which exercises almost all the functions of the corresponding Tibetan suffix'.*[১০]

মণিপুরগী প্রিফিক্স বর্মীজগী প্রিফিক্সকা মান্নরিবসি মরুওইনা এডজেকটিভেল প্রিফিক্স 'অ' নিঃ

*Thus we find the same law prevailing in spoken Burmese and in Meithei, according to whcih initial hard and soft consonants are interchanged in such a way that the soft consonants are used after prefixed words ending in vowels and nasals, and the hard ones after consonants, to take one instance from Meithei, the suffix usually added to adjectives, relative, participles etc. is pa or ba; thus a-pha-ba (good); a-wang-ba; a-rap-pa; (far).*[১১]

---

৯। *G.A. Grierson, Linguistic Survey of India: Vol. I, Part I, p.40*

১০। *T.C. Hodson, The Meitheis, 1975, Delhi, p. 155*

১১। *Grierson, op. cit, p. 44*

তিবেতো-চাইনীজ লোনশিংগী ওইনা অয়াম্বনা মান্নবা ৱাহৈগী শরুক খরম মণিপুরীগসু মান্নবা লৈ, মদুদিঃ

(ক) ৱা, ঙা, শা, থা, মীৎ পাউ, চে, মৈ, শীং অমসুং নুং অসিনচিংবা

(খ) মশীং থীবগী মনুংদা মরু ওইনা অনী অমসুং মঙা

(গ) হকচাং কয়াৎশিং মরুওইনা মায়, মীৎ, শম, না য়া

(ঘ) ভার্ব খরঃ শি (বা), হায়(বা), ফ(বা) অসিনচিংবা[১২]

কাঙলুপ অসিগী ওইনা মান্নরিবা ৱাহৈশিং অসি অয়াম্বনা মাত্র (মোনো-সিলেবীক) গী ওইবা ৱাহৈশিংগিনীঃ তিবেতো-বর্মন লোনশিংগী ৱাহৈগী শক্তমদি অসুম্না ওইঃ

*Tibeto-Burman languages are generally protrayed as isolating 'monosyllabic' languages in which words are classified according to syntactic function rather than according to the affixes that can or must occur.*[১৩]

অসুমনা মান্নবা মওং অসিদা খা-নোংপোককী লোনফম (লিঙ্গুইস্টীক এরিয়া)গী লমখৈ ফাওবনা অৱাং-নোংচুপকী শরুক্কীদগী হেন্না চুশিন্নৈ। মসিনা ভার্বকী মওং (পারাদিগম)শিংগী চয়েৎনবা মরক্তা পম্মককী ওইনা থাজবা য়াবা মান্নবা শক্তম্নি।[১৪]

তিবেতো-বর্মন কাঙলুপকী লোন ঙাঙবা মীশিংনা হৌজিক হিমাচল প্রদেশ নেপাল, ভুতান, আসাম, মণিপুর অমদি অৱাংথংবা বঙ্গালদা লৈ। কাঙলুপ অসিগী মরুওইবা লোনশিংদি মৈতৈ, কাচিন, নাগা, গারো, বোড়ো, লোলো কুকি-চিন, লেপচা অমদি নেৱারী অসিনচিংবনি। ভারত্তা লাকখ্রবা মতুংদা মখোয়গী লোন

---

১২। *G.A. Grierson; Linguistic Survey of India, Vol. III, Part I, p.2-3, also part III, p.17*

১৩। *Austine, Research on Tibeto-Burman Languages, Mouton Publishers, 1982, p.53*

১৪। *Ibid*

অমদি মনাত্তা অস্ট্রীকশিংগী ইথিল চঙলকখি। অদুগী মতুংদা মখোয়না দ্রাবিড় অমসুং আর্য্যশিংদা ইথিল চঙখি। ভারতকী তন্ত্র শাস্ত্র, ঙা ফানবা লাং রা-উগী য়ুম মচা অমদি উপু শাবা ফেটা (ফৈজোম খ্বাংলাক) অসিনচিংবা কাঙলুপ অসিদগী লৌখি। হীরমশিং অসিগী রাহৈ খরসু হিন্দী অমসুং পঞ্জাবীনচিংবা লোনদা লৌশিনখি।[১৫]

**ইন্দো-এরিয়ানগা লৈনবা মরী:**

অরাং-নোংপোক ভারত্তা মণিপুরগা য়ুল্লোম্নবা লৈবাকশিংদা লৈবা-তোঙানবা জাতি কাঙলুপ কয়াগী মীওইশিংনা ইন্দো-এরিয়ান কাঙলুপতা অয়াম্বা পুনশিনখ্রবা মতুংদা মখোয়গী লোনসু আর্য্য লোন ওইরকখি। মরম অসিনা মখোয়গী লোন অমসুং সাহিত্য মশক নাইনা চাওখৎলকপা অসি থোইদোক্লা ঙনবা মতমগী ওইদে। মায়কৈ অসোমদা অইবা লোনগী মচাক লৈবা ইন্দো-এরিয়াগী লোনশিং মরুওইনা আসামী, বঙ্গালী অমসুং ওরিয়ানচিংবা অসিদা হান্না লৈরম্লবা দ্রাবীড়, অস্ট্রীক অমসুং মোঙ্গোলোইদনচিংবগী কাঙলুপ কয়াসু লুপখ্রে। মরম অসিনা নাকল অসোমদগী মণিপুরী লোনগী মৈহৌরোল অমসুং মরী মখোঙ থিবদা খুদোংচাবা রাংলি।

অরাং-নোংপোক ভারতকী মরুওইবা ইন্দো-এরিয়ানগী লোনশিং বাংলা, আসামী অমসুং ওরিয়ানা মশকনাইনা চোংথোরকখিবসি মণিপুরীগা য়েংনরুবদা নৌনা থোকই। আসামগী শক্লাইরবা পণ্ডিত দিম্বেশ্বর ন্যোগনা লোন অহুম অসিগী নক্লবা মরী অসিগী মতাংদা ডাঃ সুনী তিকুমার চাট্টর্জিগী মত অমা উত্তুনা ইরম্মি:

> *The three eastern most speeches of the great Indo-European family of languages, Assamese, Bengali and Oriya are closely linked with each other, in fact they are like uterine sisters within the family. A thousand or twelve hundred years ago, Assamese, Bengali and Oriya, virtually formed one single speech.*[১৬]

---

১৫। ভোলানাথ তিৱারী, হিন্দী ভাষাকা সংক্ষিপ্ত ইতিহাস, দিল্লী, ১৯৮১, লাঃ ৬

১৬। *Dimbeswar Neog, The Origin and Growth of the Asamiya Language, 1964, Gauhati, p.12*

য়ুরোন-চুবাংনা তাক্লম্বা মতুংইন্নদি খৃষ্টগী ৭শুবা শতাব্দী দা বেঙ্গলগী মফম পুম্নমক্তা মী অয়াম্বনা আর্য্য লোন ভাঙবা হৌরে। অদুগা নোংপোকলোমদা লোন অসিনা নোংচুপ আসামগী শরুক ফাওবা য়ৌশিনখি অদুবু মসিনা অরাং-থংবা ওরিসা ফাওবগী মীয়ামগী মরক্তদি শন্দোক্লমগ্রি। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী য়াৱোল অদুদা খণ্ডনিংঙাই ওইবা য়াফম অমদি কামরুপ্ত লৈবা মীওইশিংগী লোনদি ময়ায়থংবা ভারত্তা ভাঙনবা অদুদগী খর খেন্নরম্মি।[১৭]

বংলালোনগী মকওইবা মতমগী শরুক অহুম থোক্লা খায়দোকপগী মনুংদা অরিবা মতমগী শরুক অসি খৃষ্টগী শতাব্দী ১০দগী ১৩ ফাওবগী মনুংদা ওই। ময়াম চনবা বাংলাগী মতম্না খৃঃ ১২০০-১৬০০ নি। অনৌবা বাংলাগী মতম্না খৃঃ ১৮০০ দগী হৌরকপনি।[১৮]

আসামগী লোনগী অঙনবা মতমগী শরুক্তা, হৌজিক ফাওবদা ফংলিবা অরিবা সাহিত্যগী মচাকশিংগী মতুংইন্না সতাব্দী ১৪ দগীনা ১৬ ফাওবগী মনুং ওইনা তৌই। মযায়চনবা মতম্না শতাব্দী ১৭ তগীনা ১৯ হৌরকপা ফাওবনি। শতাব্দী ১৯ হৌরকপদগীনা হৌজিক ফাওবনা অনৌবা আসামীগী লোনগি মতমনি।[১৯]

পুম্নমক অসি য়েংনরবা মতুংদা লোনশিং অসিদগীদি মণিপুরী লোন্না মদোম চাওখৎচরকপসি য়াম্না হানবগী খুদম ফংলে। নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা, লোয়ম্বা শিনয়েন অমসুং পানথোইবী খোঙ্গুলনচিংবা মৈতৈগী অরিবা খুৎইশিংদা খৃষ্টগী অঙনবা মতমদগী হৌনা ঔগ্রী, নুমিৎ কাপ্পা, খেনচো, সনা৷ লমওক অমসুং অহোংলোন্নচিংবা মথং মথং শৈরেংগী সাহিত্যগী মচাক লৈরক্লে হায়বগী খুদম ফংই। মণিপুর তম্পাকক্কী মৈতৈশিংনা সতাব্দী ১৮দগী হিন্দু ধর্ম্মদা ওনশিনখববসু মনিপুরী লোনগী অমসুং সাহিত্যগী মহৌশাগী শক্তম মাঙহনবদি তৌখিদে। মতাং অসিদা ডাঃ গ্রিয়রসনগী মত অমা নীংশিংবা য়াইঃ

---

১৭। *Suniti Kumar Chatterjee: The Origin and Development of the Bengali Language, vol. I, 1970, London, p.78*

১৮। *Ibid, pp. 129-130, 134*

১৯। *Banikanta Kakati, Assamese, its formation and development, 1941, Gauhati, pp. 11-12*

*Although they (Meiteis) have become thoroughly Hinduism, they have not adopted any Aryan tongue Meithei is the official languges of the state which all the tribes have to use in their dealing with the rulers.*[২০]

অমরোমদা মণিপুরী লোনগী মফম অসি তিবেতো-বর্মন লোন কাণ্ডলুপকী মনুংদতা তরাই তরাইনা লেপ্পা য়াদবা নাকল অমসু লৈরি। মরমদি মণিপুরী লোন অসি য়াম্না ঙনবা মতমদগী হৌনা (ক) সাহিত্যগী ওইবা লোন অমসুং (খ) চুম্না ঙাঙন-শানবলোন অসুম্না অনী থোক্লা চৎনরকই।

অরিবা সাহিত্যগী ওইবা লোন অসিদদি তিবেতো-বর্মন লোনশিং অসিগী মফম চাউনা উদে। অসিগুম্বা সাহিত্যগী ওইবা লোন অসিদা হৌজিককী মতমদা খঙবা য়াৎলবা ঙাঙনখিদবা কুইরবা অরিবা য়াহৈ কয়া শীজিন্নদুনা ইবা খুৎইগী অঙনবা 'নুমিৎ কাপ্পা', 'পোইরৈতোন খুনথোক', 'ঔগ্রী', 'খেন্চো', 'অহোংলোন', তুতেংলোন্নচিংবা কয়াদগী চৎথরকপনা অখেঙবা খৃষ্টগী ১৮ অমসুং ১৯গী অরোইবা চহীচা ফাওবগী লাইরিকশিং 'তখেল ঙম্বা', 'শমশোক ঙম্বা', 'খাহি ঙম্বা' অমসুং 'চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা' অসিনচিংবা খুৎইশিং অসি ফাওবা সাহিত্যগী ওইবা লোন অসিদা ইনরকখি। অসিগুম্বা লোন অসিবু মমুৎতানা খঙদনা নৈনবগীদমক অথোইবা লিঙ্গুইস্ত ডাঃ গ্রিয়রসন্না মশাগী পেন্দবা ফোঙদোক্লম্মি মতাং অমদাঃ

*Our information regarding it is not very satisfactory. We do not know the dialects, and even the literary language which is based on the Imphal, has not been fully deal with.*[২১]

অসিগুম্বা মণিপুরী লোন অসিগী মহৌশাগী মওং কয়াদা ইন্দো-আর্য়ানগী লোনশিংগা নক্লবা মরী লৈ হায়না মত পীবা মৈতৈগী অহল্লোন পণ্ডিতশিংগী নাকল অমসু লৈ। শীংথাবা য়াবা পণ্ডিতশিংদি-অতোম্বাপু শর্ম্মা, দব্লু. য়ুমজাও, কালাচান্দ শাস্ত্রী অমসুং আর. কে. ঝলজিৎনচিংবনি। অহানবগী পণ্ডিত অনী

---

২০। *Grierson, op. cit, p.8*

২১। *G.A. Grierson, Linguistic Survey of India, Vol. III, Part III, p.8*

অসিনা বৈদিক সংস্কৃততগী হৌনা নক্নবা মণিপুরী ৱাহৈ (তুবী, অরং(বা), ঈম, ঈ, ঈরাৎ) অমসুং মতুং তারকপা ইন্দো আর্য়ান কাঙলুপকী ৱাহৈশিংগা মণিপুরী ৱাহৈশিংগা নক্নবা, লৌউ-শিংউবদা চঙবা পোৎ-চৈগী মমিং (ষণ, লাঙ্গোন, লৈ, মরু অমসুং লৌ) অসিনচিংবা কয়ামরুমদা চাংদম্নদুনা উৎলম্মি।[২২] পণ্ডিতশিং অসিনা মণিপুরী লোন তম্নদা সংস্কৃত ব্যাকরণদা য়ুম্ফম ওইদুনা মান্নবা মশক উৎনবা হোৎনরম্মি। নাউন, ভার্ব, এদজেক্তিভ, ভোইস, তেনস, প্রিফিক্স, সফীক্স, কেস এন্দিংস অমসুং সমাসনচিংবগী মতাং কয়াদা নক্নবা মরী কয়া উৎলী।

আর. কে. ঝলজিৎনা মহাককী ৱারেং খরদা মণিপুরীগা সংস্কৃত অমসুং মসিগী লোনথৈশিং-পালি, প্রাকৃত, হিন্দী, বাংলা অমসুং আসামীনচিংবগা মান্নবা খোনথোকলোন, ৱাহৈ পরেং খুৎশেম অমসুং কেস এন্দিংসকী মশক উৎলী। মহাক্কী মত্তা অরিবা মণিপুরী লোনগৈ অসি মাত্রা ২।২ (পোলিসিল্লেবীক) না শাবা ৱাহৈশিংনা মপুং লেপ্পনি। তিবেতো-চাইনিজ লোন কাঙলুপকীগুম্না মোনো সিল্লেবীক ওইদে। অসিনী।[২৩] খুদম ওইনা হায়রবদা মথক্তা উৎখিবা মান্নবা ৱাহৈশিং অদুগী মহুত্তা মথংশীৎনা - কোংয়াং (ৱা), লেমলৈ (ঙা), য়ারৌ (শা), লোইদাম (থা) অমসুং নমু (মী) অসিনচিংবা মহুৎ লৈ।

বেদদা শীজিন্নবা সংস্কৃততগীনা হৌজিক হৌজিক শীজিন্নরিবা ইন্দো-অর্য়ান লোন ফাওবা তক্কুনা থীবদা মণিপুরী ভোকেবুলারীগি অয়াম্বা শরুক্তি আর্যালোন্দগী লাকপা ওইগনি হায়বসি মহাকী অনীংবনি। মোঙ্গোলোইদশিংগা আর্য্যা লোন ঙাঙবা মীশিংগা তিন্নখিদুনা হৌজিককী মণিপুরী জাতি ওইখি হায়বসি লোনগী মীয়েংদগী প্রমান পুথোক্লবা হোৎনৈ।[২৪]

তশেংমকসু মণিপুরদা জাতি কয়াগী তিন্নফম ওইখিবা অমসুং মসিগী লোন অমসুং মনাৎ (কলচর) তা ফংলিবা অপুনবা শক্তম অসিগী মতুংইন্না

---

২২। *W. Yumjao Singh, General remarks on the Manipuri Language, pp.1-20*

২৩। আর. কে. ঝলজিৎ সিংহ, মণিপুরী লোন্দা আর্য্য লোনগী প্রতাপ', মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, মণিপুরগী মরমদা ৱারেং, ১৯৮২ অমসুং মণিপুরী লোন, সাহিত্য, ৯৪ শুব মশীং, ১৯৭১

২৪। ইবিদ

নোংপোক্তগী নত্রগা নোংচুপতগী নাকল অমমমতদা য়েংবা মীৎয়েংদদি মণিপুরবু মপুংফানা উবা ঙমদে। য়াম্না ঙনবা মতমগী মণিপুরগা আর্য্যশিংগা ফাওনবা লীক্লমদু ইতিহাসনা উত্তে হায়দুনসু অরিবা লোন অমসুং মনাৎতা ফংলিবা খুনাম অসিবুদি থওইদবা য়াদে। মণিপুর, পীকচরবসু য়ুম্লোন্নবা লৈবাক বর্মা অমসুং অসামনচিংবগী লোন, সাহিত্য অমসুং ময়েক্লচিংবদা তুংইল্লকপা ওইখিদে মাঙজিন থাবা ওইরকই। হৌজিক ফংলিবা মণিপুরী লোন, সাহিত্য অমসুং মনাৎকী মরল অসিদি খাংউথক্তগী হৌবা জাতি অমগী অতেনবা পুনসিনা ফংবা ওইথোক্তে। মান্নদবা মচু হীগোককা নাপুগা পুল্লগা অশংবা মচু ওনবগুম কাঙলুপ অনীনা পুল্লগা মশাগী মশক লেপখ্রবা লোন অসিবু নাকল অমমমতগী মীৎযেংদগী মশক লেপ্পদগী তোঙানবা মতশিং থোরকখিবনি। মণিপুরীদি আসামী অমসুং বাংলাগুম্ন আর্যা পুমওন ওনখিবা অদু নত্তে, আর্যা মোঙ্গোলোইদগী ওইবা মদোম শন্নাইরবা লোন অমনি।

**লোন অসিগী ময়েক চাওখৎলকপাঃ**

মৈতৈলোন (মণিপুবী) অসি ইননবগীদমক মৈতৈ ময়েক হায়না খঙনদুনা মশাগী অবিবা ময়েক লৈজরকই।

মণিপুবগী সনা কোনুংগী পণ্ডিত ওঝা সরাং পণ্ডিতনা ইবিরম্বনি হায়না দাক্তর জি, এ, গ্রিয়রসন্না সম্পাদন তৌদুনা কলিকাতাদা ১৯০৪ দা ফোঙবা লিঙ্গুইস্তীক সর্ভে ওফ ইন্দিযা, ভোল্যুম থ্রি পার্ট থ্রিদা মৈতৈ ময়েককী মশক উৎলি। অসিগুম্বা মৈতৈ ময়েক অসিগী হৌরকফম অমসুং করম্বা মতমদগী চাওখৎলকপগে হাযবসিদি লেপ্পবা লুনা থোক্লি।

মৈতৈ ময়েক হৌরকপগী মতাংদা অরিবা খুৎইগী মতুংইন্নদি দেবনাগরী ময়েকপু ঈশ্বরনা পীনরকপা দান অমা ওইনা নীংনবগুম মৈতৈ মযেক অসিসু লাইনা শেম্লম্বনি হায়না থাজনবা লৈ। ময়েককী মরম তাকপা 'ময়েক লাইশক খঙব'দা ইবিবদি (লেংমঙা মঙাগী) ময়েক পরেং তরেৎ থোকপগী মকোকথংবা ময়েক মপী তরেৎ অসিনা চয়োল তরেৎকী মহুৎশিনবনি। ময়েকশিং অসি 'নীপা', নুপী', 'ফৈদা' অসুম্না অমুক খায়রি। অদুগা ময়েকশিং অসিগা কোন্নবা লাইসু লৈ। 'ক' দি লাইস্নানে, নুপীনে, 'ও' দি ফৈদানে অশীবনে অসিনচিংবা। 'ক' দগী 'ক্ষ' ফাওবা ময়েক কুনথ্রামঙা অসিনা পরেং শারগা 'অঞ্জি' না হৈরু ওই।

অঙ্গিগী মশক তাকপদা অসুম্না ইঃ 'অহানবা থোকপা ময়েক্তি মচীন লুকএ, মনম হুল্লে, মমায় হাইগৎলে, কোলোয় মমিং থোংদি অঙ্গি কৌএ।'[২৫] মৈতৈ ময়েক্তা স্বর ময়েকশিংগী মনুংদা 'অ' না মপুং ওইনা লৈরম্মি অতৈ স্বরগী ময়েক্তি 'অ' দা চৈতপ তপ্লগা শেন্নবসু অরিবা খুৎইদদি অয়াম্বনা ই, উ খোনথোক অসি ব্যঞ্জন ময়েক য় অমসুং ব দা মখোয়গী চৈতপ তপ্লগা ফোঙদোকপা তোয়না থেংনৈ। খুদম ওইনা–' পমেল বুখোঙ পায়না নিংনাংনা খোংলাপাতি নিংপা চয়মা পানাতি চয়মা হৌয়ে ... য়ীংঙা কুমহৌরে।[২৬]

অরিবা মতমদা গ, জ, দ, ব করিগুম্বদনা 'র' খোনথোকশিং অসি লৈরমদবগুম তৌই।

> *Pronunciation k,t,p and ch are in the old manuscript generally written instead of g, d, b, j respectively, and the same is also often the case in modern writing.*[২৭]

অতৈ লোনগী ময়েককা লৈনবা মরী

মৈতৈ ময়েক্কা অতোপ্পা লোনগী ময়েকশিংগা মরী লৈনব্রা হায়বগী মতাংদা চয়েৎনবা কয়া লৈরি। ডাক্তর গ্রিয়রসন্না মতাং অমদা ইরিঃ

> *Mr. Damant is of opinion that the old Manipuri alphabet was introduced from Bengal in the reign of Charairongba who florished about 1700 A.D. There are no traces of the existance of writing in Manipur before that time.*
>
> *Accoring to Mr. Hodson, local tradition declares that the art of writing was acquired from the Chineses who came to Manipur about 1540 A.D.*[২৮]

২৫। ময়েক লাইশক খণ্ডবা (অরিবা খুৎই), ফংফম – এন. খেলচন্দ্র সিংহ, ইম্ফাল
২৬। মোইরাংথেম নরেন্দ্র সিংহ (সম্পা.), খোংচোমনুবী নোংকারোল, ১৯৬৫, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, লাঃ ৩২
২৭। *G.A. Grierson, Linguistics Survey of India, Vol. III, Part III, p.24*
২৮। ইবিদ, গ্রিয়রসন, লাঃ ২১

মথককী মতশিং অসিনা তাক্লিবদি মৈতৈ ময়েক অসি লৈবাক অসিদা চৎনরকপসি য়াম্না কুইদ্রিবগুম তৌই। অমরোমদা ময়েক অসি য়াম্না লিরবনি হায়বগী থাজবা য়াবা অতৈ মত খরসু পীনরম্মি–

> *The Manipuris possess a written character of their own, which seems a modification of Nagri. This character is said to be very ancient, only a few can write it.*[২৯]

অতোপ্পা মীৎয়েং অমদা "মীহৌরেল ৱাহৌরোল খণ্ডলবা প্রোফেসার কালিদাস নাগনচিংবনা 'মৈতৈ ময়েক' অসি অশোককী মমাঙদগী লৈরক্লবা কুইরবা ময়েক্নী হায়রি।[৩০]

মৈতৈগী ইতিহাসকী মতুংইন্নদিঃ "মোইরাংথেম শানোংগী কুম শোক ১৫০৮ (খৃঃ ১৬১৬) দা মৈদিংঙু খাগেম্বনা মৈতৈ লাইরিক থোকহন্দুনা তম্বা হৌএ।"[৩১]

চৈথাবগী মমিং য়াওরিবা কুম অসিদা মৈতৈ লাইরিক থোকহন্দুনা তম্বা হৌএ হায়রবনিনা মসিগী মমাঙদা ঙনখৎনা মৈতৈ ময়েক লৈরমফম থোক্লে।

মথককী ৱারেলশিং অসিগী মতুংইন্না লিরবা মৈতৈ ময়েক অসিবু চাইনীজদগী নত্রগা বাংলা ময়েক্তগী কোন্না চরাইরোংবগী মতম (খৃঃ ১৭০০) দা লৌখিবনি অসিনচিংবা ৱারেলশিং অসি থাজনিংঙাই ওইদরে।

বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েং অমদদি মৈতৈ ময়েক অসি ভারতকী লিরবা ব্রাহ্মি ময়েক্কী ফুরুপ্তা য়াওই। মরমদি মথক্তা পনখিবা ময়েক কাঙলুপশিং অদুদগী হৌজিক ফাওবদা খ্বাইদগী নকশিনবদি ব্রাহ্মি ময়েক্লা ওইরি।

২৯। *E.W. Dun, <u>Gazetteer of India</u>, 1981, p.26.*

৩০। থম্বাল অঙৌ সিংহ (সম্পা.)ঃ মৈতৈ ময়েক, তাং ২৯-১০-৪৭ ইংদা ফোঙখিবা <u>'পলেম'</u>, লাঃ ২

৩১। এল. ইবুংঙোহল অমসুং এন. খেলচন্দ্র (সম্পা.) <u>চৈথারোল কুম্বাবা</u>, ১৯৬৭, লাঃ ২৪

মৈতৈ ময়েকসু ওয়দগী হৌরগা য়েৎলোমদা লোইবা ব্রাহ্মিগী খুৎইগুম্না ইরিঃ

*The script in which all the other insccriptions of Asoka were written is known as Bramhi, and is written from left to right. It is the earliest form of Indian writings known to us.*[৩২]

মৈতৈ ময়েক ৩৫ গী মনুংদা মপুংওইবা খোনথোক ময়েক ক, খ, ঙ, চ, ত, থ, ন, প, ফ, ম, অ, য়, র, ল, ৱ, স, হ তরাতরেৎ অসিনা অঙনবা মতমগী খুৎইশিং (নুমিৎ কাপ্পা, পোইরৈতোন খুন্থোক্লচিংবদা) মরুওইবা খোনথোক ময়েকশিং ওইনা ফংই। অতৈ অহেনবা খোনথোক ময়েকশিং গ, জ, দ, ব, য, ধ, ভ নচিংবা ময়েকশিং অসিদি হিন্দু ধর্ম্মগী ইথিল চঙলবা মতমদগী অয়াম্বা উবা ফংলকই। অসিমক ভারতকী খোনথোক ময়েকশিংগী ইথিলদগী ফংবা ওইফম থোকই।

মতাং অসিদা ব্রাহ্ম অমদি অসিগী মনুংচনবা নাগরি নত্রগা বাংলা ময়েককী থোইদোকপা হৌরকফম অদু নৈনবা কান্নগনি।

ব্রাহ্মিগী মশা মরি থোক্লা লৈ। মসিগী শরুক অনী অমনা অৱাং-নোংপোক অমসুং অৱাংথংবা ভারতকী শরুক্তা শন্দোকখি। বাঙ্গালী ময়েক অসি খৃঃ ১৩০০ অদুৱাইদা অৱাং-নোংপোকথংবা ভারত্তা শন্দোকখিবা ময়েকশিং অসিগী মনুংদা অমনি। অত্রেপ্পা ময়েকশিং অদুদি ওরিয়া, মৈথীলি, আসামীজ, কৈথি, গুজরাতী, অমসুং বিহারী অসিনচিংবা কাঙলুপ অসিগিনী। মখোয়গী খুৎইগী নক্লবা মরী অসিগী মতুংইন্না শরুক অনী থোক্লা অমুক খায়দোকই। ওরিয়া, বাঙ্গালী, আসামীজ অসিনা নোংপোককী অমসুং মৈথীলি, বিহারী, কৈথি, গুজরাতী অসিনা নোংচুপলোমদা শন্দোকখিবা মশানি।[৩৩] ময়েক কাঙলুপশিং অসিগী তোঙান তোঙানবা ভোৱেলগী মওং লৈ। মৈতৈ ময়েককীদি মওং তোঙান্না লৈতে। হৌজিককী ৱার্ধ্য হিন্দীগী ভোৱেল 'অ' দা খুদম কয়ামরুম হাপচিল্লগা অতৈ স্বর ময়েককী তোঙানবা মশক পুথোকপগুম মৈতৈ ময়েককীসু মওং অসুম্না লৈ। মতাং অসিদা তিরেতান

৩২। *R.C. Majumdar & A.D. Pusakler, The History & Culture of the Indian People, 1951, London, p. 53.*
৩৩। *David Dirnger, Alphabet, 1975, Vol. I, p. 620.*

ময়েক্কসু নক্লবা মরী অসু উৎলি। লোন অসিগী ময়েক অসিগীসু ভোৱেল রুত অসুমনা অমত্তমক লৈ। অদুম অদুম ওইনমক ময়েক অতৈগী খোনথোক অমসুং ময়েককী মশক মওঙ্দা মান্নদবা কয়া লৈ। মরম অদুনা মৈতে ময়েকপু তিবেতান ময়েক্তগী লৌবনি হায়বসু মরম চাবা ৱাৎকনি।

অঙনবা মতমদা অৱাং ভারত্তা শন্দোকখিবা মশা অমদি 'গুপ্ত' নি। ঐখোয়না মসিবু কুপথনা য়েংশিনবা তারবদিঃ গুপ্তদগী অমুক পোকখিবা ময়েকশিংগী মনুংদা তিবেতানগী ময়েক অসি চাওরাক্লা খৃঃ ৬৩৯ অদুৱাইদগী হৌখিবনি, 'সিধমাতৃকা' ময়েক অমসুং 'সার্দা' ময়েকসু কাঙলুপ অসিগী মনুং চনবনি। ভারতকী খ্বাইদগী মরুওইবা লোন সংস্কৃতকী দেবনাগরী ময়েক অসি 'সিধমাতৃকা' অসিদগী চাউখৎখিবনি।[৩৪] অদুনদি মৈতে ময়েক্কা খর নক্লবা তিবেতান ময়েককী হৌফম 'গুপ্ত'গী কাঙলুপ অসিগা, অৱাং-নোংপোককী শরুক্তা শন্দোকখিবা বাংলা উরিয়ানচিংবগী ময়েক য়াওরিবা মশা অমসুং মৈথীলি বিহারীনচিংবগী ময়েককা নক্লবা নোংচুপকী মশাশিং অসিদগী হেন্না নকশিনফম থোক্লে।

ৱাহেংবম য়ুমজাওগী, খৃঃ ১৯৩৫ গী অর্কিওলোজিকেল রিপোর্ত অদুগী মতুং ইন্নদি মৈতে ময়েক অসি খৃঃ ৮শুবা শতাব্দীগী মাঙওইননা লৈরমফম থোকলে। হায়রিবা কোরি কোম্পাক অসিদা নিংথৌ খোঙতেকচা (খৃঃ ৯৯৪-৭৯২) না হিন্দু ধর্ম্মগী ওইবা পাউতাক কয়া মৈতে ময়েক অসিদা ইরি। ৱারোল অসিনা মতম অদুগী মৈতে সমাজদা হিন্দু ধর্ম্মগী ইথিল লৈরম্লে হায়বসি উৎলি। অদুম ওইনমক হৌজিক ফাওবগী ফংলিবা অরিবা খুৎই লাইরিকশিং অমসুং ঐতিহাসিক ওইবা থৌদোকশিংনা অসিবু লেপ্পবা য়াবা ৱা ওইনা শৌগৎলম্বদি উদে।[৩৫]

চাইনীজ ময়েককী মতাংদদি মৈতে ময়েক ইবগী মওং অসিগী মশক মওং অমসুং খোনথোক্লচিংবদসু পুংখেন খেন্নবা থোকই। চাইনীজগীদি ময়েক অমমম্মা ৱাহৈ অমমমগী মহুৎ শিনবনি। মদুগী মথক্তা চিনাগী ময়েক্তগী মৈতে ময়েক পোকখি হায়বা থাজবা য়াবা লীখুন অমত্তা মণিপুর ইতিহাসতা ফংদে।

---

৩৪। ইবিদ.

৩৫। সি. ঐচ. মণিহার সিংহ, 'দি মৈতৈজ', ওরিজিন এন্দ এফিনীতি, জর্নেল ওফ মণিপুর য়ুনিবর্সিতি, ভোঃ ১, নং ১, ১৯৮৪, ইম্ফাল।

বর্মীজগী ময়েকশিং অসিসু খা ভারতলোমদগী হৌরকফম ওইবনা মৈতে ময়েককা মান্নবা থোক্তেঃ

*The Burmese first adopted the script of the Monn and the first inscription in Burmese was discovered in 1058.*[৩৬]

মোনগী ময়েকশিং অসিদি খা ভারতকী ময়েকশিংদগী শেমদোকখিবনি অদুগা তিবেতানগী ময়েক অসিসু ভারতকী ওইবা লানছা *(Lansa)* ময়েক্তগী তমখিবনি।[৩৭]

## (খ) ইননবা মচাকঃ

মমাংঙৈগী মৈতে লাইরিক ইননবগী মচাকসু লৈবাক অসিদা শেমজবা ওইরম্মি। গ্রিয়রসন্না মসিগী মরমদসু অসুম্না পল্লম্মিঃ

*The Mss. are all written on a coarse, but very durable kind of paper, with pens made of bamboo; paper blackend with charcoal on which they write with a soapstone pencil is also used.*[৩৮]

মখাদা মমাঙঙৈদগী হৌনা শীজিন্নরকপা মৈতৈগী চে অমসুং মুক অসি করম্না শেন্নম্বগে হায়বগী মরম পীরিঃ মণিপুরদা শীজিন্নরম্বা অমসুং শীজিন্নবা তোক্লিবা লাইরিক ইননবদি আগরপাক অমসুং মৈতৈ চেনি। আগরপাক হায়বসি আগর উদগী শেম্বনি, মসি শেম্বদা আগর উদগী খোক্লগা শুম চাদনবা ফিজিগিরি (ফিটকিরি) নচিংবা লাক্নুনা মতম কুইনা চৎননবা শেম্মি। আগরপাক্তা ইবা মৈতৈ লাইরিক অরিবা শাগৈগী মৈহৌরোন্নচিংবা হৌজিক হৌজিকমক মণিপুরদা য়াম্না লৈরি। আগরপাক শীজিন্নবসি চে শাদ্রিঙৈদগী হৌরক্লবনী হায়নৈ। আগরপাক নত্তবা মণিপুরদা লাইরিক ইননবা চেসু শারম্মি। হৌজিকসু কনা কনাগুম্বনা মৈতে লাইরিক ইননবগীদমক মৈতৈ চে হৈনরি (শারি)। মৈতৈ চে অসি খর থারপ তৌই, মসি নান্নবা কাংখিন্না তকই। আগরপাক অমসুং মৈতৈ চে অসি লৈবাক অসিদা

৩৬। *Regional Le May, The culture of S. E. Asia, 1964, p.52.*
৩৭। *H.A. Jascluke, Tibetan Grammar, 1954 p.1*
৩৮। *G.A. Grierson, Linguistic Survey of India, Vol. III, Part III, p.21*

শীজিন্নরকপসি কয়া কুইরবগে হায়বসি চপ চানা মতম লেপ্পা বানা থোকলি। আগরপাক অমসুং মৈতৈচেদা নত্তনা কোনা মনাদা অমদি তেংনাদসু লাইরিক ইরম্বগী খুদম ফংই। হৌজিকসু তেংনাদা অমসুং কোনা মনাদা ইবা লাইরিক য়াম্না লৈনরি। মমাংঙৈদদি লাইরিক ইবদা শীজিন্নবা মুক মপান্দগী লৈনরমদে। মুকসু লম অসিদা লৈবা মীনা শেমই, মসিবু মৈতৈ মুক হায়না খঙনৈ। মৈতৈ মুক শেম্বদি মরুওইনা উদা শৌবা চা, তেংগালী, চেঙ, য়াওনৈ। মুক অসি শেম্বগী মওং কয়ামরুমসু লৈ।[৩৯]

ময়েক অসিদা ফংবা নুংদা হকপা লাইরিক অমসুং অঙনবা মতমগী খুৎই লাইরিকশিংঃ

মণিপুরী লোন অমসুং অঙনবা মতমগী খুৎই লাইরিকশিং কয়াবু চাওখৎনবা মমাঙঙৈগী মৈতৈ নিংথৌরোন কয়ানা হোৎনরকখি।

> *In conclusion it may be pointed out that there exists in Manipur a store of written records which apart from historical value, possess on ethnological importance as acording, unconsiously and unintentionally, remarkable evidence as the level of culture from whcih as yet a rich harvest to be gathered in and if the workers are few, their labour will be justified by its reward..*[৪০]

হৌজিককী মতমদসু মৈতৈ ময়েক্না ইবা অরিবা থায়নগী খুৎই লাইরিক কয়া মশীং নাইদনা মণিপুরগী মফম কয়াদা চাইনা পণ্ডিতশিংগী ময়ুমদা লৈনরি অমসুং শাগৈ শাগৈগী মৈহৌরোল য়ুমদাবা, য়ুমশেৎপসু ময়েক অসিদা ইনরি।

শতাব্দী ১৮গী মমাঙগী সংস্কৃত অমসুং বংলা লোনগী ইথিল চঙত্রিঙৈদা লৈরম্বা মরুওইবা মণিপুরী সাহিত্যগী মচাকশিংদি 'ঔগ্রী', খেঞ্জো, সনা লমওক, অহোংলোন, নিংথৌরোল, হিজন হিরাউ, অনোয়রোল, মৈ, লারোন অসিনচিংবা শৈরেংশিং অমসুং 'নুমিৎ কাপ্পা, পোইরৈতোন খুন্থোক, খোংজোম নুবী

---

৩৯। এন. খেলচন্দ্র সিংহ, <u>অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস</u>, লাঃ ৩১-৩২
৪০। *T.C. Hodson, <u>The Meitheis</u>, 1975, p.133*

নোংকারোল, থবানথাবা হিরান, নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা, তুতেংলোন, খাগেম্বা লাঙজে, শকোক লমলেন অমসুং নোংশাবা লাইহুই অসিনচিংবা বারী লাইরিকশিং অসি শীংথাবা য়াই। লৈশেমলোনগী ওইবা মরুওইবা লাইরিকশিংদি ‘লৈথক লৈখারোল, পুদিন, খাগেম্বা য়ুমলেপ, খম্নোই য়াংমোই অসিনচিংবনি। লম্মিংলোন অমসুং নিংথৌরোন লম্বুবা, খুমন কংলৈরোন, শেল্লোই লংমাইলোন, মোইরাং কংলৈরোন, চাদা লাইহুই, নুংলোন, চায়নরোল অমসুং শল কাও, অসিনচিংবা শীংথাবা য়াই।

নিংথৌরোলগী ওইনা মথাও চৎথদুনা ইনরকপা লাইরিকশিং ‘নিংথৌরোল লম্বুবা, চাদা লাইহুই, চৈথারোল কুম্বাবা অসিনচিংবা খর নত্তনা অতৈ মথক্কী খুৎইশিং অসি কনানা করম্বা মতমদা ইরম্বগে হায়বসি অয়াম্বনা তাক্লমদে।

মথককী লাইরিকশিং অসি নত্তবা, হিন্দু ধর্ম্ম লৌরবা মতুংগী শতাবদী ১৮ অমসুং ১৯গী লাইরিকশিংসু অয়াম্বনা মৈতে ময়েক্তা ইরম্বা মক্তনি। তাংকক অসিগী মরুওইবা লাইরিকশিংদি ‘লংকা কাণ্ড, উত্তর কাণ্ড, ‘শমশোক ঙম্বা’, ‘চোথে থংমাই পাখংবা’, ‘লাংলোন’, ‘সনামনীক’, ‘ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা’, ‘রাম নোঙ্গাবা’, ‘লাঙ্গোই শগোল থাবা’, ‘ভক্ত-চরীত’, ‘ঔবা ঙম্বা’, ‘খাহি ঙম্বা’, ‘থারোল’, অমসুং থবানমীচাক খেনচওলোন অসিনচিংবনি।

নুংদা হক্তুনা ইরম্বশিংগী মনুংদা শীংথাবা য়াবদি খোইবুদা য়ুংলম্বা মৈতে ময়েক্লা ইবা মৈদিংঙু কিয়াম্বা (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) গী সনা য়াথং ইবা নুং, হৌজিক মণিপুর সেন্ট্রেল ডিষ্ট্রিক্তা লৈবা কোনথৌজম লাইরেম্বীগী লাইকোল (লাইগী ইংখোল) দা লৈরিবা মৈদিংঙু চরাইরোংবা (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) গী হাক্তক্তা য়ুংলম্বা নুং, শ্রী পনচযুক্ত মার্জিৎ মহারাজ (খৃঃ ১৮৯৩-১৯১৯) না বাঙ্গোইগী মনাক থীয়াম লৈশাংথেমদা য়ুংবা নুং অমসুং পুলিস লেনগী মৈরম পাংবদা শ্রীযুক্ত নরসিংহ মহারাজনা শকাব্দ ১৭৩৫ দা য়ুংলম্বা নুং অসিনচিংবা পনবা য়াই।

মথককী অরিবা খুৎই য়াওবা নুংশিং অসিদা নত্তনা অতৈ মরুওইবা নুং খরসু হৌজিক ‘মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়ম’ দা উবা ফংলি।❑

**অহুমশুবা পন্দুপ**

# অঙনবা মতমগী লাইরিকশিংদা ফংবা ৱারেং অমসুং শৈরেংদা চৎনরম্বা লোনগী খোঙচৎঃ

তিবেতো-বর্মন লোন কাঙলুপকী মনুংদা মণিপুরী অসি থোইদোক হেন্দোক্লা মশাগী সাহিত্য মপুংফানা লৈবা লোন অমনি।

*Among the various Tibeto-Burman languages, the most important and in literature certainly of much greater importance than the Newari is the Meithei or Manipuri language.*[১]

মণিপুরী লোন ময়েক অমসুং সাহিত্য য়াম্না ওল্লিবঙৈ মতমদগী চাওখৎলকপনি হায়না ডাক্তর জি. এ. গ্রিয়রসন্নসু মতাং অমদা অসুম্না শীংথারম্মিঃ

*Manipuries are mentioned in the Shan chronicles so early as 777 A.D. probably owing to the fact that it has developed into a literary language, their form of speech gives the impression of possessing a peculiarly archaic character.*[২]

মণিপুরগী থায়নঙৈদগী চৎনরকপা অমা ওইনা সনা কোনুংগী অমাইবা (পণ্ডিত) লোয়শঙনা মমাংঙৈগী ওইবা পোৎশক অমসুং হীরম কুম্নাবু লীশিন ইশিন্দুনা চাওখৎনবা হোৎনরকই। মসিমক্লা লেখক অমসুং পণ্ডিতশিংবু মখোয়গী থবক অসিদা শিনফম ওইহন্দুনা মথৌ শঙলকখি।[৩]

---

১। *Suniti Kumar Chatterjee, Kirata-Jana-Kriti, 1974, Calcutta, p.157*

২। *G.A. Grierson, Linguistic Survey of India, Vol. III, Part III, p.8*

৩। গ্রীমসেস ওফ মণিপুরী লেঙ্গুয়েজ, লিটরেচর এন্দ কলচর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৭০, লাঃ ১৩

খ্বাইদগী ঙনবা, ঔগ্রী, নুমিৎ কাপ্পা, খেঞ্জোনচিংবা সাহিত্যগী খুৎশেম খরদি খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দীদগী হৌনা লৈরক্লবনি হায়নরি।[৪]

মণিপুরী সাহিত্যগী অরিবা মতমগী শরুক অসি খৃষ্টগী ১৮শুবা শতাব্দীগী মমাঙ ফাওবা মখে লেপ্পা য়াই।

হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা ইথিল লৈরবা মতম খৃষ্টগী ১৮শুবা শতাব্দীদগীনা ১৯শুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক ফাওবা অসিনা ময়ায় চল্লকপা মণিপুরী সাহিত্যগী মতমনি।

২০শুবা শতাব্দী হৌরকপদগীনা হৌজিক চৎলিবা মতমগী ফাওবনা অনৌবা সাহিত্যগী মতম ওইনা লেপ্পা য়ারি।

মথক্কী মতমগী পন্দুপশিং অসিদা লোনগী অরি-অনৌ হোংলকপা খেন্নবা শক্তমসু য়াওরি। অদুম ওইনমক ১৮শুবা শতাব্দী মতুংগী সাহিত্যগী পোৎথোক কয়াদা সংস্কৃত অমসুং বাংলাদা লৈবা রামায়ণ অমসুং মহাভারত, মহাকাব্য অনীসিদগী মরুওইবা মচাক লৌরবসু মতম অদুগী ইব্রাকমাশিংনা মশাগী লোন, লম অসিগী চৎনবী অমসুং উপমা শীজিন্নদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পরিং অমা কায়হন্দনা ঙাকপা ঙম্লম্মি। লোনগী মায়কৈদা তপ্না তপ্না নৌথোরক্তুনা লায়থোরক্তুনা মমৈদা বাংলা, সংস্কৃতকী ৱাহৈশিং লৈতেং ওইনা থেৎপা হৌরকলবসু অঙনবদা য়াংখিবা সাহিত্যগী খোঙচত্তগী থোইনা হাইদোকখিদে।[৫] অসিগুম্বা অরিবা মতমগী সাহিত্যগী খোঙচৎ অসি ময়ায়চনবা মতমগী অরোইবা শরুক অসি ফাওবগীনা হাইরপ মান্নবা মওংদা চৎথরকই। মমাঙঙৈদগী হৌনা চৎনরকইবা মণিপুরী সাহিত্যগী খুৎইশিং অসি ৱারেং অমসুং শৈরেং হায়না চাউরাক্লা অনী থোক্লা খায়বা য়াই।

অরিবা মতমগী খুৎইশিং অসিবু সাহিত্যগী পোৎথোক ওইনা শৈরেং অমসুং ৱারেং হায়না খায়দোকপা য়াবা চাউরাকপা পান্দম খরদি মখাগী অসুম্মনি।

৪। এন. খেলচন্দ্র, অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, লাঃ ২৫-৪৭
৫। সি, এচ. মণিহার সিংহ, 'অরিবা মণিপুরী শৈরেং', মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ৫১ শুবা চহীগী সাধারণ অধিবেশন, ১৯৮৬

সাহিত্যগী পান্দমদি নুংঙাইহনবনি, রস পীবনি, অরিবা মণিপুরী লোন্দা ইরমলিবা পুন্নমক শরুনবগীদমক্তি শৈরেংনি। ঈশৈগা শৈরেংগদি শাগোম্লনা চৎপা ময়ম্না মখোয়শিংসিদা ফজবা শৈরেংগী মচল ওইবা য়াবশিং কয়া ফংলি। শৈরেংগী মওং মাত্রা, ছন্দ, অসিনচিংবা পানগী শৈরেংগী কাওলোনশিংগী মচলশিং নত্তবদা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী অনীমক্তা য়ানরিবা শৈরেংগী গুণশিংদি ফজবা ব্রাহ্মেগী খোনথোক, মহৌশাগী নত্রগা মীওইবগী শক্তম য়েকপা উপমা অমসুং রূপক হায়বদি মরীক চুম্না অলংকার শীজিন্নবদনি। মায়কৈ অসোমদগী য়েংলগা মণিপুরী শৈরেংগী মশক খরা লেপ্পা য়াই।[৬]

অওনবা মতমগী শরুকতা (মথক্তা হায়খিবা) শীংথাবা য়াবা ব্রাহ্মেগী পাঙ্গল মপুং ফানা শীজিন্নবা শৈরেংশিং খরা লৌখৎপা তারবদা ঔগ্রি, খেঞ্জো, অহোঙলোন, মৈ, লারোল, অনোয়রোল, হিজন হিরাউ, নিংথৌরোল, কুমদমশৈ, য়াকাইরোল অসিনচিংবনি। শৈরেংশিং অসি মরী লৈনবা থৌদোককী মতাংদা অপাম্লনা থীনবা, শরুবগীদমক্তা লেংলম্বনি অমসুং মখোয় অসিগী মন্ত্রগী মশক ওইবা থোইদোকপা অকুপ্পা অর্থ লৈ। অওনবা মতমগী মণিপুরী শৈরেংশিং অসি মাওজীন থাবা ওইনা লৌনৈ। অমসুং অওনবা মতমগী শৈরেংগী শৈহৌফমনি হায়না লৌবসু য়াই। শৈরেংশিং অসি অয়াম্বনা য়াম্না ওল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা ঈশৈ ওইনা লাই হরাউবগী থৌরমশিংদা শরুরক্কে লোয়ননা লাই হরাউবগীতা নত্তনা অতৈ থোইদোকপা থৌরমগী ওইনসু শীজিন্নবা থেংনৈ।[৭]

অরিবা শৈরেংগী খোঙফমশিং (পরেংশিং) অসি ব্রাহ্মেগী তাংকক (সিল্লেবল) মশীং থীদুনা ইবসু থেংনৈ। করি করিগুম্বা মফমদা খোঙফম অমদা ব্রাহ্মে মঙানা তরুক্কা তরেৎনা নত্রগা নিপালনা শাবা য়াওইদি হায়ববু ব্রাহ্মেগী তাংকক মঙানা নত্রগা তরেৎনা শাবা শৈরেংনা খর নমনা চৎনৈ।[৮]

ঔগ্রীগী অহানবা পরেংশিংদা সিল্লেবল তরুক তরুক্কা শারগা খুদিংমক্তা অমমম খেন্নহল্লি অদুগা অনীশুবা শরুকশিংদনা সিল্লেবল নিপালনা শারগা খুদিংমক্তা অমমম খেন্নহল্লি।

৬। ইবিদ
৭। ইবিদ
৮। এন, খেলচন্দ্র সিংহ, অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, লাঃ ৫

ঔগ্রী ও কোম্লো
লমলেনমদা মদাইমদা
কংলৈয়োন্দা পুংময়োন্দা
য়োইময়াইবু তাউদনববু
তাউরোইনাইবু অঙানববু
মালেমখৈবু লংজখৈবু
সনাতোনবু খোম্মদোনবু
থবীলেংবু শেংগোইরেংবু
অপানববু চরংশেনবু
খোইবুং শেনবু নোংশাবা মৈবু
নোংপোক লৈমা চাবু।

ঔগ্রী

নুমিৎ কাপ্পা অমসুং ঔগ্রীদগী মৈতৈরোন অরিবদা নুমিৎপু করি করি মিংথোল্দুনা লৈশি লৈথোন্নরম্বা হায়বদু মথককী অসুমনা খঙবা ঙম্মি। নুমিৎকী মিংথোলশিং অসিদা লংজখৈ, চরংশেন অমসুং খোইবুংশেন হায়বা মিংশিং অসি মতুং তারকপা অরিবা খুৎইশিংদা পংথেং থেংনবা উদে। নুমিৎপু মিংথোল কয়ামরুমনা শৈথানবা অসিগুম্না মৈ, নোং অমসুং লানচিংবা মহৈশাগী পোৎথোক কয়াবু মিংথোল কয়ামরুম্না শিংথাবা উরি।

'চকমোম খাম্বী মৈত্রেং রাবা
মৈশুৎ মৈবা মৈ। তেক তেক থৌদু মৈ
কম্বী নাউরৈ খুনা খোইজু তোলোং মৈ
লৈখাম রাইমা মৈ, শরাংয়ুফৌ মৈ'

–মৈ

'কৌবা কৌনু নোংও লোইজিং লোয়া নোংও
ইরেং ইখম নোংও থাংজিং কোয়রেন নোংও
ব্রাংব্রেন খানা চাউবা নোংও,
শম্বুম মহারাবা নোংও'

–নোংলাউ ঈশৈ

ঔোবী লা ঔোবলা
লা মুন লা
পুনুং চংবী লাফেলাকপা
চামলৌ লাবু লৈয়ে।

–লারোল

মিংথোলশিং অসিনা শৈরেংগী খোঙফম শেম্বদা খুদোং চাবগী মতিক ৱাহৈ অমসুং লোনগী মরাং কায়বা শক্তমবু উৎলি। অসুমনা মপালগী লোন অতৈগী ইথিল ইচঙ চঙদনা অরিবা অরুবা ৱাহৈ কয়া শীন্জিন্নদুনা মনুং থুপ্ন (প্রমান পানথে ওইনা) পুবা লোনগী ঈচেলনা অর্থ মান্নবা ৱাহৈ কয়াবু তানথা নাইন্ন বিভক্তি কয়া হাপ্তুনা শৈরেংগী মশক শেম্মি।

খেনচোরে খেনচোরে
খেনচো লাংমৈ খেনচোরে
অচি চিরোং চিচিরোং
হামেঙ খেনচো মখেনচো
খুয়োন ও লৈখোঙ কায়
মোরিও লৈরাম্বী।

– খেনচো

ঔগ্রী অমসুং খেনচো অসি মৈদিংঙু কোনথৌবা (খৃঃ ৫৬৮–৬৫৮) না মৈতৈ কংলৈদা পাল্লিরিঙৈদা মজাইবুংঙো নাওথিংখোংদা লুৱাং গুরু পুনসিবনা তম্বিখিবদা য়াওরবা লিরবা শৈরেংশিংনি।[১] শৈরেংশিং অসিদা য়াওরিবা ৱাহৈশিং অসি মমাংঙৈদগী হৌনা মীরোল কয়া লান্দুনা হৌজিক ফাওবগী লাই হরাওবদা শরুরবসু তরাই তরাই খঙবা ঙমদব্বা অরুবা পাউখোংগুম লৈরি।

**অঙনবা মতমগী শৈরেংশিংঃ** সনা লমওক, য়াকৈ ঈশৈ, অহোঙলোন, খোইচু লমবোক অমসুং খোংচিংলোন্নচিংবা খরদি লোয়ম্বা (১০৭৩–১১২১) নিংথৌগী

৯। এন, খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা, লাঃ ৬২

মতমদসু শক্লরম্রে।[১০] শৈরেংশিং অসিদি ৱাহৈ তাংকক্রোমদা য়েংদনা ৱাহৈ—ৱাতা চানা লেংবা শৈশক্কীনি।

মোংবা থাঙজা য়্রিমজাউ লৈমা ফাবী না
লাইরেল ইনোং য়াই নঙদি
লাঙ্গোই শয়াংথক্তা করিগী লাকতরোই
নোংথোইরাকো লাকশক ও

– সনা লমওক

'য়াকৈবা' অমসুং 'অহোঙলোন' নচিংবা শৈরেংগী শৈশক্তা খোঙফম অমদা ৱাহৈ তাংকক তরেৎ তরেৎনা শাদুনা শৈরেংগী ৱাহৈ তাংকক মরিশুবদা পোৎথাফম ওইদুনা শৈরেংগী নীংথিবা মশক উৎলি।

চীংঙু খোইমোম লাইয়িংথৌ
ইনুং ঙাল্লে য়াওল্লো
হাওরৈ নোংপোক পাংবদা
সনা চীংদোন পোক্তগী
মশেক মঙান লোয়ননা
মঙাং গুরু চাকৱায়রে
কোয়ৌ নোংদোল ঙাল্লক্লে।

– য়াকৈবা

লমলেনমদা হোঙনেম্বা
মদাইমদা হোঙনেম্বা
কংলৈয়োন্দা হোঙনেম্বা
খোয়মথৌবু হোঙনেম্বা
লায়িংথৌবু হোঙনেম্বা
(লাইরেনয়াইনা) ননোংয়াইনা হোঙনেম্বা

– অহোঙলোন

১০। খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ (সম্পা.), লোয়য়ুম্বা শিনয়েন, ১৯৭৫, লাঃ ২৩-২৪

অসিগুম্বা অঙনবগী শৈরেংশিংদা অর্থ মান্নবা ৱাহৈ (সিনোনিম) কয়া শীজিন্নদবা প্রমান পানথৈ ওইনা তৌবা ঈশৈগী খোঙফম নীংথিনা শেম্বা শৈরেং খরদি হৌজিক ঙাওন শক্লরিবা ৱাহৈগী শক্তমদগী পংহোং হোংবা উদে, লাইরেন্মা পাউশা, য়াকৈবা, পাখংবা লাংয়েনশৈ অমসুং কুমদমশৈনচিংবগী ৱাহৈগী শক্তম চম্না ফজে।

'খোইজু লমওক' কী শৈরেংদা লোনগী খোঙচৎ লুনা লৈ অমরোমদা 'হিজন হিরাউ' অমসুং 'লৌতা ঈশৈগী শৈরেংদা অর্থ মান্নবা অরিবা ৱাহৈ কয়া হাপ্লবসু চম্না ফজে।

চকশানুবী মশীংখং
নমান লুৱাং তপ্তে তপ্তোইবা
হাইনিংশাংনা শোনমোই য়াম্মে,
ঙাম্বানুপী পীখৎখিয়ে
খমদিংনুবীনা পীখৎখিয়ে

– খোইজু লমওক

পারি ইবুংঙো নঙবু
ইমানা অৱাং খাবা
উলেন হীবু চঙহন্দ
মালং নোংশীৎ য়েহন্দ
খাম্বী মৈশা লাংহন্দ
তল্লা চাউথোইবা নঙবু
নাউয়োকপদি শীংঙেন অরেম্বা
লৈরাং অতিংঙাবু ওইরেদো।

– হিজন হিরাউ

চীংঙু খোইমোম লাইয়িংথৌ
মালেম লৈশেম্বা নঙগা

X X X

খোইয়ম নতৈ ননাউনা
মালেম হৌঙেগী লৈগহৌঙেগী

হেয়ি ও

– লৌতা ঈশৈ

মথককী অরিবা শৈরেংশিং অসি চীনবুংদা মতম শাংনা চীনথাঙ য়ৈনা চৎনরকপা মরম্মা শৈরেংশিং অসিদা খোঙ্খোকলোনগী ওইবা অহোংবা (ফোনোলোজিকেল চেঞ্জ) থোইনা উদে। অঙনবা মতমদা কয়া শীজিন্নরমদবা সুরগী খোনথোকশিং ঈ, ঐ, উ, ঔ; লোয়ননা ব্যঞ্জন ময়েকশিং গ, জ,দ, ব য়াওবা ৱাহৈশিং অসি মীরোল কয়া লাচন্দনা চৎনরকপদগী শেমজিল্লকপা মওংনি, মপুং ওইবা শৈরেংগী খোঙচৎশিংদদি কায়বা নত্তে।

অঙনবা মতমদা শা উচেক খরবু খঙনরম্বা মিঙ্গৌ খর মতুং তারকপদা ওনখ্রবগুম শৈরেংদা ফংই।

নুংওক পাইপং মশেল খুপিং খুপাই মশেল
খৈরোই য়ুপেং মশেল, তিংশিৎ নাউশাং মশেল
হুইরিয়া লাইখোৎচাগা, শীংগং ৱাখাই য়াওনা
পিথিৎ পিথাং য়াওনা তোইবী তংক চনুগা
মপল লাইগা নোইতময়ে।

— অনোইরোল

অঙনবা মতমগী শৈরেংগী মশক ওইবা খুৎই কয়া ইথোকপা নত্রগা শিনদোকপা মতমদা ৱারেংগী মতৌগুম্মা চেনা খোন্না ইবা চৎনরকই। মরম অসিনা অসিগুম্বা খুৎইশিং অসি ৱারেংলা নত্রগা শৈরেংলা হায়বগী লেপ্লবদা চয়েৎনবা পোকই। অদুমকপু মশানা শৈরেংগী শৈহেক শৈদা অমসুং লৈতেং শাগোন্নবা খুৎইশিংদি পাবদা ঈশৈগী শক্তম লৈ। চেনা খোন্না ইরিবা খুৎইশিং অসি খরদি শৈরেংগী শক্তম শেমদুনা অচাবী খোঙকমদা অমুক হন্না ইরায় লায়না ইথোকপা য়াই।

অসিগুম্বা মওংগী শৈরেংগী নিংথিবা মশক অদু য়াওরমদ্রবদি ঐখোয়না ঙসি ফংলিবা শৈরেংশিং অসিগী ফজবা অমসুং ঈশৈ ওইনা শকপা য়াবগী গুণ অদু ফংলমলোইদবনি। অতোপ্পা ৱারী শৈরেং কয়াসু অসুক্না শাদোকপা য়াবগী মরম লৈতবা নত্তে, অদুবু লাইবক থীবদি মওং অসি থৌওইনা নত্রগা চৎনবী অমা ওইনা ঙাক্লবা হোৎনরমদে। মরম অদুনা তুংগী মীরোন্দা অঙনবা মতমদা ইরম্বশিং অসি শৈরেংলা নত্রগা ৱারেংলা হায়বগী চমম্লবা অমা তত্তনা পোকহল্লি।[১১]

১১। সি.ঐচ, মণিহার সিংহ, 'অরিবা মণিপুরী শৈরেং', মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ৫১ শুবা চহীগী সাধারণ অধিবেশন, ১৯৮১

অঙনবা মতমগী শৈরেংশিং অসি নৈনবগী শল্লপ্পা ৱারোইশিন ওইনা মখাগী মচলশিং অসিগা মরী লৈননা চাউরাক্লা খায়দোকপা য়াই–

(ক) **লাইনীং লাইশোল অমসুং লৈঘাক নিংথৌগী থবক্কীঃ** কাঙলুপ অসিদা শীংথাবা য়াবা ৱাহৈগী পাঙ্গল মপুংফাবা শৈরেংশিংদি ঔগ্রী, খেনচো, লাইরেম্মা পাউশা, অহোংলোন, অনোয়রোল, হিজন হিরাউ, নিংথৌরোল, কুমদমশৈ য়াকৈরোল অসিনচিংবনি। পনখিবা শৈরেং অয়াম্বা 'লোয়ম্বা শিনয়েন' অমসুং 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাব'দা অঙনবা মতমদগী শরুরকপগী খুদম ফংই।

(খ) অনীশুবা কাঙলুপকী শৈরেংশিংদি মহৌশাগী শত্তুম অমসুং মিংখৈরোনশিংনি। থারোল, মৈ, লারোল, নোংলাউশে, লৌতা ঈশৈ, চীংগোইরোল অমসুং লৈরোন্নচিংবদা নুমিৎ, থা, লৈ, নোং চীংনচিংবগী মহৌশাগী শত্তমবু মিংখৈরোল কয়াগা লোয়ননা উৎপনি। মিংখেরোলগী মওংদা নীংথিবা শৈরেংগী শত্তম কয়া লৈশেম নোংশেম্বা লাই অমসুং মায়গৈ ঙাকপা লাইশিং থাংজীং, মার্জিং ৱাংব্রেননচিংবগী লৈশি লৈথোনবদা ফংই। মঙাং, লুৱাং, খুমন্নচিংবা শলাইশিং শলাইশিংগী লাই ওইগ্রবা পুকোক (অপোকপা) শিংবু খুরুম্বগী শৈরোলশিং নীংথিবা শৈরেংগী শত্তম লৈ। অঙনবা মতমগী ওইবা মথক্তা পল্লিবা শৈরেংশিং অসি কনানা করম্বা মতমদা ইরম্বনো হায়বসি অয়াম্বনা তাক্লমদে। মরম অসিনা হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা ইথিল-ফংদ্রিঙৈ ১৮শুবা শতাব্দীগী মমাঙগী শৈরেংশিং অসিবু অরিবা মতমগী মাঙজিন থাবা অঙনবা শরুককী ওইনা থল্লিবনি।

**অঙনবা মতমগী ৱারেংঃ**

অঙনবা মতমগী খুৎইশিংদা অশেংবা ৱারেংগী ওইবা লাইরিক য়াম্না ফংদে। মথক্তা পনখিবগুম্না লামায়ে খোন্না শৈরেং অমসুং ৱারেংগী চয়েৎনবা শত্তমদা ফংবনা য়াম্মি। ৱারেংগী শরুক অসিদা অশেংবা ৱারেংগী ওইবা খূৎই অমসুং ৱারীদা য়ুম্ফম ওইবা শৈরেংগী খোঙচৎ মানবা ৱারেংগী খূৎই অসুম্না অনী থোক্লা চাউরাকপা খায়দোকপা য়াই। অহানবগী, অঙনবা মতমগী চপচাবা ৱারেংগী শত্তমদা 'পোইরৈতোন খুনথোক', 'কংলা হৌবা (অশাংবম লাইবা) অমসুং লোয়য়ুম্বা শিনয়েন, শীংথাবা য়াই অমসুং খর থেঙথরকপদা 'শল কাও' 'চায়নরোল', 'নুংলোন', 'থারোন' অমসুং 'চীঙ্গোইরোন্নচিংবা খূৎই কয়া থোক্লকই। ৱারীদা য়ুম্ফম ওইবা অঙনবা মতমগী খূৎইদা 'নুমিৎ কাপ্পা', 'তুতেংলোন', 'চেংলৈরোন',

'থবান থাবা হিরাল', 'খোংচোমনুবী নোংকারোল', 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা', অমসুং পানথোইবী খোঙকুননচিংবা লাইরিক্তা বারেংগী শরুক কয়াসু য়াওরি। অসিগুম্বা খুৎইশিং অসিদা মমাঙগী ঈশৈগী ওইনা শেম্বা শৈরেংগী খোঙফম তান, মাত্রা অমসুং ছন্দনচিংবগী নিয়ম থোইনা ঙাকপা তৌদনা বারেংগী মওংদা ইরি।

(ক) "শাচুম নিংথৌ লাইমৈরেম্পা ও নঙতী পানফুক পানফোই লওবু লাওতামানাপা অসিবু কনানো? সানুরা সাপারা, য়োমলোয়বা য়োমতাংলা পাওহংপাপু হোয়তা য়োমলোয়নে, য়োয়তাংনে অসুম পাউখুমখিয়ে। য়োমলোয় য়োয়তাংনরিরোই নাতিকনামেল মমনারিঙৈনে হায়রাপাতা হোয়তা চীংখোঙ পোইরৈতোনও সানু সাপানে য়িমোম য়িরুম নাউশংনে পারিতোনকোক লীবায়নে হায়না পাউখুমখিয়ে।"[১২]

(খ) "য়োইমায়াই তাউতনপা। মসাপী তাউহুইরেং অহনপাকি। লাংকোই মখুৎনেৎনে। পোংপারাচা ঐকি য়িতেননা পানপানে। হায়না পাউতাকলাপাতা খুরাই নোংচেংপম নাইচা। য়েকপা হাউতংলা। নমু পোংপারাচা অতনপানা পাউমেনখিয়ে।"[১৩]

(গ) 'পুকচাউ অসিগী মতম বাৎলি, ওকশঙ লৈনা শানা বাইরংবনা লৈথরক্কবা, বাংখৈ কৈতুবনা তুরক্কবা, খ্বাই হবাইবনা লৈথরক্কবা, য়াইস্কুল য়াইচাবনা চাশিনখিরবদা নোংয়ায় মতম্দা ঐখোয় অহন্মানে নিংথৌ নঙসুঙ য়াওনা নবুথৌগী মরেক মহাউ মচুম অয়াম্ববু হান্না শেংতোকখিগনি হায়না পুকচাউবু ওকশঙ শাদুনা থমলে।'[১৪]

বারেংশিং অসিগী বাহৈ পরেংগী মনুংদা লৈবা বাহৈশিংগী মথং মনাউদি হৌজিক্কী লোনগা অদুম মান্নে হায়না লৌবা ঙমই। পীরিবা বাহৈ পরেং অসিদা এডজেক্টিভ, সবজেক্ট, ভার্ব, এডভার্বনচিংবা হৌজিক্কীগা ফমফম ইখেন খেন্নদে। তৌইগুম্বসুং অরিবা বাহৈ খোম্থোক অমসুং য়েৎশিন্নবা বাঙাং পাউদমশিংদা ভোকেটিভ, দাইরেক্ট অমসুং ইনদাইরেক্ট নেরেসনগী মচা তাবা বাৎপনা বাহৈ পরেং অয়াম্বা তরাইনা খঙবা ওইথোকতে।

---

১২। মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ (সম্পা.), পোইরৈতোন খুনথোক, ১৯৭৯, লাঃ ৫৪
১৩। ও, ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), নুমিৎ কাপ্পা, ১৯৭৭, লাঃ ২০
১৪। কংলা হৌবা (অরিবা খুৎই) ফংফম এন. খেলচন্দ্র সিংহ, ইম্ফাল

অঙনবা মতমগী ৱাহৈ পরেংশিংদি অয়াম্বনা শাংই। অশাংবা ৱাহৈ পরেংশিং অসিদা ভার্বকী সফিক্স নত্রগা প্রাইমারী সফীক্স য়াওদবা রুতশিংনা মযৈ লোম্বা, নাউন নত্রগা এডজেক্তিভ ফ্রেজশিংগী সবওর্দিনেট ক্লোজশিংনা প্রিনসিপাল ক্লোজ অদু লোৎনা থম্লগা শেম্বা শৈরেংগী মশক মানবা অশাংবা ৱাহৈ পরেংশিং শেম্বগী চৎনবী লৈরকই, খুদম ওইনা অমত্তং পল্লবদাঃ "থোংলেন মিকৌরবসু য়াংলৌ লমদাং ইন্না সনাথোঙ য়ৌরবগা লাইজ ঈওনখোংদা তুবী মচীন ফু, লাইরেন মমায়তা, মখোঙ মনম শেংনা তৌরাং চীনফু ফক অমা তৈ, চৈরৈ ফিদা অমা শেম, লাইজা ঈরুফি অমা তৈ, থাংই চেংলৈ পামগী ফুরেন মঙাশু, খুজাই খোঙনাইবা অমা য়াও, কৈকন শল্লুং শঙদগী চৈরৈ ফিদা অমা তৈনা মেনাং তনবা খোঙকাননা চেঙজা নুংগোইবীগী কুচু মরক চৎনা য়োয়রেন পুংকাই পানা ক্যাং লান হৌরে।"[১৫] (নাউঃ ফমঃ কাঃ ৭৪)

মথককী ৱারেং মতেক অসিদা ফু, তা, তৈ, শেম, তৈ, শু, য়াও অসিনচিংবা ভার্বকী রুতশিংনা মযৈ লোম্বা ফ্রেজশিংনা শৈরেংগী খোঙফম অমমমগুম্না মরী থাংনদুনা অশাংবা ৱাহৈ পরেং অমা শেম্লি। অসিগুম্বা মখলগী ৱাহৈ পরেংশিংনা অরিবা সাহিত্যগী মপুংওইবা লোনগী খোঙচৎ ওইরি।

ঐতিহাসিক লাইনীং লম্বী অমসুং হীদাক লাংথক্লচিংবগী মরমদা কয়া সাহিত্যিক ওইফাত্তনা চম্লা ইরম্বা লাইরিক খরগী লোন্দাদি খঙবদা থোইনা লুনা থোক্কে, মরমদি অতোপ্পা লোনথৈ (ডাইলেক্টকী খেন্নবা) শিংগী অর্থ মান্নবা অরিবা ৱাহৈ পুংবা থোইনা হাপতবা সবজেক্ট, ভার্ব মফম চানা হাপ্পা অতেনবা ৱাহৈ পরেংশিংদা ইরম্বননি। মখল অসিগী খুরৎইশিংদা ইবা ৱাহৈ পরেং খর মখাদা উৎলি।

"হৌজিক্তি ৱারম অমা হায়গে তাও, মৈতৈ লৈমনা পোকপা সিজ অদুনা খুরাই লৈমা ওইরবা, খুরাই লৈমা অদুনা পোকপা অঙোম সিজ অতুনা অমরক মৈতৈ লৈমা ওইরবা অদুনা পোকপা নীপাদি সনামহি কৌই।"[১৬]

---

১৫। এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা, ১৯৬৭, লাঃ ৭৪
১৬। খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ (সম্পা.), লোয়য়ম্বা শিনয়েন, ১৯৭৫, লাঃ ৩০

"হৌজিক্তি লাংবাচক চংঙেগী ৱাবু হায়গে। লাংবাচক্কী মীদি মরেপ কাপ অমতা ঙায়রে, মানাদি হুমাই মরম পাকএ, খামেনবু কৌরোংশু না লাম্লজেয়ে।"[১৭]

হে পুকচাউ ইবিংঙোনা পোকলকপবু লাইরেন নাওফংবগীদমক পোকলকপনে। পুকনিং তপনা নীংশিংও।

– কংলা হৌবা।

মথককী খেন্নবা ৱারেংশিং অসিদগী খঙবদি অঙনবা মতমদগী হৌনা মণিপুরী লোন অসিগী মনুংদা চুম্নগী ঙাঙন শক্লবগী লোন হায়বা অমা অমসুং মাইচৌ ইৱাকমশিংনা শীজিন্নবা সাহিত্যগী ওইবা লোন অমা, অসুম্না মওং অনী চৎনরকপগী খুদম ফংলি। অহানবগী সাহিত্যগী ওইনা চৎনবা লৈতেং (অলংকার) না হেনবা মঙম শান্দবা শাংথ শাংথবা ৱাহৈ পরেংশিংগী খুৎই অসিদগী অকোনবগী সাহিত্যগী ওইফাত্তবা খুৎইশিং অসিনা হৌজিক ঙাঙন শক্লরিবা অসিগা চুশিন্ননা থোক্লি। সাহিত্যগী লোনগা চুম্না ঙাঙন শক্লবা লোনগা খেন্নবা অসিদি মমাঙঙৈগী অতৈ লোনগী সাহিত্যশিংদসু লৈরম্মি।

অসিগুম্বা অঙনবা মতমগী লোন অমসুং সাহিত্যদা য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগী অকনবা ইথিল চঙলম্বগী খুদম ফংদে। ইনাৎকী ওইবা ফিজেৎ চাকচা অমসুং শিনথা শিল্পমগী খুৎশু খুৎলাইনচিংবদসু অপীকপা লৈবাক অসিতগী ওইবা মওং অমদা চৎনরকই। শক্তম মান্নরবসু অতৈ মোঙ্গোলোইদ জাতিগী তিবেতোন, বর্মীজ অমসুং শ্যামিজনচিংবগীগুম্না ফিজেৎ (লুঙ্গি অমসুং পয়াগী তুপী), চাকচা অসিনচিংবা ম্যান্নরম্বগী খুদম ৱাৎলি। ঙল্লিঙৈ মতমদা ভারতকী লমদমদগী মণিপুর ফাওদুনা মোঙ্গোলোইদকী লৈবাকশিংদা শন্দোকখি থাজনরিবা বৌধ ধর্ম্ম শন্দোকপগী অকনবা ইথিল মণিপুরদা লৈতে। লৈবাক অসিতগী ওইনা চৎনরকপা ক্লাইনীং লাইশোন অমদি, খৃষ্টগী ১৮-শুবা শতাব্দীদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইহৌ লাক্লিবা মতম ফাওবদা চৎনরকখি। মরম খিবিক অসিনা অঙনবা মণিপুরী জাতিগী লোন অমসুং সাহিত্য চাওখৎলকপা অসিসু লৈবাক অসিতগী ওইবা তোপ তোপ্পা মচল অমদনি।

---

১৭। ভাগ্য সিংহ, য়েংখোইবা (সম্পা.), লৈথক লৈখারোন, ১৯৬৩, লাঃ ৩

**লাইরিকশিংদা ফংলিবা থোইদোকপা অরিবা ৱাহৈশিংগী শক্তম:**

অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী মাঙজিন থাবা "হয়িঙৈগী মতম্বু হয়া লাউনা তেংথাচরক্কে" হায়না ইৱাকমশিংগী শৈহৌদা লোন অমসুং খুৎইগী তোপ তোপ্পা মতমগী শক্তম অমা উৎলম্মি। শক্তম অসি থোইদোক্না লিৱবা খুৎইনি হায়না লৌনরিবা 'নুমিৎ কাপ্পা', 'পোইরৈতোন খুন্থোক', 'চেংলৈরোন', 'তুতেংলোননচিংবদা ফংই। করিগুম্বদা অথেংবা মতমগী লাইরিকশিং– 'নিংথৌরোল লম্বুবা', 'পান্থোইবী খোঙখুল' অমসুং 'চোথে থংৱাই পাখংব' নচিংবদা হয়িঙৈগী লোনগৈগী মচাক খর পীরম্বসু থেংনৈ।

মতম অসিগী ৱারেংগী শরুকশিংদা খোনথোকলোন (ফোনোলোজী) অমসুং ৱাহৈগী লোনগৈদা য়াম্না ঙল্লিঙৈগী হায়বদি হয়িঙৈগী মতম অসিদা অয়াম্বা ফংবা তোপ তোপ্পা শক্তম (ফীচর) খর উবা ফংই।

'হয়িঙৈতা য়িকাইপাপুতী অয়াকপা ও তৌনা কৌয়ে।'

'হয়িঙৈতা হল্লকপাপুতী তেরকপা ও তৌনা কৌয়ে।'

'হয়িঙৈতা লাইচা অথেনপাপু আশনপাও কৌয়ে।'

হয়িঙৈতা পাথৌ কৌপতি। য়িচুমাও কৌয়ে।'[১৮]

'হয়িঙৈদা মীবুদ্দি পোং কৌয়ে।'

'হয়িঙৈতা লাইচা অরুপপু অহকপা ও কৌয়ে।'

'লাইচা অথেনপাপু অপাপাও কৌয়ে।'

'হয়িঙৈতা অরুমপাপুতী অতুমপা কৌয়ে।'

অয়াংপাপু অৱাংপা তৌনা কৌয়ে।

'হয়িঙৈতা খোমজিন পৈচিলববু অয়াউবা কৌয়ে।'

অথৌবসুং অয়াউবসুং অয়াউবা কৌয়ে।

'হয়িঙৈগিদা থাংঙানা তেংথানা কমবোং

---

১৮। মোইরাংথেম চন্দ্রসিং (সম্পা.), পোইরৈতোন খুন্থোক, ১৯৭৯, ইম্ফাল, লা: ২৬–২৭, ৫৩–৫৮

ৱাহায়না নুংবুদি খেল ও কৌয়ে। মোইথাম্বুদি
মমোইৱেং ও কৌয়ে।
'হয়িঙৈদা লাইজ অরুববু অহকপা ও কৌয়ে।
লাইজ অথনববু অপাব ও কৌয়ে।
'হয়িঙৈদা তুবি য়োইনোংদাবু লৈনুং লোঞ্জা পাখংবা তৌনা কৌয়ে।'[১৯]
'লাহাননোং হয়িঙৈদা কেকেনা মীকৌনা মোইৱাংনা মীকৌনবদি উচেকপু সাৱাও কৌয়ে'।
'হয়িঙৈতা নুরাবুদি হৈত্তি ও কৌয়ে, পাখংবুনা থুমগাং ও কৌয়ে।
'থায়না নহাননোংদি য়্রি (ঈ)বু য়াইও কৌএ'[২০]
'হয়িঙৈদা হন্না য়েংবব্রুদি তেবা ও কৌই'[২১]
'হয়িঙৈতা লৈরাং অতিংঙাপুতি হো ও কৌয়ে'।
'হযিঙৈতাতি হামৈপু খেক ও কৌয়ে।'[২২]

অসুমনা অরিবা খুৎইশিংদা হেন্না লিবা ৱাহৈশিংগী ৱাহন (অর্থ) পীরমলিবা অসিনা তাকপদি মথককী অরিবা হায়বদুগী মথক্তা অঙনবা মতমগী লোনগী যাওল অমা লৈরমগনি হায়বগী খুদম অমনি। মথককী লিরবা ৱাহৈশিং অসিগী মশক অতোপ্পা ৱাহৈশিংনা শিনপ্রবসু নুংগী ওইবা অর্থদি হৌজিক ফাওবা হোংদনা ৱাহৈ খর য়াওই। খুদম ওইনা ''তেবগী'' নাকোইনবা অর্থদি হন্থরকপা, হল্লকপা, তেরকপা অসিনি। অশনবগী অর্থদা শব্দোক্লগা থারম্বদগী পাহনবা হায়বদি অথেনবা ওইহনবা হায়বনি। অয়াওবগী অর্থদা খোমজিন পৈশিনবা হায়বদি পৈশিল্লিবা ময়ামদু য়াওরিবা পোৎ কয়ানা পৈশিনবনি।

মথককী হয়িঙৈগী উৎখিবা লোনগে অসিগী মতুংইন্না ৱাহৈগী ওল্লকপা শক্তম খর খুদম ওইনা উৎলি–

---

১৯। ও. ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), নিংথৌবোল লম্বুবা, ১৯৬৭, লাঃ ৩৪–৪৯, ৬৪–৪৭
২০। সবিতা দেবী (সম্পা.), মোইৱাং কাংলৈরোন, ১৯৮৫, লাঃ ৩৪–৫৮
২১। এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), চাযনরোল, ১৯৮৮, লাঃ ৪৮
২২। এম. চন্দ্রসিংহ (সম্পা.), পান্থোইবী খোংকুল, ১৯৭২, লাঃ ৭৪–৯০

| হরিঙৈ | অসিবা | হৌজিক |
|---|---|---|
| তেরকপা | তেরকপা, ওন্দেরকপা, হললাইরকপা, ওংলকপা | হল্লকপা |
| অয়াকপা | য়িকাই শেনকোইপা | ইকাইবা, ইকাই শঙ্গোই হাণ্ডবা |
| ইচুমা | ইপাতাউ, পাখৌ | ইতাউ, মরুপ |
| পোং | নমুপোং | মী+পোং |
| হৈতী | নুরা | লৈশাবী |
| থূমগাং | পাখং | পাখং |
| য়াই | য়ি, ঈ, ঈমু | ঈ |
| তেবা | কোংন কোংন নত্রগা কোংন য়েংবা | হন্না য়েংবা |
| খেল (চেংলৈনা) | থৌদু, নূং | নূং |
| সবা (মোইরাংনা) | পোশ্বী, চেক্লা, বায়া | উচেক নত্রগা উচেক বায়া |
| লৈনুং লোঞ্জা পাখংবা | তুবি য়োইনোংদা নত্রগা নোংদা লাইরেন পাখংবা | যবিষ্ট, পাখংবা |

**অওনবা মতমগী লোনগী থোইদোকপা শক্তম কয়া ফংই:**

হৌজিক শীজিন্নরিবা দ্বিবচন (ডুএল নম্বর) ইবানি, নবানি, মবানি হায়বসিগী মথংশীংনা থাইনঙৈদা য়িপিংঙা, নপিংঙা, মপিংঙা অসুমনা শীজিন্নরম্মী: 'লাবা য়িপিংঙাদি শাগল তুফাং লিংদবী। পোংশিন তুহাও হৌদরিএ। হাওয়ুম, য়ুমনাক চামা তাববু লোইবু লোইচন্নদে।'[২৩]

২৩। নোংমাইথেম মনাউয়াইমা সিংহ (সম্পা.), তুতেংলোন, ১৯৮৮, লা: ২০

অশুনবা মতমদা শীজিন্নরম্বা কম্পাউন্দ ৱার্ড অমদি এডভার্ব অমসুং এডজেক্টিভ ফ্রেজ খরগী শক্তম হৌজিককীগা খেন্নবা উই।

| অনিথা ৱাহৈ | হৌজিককী ৱাহৈ |
|---|---|
| নোংগাংদবা | নোংমতা কাংবা তৌদবা |
| চেনগারকএ | চেন্ন চেন্ন কারক্লে |
| ঙাইনোক্ল | ঈঙ্গিৎ খঙনা নোকমিন্নবা |
| ফৈতুপশম | ফৈনা তুবৎ শন্বা |
| মতীক্লবনে | মতীক মপা চাবনে |
| পোমকংনহল্লোই | পোমলিঙৈদা (নৌরিঙৈদা) কংবা তৌহল্লোই |
| কোংনা কোংনা | চিংন চিংন নত্রগা হন্না হন্না |
| নোয়তুম নোয়না | জগোই শানা শানা |
| মতুম মুনা | মুশুক মুনা |
| মংতুম মংনা | ইমং মংদুনা, অসিনচিংবা। |

'তম্ফা ৱাংঙমলোন তুপী ৱাংঙম ঙাংয়েক চনুনা অঙৌপা মশাপিপু কোংন কোংন য়েংঙাময়ে হায়পাকি কোংঙাপাৎ ও কৌয়ে।'

'পান্থোইপী খোংকুল', লাঃ ৫৩

'কপো মতাইমাতী চিঙখোঙ পোইরৈতোননা কপো নাতাপা খুন্থিরকপাতা শেনপী নোয়তুম নোয়না লৈঙাময়ে।'

'পোইরৈতোন খুন্থোক', লাঃ ৩৫

"চিঙখোঙ পোইরৈতোন্না শেনপী শিতপা কপো নাতাপাপু খুন্থিরকপাতা শেনপী মুতুম মুনা তুম্লময়ে। অদুনোংকিপু তুম্লুও তৌনা কৌয়ে। কপো ৱাউতুম ৱাউনা লৈরময়ে। মুৱাউও থোক্লেয়ে। তরামচাকয়োমসুং ঙৌতুম ঙৌনা তারময়ে।

'পোইরৈতোন খুন্থোক', লাঃ ৩০-৩২

করিগুম্বদা মশক মান্নবা ফ্রেজ অমনা অর্থ খেন্নবসু য়াওই। "মশানৌনা চিলনা চিলনা তান্নখিএ।

তুতেংলোন, লাঃ ২০

'কবো মখলমাতী চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চিঙপুরোই লাংব্রোললকপাতা কোরও চিনুতম চিন ব্রাঙপন মংতুম মংলকয়ে। অতুনোংকিপু মংশা ও তৌনা কৌয়ে।

'পোইরৈতোন খুন্‌থোক', লাঃ৩৭

হৌজিক বর্মা লৈবাককী মনুং চন্না লৈখ্রবা তুম্নু অমসুং মংশানচিংবা লম খরগী মমিং থোনখিবা অসি মণিপুরী ব্রাহ্মেদ্গীনি হায়বসি মথককী অসুমনা খুদম ফংই। থায়নগী মণিপুরী লোনগী পাক শল্লম্বগী খুদম অমনি। অসুমনা অঙনবা মতমদা পোৎচৈ অমসুং লম তুগী মমিং থোনখিবদা মণিপুরগী অকোয়বদা লৈরিবা চীংমী মখল খরগী অমসুং থংননা লৈবা লৈবাক কাছাড় অমসুং সেনবী কবোনচিংবগী ব্রাহে লৌদুনা মমিং থোল্লম্বগী খুদমসু ফংই। মসিমক থায়নঙৈদা মনিপুর লোন অসি করম্বা নক্লবা লোনশিংগা মরী লৈনরকপা খঙনবগী লমখৈ অমনি। অঙনবা লাইরিকশিংদগী ফংবা খুদম খরদি মথাগী অসিনি।

- ময়িম শেনগী কবোনা ব্রাংলৈ খরুঙপুতি "হাই" কৌয়ে।
- ময়িম শেনগী কবোনা লাপুতী "তোং ও" কৌয়ে।
- ময়িম শেনগী কবোনা ব্রাংলেন মপুঙচাবু তিংদিং য়য়পতী তিংকাৎ শাখুন থোকও তৌনা কৌয়ে। [২৪]
- শেনগী ব্রাহায়না কবো তেংথাননা য়িশিংবুদি "নমও" লাইজ য়িচীন অনী তিন্নববু "শোংও" কৌয়ে।
- ময়িম শেনবীনা ব্রা হায়না কবো তেংথাননা লৈবাক খুন্দফববু মুও কৌয়ে। পাউখুম মরাং কায়ববু ব্রাউ ও কৌয়ে।

২৪। এম. চন্দ্রসিংহ (সম্পা.), পোইরৈতোন খুন্‌থোক, ১৯৭৯, লাঃ ৩৩-৩৪

- ময়িম শেশ্বী মীকৌনা কবোনা তেংথাননা মংবুদি "পাইও" কৌএ। সনাবুদি "খমও" কৌএ।
- ময়িম শেনবী ব্রাহ্মেনা কবো তেংথাননা তোংচেংখায়া পনশাববুদি চানও কৌয়ে।"[২৫]
- শেনবী ব্রা হায়না কবো তেংথাননা থোংবু "তিখুও" কৌয়ে।
- ময়ুম শেনবী কবোনা য়েনবুদি কৈও কৌএ।[২৬]

মথককী শেনবী কবোগী ব্রাহ্মেশিং অসি খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দী দা মণিপুরদা খুন্‌থোক্লকখি লৌনরিবা পোইরৈতোন্না থেংনখিবা লমতুগী মমিং থোনবদা শীজিন্নখিবনা অয়াম্বনি হায়বসি মথককী লোনগৈ অসিনা তাক্লি।

অসুমনা মণিপুরী লৈবাককী মনুং চন্না লৈরকপা চীংগী জাতি খরগী লোনসু মৈতৈলোন্দা শীজিন্নরম্বগী খোঙ্গুল খর ফংই, অসুমনা লম্মিং, তুম্মিং থাবদা লোইবী মরেম্না ব্রাহায়নবদি য়েনবু "অরাং" ঈশিংবু "তুই", কৈবু "হুমপী", তমপাকপু "ফাই" অমসুং নুমিৎপু "মোই" অসিনচিংবা

– পোই. খুন. লাঃ ৪২

নিংথৌ. লম. লাঃ ১৮১–১৮৮

মথককী "তুই" অমসুং "হুমপী" হায়বা ব্রাহ্মে অনীসিদি অরিবা খুৎইশিংদা মৈতৈলোনগী মান্ন ব্রাহ্মে পুংবা ওইনা শীজিন্নবা করিগুম্বদা থেংনৈ।

'... লোইবী তুইথিংপুঙ হেমবা তুইনা চঙ লোইবী তুইমাঙ লাইজ ঈথিং খোং" (নিংথৌ. লম., লাঃ ৩৩) হুমপী হায়বা অসিগী মহুত্তদি ওমবীচা নত্রগা পাম্বা কৈরেন ওমবীচা অসুমনা ফংই।

শেনবী কবোনা ঈশিংবু নম হায়না কৌবসিদগী অরিবা খুৎইদা তুরেলবু 'নামতু' নত্রগা তোরৈ 'নমশাং' অসুমনা শীজিন্নবা থেংনৈ।

–তুতেংলোন, লাঃ ৩৫

– নুমিৎ কাপ্পা, লাঃ ৩৩

---

২৫। ও. ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), নিংথৌরোল লম্বুবা, ১৯৬৭, লাঃ ২৮০–৩০০

২৬। এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), চীঙ্গোইরোন, ১৯৮৩, লাঃ ৯ ৩৫৩–৩৫৪

অসুমনা লাবু 'তোং' হায়না খঙনবসিদগী লফু তোংগা, ৱাহৈ অসি হৌজিকসু লফুমকাবু খঙনরি। লম্মিং তুম্মিং থাবা মতাংদা করিগুম্বদা শেনবী কবোগী ৱাহৈ খর মথককী অসুমনা য়াম্না ঙল্লিঙৈদা লৌখি। অদুমকপু মফম মতমগী অমসুং থৌদোককী ওইবদা চুম্না শীজিন্নরম্বদনি।

শিজিন্নরম্না শেম্বী কবোগী ৱাহৈ খুদিংমক মণিপুর লোনগৈদা লৌশিনখিবা ৱাহৈশিং (লোন বর্ডস) ওইবদি নত্তে। অদুম ওইনমক জাতিশিং অসি য়াম্না ঙনবা মতমদগী হৌনা মণিপুরগা মরী লৈনরক্লে হায়বসি ৱাহৈশিং অসিনা খঙলি।

পোংগী নিংথৌশিংনা পাল্লম্বা শান লৈবাক অসি অহানবদা বর্মাগা অসামগা খায়দোক্লরিবা চীংশাংশিংনা কোয়শিনবা লমদমদুদা ওইরম্মী। লৈবাক অসি খারোমদা খামপাৎ, নোংচুপলোমদা য়োমা চীংশাং অমসুং নোংপোক্তা য়ুনান ফাওবা শন্দোক্লম্মী। কোনুংদি মোগৌংদা ওইরম্মী। তুংলমচৎকী নোংদম কয়াদগী মসি খৃঃ ১৭৫২ দা বর্মাদা পুনশিনখি।[২৭]

অঙনবা মতমদা মপালগী লোনশিংদগী চঙলকখিবা ৱাহৈ অয়াম্বা মথককী অদুগুম্না মৈতৈলোন্দা তোঙান্না অর্থ পীদুনা উংলম্মী। কাইনথংদা করিগুম্বা মপালগী পোং–চৈ পুশিল্লকপা তারবসু পুশিল্লকফম লম লম অদুগী মমিং হান্না থম্বা চংনরকই। খুদম ওইনাঃ পোং হৱাই, পোং হৎ, পোং হৈতোন (পুংদোন) পোংথরোইনচিংবা। তেখাউ (আসাম) দগী তেখাউ বামোন, তেখাউ য়াইখু, তেখাউ রু (লু), অৱা (বর্মা)দগী অৱাথবী, অৱা ফদিগোম, অৱা কেগে, কবোদগী কবোকঙ, কবো নাপী, কবো পয়া, কবো খজি, কবোকৈ, কবোরু, কবো লৈতেং (লৈপান অমা)। তখেলদগী তখেল্লে, তখেন থাঙ, তখেল খুনু অসিনচিংবা লৈরি। খাগী (চিনা) দগী খাগী লৈহাউ, খাগী লং অমসুং খাগী মচু অসিনচিংবা।

নৈনরিবা পন্দুপ অসিগী অরোইবদা মখাদা অঙনবা হয়িঙৈগী মতম অমসুং মসিগী মতুংদগীনা চাউরাক্লা শতাব্দী ১৫শুবা ফাওবগী মতম অনীসিগী মরক্তা লৈরিবা মণিপুরী লোনগী য়াওল অসি মরুওইনা মখাগী অসুমনা খন্দোকপা য়াইঃ

১। অঙনবা মতমগী খুৎইশিংদা ফংবা মপুংওইনা ভাৱেলগী খোনথোকশিং অ, আ, ই, ঈ, এ, ও, উ অসিগী মনুংদা অ, আ নত্তবা অতৈ ময়েকশিংদি

২৭। E.W. Dun, 'Gazetteer of Manipur, 1981, p.188

কোনসোনেন্ট ময়েক 'য়' অমসুং 'ৱ' দা মখোয়গী চৈতপশিং তপ্পগা মহৎশিনবা তোয়না ফংই। মদুদি, য়িমোম, য়ী (ঈ, ঈশিং) য়েংঙাময়ে, তাৱো, ৱু (উ) অসিনচিংবা।

২। ঐ, ঊ গী মহুত্তা 'ই' নত্রগা 'য়' না শিনবসু তোয়না থোকই। খুদম ওইনাঃ অইপু (ঐবু), চয় (চৈ), লই (লৈ), অসিনচিংবা। মতৌ অসুমনা ঔ, ৌ, গী মহুত্তসু 'ও' না শিনবা উই। খুদম ওইনাঃ কোরও (কোরৌ), লওতামানাপা (লৌতামিন্নবা) অসিনচিংবা।

৩। অঙনবগী মণিপুরী লোনগৈদা মখাদা উৎলিবা ময়েকশিং অসিনা হৌবা (মাঙথাবা) ৱাহৈশিং উদে। ময়েকশিং অদুদিঃ আ, ঘ, ছ, জ, ঝ, ঞ, ট, ঠ, ড, ঢ, ণ, দ, ধ, ব, ভ, র, য, ষ, ক্ষ অসিনী। ময়েকশিং অসিনা হৌবা ৱাহৈশিংদি অতোপ্পা মপালগী লোনশিংদগী কোন্না চঙলকপা ৱাহৈশিংদা ফংলকই। ময়েকশিং অসি শীজিন্নবগী মওংসু হিন্দু ধর্ম্মগী ইথিল চঙলকখ্রবা মতুংদা উরকই।

৪। মথককী হয়িঙৈ (থায়নঙৈ) গী মতম অসি (দেশ, কালপাত্র) গা মরী লৈননা ইবা লাইরিকশিংদা হয়িঙৈদা তেংথানবা (কৌনবা) অরুবা ৱাহৈ কয়ামরুমগী অর্থ পীবা থেংনৈ।

৫। হৌজিক ঙাঙনদ্রবা অরিবা মতমদা শীজিন্নরম্বা পোৎ-চৈশিংগী মিং খঙনবা ৱাহৈ (নাউন) গী শক্তম (ষ্টকচর) অয়াম্বনা মাত্রা অনী অনীনা শাবনা নম্মী, খুদম ওইনাঃ কোরৌ, থবি, ৱাংবন, লাইজ, তলা, লেমলৈ, নমু, পারী, ইমোম, অসুমনা শীজিন্নবা ৱাহৈগী চৎনবী অসিদগী করিগুম্বদা মাত্রা অমত্তা (মোনো সিলেবিক) গী ওইবা ৱাহৈশিংদা চানবা সফিক্স কয়া হাপতুনা মাত্রা অনী ওইহনবা তোয়না থেংনৈ। মদুদি, শাবু শারেন, ওকপু ওক্রেন, লাইবু লাইরেন, থাবু থাজ, নোং (নোংম) বু নোংজা, নোংলেন অসিনচিংবনি।

৬। অসিগুম্বা অরিবা ৱাহৈশিংনা অর্থ মান্নবা ৱাহৈশিংগী পুংবা শেমদুনা লৈতেং ওইনা হাপ্পা শাংন শাংনা ইবা ৱাহৈ কয়া চৎনরকই।

'হাওরে মরে মাপীনা পাওমেল্লকএ। য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও লোইবী কাকয়েনবু ফাগে হায়রবদি লোইদাম থাবুম অমবু চুপ্পা তরা চাহেন তম্লবদি লোইবী চীং কাকয়েন ফাঙেনে।" - ভুতেংলোন, লাঃ ১০

মথককী অসিদা লোইবী চীং, লোইদাম থা, তরা চাক অসি চপ মান্নবা অর্থগী পুংবামক্তনি। মতৌ অসুমনা অরিবা সাহিত্যগী ৱাহৈগী লৈতেং ওইনা-তাউবা হুয়, য়াঙোই শামু, খৌদুমুং, তলা পামেল, চাকমোম খাম্বী, তেংনৌ য়োং, চোইনৌ সনা, পুনুং লং, শীঙেল লৈরাং, মালং নুংশিং, পাখৌ মরুপ, পাম্বা কৈ, য়াইবী থৱাই, নমু পোং, কোরৌ নুমিৎ, ৱাকয়ে নত্রগা তোংজেংহি অসিনচিংবা।

করিগুম্বদা ৱাহন (অর্থ) মান্নবা ৱাহৈ অহুম পুন্ন থংননা থম্বসু তোয়না থেংনৈ, মদুদি মচেঙ কায়রে ময়েনচা, য়াংলৈ তাউবা হুই, মানবী কাউরেন মশনচা, চাকমোম খাম্বী মৈ, লাংলেন কোংয়াংৱা, মোমনু তালোই মরুম্বী, লাইজ তম্লেন ঈ হৌবা, চীংঙু খোয়ুম লাই, পাম্বা কৈরেন ওম্বীচা, থিংখিং কায়নৌ শমজী, তরুং লাইজ য়ি, চেক্লা য়াম্বী য়াবা, ৱাকয়ে তোংজেংহি অসিনচিংবা। অসুমনা মৈতৈলোন মশাগী হান্নগী ৱাহৈ পুংবা নত্রগা অরিবা ৱাহৈগা অনৌবা ৱাহৈগা অর্থ মান্নবা ৱাহৈ অনী অনীগী পুংবা করিগুম্বদনা হেন্না শীজিন্নবা অরিবা সাহিত্যগী ৱাহৈশিং মরাঙ কায়না শীজিন্নরম্বা অসিনা অঙনবা মতমদা মণিপুরগী লোনগে অসি মপুংফানা চাওখৎলম্মি তাকই।

৭। হয়িঙৈগী মতমদতা শীজিন্নরম্বা মতুং তারকপগী ঙাঙনবদা শীজিন্নরম্বগী খুদম ফংহ্রবা ৱাহৈ কয়ামরুমসু লৈ, মদুদি মথক্তা পনম্রবা ৱাহৈশিং ইচুমা (পাখৌ, হৈতি (নুরা), থুমগাং (পাখং), অতুমপা (অরুমপা), অৱাংপা (অয়াংপা) তেপা (হন্না য়েংপা), খানিংপা (অরিবা লাইনীং লীচৎ), অসিনচিংবা।

৮। ইচা ইশু, মরী মতাগী ওইবা মিঙৌদা হয়িঙৈগী ওইবা (মতুং তারকপদা থেংনদবা) ৱাহৈ খরসু ফংই। '... সানুরা, সাপারা, য়োমলোয়রা, য়োমতাংলা য়িমোম য়িরুম নাওশাংনে, পারি তোনকোক লীৱায়নে।' (পোই. খুন., লাঃ ৫৪)

৯। হয়িঙৈদা শা উচেক খরবু খঙনরম্বা মিঙৌ খর ওনপ্রবগুম ফংই।

"ৱাপা, কামপা, নুংবোক, পায়পং, সাতুক সঙাং, সায়ু লৈরাং, খুপিং খুপাই..."

– পোই. খুন, লাঃ ৪

খৈয়োই য়ুগেং তিংসিৎ নাওশং – অনোইয়োল।

১০। পোসেসিভ প্রোনাউনগী ওইনা মণিপুরীদা শীজিন্নরিবা গী, কী, সফিক্স অসিগী মহুত্তা পার্শনেল প্রিফিক্স ই, ন, অমসুং ম, অসিনা নম্না শীজিন্নে। হৌজিক চংনরিবা দবল পোসেসিভকী মওং খুদম ওইনা – ঐগী ইচা, নংগী নচা, মাগী মচা, অসুম্না শীজিন্নরম্বগী খুদম ফংদে। অঙনবা মতমদা শীজিন্নরম্বগী মওংদি মখাগী অসিনিঃ 'চাঁওখোঙ পোইরৈতোনও, নপারিগি কোলোই মমিং খোংতি করি কৌপনো? নমাইপতি করিনো ... নথিং কাইতী করিনো, নামৈপাতী করিনো? হায়খিয়ে।

– পোই. খুন, লাঃ ৫৫

মথককী অসিনা 'নপারি', 'নমাইপা' অমসুং 'নথিংকাই' অসিনচিংবা ৱাহৈশিং অসি দবল পোসেসিভকী মহুত্তা শীজিন্নবা উরি।

১১। হৌজিককী মতমদা মরী মতাগী মিঙ্গৌশিং ইপু, তাদ, মামা, খুরা, মশেল, মবাই, মবুং, মৌপ্পা অমসুং ইচল ইচাগী মহুত্তা মথংশিংনা অরিবা ৱাহৈগী মিঙ্গৌদা – ইয়ু, শাবি, নত্রগা য়াম্মা, ইমান, পনথৌ অখুবা, শেল্লৌরেন, পাইরৌরেন, মদু অমসুং ইমোম, অসুমনা অয়াম্বা চংনরম্মি।

১২। অয়াম্বা ভার্বকী মমাঙদা প্রিফিক্স ওইনা নাউনগী রুত অমমম হাপ্লী অমসুং ভার্ব নত্রগা এদভার্ব ওইনা শীজিন্নে মদুদি, না+তারাপাকী (তারদুনা), থৌ+কাউবা (মথৌ কাউবা), পাউ+কৌপা (কৌবা) অসিনচিংবা। অদুগা হৌজিককী অনৌবা লোন্দা থোইদোক্লা অর্থ থোক্তবা প্রিফিক্স অমসুং সফিক্স কয়ামসু থেংনৈ মদুদিঃ শোং+কিবা (কিবা), শানখৈবা (তাম্না উবা), তাউখঙবা (খঙবা), য়োই+চান্নবা (চান্নবা), শৌপিংবা (কি তুক্কচবা), য়ু+পিংবা (য়ু ঙাওবা) অমসুং ৱা+রোংনাবা (ৱা থোক্লুবা নত্রগা খংনবা) অসুমনা চংনরম্মি।

১৩। অরিবা মণিপুরী লোনদা হৌজিক্তদি মশক খর হোংলবা ভার্বকী ইনফ্লেক্সন ফোর্ম কয়া থেংনৈ, খুদম ওইনাঃ চয়রোইনাপানিকিনিনা (লোয়নবনীনা) তুমকন ঙমতারাপানিকিনা (তুম্বা ঙমদ্রদুনা) য়িমু খকমাতারাপানিকিনা (ঈ খক্তদুনা), শেনকোয় ঙমলাপাতা (ইকাইরম্মে), ঙাকমন্নরসে (ঙাকমিন্নরসে), ফমন্না (ফমিন্নবা), থৌসিখৎখিএ (থৌদাখি), হায়কুনো (হায়গনু), ৱাকনঙমএ (য়ারমদে)

লনকুপিণ্ডমএ (থৌজানবীরম্মে), ফন্নম ফমতারিঙৈতো (ফম্ফাত্রিঙৈদা) হোইয়া তরাপাকি (য়াদ্রদুনা), অসিনচিংবা।

১৪। হৌজিক্কী মণিপুরীদা অর্থ তোঙান্না লৈরবা ঙল্লিঙৈ মতমদা অর্থ অনী অহুম চৎনরম্বা গুণ ফোংদোকপা ৱাহৈ (এডজেক্তিভ) কয়া থেংনৈ, মদুদি, 'কুইপা' (শাংবা), থৌতুনূংমায়কুইপাপু। (পোই. খুন, লাঃ ৬০) 'ফুইপা' মামোম লৈমা লাইরোক লেশ্বীসুং ফুইমন্নেয়ে (পোকমিন্নেয়ে) হায়তাপারা। তুতেংলোন, লাঃ১

অসুম্না তেবা – হল্লকপা, লাইজ অশনবা – ঈশিং অথেনবা, লাইজ অহকপা–ঈশিং অরুবা, পন্থৌ শাৎমাবা – অপোকপা ইপা, পলেম পোকমাবী – ইমা অপোকপী, মনিন নাইবা – নুংঙাইনা পানবা মীয়াম, মীৎয়েং নানি লোংবা – মমিৎ মনা শিংবা অসিনচিংবা।

১৫। হৌজিককী মতমদদি মশক ওনখ্রবা ঙল্লিঙৈ মতমগী তোপ তোপ্পা এডভার্বিয়েল ফ্রেজ লৈঃ তরাও তরাও – তরাই তরাইনা, চিন্দুম চিন্ন–ইচিন চিন্ন, ৱাউতুম ৱাউনা – ইৱাউ ৱাউনা, মতুমমুনা – মুশুক মুনা, চারি লমথারকপা – মরী শমথরকপা, ওন্দেননা নীংখনখিয়ে – ওন্ন তৈননা খনখিয়ে, হারৈ হারৈ – হাথু হাথু, নীংতে মাঙতে – নীংজিং মাঙজিংনবা।

১৬। মণিপুরীদদি পোষ্ট পোজিসন অমসুং কেস এন্দিংসগী শক্তম থোইদোক্লা খেন্নবা লৈতে মরমদি নাউন নত্রগা প্রোনাউনগী কেস (কারক) অসি মখোয়দা তপ্লিবা পোষ্ট পোজিসনগী খেন্ন খেন্নবা মওং অদুনা লেপপী। অদুবু অঙনবা মতমগী মণিপুরী লোনগী "না", "পু" তাবা (কেস এন্দিং)গী মশীং অসি হৌজিক ঙাঙনরিবা অসিদগী হন্থনা অমসুং করিগুম্বদা মওং খর খেন্নরম্বা তৌনা চৎনরম্মি। হৌজিক শীজিন্নরিবা গী, বু, দা, দগী নত্রগা কী, পু, তা, তগী হায়দুনা ৱাতাই চাবা য়েংদুনা কাঙলুপ অনীমক শীজিন্নরিবা অসি ঙল্লিঙৈদদি কী, পু, তা, তগী অসিনা নম্মা শীজিন্নরম্মি। কী অসিনা জেনেটিভ কেসকী কী, গী, ওইনা শীজিন্নবতা নত্তনা করিগুম্বদা ভার্বকী সফিক্স 'দুনা' গী মহুৎ শিনবসু তোয়না থোকই। খুদম ওইনা নাতারাপাকী (তারদুনা) মীৎথীৎলপাকী (শেংনা উরদুনা), ৱাইথুং লাপাকী (থুংলরদুনা) অসুমনা সফিক্স 'প' গী মতুংদা কী তপ্লগা 'দুনা' নত্রগা 'বদা' গী মহুৎ শিল্লম্মী। 'কী' অসী জেনেটিভ কেসকী ওইনসু থোইনা শীজিন্নরমদে, মসিগী মহুত্তা য়াংলৈ তাউবা ইহুয়চা (ঐগী হুয়) মানবী কাওরেন

নশলচা (নংগী শল), খালৈ মবৌচা (মাগী লৌচা), অসুমনা ঐগী, নংগী, মাগী হায়দুনা মপুগী ওইরিবা পোৎশক অদুগী মমাঙদা ঐগী–ই, নংগী – ন অমসুং মাগী – ম অসিনা প্রিফিক্স ওইনা তপ্পগা ফোঙদোকই। পার্শনেল প্রোনাউনগী প্লুরেলগী শব্দমচা যী+খোয় (ঐখোয), নঙ+খোয় অমসুং মা+খোয় অসুম্না শেম্না তোঙানবা মওং খরসু লৈ।

১৭। কঞ্জংসনগী মশকসু অওনবা যাম্না লৈব্রে। সুং–সু, গা (ঐসু, মাগা), তৌইকুম–তৌইগুম্বসুং, তৌইকিতি – তৌবগীদি, অনৌবা অমবক – অমুক হন্না, মদোমদে – লোইবা নত্তে, ও তৌনা – হায়না, অসিনচিংবা।

১৮। ভোকেটিভ কেস ওইনা – হে, ব্রো, ও, হেঃ যিমোম পেমমাও (খোং, নোং লাঃ ২৮), হযি হযা হয়ুম, অসিনচিংবনা মপুঙ ওইনা কৌবা নত্রগা শোনবা চৎনৈ – 'হযিচা হযা হে খোইযম সিদবও।' (চেং. লৈ, লাঃ ১)

১৯। থোইদোকপা অমদি মথক্তা শনখিবা হযিঙৈদা হাযনবা তোপ তোপ্পা ব্রাহ্মেশিং – ঈবু 'যাই', হমৈবু 'খেক' অমসুং 'মোইথাশপু' মোইবেং অসিনচিংবা খঙনবশ্বা অসি অর্থ মুন্না খঙহৌদ্রবদি মতুং তাবকপা খুৎইশিংদা কবিগুম্বা শীজিন্নবকপা মতমদা খঙবদা লুবা ব্রাহ্মেশিং ওইবকই। খুদম খরদি–

''নাতোন ফুবোন হনা থিংলৌ যাই তারে। খুমন খোইমোম্বনা পাওমেল্লকএ। পাখৌও মরোং চৈজেল্লে থিংলৌ যাই তারে, হযেন ইরান ওইবনে হাযখি।''

– চায়নরোল, লাঃ ৯১

'' ... তুবি থিংলৌ য়াইতাহৈদে।'' (খাং লাং., লাঃ ৪৭)

খোইচীং লুপাংপা। তালোয মকমপী।

নোংমাই নুপীনা হামৈ খেকপু ফৌচবাই' (পাঃ নোং., লাঃ ৪১)

''শিনৌ মোইরেং অপিশাবু তমপা চয়রৈ

ফিকুনুংতা পুমলাং খুত্তা শুনা' (পাঃ খোঙ., লাঃ ৭৫)

২০। এডভার্ব অমসুং ভার্বকী পুনশিল্লবা ব্রাহ্মেগী শব্দম কয়া ফংই, খুদম ওইনা –

| অরিবা | অনৌবা |
|---|---|
| শৌপিংদবা | শৌবিং শৌবিং লাউদবা |
| শেপথোক্তবা | শোয়নবা লৈতবা |
| কদৌফাত্তবা | করিসু লুনা থোক্তবা |

২১। শৈরেংগী ছন্দ নত্রগা খোঙফম শেন্বদা অর্থ মান্নবা নত্রগা মান্নদবা নাউন অনী অনীগী মতুংদা ভার্বকী রুত অমমল্লা কোল্লগা খুদোংচাবা কয়া ফংই।

খুদম ওইনা-

'শেল্লোয় চীংশা খোকলোইহৌ। তাউবা কাংদেন শু।
তিমেন ঙানোয় চোং। থাংলেন খেরাং থাংন।' (না.ফম.কাঃ,লাঃ ৫৮)

''লুবাং শাল্লাই তিন্ন। পামেন উখোঙ পায়না লেপ।
তল্লা উরু তুপ। পামেন উমৈ কক।
মরাং উকু হুন। উনৌ খোংজা হুন।
উনৌ খোংজা শম। হিরি খোংজি নারেং
লোনগে তৌগুমলকলবদা।'

– হিজন হিরাউ

২২। অরিবা সাহিত্যগী লোন অমসুং খোনথোক অসি লোয়শঙগী চংনরকপা পরীং অমদা ইনরক্লবসু অঙনবা মতমদা ইরম্বা লোন অদু খর খর থেঙথরক মতুংইন্না লোন অমসুং খোন্থোকসু খব খর নৌরকপগী খুদম ফংই।

খ্বাইদগী ঙনবা খুৎইশিংগী মনুংদা অমনি লৌনরিবা 'নুমিৎ কাপ্প' দা ইরিঃ' খুবাই নোংচেনপম নাইচা। য়েকমা হাও তংলা। নমু পোংপারাচা অতনপানা। য়োয়ময়াইপু। বাবোইখিএ। নুমিৎ অনী চয়রোইনানা। থপী অনী লেংশিননানা। নুমিৎ চৈরোয়নাপা। নকিনিনা। তরা লৌচেন পোৎপু। অনীরক ওইতে। লাংপল বুয়ুঙসিঙচন পোৎসুং। অনীরক হলবাইএ। মিৎয়েং নাউশুমফমতা। খোমলেন তুমকনঙমতান্নাপাকিনিনা। ইপারি হাউতংখু। ইমোম হাউতংহনপু। তরা চাকুপ সায়না নাউয়োকফাত্তে। – নুমিৎ কাপ্পা, লাঃ ৫

মতাং অসিমক য়াওনা, থেংথরকপা মতমদা ইবা 'নোংমাইজিং চীংগোইবা' দা লমগী মমিং শীংথারকপা মতাং অমদা খর নৌরবা বারোলদা ইরিঃ 'খ্বাই

নোংজেনবম পিবা য়েকমা হাওদংলা অহনববু কলহৌনিকখিএ। নুমিৎ অনী চৈওন্না থাবী অনী লেংশিন্নবগীবু ৱাওইখিএ। ঐদি কোরৌ নুমিৎমতা তরা লৌচেন পোৎসুং অনীরক হলৱাইএ। লাংবন উয়ুং শীংজন পোৎসুং অনীরক ওন্দেয়ে। ইপারি হাওদংহন ইমোম হাওদংকুবু তরা চাকুপ শায়না নাউয়োকফদে।

– চীঙ্গোইরোন, লাঃ ৫৭

চাংদম অসিনা খুদম ওইদুনা অরিবা সাহিত্য অসি খর খর থেঙথরকপগী মতুংইন্না লোন অমসুং খোন্থোককী অনৌবা শক্তম হোংলকই হায়বা তাকই।

২৩। অরিবা লোন খণ্ডনবগীদমক মৈতৈলোনগী সুপ্রা সেগমেন্টেল ফীচরস (জঙ্কচর ষ্ট্রেস অমসুং পীটচ) খণ্ডবগী কান্নবা লৈ। খুদম ওইনা মথক (নং ১১) কী ৱারেং মতেক অসিদা য়াওখিবা ৱাহৈ – 'লেংশিন্নবা' অসি লেং+শিন্নবা হায়বদি ঙম ওন্নবা (পালি পুনবা) নি। মসিদা লেং অমসুং শিন্নবগী মরক্তা খোঙফম অমা পীরমদ্রবদি লেংশিন্নবা হায়বদি য়ুশিন্নবগী অর্থদা ওনখিবা য়াই। অসুমনা 'ইকাইফম' (ইগাইফম) হায়বা ৱাহৈসিদা ই+কাই+ফম হায়না অয়াংবা খোন্থোক্তা মচাতানা পাদদুনা 'ইকায়ফম' হায়না লুম্না শম্না পারবদি ঐগী ইরম হায়বগী মহুত্তা ইকাইবা য়াবা মফমগী অর্থদা লৌখিবা য়াই। চুম্না ঙাঙন শানবা লোন্দা হৌজিকসু অসিগুম্বা খুদম কয়া ফংলি। প্রমাণ অমদা– 'মহাক চাক চাদনা চৎপ্রে'। হায়বা ৱাহৈ পরেং অসিদা 'চাদন' হায়বা ৱাহৈ অসি য়াংনা হায়রগনা চাবা তৌদনা লুম্না হায়রগনা চারগা হায়বগী অর্থ ফোঙদোক্নুনা অতৌবা অমসুং তৌদবগী ৱাহৈ পরেং অনীমক শীজিন্নবা য়াই।

খুদম খরগা পল্লবদা–

(ক) 'সিঙচা ৱাইকোয়তা য়েলাং থৌচৎতনা
(য়েনসাং নাপী থিবা চৎথোক্তবা) অঙানবা নঙপু ঙাইখমলিএ।

– নুংঃ কাঃ, লাঃ ২৭

(খ) 'নুংবান চনু তাল্লোই মরুমপী তারুকমক্তি কোরও নোংনাংপাল নুংনাং কাওখংকোল খোইয়িম লাইরৈপাক অসিতাতি মনুশিলতাক্তানা (শিল তাক্তুনা) মমৌ শিলতামনানা য়াংকাইরালে।'

– খোং নোং, লাঃ ৫৪

মওং অসিদা খর থেঙথরকপা মতমগী খুৎইদসু ফংই – 'মীয়াম্না হায়এ। তুমিন্না লৈয়ো, হুননুপী। অঙৌপানপা নয়ানে। হুনুপী নারৈ কক্কানে। হায়লমতানা পুখরে। অঙৌপালপা ওইহল্লে। ইঙ্গাংমতা তাহল্লে। মানা লৈপা লম অতুপু অঙোম লাৱাই কৌএ।[২৮]

ৱারেং মতেক 'অসিগী মনুংদা য়াওরিবা ৱাহে হায়লমতানা' হায়রিবসি ৱারেংগী মতুং ইন্নদি হায়রল্লগা নত্রগা হায়রমদুনা হায়বগী অর্থদা নকশিল্লি অদুবু ৱাহৈগী শক্তম য়েংলগদি হায়রমদনা নত্রগা হায়রম্বা তৌদনা হায়বা মাল্লি। মতৌ অসুমনা অসিগুম্বা মওং (ফিচর) শিং অসি চেকশিন্না কূপ্না য়েংহৌদ্রবদি অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী লোন খণ্ডবগী অরুবা ৱাফম অমা ওই।

২৪। ৱাহৈগী হৌরকফম তাক্লমদ্রবসু অরিবা লোনদা শীজিন্নরম্বা ভার্ব, এডভার্ব, কঞ্জংসন অমসুং ইন্ট্রোগেটিভ প্রোনাউন্নচিংবগী তোপ তোপ্না শক্তম য়াম্না ফংই।

ভার্বকী শক্তম খরঃ

| **অনৌবা মশক** | **অরিবা শক্লোন** |
|---|---|
| য়ূ থকপা | য়ূ পিং(বা), য়ূ য়োং (বা) হাওদৈ অথুম্বা খন থক্লরৌ (য়ে) |
| খূত্তা পায়(বা) | খূত্তা শু(না), খুত্তা থুম (না), খূৎলৌ (না), খূত্তা পায় (না)। |
| কোয়থোক (পা) | পোইরক (পা), লম থোক্লক (পা) পনম চৎথোক (পা)। |
| শাওই | কল্লকএ, কঞ্জাওএ, তাথীয়ে, তিল্লাং মখোয় শাউএ, উনবী কাজক হৌএ, থিঙ্গু মথি নাইএ, য়াইবী কলহৌ নীকএ। |
| উশীত্তবা | তাংশক্ত মীথাদ, উশিত্তে। |
| তৌরম্মে | তৌঙামযে |
| তৌরুরবনিনা | তৌপানিকিনিনা |
| তৌরিবনো | তৌশিকপানো |

২৮। মিয়াৎ (অরিবা খুৎই), ফংফম – থোংঙাম মাধব সিংহ, তাওবুংখোক

| | |
|---|---|
| তৌগনু | তৌকুনো |
| তৌরম্ববু | তৌঙামপাপু |
| তৌগদবনে | তৌকতআনে |
| তৌবনে | তৌশিকনে |
| তৌরকপা | তৌকুমললকপা |
| থৌরাং তৌরবনা | তৌশিকনিগীনা, অসিনচিংবা। |

মথককী খুদমশিং অসিদা অরিবগী ফ্রেজশিং অমসুং মসিগী তোপ তোপ্পা প্রাইমারী সফিক্স (বীভক্তি) কী মওং কয়া উরি।

২৫। করিগুম্বদা নাউন খরদি প্রাইমারী সফিক্স হাপ্লগা ভার্ব ওইনা শীজিন্নবা য়াওই।

| অনৌবা মশক | অরিবা মশক |
|---|---|
| কুম্মৈ (তৌবা) | হোংনেম্বা |
| ৱাখল (তৌবা) | ৱাখনখিয়ে। |
| মতীক (চাবা) | মতীক্লবনে |
| মপা (চাবা) | মপানবনে |
| ইবাই (ওইবা) | পাইচংনা |
| ইশেন (ওইবা) | শেনচঙনা) |
| থৌনা (ফনা তৌবা) | থৌনারু ও। অসিনচিংবা।❑ |

## মরিগুবা পন্দুপ

### ১। নিংথৌজা সলাইদা তিনখিবা শলাই অতৈগী লোনঃ

অঙনবা মতমগী খুৎই লাইরিকশিংদা, শলাই লৈবাক মচাশিংদা ঙাঙনরম্বা লোন্‌থৈগী ৱাহৈ কয়ামরুম মৈতৈ পোইরৈগী ৱাহৈশিংগা মান্নদবা হেক হেক ফংবা মরমদগী হায়রিবা শলাই লৈবাকশিং অসিদা তোঙান তোঙানবা ডাইলেক্টশিং ঙাঙনরম্বা য়াই হায়বগী থাজবা ফংই। অদুম ওইনমক ঙাঙনরম্লিবশিং অদু চপচাবা (স্তেন্দার্দ) ডাইলেক্ট অমমমগী থাক্তা লৈরম্বরা হায়বদুদি ইরায় লায়না লেপ্পা ঙমদে।

মথককী মরুওইবা শলাই তরেৎ অদুগী মনুংদি চন্দ্রবসু মণিপুর তম্পাক্তা খুন্দারম্বা তোঙান তোঙানবা লোনথৈ ঙাঙবা কাঙলুপ মচা কয়ামরুম নিংথৌ নত্রগা খুল্লাকপা অমমমগী মখাদা মতম কুইনা পাল্লম্বা থেংনৈ। মরুওইনা মমিং পনবা য়াবদি হাওকপ চীংশং, খেন্দে চাইরেন, হৈরেম খুঞ্জান, খুনফম ঙাংজেং, চকপা কাঙলুপ্পা তাবা লমশিং অসিদসু তোঙান তোঙানবা লোনথৈ ঙাঙনরম্মি। মখোয় অসিবু মখোয়গী অনক অনকপদা লৈবা মথককী অচৌবা শলাইশিং অসিনা লোই চনবা নত্রগা খোপচিনবা করিগুম্বদা পুময়ান য়ানশিন্নখিবনচিংবা তৌদুনা চৎথরকপা উই। অসিগুম্বা কাঙলুপ অচৌবনা মচাবু লৌশিন্নবগী লান অমসুং করিগুম্বদনা অচৌবা মশেন থেঙ্গাইনবগী লানগী মরুওইবা থৌদোক কয়া 'নিংথৌরোল লম্বুবা', 'খুমন কংলৈরোন' অমসুং 'মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা' নচিংবদা মপুংওইনা ফংই।

জাতি অমা লোন অমা হায়বসি থাদোক্লবা য়াবা নত্তবনিনা জাতি নত্রগা কাঙলুপশিংনা পুনশিন তাশিল্লগা শেমখিবা মৈতৈ জাতিগী মৈতৈলোনগুম্বা লোন অমদা নক্লরকপা লোন অতৈগী ৱাহৈশিং য়ানশিল্লমফম শোয়দনা থোকই।

মৈতৈলোনগী অরিবা খুৎইশিংদগী ফংবা শলাই অতৈগী থাইনঙৈদা খেন্নরম্বা লোনগৈ (ভোকেবুল্যারী) খর মথং শীংনা মখাগী অসুমনা ফংই।

**চেংলৈ (থাঙ্গ কম্বোং) গী লোনগৈঃ**

'মপাম থাংঙা তেংথানা মতু কমপোং মীকৌনা নুমিৎপু তুমিংও থোক্লবদি পাৎলবও কৌএ।'

'মপাম থাংঙা তেংথানা মদু কমপোং মীকৌনা ইশং লৈনা শাববু কায়িং লৈও কৌয়ে।'

'হয়িঙৈদা থাংঙা তেংথানা কমবোং ব্রাহায়না নূংবুদি খেল ও কৌয়ে। মোইথাপপুতি মমোইরেংও কৌয়ে।'[১]

'অহিং লেকপবু থাঙ্গ কম্বোংনা লাংবা কৌই।'[২]

'ময়ুম থাঙ্গ কম্বোংনা ইবুদি হ কৌএ।'

'ময়িম সেলোইনা ব্রা হায়না। কমপোংনা তেংথানা চূঙপু লাংও কৌএ।'[৩]

মথককী চেংলৈগী ব্রাহৈশিং অসিনা মতুং তাবকপা মৈতৈ লোনগৈদা থোইদোক্লা মতেং ওইখিবগী খুদম অরিবা খূৎইশিংদা তাঙনা ফংই। চূংলাং মনমখাঙ হায়বসিগী 'লাং' হায়বসিমত্তুংদি খর তোয়না থেংনৈ।

**সেল্লোই লংমাই (অঙোম) গী লোনগৈদগী ফংবা ব্রাহৈ খরঃ**

'মপাম' সেল্লোইনা মীকৌনা মতু লংমাইনা তেংথানা সমপুতি খিঙ খিঙও তৌনা কৌয়ে। সমচিপুতি কায়নৌ পূঙলৈও তৌনা কৌয়ে।' (সেঃ লং, লোনঃ, লাঃ ২২)

'ময়ুম সেল্লোইনা মীকৌনা লংমাইনা তেংথানপাতি ঈলপাকপুতি উনাশু ইল্লুমপুতি তুকুপও নোংপুতি কুম্পও, পাৎপুতি থেপাও কৌয়ে।'

'ময়ুম সেল্লোইনা মীকৌনা লাংমাইনা তেংথাননা লুব্রাইরেলপুতি কোকেশু কৌয়ে। সেংলপ-পুতি অপাল পও কৌএ।' সেঃ লং. লোন, লাঃ ২০

---

১। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), নিংথৌরোল লম্বুবা, ১৯৬৭, লাঃ ৪৯
২। সরাংথেম ববমণি সিংহ, লম্মিৎলোন, ১৯৫৪, লাঃ ৫৪
৩। ও. ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), তোরৈরোল লম্বুবা, ১৯৮৪, লাঃ ৮০

মৈতৈলোনগী কোক (তাংজ) হায়বা ৱাহৈ অসি কোকে হায়বা ৱাহৈ অসিগা নক্লনা থোকই। শেংলবা অরু-অহেনববু অপানবা হায়বসিদি হৌজিকসু মৈতৈলোন্দা শীজিন্নরি।

'লংমাইনা তেংথানপতি, সেল্লোইনা মীকৌনপতি অরৈপপুতি অৱালপও তৌনা কৌয়ে।'[৪]

সে,লং.লোন, লাঃ ৭

সেল্লোই লংমাইগী 'অৱালবা' হায়বা ৱাহৈ অসি হৌজিকসু চেঙ-ফৌ' ৱালবগুম্বগী মতাংদা লৈবগী অর্থদা শীজিন্নরি।

'ময়িম সেল্লোইনা ৱাহায়না লংমাইনা মীকৌনা অশিববুদি অতোৎপা হল্লকপবুদি তেরকপা তৌনা কৌএ।'[৫]

নাও. ফম. কা., লাঃ ৭

'তেরকপা' হায়বা ৱাহৈ অসি অরিবা লাইরিকশিংদা হল্লকপগী অর্থদা য়াম্না তোয়না শীজিন্নে।

'ময়িম সেল্লোইনা ৱা হায়না লংমাইনা তেংথানা অথৌববুদি অয়াওবও তৌনা কৌএ।'

'ময়ুম সেল্লোই-লংমাইনা পুঙবু খোং কৌএ, মৈবু য়াই কৌএ।' চীং., লাঃ ১০৪

'ইপাম সেল্লোইনা মীকৌনা ইদু লংমাইনা তেংথানানা লম্বীবু মুংবী খোংবু তিংবিও কৌদবরা?', চীং., লাঃ ১১৪

'ময়িম সেল্লোই মীকৌনা লংমাই তেংথাননা শারম্বু ঙারংয়ানও কৌয়ে।'

নিঃ লাঃ ১২

'ময়িম সেল্লোই মীকৌনা লংমাই তেংথাননা মাইববুদি মোইবও মাইবিবুদি মোইবীও অচুম্ববুদি অতেবাও কৌই।'

৪। এম. উদয়চান্দ সিংহ (সম্পা.), সেল্লোই লংমাই লোন, ১৯৭৩
৫। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা, ১৮৬৭

অরিবা লাইরিকশিংদগী ফংবা লুরাং লোনগৈগী রাহৈদি তাঙনা ফংই। অয়াম্বসু সেল্লোই লংমাইগী লোনগৈগীগা মান্নবা য়াওই।

'ময়ুম লুরাংনা রা হায়না চীংলেন অরাংববুনা লা অরাংবা-ও তৌনা কৌএ।'[৬]

'ময়ুম লুরাংনা মীকৌনা নুংবান্না তেংথানবদি থোংবু তিংবী লম্বীবু মুংবী য়েম্পাকপু রাইকৌ-ও কৌএ।'

চীঙ্গোইরোন, লাঃ ৫৪

'নুংবান্না তেংথানা লুরাংনা মীকৌনাপাতি নোংপুতি য়াম্বী-ও কৌয়ে।'

'নাপাম নুংপান্না রা হায়না নাতু লুরাংনা মিকৌননা য়ীম্ফ-ও কৌয়ে।'

'নাপাম নুংপান্না রা হায়না নাতু লুরাংনা মিকৌননা য়ীশঙ লয়না (লৈননবা ইগী শঙ) শাপাপুতি ভাংশংও তৌনা কৌয়ে। লমশঙ লয়না শাপাপুতি কায়াংলৈও তৌনা কৌয়ে।'[৭]

খোং. নোংকা., লাঃ ৩৭

অরিবা লাইরিকশিংদগী ফংবা খূমন লোনগৈগী রাহৈশিংদি চাউরাক্লা মখাগী খর অসিনি।

'নোংয়াইনা রা হায়না শিরববুদি ফূরব-ও কৌএ।' খূঃ কং., লাঃ ৩৫

'নোংয়াই রা হায়না খূমন্না তেংথানা নৌবু তাউতেকও কৌএ।'

'লুকোই শল্লাই হেন্না চিন্নলৈবু নোংয়াই তেংথানা য়াংনুবু কাঙচিন-ও কৌএ।'

'ময়িম নোংয়াই তেংথানা খুমন মীকৌনা পাৎপু কোন-ও পাৎপানবু য়া-ও কৌয়ে।' নিং, লম., লাঃ ১৬৫

৬। এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), খূমন কংলৈরোন, অতোম্বাপু রিসার্চ সেন্টর, ইম্ফাল ১৯৮০

৭। এম. নরেন্দ্র সিংহ (সম্পা.), খোংজোমনুবী নোঙ্গারোল, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ। ইম্ফাল. ১৯৬৫

'ময়িম নোংয়াইনা তেংথানা খুমননা মীকৌনা য়াইরীবুদি শাংদোন-ও কৌএ।'
নিং, লম., লাঃ ৩০৬

'ময়িম নোংয়াই খূমন্না লাংনাবুদি তৈরাও-ও কৌএ।'
নিং, লম., লাঃ ১১২

'... হয়িং পেংলোইনাইবুদি নোংয়াই তেংথাননা খোই-ও কৌএ।'
নিং, লম., লাঃ ১০৬

'... খিকলোইবু উশা-ও শীংনাংবু নেশ্বী-ও তৌনা কৌএ।'
নিং, লম., লাঃ ১৭

'অদোম্না ৱা হায়না শঙ্গাইবুদি য়াকোন-ও লাইখনবুদি শরীক-ও তৌনা কৌয়ে।'
নাও, ফম. কা., লাঃ

'য়িতু খুমন্ মীকৌনা থমলাবু লাইরা ৱো কৌএ।'[৮]
মো. নিং-লম., লাঃ ১৯৫

'নোংয়াই তেংথানা। খূমন্না মীকৌনা য়েনপাপুতি শোইপাই-ও কৌএ।'
য়েনমোমপুতি সোইতিংও কৌএ।'
তো. লম., লাঃ ৬১

'নোংয়াই তেংথানা। খাকোকপু ৱায়-ও কৌএ।'

'নোংয়াইনা তেংথানা খোংপু থোং-ও কৌএ।' তো. লা., লাঃ ৮১

'নোংয়াইনা তেংথানা সনচিপুতি হেকঙাই-ও কৌএ।'
তো., লা., লাঃ ৫৯

'ময়িম নোংয়াই খুমননা য়াম্না শিপাপুতি কুঙনা শিপা-ও কৌএ।'
তো. লা., লাঃ ৪৯

'নোংয়াই তেংথানা। য়াওরৌ সানাপতা লীরুং মখূৎসুপু মাক-ও কৌএ।'
তো. লা., লাঃ ৪৫

---

৮। ও. ভোগেশ্বর (সম্পা.), মোইরাং নিংথৌরোন লম্বুবা, ১৯৮২

'লীরুংবু মাক কৌনবদি সেল্লোই লংমাইনসু কৌই।'

'নোংয়াই তেংথানা। তুরেলপু নামতু-ও, লয়রায়পু খায়ি-ও কৌএ।'
তো. লা., লাঃ ৬২

পোং (সান) না ঈশিংবু নম হায়না কৌই। পোংগী 'নম' হায়বা ৱাহে অসি খুমনগী নামতু অসিগা নক্লনা উরি।

'নোংয়াই তেংথানা পুংপু খোং-ও কৌএ।' তোঃ লম.লা. ৮১

(সেল্লোই লংমাইনসু পুংপু খোং কৌই, হায়খ্রে।)

'ময়ুম নোংয়ায়না তেংথানবদি খোমবুদি ৱাই-ও কৌএ।'
লৈরোন, লাঃ ৭৪

'খমপুং নাওশা লৈবু ... নোংয়াইনা তেংথানা পাৎয়াই কোনথোল লৈও কৌনৈএ।'[১]

'খুমননা শোয়বু খমও কৌই। লম্মিৎলোন, লাঃ ৫২

মণিপুর তম্পাককী খাথংবা শরুক্তা খূৎ কন্না পাল্লন্বা হৈরেম খুঞ্জান হায়বা কাঙলুপ অসিসু মশাগী তোঙানবা ডাইএলেক্ট লৈরমমী। কাইনথংদা মৈতৈ ফুরুপতা চঙখিবনি হাযবসি মখাগী ৱাহে খরসিনা খুদম পীরি।

'য়িপাম হয়রেম্না তেংথানা। য়িতু খুনচান্না মীকৌনা থমলাবু থম ৱো কৌএ।' মোঃ নিং, লম., লাঃ ১৯৪

'ময়িম হৈরেম্না তেংথানা মেলৈবু লোংচুমও কৌই। তোঃ লঃ, লাঃ২৫

'ময়ুম হৈরেম্না অশেনা খুঞ্জান্না তেংথানা য়ুমনিংবু মুংবী তুং-ও কৌএ।'
নিং. লঃ লাঃ

'হয়রেম তেংথানা খুনচালনা ৱা হায়না লাইচা য়ীলেন পুঙপতি তমলেন চাউলকপা-ও তৌনা কৌএ।' খোং. নোং., লাঃ ৮

১। ও. ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা, ১৯৮২

'ময়ুম হৈরেম্না তেংথানা খূঞ্জান্না মীকৌনবদি মেলৈবুদি লৈম্না-ও তৌনা কৌএ'। লৈরোন, লাঃ ১০

মথককী অরিবা কাঙলুপশিং অসিদা নত্তনা, অন্দ্রো, সেকমাই অমসুং খেন্দে চায়●রেলনচিংবা কাঙলুপ মচা খরসু হৌজিক্তগী মীরোল খরগী মমাঙ ফাওবদা মখোয়গী তোঙানবা ডাইএলেক্টশিং ঙাঙনরম্মী হায়না মসিগী মরমদা থিজিল্লম্বা, মেক্কুলোক অমসুং গ্রিয়মসন্নচিংবা বৃটিশ পণ্ডিতশিংনা মত পীরম্মী।[১০] অদুবু মথক্তা উৎখিবা অদুগুম্না অরিবা লাইরিকশিংদা থেংনদে। হৌজিককী মতমদা মণিপুর তম্পাক্তা লৈরিবা মৈতৈ অমসুং নক্রবা কাঙলুপশিংগী মরক্তা লোনগী খেন্নবসি ময়েক লানা লৈত্রে, অদুম ওইনমক লোন খোইবনচিংবগী মতাংদা খোন্থোককী ওইনা খেন্নবদি সিগুম্বা অরিবা খুঙ্গংশিংদা লৈরি।

শলাই লৈবাকশিংগি মনুংদদি মোইরাং শলাই অমসুং মসিগী ফূরূপ-লোন্না মণিপুরী লোন ওইনা পূনখিবা অসি অতৈ শলাইশিংদগী ইকোন কোল্লি হায়বসি মথককী পন্দুপতা য়াওখ্রে। অসিগুম্বা থায়নঙৈগী মোইরাং লৈবাক অসিগী তোঙানবা লোনগৈ খর লৈরম্মি হায়বসি মণিপুরগী অরিবা লাইরিকশিংগী মরুওইনা লম্মিৎ-তুমিৎ থাবা মতাংদা মোইরাংগী ৱাহৈ লৌদুনা থোনখিবা লমদমশিংদগী অয়াম্বা থেংনৈ। অদুবু ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা নিংথৌজা অমসুং মোইরাং লোনগী মরী শুকলৈ লৈনরক্তবদি নত্তে। ১৫শুবা শতাব্দীদা মোইরাংনা মৈতৈ কংলৈগী মখা পোনখ্রবা মতুংদগী ফূরূপ অসিগা মরী লৈনবা মপুংফাখি হায়বগী ৱাফম্নি।

শলাই অসিগী লোনগৈগী ৱাহৈ খরদি মখাগীশিং অসিনী।

'কেকেনা তেংথানা। মোইরাংনা মীকৌনপতি। অচেনপাবু অপাইপও কৌএ।' মোং.নিং.লম., লাঃ ২৯

'কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মীকৌনপতি। থাঙলেন মখূৎশুপু থৌরাপতি খারপা কৌএ। মোঃ. নিং. লম., লাঃ ২৪

'কেকেনা তেংথানা। মোইরাংনা মীকৌনা লৌমীবু থাংঙারেনও কৌএ'। মোঃ নিং. লম., লাঃ ১২৭

১০। জি. এ. গ্রিয়রসন, লিঙ্গুইষ্টীক সর্ভে ওফ ইন্দিয়া, ভোঃ ৩, পার্ট ৩, লাঃ ৪৩

'মোইরাংনা মীকৌনাপাতি হয়রাং অপিসাপু (অপীকপবু) অতোইপাবো কৌএ।' মো. নি. লম., লাঃ ১১৩

'কেকেনা তেংথানা, মোইরাংনা মীকৌনপাতি কৎপাপুতি অরানপাবো কৌয়ে।' মো.নি.লম., লাঃ ১২

'ময়ুম কেকে মোইরাংনা লম্বীবুদি মেন্তাকও কৌএ।'

'মাঙববু তাকপা, কেকে মাঙলৌ তাক-ও তৌনা কৌএ।'

মো.নি.লম., লাঃ ১৩

'কেকেনা তেংথাবা, মোইরাংনা মীকৌনা, অথংপাপু অরাকপা কৌএ।'

মো.নি.লম., লাঃ ৫৮

'ময়িম কেগে বা হায়না মোইরাং তেংথানা য়িশিংবু লোকলৌ-ও কংফালবু কোংকি-ও কৌএ।'[১১] মো.কং., লাঃ ৫৫

'কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মীকৌনাপাতি ফৈপাকপু সেং-বো, তেকলাপাপুতি কায়রাপাবো তৌনা কৌএ।' মো. কং. লাঃ ১৯

(মোইরাং নিংথৌরোন লম্বুবা (লাঃ৫১) দদি তেকলববু কোইরাংপা নত্রগা কোইরবা' হায়না থেংনৈ।)

'লাহাননোং হয়িঙৈতা কেকেনা মীকৌনা মোইরাংনা, মীকৌনবদি উচেকপু সাবা-ও কৌএ।' (মো. কং., লাঃ ৯

কেগেনা মীকৌনা মোইরাংনা তেংথানাপাতি অঙাংবু তোরো কৌএ।'

(মো. কং., লাঃ ৩৬)

'ময়ুম কেগেনা তেংথানৈএ পাখংপুতি ঙাংঙোই সাপন লৌপা-ও তৌনা কৌএ। নুরাবুদি সবাতোংব-ও তৌনা কৌএ।'[১২] (চো.থং-পা., লাঃ ৬৬

---

১১। সবিতা দেবী (সম্পা.), মোইরাং কংলৈরোন, ১৯৮৫, ইম্ফাল

১২। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, চোথে থাংবাই পাখংপা অমসুং নুংপান পোম্পী লুবাউপা, ১৯৮০

'কেগেনা মীকৌনবদি, মোইরাংনা তেংথানবদি অখুনববুদি অরোকপা কৌএ।' (মো. কং., লম.)

'মোইরাংনা ইকাইনবদি কোইবা কৌএ।'

'মোইরাংনা য়েংনা থুনা চৎপববু চিংঙাইনা কৌই।'

'কেগেনা লাইরবসু চালেনবা কৌই।'

'কেগেনা অচাববু অথেকপা কৌই–অদুনোংগীবু সন্না কৈথেকপল–ও কৌই।'

'কেগেনা মিকৌনা মোইরাংনা তেংথানবদি অঙাংবু তোর কৌই লালুবুসু তোর কৌই।'

'মোইরাংনা শৈশক্লবদি চাখোমবুদি লুখৎপা কৌই।'

'কেগেনা শৈশক্লা মোইরাংনা তেংথানবদি ফৈবাকপুদি নোং কৌরে, লেংবানবু থোইরবা কৌই।'

'ময়ুম কেগেনা নমু মীয়াম তিনববু খাংজেং পোং পৈবা কৌএ।'[১৩]

'ময়িম কেগে তেংথাননা মোইরাং মীকৌনা, ঙাখাবুদি ঙাতোই–ও কৌয়ে। খাচমপুদি চমপা–ও কৌএ। ঙাচিংবুদি কৈকোং–ও কৌয়ে।' নিং.লম., লাঃ ২৪

'ময়ুম কেগেনা তেংথানবদি লেংবানবুদি নাও–ও কৌএ।' লৈ., লাঃ ৫৩

'ময়ুম কেকেনা লাংমৈবুদি তোমশন–ও কৌএ।'

'ময়ুম কেকেনা তেংথানা শীংজঙ্বু হাইবী–ও কৌএ।'[১৪] চাদ. লাই., লাঃ ৫৫

১৩। মোইরাং কংলৈরোন লম্বুবা, (অরিবা খূৎই), ফংফম – হৈস্নাম ইবোমচা সিংহ, পেনা শকপা, উয়ান

১৪। এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), চাদ লাইহুই

'মাইববু মোইবা মাইবীবু মোইবী কৌই।'

মোইবীদি অহমনে।'[১৫] মোঃ ফম।

'কেগেনা হন্না য়েংলম্পবু কোংনা য়েংপা কৌএ, অতুনোংকিপ্পু কোংচিং-ও তৌনা কৌএ।' কে. হা.ঙা. লৈ., লাঃ ১০

'মযুম কেগেনা তেংথানা মোইরাং বা হায়নবদি লাইজ ঈশিং থাদববুদি ফেন্থবা কৌএ।'[১৬] কে.হা., ঙা., লাঃ ২০

'মোইরাংনা মীকৌনবদি কোংয়োং চুপলেন য়ুংনা সংবুদি সবা ঙাংসং-ও তৌনা কৌএ।'[১৭] চীং., লাঃ ২৭

' ... খোয়ুম লাইবুদি নোমলোন-ও কৌএ।'

'ময়িম কেকে মোইরাংনা। সোয়পুতি তাক-ও কৌএ।'

তো. লম., লাঃ৪২

'কেগেনা তেংথানা মোইরাঙনা মীকৌননা কায়রববুদি চিরবা-ও কৌয়ে। অদু নোংগীসু খল্লাং মোইকাই চীঙ-ও তৌনা কৌএ।'[১৮] শল কাও, লাঃ ১৬

(মোইরাংনা তেক্লববুনা, 'কান্নরবা, নত্রগা কোইরবা' কৌই হায়বা মথক্তা য়াওব্রে।)

'চেক্লা পোনবী অমুবীচা অমুবা কেগেনা চেকপি কৌয়ে, য়ান্নববু বায়া কৌএ।' মো. কং

মথককী বাহৈশিং অসিদা নত্তনা অরিবা লাইরিকশিংদা মোইরাং লমদম অমসুং ফুরুপপু খঙনবা মিং খর লৈরি, মদুদি – মোইরাংবু 'কেগে', 'ঙাংঙোই', 'ইবাং', করিগুম্বা ফুরূপ অমবুনা খুয়োন হায়না খঙনরকই। শলাই খেন্নবগী মতুংইন্না

---

১৫। 'মোইরাং ফংলোন' (অরিবা খুৎই) ফংফম – এন. খেলচন্দ্র সিংহ, ইম্ফাল
১৬। থিংবাইজম টুতেশ্বর (সম্পা.), 'কেগে হারেম্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা, ১৯৮৩
১৭। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), চীঙ্গোইরোন, ১৯৮২
১৮। ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), শল কাও, ১৯৭৮

মখোয়গী লমদমশিংদা মমিং তোঙান তোঙান কৌনবা পোৎশক খরসু লৈরি, মদুদি মনুংদা মোইরাংদা কৌনবদিঃ

'কেকে আশৈচা মোইরাংনা তেংথাপ্নাতি ... কোরও খোংচোমনুপীবু কৌপাতি কোরও নোংনাংপালপু চোংনা কাখিয়ে হায়পাকি চোংপী-ও ঔনা কৌয়ে, ... হংঙোইপুতি চেঙকাপোক (চেঙ্গাপাক, চেঙ্গাতং) চেঙলইতং-ও কৌএ, ... খুইয়োন মাচেৎমানা হংঙাইপু কৌপাদি ক্রোক লালপন-ও কৌয়ে।'[১৯]

খোং. নোং, লা, ১৩-১৫

'নিংনাংবুদি। উশারিক-ও কৌএ। হারিবুদি লোইয়ারাউব-ও কৌএ। হঙোইবুদি লোকলাউব-ও কৌএ।'[২০]

মথক্তা, শলাইশিংগী অপুনবা লোনগৈদা য়াওখ্রিবা ৱাহৈশিং অসি অয়াম্বনা শলাইশিং অসিগী নিংথৌরোলগা মরী লৈনবা, পাল্লম-পাল্লম্বা নিংথৌশিং অদুগী হাকতক্তা থোকখিবা শাফা-লানফানচিংবা মরুওইবা থৌদোক ৱাথোক অমসুং মদুগা মরী লৈনবা মফমশিং অদুবু কমদৌনা মমিং থোনখিবগে হায়বগী শন্দোক্না তাকপদা ফংবা ৱাহৈশিংনি।

মথককী শলাইশিং অসিগী ৱাহৈগী মরক মরক্তা ৱাহন (অর্থ) তাকপদি লম্বুবা নত্রগা লম্মিৎলোনগী শরুক য়াওবা লাইরিক 'নিংথৌরোল লম্বুবা', 'মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা, 'খুমন কংলৈরোন, 'সেল্লোই লংমাই লোন' 'চায়নরোল' অমসুং 'শল কাও' নচিংবা খর নত্তনা অতৈ লাইরিক খুদিংমক্তা পীরমদে। মরম অসিনা অসিগুম্বা শলাই অতৈদগী চঙলকখীবা ৱাহৈশিং অসি শীজিন্নরকপা মতমদা খঙবা লুবগী মরম অমা ওই। মথক্তা পনখিবশিং অদুদগী খুদম ওইনা শীজিন্নফম খর মখাদা উৎলিঃ

'লাইজা ঈরেন পূং, তমলেন ইয়াইচাউ (হৈরেম খুঞ্জান্না ঈশিং ঈচাউবু খঙনবা) চেংলৌ মীৎ অতাম্ববু লাইজ ৱাংমা লান্না লোইগে লোইঙমদে।'

নাউ. ফম্ব. কা., লাঃ ৮৭

---

১৯। মোইরাংথেম নরেন্দ্র সিংহ (সম্পা.), খোংচোমনুবী নোঙ্গারোল, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

২০। খূলেম চন্দ্রশেখর সিংহ (সম্পা.), ঈরাৎ লাইশোন, ১৯৬৪, লাঃ ৩৫

‘নোংয়াই হাওবা অথৌবনা খোইমা মমায় লৈনা নোংয়াই মপাচা অদোন ময়েল্লু লফুই নামথুম্বা শোইরেন খমঙাকপা নোংয়াই ঈশিং ঙাথিবা কনা লৈবনো হায়না লাউববু মখোল খুরে, ঈরাউখু খোন্নে।’ [২১]

খুমন্না শোয়বু খম তুরেনবু নামতু হায়না খঙনবা ব্রাহে অসি মথক্কী অসিদা শীজন্নিরি। অসুমনা মোইরাংনা লাংমৈ মতুবু তোমশোন, মীয়াম তিনববু খাংজেং পোংপৈবা কৌই। হায়বনচিংবসু মথক্তা য়াওখরে। অসিগুম্বা ব্রাহেশিং অসি অর্থ তাকপা তৌদনা অতোপ্পা লাইরিক খরদা য়াওবা উই–

‘কেকে মোইরাং ওইকাতৌপা নঙতি তোমশোন লুরোই থেংনা কোয়নখিযো।’ পোই. খুন, লাঃ ২০

মতুং তারকপা লাইরিক খরদসু অসিগুম্বা ব্রাহে কয়া শিজিন্নবা উই–

‘শাবি নঙনা পাউখুমদবা অসিবু নশানৌ ঐনা লৈকোক লৈকাই লানবা, ইতাউ লৈপূং য়াকাবা খাংচেং পোংপৈবদা হে লমজা হাযনা ঙাইনোকনৈএ।’[২২]

‘মযিম কেকে মনিল নাই খুব্রাং মরাইহেন তোমশোন লুরোইচিন খোয়নৌ মলাংমৈবু চেপথেংনা লাংমৈ পূংলেনচিন মযিম খুব্রাং অশৈপা লিংপা চাইমাপা তংপা চাইমাপা চাইপা অশৈপা নুংকেম শাকপানা খুব্রাং অহোংলোনপু শৈশক্লা কেকে হাউতং পূংতোইপানা তাখন লাবা পূঙতোযযৈ কেকে শব্রা তোংপি পূম্না হৌ খুব্রাং শাপন লৌপাপু পূম্না তিল, চৈবৈ মকা ফোং মাললৌ তাক লাংমৈ তুহাউ চিলনাXXX’।[২৩]

‘নযু ইব্রাং পুবিক্লাই তয়ুম নাইজরাকপা নোংলেন হাইবি (শীংজঙ) খোংঙাঙোই নানবা শরাবদি চোইনৌ সনা মিংহুনগিবু চূনবনে।’

মো. নিং. লম., (ইবা শরূক)

---

২১। এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), চায়নবোল, ১৯৮৮, ইম্ফাল, লাঃ ৩৩
২২। এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা, ১৯৬৮, লাঃ ৫২
২৩। টি.ঐচ. থৌযাংবা মীতৈ (সম্পা.), চহুই লৈরোং পানবা, ১৯৮৮, লাঃ ৬

'চেকশা তনবা মীখন খায়-ও। নঙদি কেগে শীংজা ক্বাক্তগী পোইরৈ তেঙ্গোনলেন্দা হান্না ব্বায়থুংঙম-ও।'[২৪]

অসুমনা শলাই অতৈগী লোনগৈদগী ব্বাহে কয়া লৌশিনদুনা অঙনবা মতমদগী মণিপুরী লোন চাউখৎলকপদা অচৌবা মতেং ওইরকই।

মতাং অসিদা মমাংঙৈগী শলাই লৈবাকশিং অমসুং কাঙলুপ মচাশিং অসি মতৌ করম্না খায়রম্বগে হায়বসি খঙবনা মখোয়গী লোনথৈশিংগী শক্তম লেপ্পদা কান্নবা ওইগনি। মমাংঙৈগী শলাই লৈবাকশিংবু মৈতৈ লৈবাক্না খোপচিনখিবদি লৈবাকশিংদনি, য়ুম্নাক শাগৈদি শলাই লৈবাকশিং খায়দোকত্রিঙৈদগী হান্ননা তোৎন-তিন্নরকফম থোক্নে। ব্বাফম অসি হেন্না মপূং ফাননবগীদমক খূদম অমত্তং 'লোয়য়ম্বা শিনয়েন' কৌবা অরিবা লাইরিক্তগী লৌখৎচরি-

'সরোৎখাইবম নঙদি ফৌওইবী শকও
'তেকচম নঙদি লাঙ্গোন শকও'
'অহৈবম নঙদি পূখম নাতি হৈ-ও'
'লাইরেল্লাকপম নঙদি লাইফি শাউ'
'কিয়াম নঙদি কিয়াম লাই লাৎও'
'নিংথৌজম নঙদি চিনফি শাউ।'[২৫]

মথককী শিনথাশিং অসি মৈদিংঙু লোয়ুমবা (খৃঃ ১০৭৪-১১২২) গী সনা হাকতক্তা য়ুম্নাককী শিন্থা শিল্লম য়েনথোকপদা য়াওবনি। য়ুম্নাকশিং অসিগী য়েক্তি মথংশীংনা – সরাংলৈশাংথেম, ঙানবা, মোইরাং, অঙোম, অমসুং নিংথৌজা য়েক্কী নি। অসিদগী খঙবা ঙম্লিবদি মমাঙঙৈগী শলাই লৈবাকশিংদা মৈতৈ পোইরৈদা নিংথৌজা শলাইতমক, খূমন্দা খূমন শলাইতা, মোইরাংদা মোইরাং য়েক্তগী ওইবা প্রজাশিংনা তোঙান তোঙান্না লৈরম্বা নত্তে হায়বসি খঙই। মরমদি মৈদিংঙু লোয়য়ম্বনা পানবা মতমগী মমাঙদা খাবা, চেংলৈ অমসুং লুব্বাংনচিংবগী লৈবাক খর লৌশিনবা নত্তনা খূমন, মোইরাং অমসুং অঙোমনচিংবা শলাই লৈবাকশিংদি মৈতৈ পোইরৈদা পূল্লমদরি। লীখুন অসিদগী খঙবা য়ারিবদি মমাঙঙৈদা লৈরম্বা শলাই লৈবাকশিং

২৪। ও. ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), তখেল ঙম্বা, ১৯৮৬, লাঃ ৭০
২৫। খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ (সম্পা.), লোয়য়ম্বা শিনয়েন, ১৯৭৫, লাঃ ১৭, ১৯-২০

অমসুং কাঙলুপশিং অসিদা তোঙান তোঙানবা য়েক্কী য়ুম্নাক কয়ামরুমসু য়াওরমফম থোক্লি। অদুনদি ডাইএলেক্ট তোঙান্নরমলিবসি শলাই খেন্নবনা নত্তরি, লৈখি লৈখিবা লমদমশিং শলাইশিংগী মনাৎ অমসুং লোন খর খর খেন্নবা কাঙলুপ মচা মচাশিং অসুম লৌশিনখ্রগা তিনশিন্নখিবদগী তোঙান তোঙানবা শিংজুনা মহাও খেন্নবগুম খেন্নখিবা ওইরমগনি। মদুমক্তা চপ চাবা ষ্টেন্দার্দ ডাইএলেক্ট অমমমগী থাক্তা লৈরমফমসু থোক্তে।

মরম খিবিক অসি লৈবনা অরিবা মণিপুরী লোনগী শরুক্তা থাইনগী শলাইশিং অদুগী ডাইলেক্টশিংনা পূনখিবনা মপূং ওইরবসু অরিবা কাঙলুপশিং অমসুং কোন্না চঙলকপা মপালগী কাঙলুপ মচাশিং অসিনা অপূনবা মৈতৈ ওইনা পূনশিনখিবা মতমদা মখোয়গা লোন ফাওননবা হোৎনরকপা মতমদা কাঙলুপ মচাশিং অদুদগী লোনগী ইথিল খরদ ওইরবসু চঙলকপা হায়বসি মশানা তাবনি।

শলাইশিংনা পুশিল্লকপা অতৈ ৱাহৈ খরগী মশক, নাউন, ভার্ব অমসুং এদজেক্তিভনচিংবাঃ

মৈতৈলোন মশাদা অতৈ ফুরূপকী লোনশিংদগী পুনশিনখ্রবা ৱাহৈশিং অসি অয়াম্বনা নাউন অমসুং এদজেক্তিভনা মপুংনি, করিগুম্বদা ভার্ব অমসুং এদভার্বকী মশকসু মথেংনৈ। অরিবা ৱাহৈশিং অসি অয়াম্বনা হৌজিককী মণিপুরী লোনদদি মশক ওনখ্রবা , শীজিন্নদ্রবা অমসুং করম্বা ফুরূপকী লোন্দগী চঙলকখিবা হায়বসি খন্দোকপা লুরবা ৱাহৈশিং ওইনা লৈরে।

মথক্তা উৎখ্রবা শলাইশিংগী লোনগৈ অদুদগী অরিবদা চঙখিবা নত্রগা অনৌবা মণিপুরীদসু লৈরিবা মশক তাকপা ঙম্বা ৱাহৈ খরদি মখাগী অসিনিঃ

| **অরিবা চেংলৈগী নাউন** | **হৌজিককী মণিপুরীগী নাউন** | **অর্থ মান্নবা ৱাহৈ পুংবা অমসুং শীজিন্নবা মওং** |
|---|---|---|
| মমোইরেং | মোইথাপ | মোইথাপ মমোইরেংনা লুপঙৈগী |
| খেল | নূং | নূং খেলনা তাউরকয়ে।<br>নিং লম. লাঃ ৪৯ |
| লাং | চুং | অরিবা খুৎইদা চুংলাং মনমখাঙ হায়না শীজিন্নে। |

| অরিবা চেংলৈগী নাউন | হৌজিককী মণিপুরীগী নাউন | অর্থ মান্নবা ব্বাহৈ পুংবা অমসুং শীজিন্নবা মওং |
|---|---|---|
| খিংখিং | শম | খিং খিং কায়নৌ মশমজি |
| কায়নৌ | শমজি | হৌজিক্তি শমজিতমক খণ্ডনরে |
| কো (ক) কোক্ | কোক | মকোক তাংজ লূরেনতোন |
| খোং | পূং | পূংখোংথিন্ন (অরিবদা) |
| য়াই | মৈ | মৈয়াই থান্না। |
| | | হুইয়েন য়াইশিং (লানগী মৈ) মূৎলে। |
| মূংবী | লম্বী | মূংবী হায়বসি লম্বীগী মহুত্তা লৈরাই মূংবী হায়না অরিবা খূৎইদা য়াম্না য়াওই। |

| শেল্লোই লংমাইগী নাউন | অনৌবা মণিপুরী নাউন | অর্থ মান্নবা ব্বাহৈ পুংবা অমসুং শীজিন্নবা মওং |
|---|---|---|
| মাক | লীরুং | লীরুং মাকমৈ কাঙ, লকা তেনমৈ লাক্লা। |
| | | মাকমৈ হায়রগা হৌজিক্তি থাবান নত্রগা তিথিবু খণ্ডনরে। |
| মু | কাকয়েন | কাকয়েন মুনা তোংলম্মে মুতোংপা মচী শাং–ও থোন্নেএ। |

| অরিবা খুমনগী নাউন | অনৌবা মণিপুরী নাউন | শীজিন্নবা মওং |
|---|---|---|
| কোন | পাৎ | পাৎয়া কোনয়া, খর |
| য়া | কাংফাল নত্রগা পাৎয়া | থৈথরগনা পাৎকোম |
| সোইপাই | য়েনবা | হৌজিকসু শা উচেক অরি |

| অরিবা খুমনগী নাউন | অনৌবা মণিপুরী নাউন | শীজিন্নবা মওং |
|---|---|---|
| সোইতিং | য়েনমোম, য়েনবী | অনৌদা শোই অরিবা নত্রগা শোইনৌ অসুমনা শীজিন্নরি। |
| লাইরা | থম(না) লা | লাইরে নানৌ চোংবনা পূকহুদে (কুমদমশৈ) |
| তাউতেক | নৌ | তাউতেক নৌরোংশু |
| য়াকোন | য়ুমজাউ, শঙ্গাই | মোংবা শঙ্গাই, য়াকোন্নুং |
| শরীক | লাইখন | শরীক লাইখন থুমনা |
| মাক | লীরুং | শেল্লোই লংমাইনসু লীরুংবু মাক কৌই। |
| ব্রাই | খোম | ব্রাইখোম, খোমব্রাই |
| তিংবি | থোং | থোংলেন তিংবিথক্তা লান্নখিএ |

| অরিবা লুবাংগী নাউন | অনৌবা মণিপুরী নাউন | অর্থ মান্নবা ব্রাহে পুংবা অমসুং শীজিন্নবা মওং |
|---|---|---|
| তিংবী | থোং | থোংলেন তিংবী লানবদা (তাওনা শীজিন্নে) |
| লা | চীংদোন অব্রাংবা | চীংলেন পলংলা অব্রাংবা হায়না অরিবদা য়াম্না ফংই। |

| হৈরেম খুঞ্জানগী নাউন | অনৌবা মণিপুরীগী নাউন | শীজিন্নবা মওং |
|---|---|---|
| থম | থমনা | থম+না |
| লৈস্না নত্রগা নোংচুম | মেলৈ | মেলৈ লৈস্না নুংজুমপান |

মোইরাং শলাইগী ৱাহৈ কয়ামরুম চঙলকখিবা অদুগী খরগী মখৈদি হৌজিকসু খোঙ্গুল লীবা ঙমলি। ৱাহৈশিং অসি অয়াম্বনা ভার্বকীনি, তোইগুম্বসুং ৱাহৈ পরেংগী মনুংদা শীজিন্নবা (এফিক্স তপ্পা) মওংগী মতুংইন্না নাউন, ভার্ব নত্রগা এদজেক্টিভ ওইবা য়াই।

| **অরিবা মোইরাংগী ৱাহৈ** | **অনৌবা মণিপুরী ৱাহৈ** | **শীজিন্নবা মওং** |
|---|---|---|
| খাবা | থৌবা | লিংজেন খাবা |
| অরাকপা | অখংবা | অখং অরাক নত্রগা অখঙ অরাক |
| কায়বা | তেকপা | অতেক অকায় |
| লোকপা | খূনবা | লৌ লোকপা, ফৌ লোকপা |
| কোইবা | ইকাইবা | ইকাইরুনু, কোইরুনু |
| চিংঙাইনা | য়েংনা থুনা চৎপা | চিংঙৈনা অমুক হল্লু |
| নাও | লেংবান | শমজিন নাউরোই থাং (শম লেংপাক য়ৈবা) নাউ চাউবা |
| ফেনথবা | থাদবা, ঙমথবা | ফেন্থ ঙমথবা |
| অতোইবা | অপীকপা | অপীক অতোই, ঙাখা ঙাতোই |
| লানবা | কৎপা | লাই পোৎ লানবা |

| **অরিবা মোইরাং ৱাহৈ** | **অনৌবা মণিপুরী ৱাহৈ** | **শীজিন্নবা মওং** |
|---|---|---|
| পাইবা | চেনবা | পাইঘৈ চেনবা, নহান্না পাইগ্রে (চেনখ্রে) |
| শেং | ফৈবাক, কপ্পাক | কপ্পাক শোংশৌননা |

য়াম্না লীক্লা ফংই। মখাগী খর অসি খন্দোকপা য়াই।

| **শলাইশিংগী অরিবা এদজেক্টিভ** | **অনৌবা মণিপুরী এদজেক্টিভ** | **শীজিন্নবা মওং** |
|---|---|---|
| অপানবা (শেল্লোইনা) | শেংলবা, অরু অহেনবা | ফি পানবা ঈশিং অরু অপান |
| অতোৎপা (শেল্লোইনা) | অশিবা | |
| অফুবা (খুমন্না) | | |
| অয়াওব (শেল্লোইনা) | অথৌবা | ইদু অয়াওবা শেল্লোই |
| অখাবা (মোইরাংনা) | | অথৌবা শিংও |
| | | নাও. ফম. কা., লাঃ ৩৫ |
| অতোইবা (মোইরাংনা) | অতেকপা | |
| অকায়বা (মোইরাংনা) | অতেকপা | |
| অরানবা (মোইরাংনা) | অকৎপা, অসিনচিংবা। | |

মখাদা উৎলিবা শলাইশিংগী ৱাহৈশিং অসি শীজিন্নবগী মতুংইন্না ভার্বকী ওইবা ৱাহৈশিং ওই–

| **অরিবা শলাইশিংগী ভার্ব** | **মণিপুরী ভার্ব** |
|---|---|
| তোৎ (পা), ফূরবা, মনবা | শি (বা) |
| ৱান (বা) | লৈ (বা) |
| য়াও (বা), খা (বা) | থৌ (বা) |
| কোই (বা) | ইকাই (বা) |
| পাই (বা) | চেন (বা) |
| তে (বা) | হন (বা) |
| পাৎ (পা) | থোক (পা) |

| **অরিবা শলাইশিংগী ভার্ব** | **মণিপুরী ভার্ব** |
|---|---|
| লাং (বা) | অহিং লেকপা |
| লাইজ তল্লেন চাউ | |

লাইজ ঈনা ওম্বা,
ইমু মপাউ হৌ (না)　　　　ঈশিং চাউ (বা)
লোক্লৌ লাইজ ঈহৌবা

মথক্তা উৎখিবা অসুমনা শলাইশিংনা মণিপুরী লোনদা পুশিল্লকখিবা নাউন, ভার্ব, এদভার্ব অমসুং এদজেক্টিভশিং অসিদি অরিবা খূৎইনা তাক্লম্বা খরদগী খোঙ্গুল লীবা ওম্বা ৱাহৈ খাত্তিক্তগী নি। অসি নত্তবা মশীং লাকওমদ্রবা অর্থ মান্নবা ৱাহৈ অহুম থংননা – মচেও কায়রে ময়েন, য়াংলৈ তাউবা হূই, মোংবা শঙ্গাই য়াকোন, মানবী কাউরেল মশল, অসিনচিংবা কয়া অরিবা খূৎইশিংদা নাউন ফ্রেজশিং ওইনা থেংনরি। ৱাহৈ পুংবা নত্রগা ফ্রেজ শেমদবা অর্থ মান্নবা ৱাহৈ কয়া কয়াসু লৈরি, খুদম ওইনা –

নুমিৎ – য়োইময়াই, তাউদনবা, মঙাংগুরু, কোরৌহনবা, থবী, তুমিৎ (চেংলৈনা), শেনকোইরেং চরংশেল, অপালবা।

মৈ – খাম্বী, খেল্লে, চকমোন, মৈত্রেং, য়াই (শেল্লোইনা)

লাই – চীংঙু, খোইমোম, কাসা, খোয়ুম, নোংলোন (মোইরাংনা)

ঈশিং – য়ী নত্রগা ঈ, লাইজ, তরং, ঈশিং, ইমু। লোকলৌ (মোইরাংনা) তমলেন (হৈরেম খুঙান্না) ওংথি

লম্বী – য়াংদৌ নত্রগা য়াংলৌ, লমদাং, মুংবী (শেল্লোইনা) মেস্তাক (মোইরাংনা), লমশাং, চৎলম

য়ুম – মোংবা, মরালয়ায়, শঙ্গাই, মশাইকোন, য়িম নত্রগা ইম, য়াকোল (খুমন্না), লোনয়িম লোল্লেম

ফি – চৈরৈ নত্রগা চরৈ, কোংদিং, শংদিং, হাওরং, মাল্লৌ

ফৌ – থাংই, লীহৈ, লোইমোম

ঈ – য়ি নত্রগা ঈ, ঈমু, য়াই (হয়িঙৈগী) হা (চেংলৈনা)

ভার্ব নত্রগা এদভার্ব ফ্রেজশিংগী শক্তমসু মায়োন নাইনা সৈরম্মি। নাউন ফ্রেজগী মমৈদা ভার্ব অমা হাপ্পগা ভার্ব ফ্রেজ নত্রগা ক্লোজ শেম্বনা সাহিত্যগী ওইবা খুৎইদা মপুংওইনা চংনরম্মি। খুদম খর পল্লবদা-

শাউনা - চৈনবা কাজাক হৌ (বা), য়াইবী মনুং হৌ, তিল্লাং মখোয় শাউনা, শাকলৌ পলেম হৌ (বা)

শিবা - অমল পাথ (বা) অমন য়াইথোং কূম (বা), কোরৌ ঙমলোনবা নত্রগা নোঙ্গাবা খমনুং শন্না তান, থবা ঙাঙলি তৎ (পা), য়াইবী ইনিন খম (বা), লীক্লাই শক্লম ইন(বা), শজীক মতুংইন থবামমৈ রায়বা।

করিগুম্বদা অর্থ অমত্তগী ফ্রেজ অমসুং ক্লোজশিংনা যাম্না মরোল নাইনা শাংনা শাংনা ইবা চংনরম্মি, খুদম ওইনা-

অবোনবা মুংশিনবা থাংনা - 'নবা খুৎতৈ মাখক্ষনা চোমলাং কাওগী ললহৌংশনা, লমলক জংখুমনা শোনখোং ভাইথেৎনা, নুরা কুমচিং পালে থোক মনুং লোনকা পালোনা, শিঙেন লেংখনা, লৈবাং খাইথনা পাললে।

খোং. নোং, লাঃ ৩৬

অসুমনা ফূরূপশিংগী লোনগী মচল কয়া মতমগী মতুংইন্না মপূংওইনা মৈতৈলোন্দ অসুম অসুম পূনশিনখিবদগী ৱাহন মান্নবা ৱাহৈগী নাচোম অসিসু মরাং কায়না হেলগৎলকখি। মরম অদুনা মমাঙঙৈগী ইৱাকমশিংনা সাহিত্যগী মচল শেম্বদা অসিগুম্বা ৱাহন মান্নবা ৱাহৈশিং অসি অপাম্বা মওংদা খল্লগা হন্না হন্না হাপতুনা ইনরকখি। অসিগুম্বা ডাএইলেক্টশিংদগী চঙলকপা লোনগৈগী ৱাহৈশিং অসি হয়িঙৈগী মতম (খৃষ্টমাঙগী মতমদগী অহানবা চহী চা খর) অসি ফাওবগী থৌদোক ৱাথোক ৱারী ৱাখোঙগা মরী লৈননা ইবা যাম্না লিরবা লাইরিকশিংদা হাপ্তুনা ৱাহৈগী নাচোম (মান্নবা অর্থগী) শীজিন্নবা থোইনা উদে। খূদম ওইনা হায়রবদা 'নুমিৎ কাপ্পা', 'পোইরৈতোন খূনথোকপা' অমসুং 'তুতেংলোন' গুম্বা অরিবা ৱারীগী লাইরিকশিংদা কবোগুম্বা লোইবী মারেমগুম্বগী মরী লৈনরুবা ৱাহৈ খরগী ৱাহন পীবা, অসি নত্তবা অতৈ শলাইশিংগী ৱাহৈ অমসুং ৱাহন পীবা ইথেং থেংনদে। মরম অদুনা অতৈ শলাইশিংগী ৱাহৈ লৌদুনা মতুং তারকপা লাইরিকশিংদা

য়াম্না শীজিন্নগনবা, চীংলেন পাল্লংলা, লাইজ তম্লেন চাউবা, লোক্রৌ শানা নাউয়োকপা, নেম্বী শীংনাং অসিনচিংবা ফ্রেজশিং অসি ঙল্লিদৈদা কয়া শীজিন্নবা উদে। অসিগুম্বা ৱাহৈগী লৈতেং হাপ্তবা কয়া সাহিত্যীক ওইদবা খূৎই লাইরিকশিং 'লোয়য়ুম্বা শীনয়েন', লাইহূই অমদি শেকনিং' গী মনুং চনবা লাইরিকশিং অমসুং 'লাইওন লাইচৎ' নচিংবা লাইরিকশিংদদি হৌজিক ঙাঙনরিবা লোনগুম্না য়াম্না শম্না অমসুং চম্না ইরি।

> 'হৌজিক্তি ৱারম অমসুং হায়গে হে থাংজিং নাখোয়দা হৌপা ব্রু শিদবা নমিংদি সোইউরেন কেঙনাইপা কৌই।'[২৬]
>
> 'ইমোম লৈমা নঙদি পারি ওইরমথানা শেল্লরো।'[২৭]
>
> 'তাইবংপানবগী মপা মমা অনীমকপু ওইরিবী র লৈমরেন শিদবীনা মহাক্তগী লাইখ্বরেম্বীনে, নোংথাং সৈমনে, অনী মকপু তাখোক এ, মহাক্না থানা লাই অতুম শুরে।'[২৮]

অরিবা মতমগী লোনগৈদা শলাইশিংগী ৱাৎ কয়ামরুম চঙলক্কুনা খুৎইশিংদা মখল মথেল ৱাহৈ কয়ামরুম লৈতেং ওইনা শীজিন্নবনদসু মথক্তা উৎখিবা ৱাহৈ পরেংশিং অসিগুম্না হৌজিক ভাঙন শক্তরিবা অসনগী পংহোং য়োংদবা অচম্বা খূৎই কয়াসু অরিবা মতমদগী লৈথক্লি।

শীজিন্নফমগী মতুংইন্না, কনজঙ্কসন, ইন্টৈরোগেটিভ, প্রোনাউন অমসুং এদভার্বকী মশক লোপ্পবা ৱাহৈ কয়ামরুম অরিবগীগা হৌজিক্কীগা খেন্নবা ফংই।

| অরিবগী | ঙসৌবগী |
|---|---|
| কদৌনোং, কদৌনোংগীনো | কৈদৌঙৈ, করম্না মতমদগীনো |
| কদৌফাৎ (নত্তে) | করিসু থোইদোকপা নত্তে |
| কদাইরম | কদাইদা |
| তোক্ল হক্কবা | তোয়মল্লবা |

২৬। খুলেম চন্দ্রশেখর, লোয়য়ম্বা শিনযেন, ১৯৭৫, লাঃ ১৬
২৭। এম. গৌরচন্দ্র (সম্পা.), সনামহী লাইহুই, ১৯৮২, লাঃ ৫
২৮। লাইওন লাইচৎ (অরিবা খূৎই) ফংফম – এন. খেলচন্দ্র সিংহ, ইম্ফাল

| অরিবগী | অনৌবগী |
| --- | --- |
| অমসুং অনীসুং | অমসু অনীসু |
| পারি+ত আনে | ইচানীপামক্লে নত্রগা ইচানীপাগুম্বনি। |
| | অসিনচিংবা |

অরিবা মতমগী নাউন (মিং) অসি অসুক্কী মতীক মরাং কায়গ্রে মদুদি করিগুম্বা মপূম ওইনা শক্তম (বোডি) অমা শাগংশদা চংলিবা কায়াং নত্রগা মচাক খুদিংমককী ফাওবা তোঙান তোঙানবা অরিবা মিং কয়ামরুম লৈরম্মি। খুদম ওইনা খরদং মখাদা উংলিঃ

(ক) হকচাংগী শরুকশিংঃ

| শীজিন্নরিবা মিং | শীজিন্নরবা মিংশিং |
| --- | --- |
| হকচাং | শমু |
| কোক | কাউবী, লাল্লু, তাংজা, লুয়েন, কোকে |
| শম | খিংখিং, কায়নৌ (শমজি), হামূল |
| লাইবক | খেল্লাই, য়ামজেম |
| পীশুম | পাগোই |
| মীৎ, মায়, শক্তম | চেংলৌ |
| মীৎমৈ | নাশংতান |
| নাতোন | কোরী নাপোম থোঙ, চাখাবা চীংমৈশা |
| য়া চীন | চীনগোই |
| মখা | য়ারেন, খোঙখৈ |
| লৈ | তাংজ, মূকমূ |
| ওকশম | তোংদম, লূরক, তাঙ্জ |
| খদাং | চুমুন |
| থবাক | ঙানফম, থীকলেন, থা |
| পাম্বোম | শয়েং মতানবোম |

| শীজিন্নরিবা মিং | শীজিন্নরম্বা মিংশিং |
|---|---|
| খ্বাঙ | পমশি |
| খোয়দৌ | চক্থবা, খুংখোংবা, য়াফম |
| চনীঙ | খোয়খৈ |
| ঈশিং থোঙ | শীনুং |
| অমাংথোঙ | পেথোঙ |
| হুমাং | শারনয়ি, লোক্নৌ নমখুম য়ি |
| তু, তুখোং | শাবা |
| উন | কুরাং, শিনৌ |
| ফৈবোম | শেং, ফৈরা, তান |
| খুনীং | মোইদোন |
| খুবাক, খুবাং | তবুং, চাংজৌ |
| খুৎপী, খুবী | খুৎখৈ |
| খুজেং | হংজি। |

খ) য়ুম অমগী মচাকশিংঃ

| শীজিন্নরিবা মিং | শীজিন্নরম্বা মিং |
|---|---|
| য়ুম | য়িম, মোংবা, মরান লোনয়িম, লোম্লেম, শংগাই, য়াকোন, শঙ, শঙলেন |
| হিংগোন | চাউকোই/চাইগোই |
| শম্বল | ফৈরোই |
| শুমাং | কংলৈ, মথৌবুং, থেল্লোং, শুমাই |
| কোন্থোং | খরাই, থোঙ্গাল |
| মাঙ্গোল | খেনজোং |
| শৌরোন থোঙ | চার |
| লাইখন | শরীক |
| ফক্লাং | লোনজা |
| ফুঙ্গা | থীকপি নত্রগা তীকপি |

| শীজিন্নরিবা মিং | শীজিন্নরম্বা মিং |
|---|---|
| নাকথ | তিংগুি, মাংশোক |
| য়ুমগী মনীং | মুংবীতুং |
| মরাক | লেমথোং |
| ময়ুং | তানথোং |
| শাংবা | |
| মোন | তপতাই |
| ফমংগী ফি | য়াকু। |

অরিবা মতমগী মরী মতাগী ওইবা মিংগৌশিং (কিনসীপ টার্ম) অসিগী মরোল নাইবা ৱাহৈ কয়ামরুম লৈরন্নবসু পী, পা (জেন্দর) অমসুং থকখা (নহা-অহল) তাকপগী মচা তাবা ৱাংলী।

মদুদি -

| শীজিন্নরম্বা | শীজিন্নরিবা |
|---|---|
| ইয়ু | ইপু |
| ইয়োন | ইবেন |
| পু-পাং | ইপা-ইমা |
| ইপন | পলেম নত্রগা পন্থৌ |
| মমান | মকু |
| মচি, শাবী, য়াম্ম | মতৈমা, ময়াম্বা অমসুং মবুং |
| মদু | মবুং নত্রগা মৌপ্পা |
| মহুইরোন | মমৌ |
| পাইরৌরেন | মবাই |
| শেল্লৌরেন | মশেন |
| থংলেন, মমানমচা | মপুরোইবা |
| মনিং | মনম্মা |
| ইনু | মৱাগী মচলনুপী |
| পন্থৌ অখুবা মপাতোন | |
| ইচাম্বা | মখুরা |

| শীজিন্নরম্বা | শীজিন্নরিবা |
|---|---|
| ময়েল্লু | মাগী ধারা নাদ্লা |
| মপানাওনম্লা | মপা পোক্তবা, অসিনচিংবা |

মণিপুবদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা য়েক অমসুং য়ুম্নাককী মশক তাকতুনা চনুশিংবু অরিবা মতমদা কাণ্ডলুপকী ওইনা মিং কয়ামরুম কৌনরম্মিঃ

| মিং | য়েক |
|---|---|
| ৱাংঙম্লোন | মৈতৈ নিংথৌ চনু |
| ইৱাংলোন | মোইরাং অরিবা চনু |
| কৌবরোন | মোইরাং অনৌবা চনু |
| খাবলোন | খাবা চনু |
| ঙানুরোন | ঙানবা চনু |
| খয়োইরোন | খুমন চনু |
| থাইখোং ঙম্পী | খুমন চনু |
| নুংবাম্লোন | লুৱাং চনু |
| য়োইকম্লোন | অঙোম চনু |
| লমফেনঙম্বী | অঙোম চনু |
| চিনফুরোন | শরাং লৈশাংথেম চনু |

মথককী অসিগী মনুংদা অমুক চনুশিংগী য়ুম্নাককী ওইবা অপূনবা মিং কয়ামকমসু তোংঙান্না লৈরি।

| মিং | য়ুম্নাক |
|---|---|
| সুমলৈমা | নোংমাইথেম চনু |
| লিনশুরোন | নিংঙোম্বম, লাইরেঞ্জম অমসুং ৱাংখেম চনু |
| শংলৈমা | খুয়োনথেম চনু |
| সনারেম্বী | হৈখাম চনু |
| তোগাইঙম্বী | চকপ্রম চনু |
| খূমন খোম্বী | কোংবম চনু |

| | |
|---|---|
| **মিং** | **য়ুম্লাক** |
| লামবাশু | অরাম্বম চনু |
| খোংলৈমা | লাইরেঞ্জম চনু |
| খমশুরোন | সলাম চনু |
| শেম্বুংলোকপী | থিংঙোম চনু (খূমন) |

অসিনচিংবা।

সলাইগী নিংথৌশিংগী ওইনা খঙনবা তোংঙানবা মিংশিং লৈ।

| | |
|---|---|
| **নিংথৌগী মিং** | **সলাইগী মিংশিং** |
| মৈদিংঙু, তুবী, লাইরেন | নিংথৌজা, পোইরৈ মৈতৈগী |
| অঙৌ পানবা | অঙোম, নোংবানগী |
| ইবাং, পুরিক্লাই | মোইরাং, কেগে, ঙাংঙোইগী |
| অদোন নিংথৌ | খূমন নোংয়াইগী |

হৌজিক নাউন ওইনা শীজিন্নরিবা এদজেক্টিভ অয়াম্বগী মহূৎ অশেমবা নাউনশিংনা শিল্লম্মিঃ

| | |
|---|---|
| **অরিবা মওং** | **অনৌবা মওং** |
| লাংজেং | অনৌবা |
| হোংকু, পশোং | অঙৌবা |
| কুম হামুক | অমুবা |
| ঙাংলৌ | অঙাঙবা, ঙাঙলৈনবা |
| লকাবা | অরংবা |
| য়েলহৌ | অঙনবা |
| চাখা | অরিবা। |

হৌজিক শীজিন্নরিবা নাউন ফ্রেজ খরদি অরিবগী নাউন অমমমতনা মহূৎশিনবা উইঃ

| | |
|---|---|
| **অরিবা মওং** | **অনৌবা মওং** |
| শংলৌ | য়েনসাং নাপী |
| ফমদৌ | অঙম অথৌ |

| অয়িবা মওং | অনৌবা মওং |
|---|---|
| থাউবী | চীংমায় |
| লেরা | লমহেনবা |
| পাইরৈ | মবাইগী মরী |
| লাইহুই | মতীক মগুণ |
| ইঙৌ, ঈরম | তুরেল মপান্দা তাবা |
| ইমু | লোক্তাক পাৎপান্দা তাবা |
| লোয়া | চীংখোঙ চীংয়া। |

অশেংবা নাউনশিংনা হৌজিক চৎনরিবা অশেন্বা নাউন খরগী মহুৎশিনবসু চৎনরকই। মখাদা চাংদম খর উৎলিঃ

| থায়নগী অশেংবা নাউন | হৌজিককী অশেন্বা নাউন |
|---|---|
| লা | চীংদোন |
| কোং | কংফাল |
| শেং | ফৈবাক |
| তবুং | খূবাক |
| শরেন | খূৎয়েং |
| তোমান | পূংজাও |
| ঙাইতে | লৌঙাকশঙ |
| চেংলৌ | মায়থোং, অসিনচিংবা। |

অয়িবা লোনদা মাইগৈ অমদি শলাইগী লমগী ওইবা তোংঙানবা মমিং কয়াসু লৈরম্মি।

মদুদিঃ- থরৈ- মখা, থাংবাই লাইনা পাংবা - অৱাং,
ৱাইরং - নোংপোক, লোক্লোয় - নোংচুপ,
নোংনেম, নুংশিৎলম - অৱাং নোংচুপ,
ফেনচি, ফেনচি নোমহ্মলম - মোইরাং লাইজি,
খাথা লাইথা - খা ৱাং, অসিনচিংবা।

অরিবা মণিপুরী লোনগেগী থোইদোকপা অমনা অর্থ মান্নবা ব্বাহে কয়া (শলাইশিংগী পুন্না) মরোল নাইনা লৈবগী মথক্তা লেঙলি পাল্লিবা (জিব) শিংগী হৌফম-শাংফম্না মশক তাকপা কাঙলুপকী তোংঙানবা মিং কয়াসু লৈরি।

| হৌফম তাকপা মিং | মান্নবা মিংশিং |
|---|---|
| মমা লৈচেং শোকচোন্নুচা | য়েন, মচেঙ, কায়রৈ, শোয়থিং, অরাং |
| মমা লৈঙোই মফোন্নুচানা পোকপী | ঙানু, খেরে, শব্বা পোনবী চীনপাকপীচা, পাংলং মৈ |
| মমা লৈনুং পিশিন্নুচা | ওক, তেকপী |
| লাইশ্রাবীচা | তিঙ্গোং |
| চোংবিচা | কৌজেং অমসুং ঙাহৌ . |
| তোক তোকপীচা | ঙামু |
| চিংদোইবিচা | খজিং, কৈংকোং, ঙচিং, চিংলোইলাই |
| কোকপাকপীচা | ঙারেন অমসুং ঙাক্রা |
| ঙাখা খারংপীচা | ঙাখা, ঙাতোই |
| সরেং সমসাংপীচা | শরেং |
| ঙামাইনুংয়েংপীচা | ঙামাই। অসিনচিংবা। |

হৌজিককী অশেংবা নাউন (পোংকী মিং) কয়া, শলাইশিংগী অরিবা সাহিত্যদা য়ুম্ফম ওইবা নাউন ফ্রেজ নত্রগা ক্লোজ ওইনা চাওখৎলম্বা থেংনৈ। মওং অসুম্না কুনশুবা শতাব্দীগী মমাঙ ফাওবগী খুৎইদসু শীজিন্নবা উই।

| অরিবা নাউন ফ্রেজ | | অনৌবগী নাউন |
|---|---|---|
| লৈতাং শেক্কুরেক চেক্কা নমঙৌবা, পোম্বী লোকলৌখোং | – | উরোক |
| পোম্বী ব্বাইরংচেক মাকপা পাঞ্জুম্বী | – | খন্বাংচাক |
| কবো শোংগ্রি লৌঙাকপীনা ওইখি চেক, পোম্বী ব্বাতুংথাং চীংনুং নুরাবী | – | তেনব্বা |
| থিংবাই নিংথৌ নত্রগা হেম্বা মুবা পাউহনচেক | – | ক্কাক |

| অরিবা নাউন ফ্রেজ | | অনৌবগী নাউন |
|---|---|---|
| য়েয়বু ৱাংঙম শানওনচেক, তম্ফা খাবি য়োইওইচেক চীংশোং লমলৈমা | – | চীংখুনু |
| পোংনু মচল কুরাউ তাউবী শানওনচেক | – | উরা কৌবা উচেক |
| মোম্বু তালোই মরুপ্পী অতোপ্পীনা ওইখি চেক | – | উথুম |
| পাম্বা লোইনাই মনিংলোন | – | হৌদোং |
| লৱাই য়ুপুংকোইচিবা পাউনাইদবা | – | উচি |
| তোমপা খুনবী য়াংলিশা লেরা অতোনবা থোইনু অহোংগী ঙাতাশন কাওরেন থোইকা | – | শবি |
| পাক মানপী চীপাকপা | – | ইরোই |
| লাংবন শাওল লৈপুং কোইজ্রাউবা | – | মি |
| খুনবী কাপতিং য়াইখংচা | – | কাকফৈ |
| নিংথৌ ৱাংবা লৌৱাই মানশরীক | – | নাউসেক |
| নুরা কাংগৌ চীংলৈমাবী | – | চীং হারি |
| অঙৌবা পুরৈরোম্বা পেংওন হৈ | – | হৈনৌ |
| পলেম পীকাউ হৈ, তালোই তুকাউহৈ | – | অশি হৈবোং |
| মেলৈ লৈম্না নোংজুমপান, কদাম্বা লৈনুংশি | – | মেলৈ |
| খিং খিং কাইনৌ শমজী লৈ | – | শমজীরৈ, অসিনচিংবা। |

হৌজিক্কী মতমগী অচম্বা নাউন অমসুং এদজেক্টিভ ফ্রেজ কয়া অরিবা মতমদা ইদিওম্যাতিক অমসুং ফিগরেটিভ ওইবা মওংদা ফোঙদোকপা ফ্রেজ অমসুং ক্লোজশিংনা মহুৎশিন্দুনা সাহিত্যগী নীংথিবা লৈতেং ওইবা চৎনরম্মি।

| হৌজিককী মওং | | অরিবগী মওং |
|---|---|---|
| মচা নত্রগা মনাউ অতোম্বা | – | শানৌ লৈরাং অতোনবা উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা |

| হৌজিককী মওং | অরিবগী মওং |
|---|---|
| মচানীপা অহল | – লাংলেন কোংয়াং ব্রাপীহন |
| লোইরক্লবা পুনসি | – লৈরাং থৌবী মব্রাক চাম্না |
| কান্নদবা অরেম্বা তারবা | – শীংঙেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙা |
| মীরোনবা, গর্ভ পুবা | – লৈরাং মচা য়ান তাউজিং মরূ পানবা, শাইবু ফিয়ানবা তিংখং খোঙচঙবা |
| খোইমুগী খোঞ্জেন মানবা | – লাংবন খোইমু খোন্দানবা |
| খোইরেন পাইবগুম্বা | – লাংবন খোইরেন লান্দানবা |
| চপ চানা লমনশিংবা | – লাংবন অওল্লক চেঙবুম মনাউ তোনগুম লনশিংবা |
| মমশিল্লকপা | – লোইজিং ফীরূক খুম্বা |
| হীদাক থকপা | – চীম্বাল কাঙমৈ খুবা |
| অরোনবা নুংশিনবা | – শিংঙেন শেৎথনা লৈরাং খাইথনবা |
| শিবা | – শজিক মতুংইন থবা মমৈ ব্রায়বা |
| লাইবক থীবা | – শব্রা তুরোই হৌবা |
| লৌনমলাং থাকপা | – তিংইগুম লৌওনবা খরাগুম মীপুক হূবা |
| হুরান চীন্‌থীবা | – শজিবু লৈখুন হূৎ মিরেন পাবোৎ লোনবা |

ভার্বেন ফ্রেজশিংগী মনুংদা অশেংবা ইনফিনীটিভ অদুগী মমাঙদা নাউন নত্রগা এদবার্বকী ওইবা ব্রাহে অমা নত্রগা অনীদগী হেন্না য়াওবা তোয়না থোকই:

| অরিবা মওং | অনৌবা মওং |
|---|---|
| শীংচেপ মৈরা হাইজৌ থানবা | – মৈরা পায়বা নত্রগা থানবা |
| হাওমুক্লা লেংয়াই চনবা মোংবা তাজিন খুরৌ য়েংপা | – মুক্লা শান্নবা |

| অরিবা মওং | | অনৌবা মওং |
|---|---|---|
| সনা সেম্পাক চাক চাননা পানবা | - | নুংঙাই য়াইফনা পানবা |
| য়োইবু লোক্লৌ খুদোন ফুবা | - | খোঙবী মরু লুকপা |
| য়োইবু শমজি ঙাইথোম্লবা | - | শমজি পুনবা |
| য়াইবী কলহৌ নীকপা, কঞ্জাও মখৈ লৈতবা | - | য়াম্না শাউবা |
| শীংজঙ লৈতোই চনবা | - | শীংজঙনা য়ানবা |
| শীংবী ঙমজাও পৈবা | - | শীং পৈবা |
| কজেং য়োংহক চনবা | - | য়োং তৌবা |
| লীক্লাই শল্লম ইনগদৌবা | - | শিগদৌরবা, |
| কোংয়াং ব্রাখল খাইশকপা | - | ব্রাচেৎ খায়বা |
| পনম হেকমায় কাবা | - | হায়বা ইন্দবা |
| ইরোল পাউরোন তোইয়াম্বা | - | ওইদবা ঙাঙবা |
| পরৈ লনগা শাবা | - | পয়া পুনবা |
| করোং খুৎকুম্বা | - | লমন খুম্বা |
| খোঙফেন লানশোকমায়য়োক য়াবা | - | মায়োক্লনা শোক্লবা |

অরিবা মণিপুরীগী ইনফিনিতিভগী ওইবা ব্রাহে খরদি হৌজিককী মতমদা অর্থদি থোক্লগা চৎনদবা ওইনা থোক্কদবা কয়া থেংনৈঃ

| অরিবা ব্রাহে | | অনৌবা ব্রাহে |
|---|---|---|
| খোইশোনবা | - | খোইজৈ হাইগৎপা |
| মখোন খুবা | - | মখোন পীকপা |
| খোপথরকপা | - | তকথরকপা |
| য়ুবা, চৈবীবা | - | থিনবা, লেংবা |
| লাবা থীয়াংথোক্লা লমহৌপা | - | নীপা থোক্লা চোংথোকপা |

| অরিবা ৱাহৈ | | অনৌবা ৱাহৈ |
|---|---|---|
| য়াওজবা | - | চাথোকপা |
| ফেনখায়বা নত্ত্রগা কামখায়বা | - | স্বরনা কামথোকপা |
| কেৎনবা নত্ত্রগা ৱারোংনবা | - | খৎন-চৈনবা |
| নোইথেকপা | - | থুদেকপা |
| মনবা | - | শিবা |
| থোনৱোনখৎপা | - | পোৎ থোনগৎপা |
| ঈৱানবা | - | ঈশিং শোকপা |
| লৈপাক চাবা | - | লৈপাক ঙাকপা |
| ৱাশা শাবা | - | কোংবা। |

মমাঙঙৈগী ইনফিনীতিভকী মমাঙদা থনম্বা তেংবাং ৱাহৈদা হৌজিককী ইনফিনীতিভকী মমাঙদা শ্লমরিবা তেংবাং ৱাহৈশিংনা মশক মওং অমসুং অর্থ পুম্মান মান্নদবা কয়াসু লৈঃ

| অরিবা মওং | | অনৌবা মওং |
|---|---|---|
| কায়ন হুনবা | - | মায়থীবা পীবা |
| শীঙম হনবা | - | শীং চনবা |
| মুক্রা লেংফাই চনবা | - | মুক্রা শান্নবা |
| হেকঙাই মপাউ চাউনা | - | খোঞ্জেন থোক্লা |
| ফৈরা তান্দা থোংনা | - | মতম্বাক্তা পমদুনা |
| লাইজ ঈয়োংদা | - | ঈশিং থক্তনা |
| খারি লৈখোঙচু | - | য়ু থকপা |
| চামলৌ লাফম ফানবা | | |
| হৈরু মতাই কাঙনা | - | কুদাম লৌথোক্তুনা |
| কলহৌ নীকনা | - | কন্থি থোক্লা |

| অরিবা মওং | | অনৌবা মওং |
|---|---|---|
| ব্লাকয়ে খোঙওইনা | – | হি তোংদুনা |
| য়াংলৌ লমতনখিসি | – | লম্বীদা পোৎথাখিসি |
| অচেন লোক্লে হৌনা | – | চেন্না চেন্না চত্তুনা |
| ইমু খৌয়েক্লনা নোংমনঙৈনে | – | ঈরাক্লদুনা শিরগনি |
| কোরৌ লনশাবা | – | লাই নীংবা |
| নোইনা ঙমদন হৌবা | – | জগোই শাবা |
| মূকমু নারিন শোনবা | – | লাইরিক ইবা |
| চীঙখোঙ লোনবা | – | লাইরিক পাবা |
| শমু পরি লনগা শাবা | – | মখূৎ পুনবা |
| লাংজেং মমৈ ব্লাইবা | – | ময়াম্বগী তুংইনবা |
| শয়েংথৈন, পাম্বোম ঙানবা | – | শামান লেংমান্নবা থেংনবা |
| ফায়েং নোংফাইবা | – | অহিং লেকপা |
| মিংয়েং নাউশুমদবা | – | মিং ককলা অমত্তা উইদবা, অসিনচিংবা |

অরিবা মতমগী থোইদোকপা এদভার্বিয়ান ফ্রেজ খরাঃ

| অরিবা মওং | | অনৌবা মওং |
|---|---|---|
| কাংথং কাংজাউ তম্বা | – | কাংখোং চাইবা |
| নারোন শিংলোন্না | – | হৈশিংনা |
| নাফা নীকপা | – | খংপ্রেক খংবা |
| নেংচেং য়ানবা | – | থুগাই য়ানখাইবা |
| য়াথং হীকহাইনা | – | থব্লায় শোকপা |
| চুম চুম চুম্না | – | ইচুম চুম্না |

| অহিবা মওং | | অনৌবা মওং |
| --- | --- | --- |
| লামদুম লাম্না | – | তরাম তরাম্না |
| নীংচিৎ নীংচিৎননা | – | তুংহন্না হন্না চভুনা |
| থবায় লাইশেংলকপা | – | চি লাউনা হিংলকপা |
| নিঙতৈ মাঙতেননা | – | নীংজিং মাঙজিননা |
| হারৈ হারৈ | – | হাথু হাথু |
| খোয়বু ওৎনা | – | মখোয় থীৎনা |
| তৌদঙা তৌবা | – | তৌদ তৌবা |
| মহৌ মহৌ | – | হৌজ হৌজ |
| তুঙলি মাঙলি অনীমাবু | – | তুং মাঙ অনীমকপু |
| মদোম মদোম | – | মহে মহে |
| খাথা লাইথা চেন্না | – | খান্নাং চেন্দুনা |
| অমন শিওই থৌদি পূম্না লৈতে | – | শিরো নারো হায়বা লৈতে |
| হোংনেৎ চাউনেৎনা | – | মরাং কায়না, অসিনচিংবা ।❑ |

মঙাশুবা পন্দুপ

## শলাই লৈবাকশিং পূনশিনলবা মতুংদা মণিপুরী লোনগী ওইরক্লিবা শক্তম

মথক্তা পনখিবগুম্না, মণিপুর তম্পাক্তা শলাইশিংগী নিংথৌ পানবা কাঙলুপ মচা কয়ামকন্না মৈতৈ কংলৈদা পুনশিনখ্রবা মতুংদা, খৃষ্টগী শতাব্দী ১৫ হৌরকপা মতমদগী মণিপুরগা মপালগী অকোয়বদা লৈরিবা লৈবাকশিংগা হেন্না মরী লৈনরকই। মৈদিংঙু ক্যাম্ব (খৃঃ ১৪৬৭–১৫০৮) না পানবা মতমদা কবো ক্যাংখম্পৎ খুদুম চনশিন্দুনা পোং (সান) গী নিংথৌগা লম য়েন্নখিঃ

> পোংগী লমদি হৈনৌ খোঙনেম্বগী মখেনে, মৈতৈগী লমদি মুংখোং মুবাইগী মখেনে। নোংপোক লমদা লোইচারিগী মখে, মখা লমদি মিয়া তোং কৌবা চীং হৈনৌ খোঙনেম্বা পোকপগী মখে, খারি লৈপাক অয়াম্বা পূম্না খায়রমএ।[১]

হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা ভারতকী নক্লবা লমদমশিংগসু হিন্দু লাইনীংগী মরমদা নক্লবা মরী খর খর শন্নরকপা উই নিংথৌ অসিগী হাকতক্তগী হৌনা ভারতকী তোঙান তোঙানবা লমদমগী ব্রাহ্মণশিং মথং মথং চঙলক্নুনা মণিপুরদা খুন্দারখিঃ

> গুজরাত্তগী লাকপা শ্রীরায়ধরনা মতু হেরাইনী পুদুনা মনাও অমগা লাকএ। মাগী মঁদি শ্রীময়ুমনে।
>
> নেপালদগী লাকপা সারাংথিনা ময়াং হৈখোঙ চনু কুম্বী পান্নদুনা মাগী মঁদি গোস্তি ময়ুমনে।[২] – অসিনচিংবা।

---

১। লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা., চৈথারোল কুম্বাবা (ইম্ফাল, ১৯৮৯), লাঃ ১৯

২। মীতৈ থৌগল মরুপ, কৈশামপাৎ (সম্পা.), বামোন খুনথোকলোন, লাঃ ২

অসুম্না মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতম (খৃঃ ১৪৬৭–১৫০৮) দগী হৌদুনা মৈদিংঙু চরাইরোংবগী মতম (খৃঃ তুং ১৬১৮–১৭০৯) ফাওবগী হিন্দু ধৰ্ম্ম চৎপা লৈবাক ওইদ্রিবৈঙেগী মরক অসিদসু ব্রাহ্মণশিংনা লেপ্তুনা চঙলকখি।

ক্যাম্বা নিংথৌনা পানবা মতমদগী হৌনা মৈতৈশিংগী মরক্তসু কনাগুম্বনা হিন্দুগী মিং শীজিন্নবা উরেঃ

"খোইরি যাত্রাগী কুম শক ১৪১৫।" – (চৈঃ কুমঃ লাঃ ২০)

হিসাবম চাগী কুম শক ১৪৩৯ য়াইস্কুল লাকপা সনা রংনু পোকএ। লাইরিকয়েংবা ভকিরোৎ (ভগীরথ) লাকএ। (চৈঃ কুমঃ লাঃ ২২)

অঙৌপানবা ক্যাম্বা – অঙৌপাম্বা পনশাঙম্বনা মংসাঙম্বী পান্নদুনা ক্যাম্বনে, হেমচন্দ্রনে, রুপানে মচা অহুম পোকএ।

(চৈঃ কুমঃ লাঃ ২২)

শামু মুক্তা ঙাওদুনা ৱাইখোম অরোইশিএ।
ইংঙেন থাদা সনা খোনবা কৈন্যাসুং লাইতোঞ্জন চনু থারোইসুং ২মা লঙজদুনা শিএ। (চৈঃ কুম, লাঃ ৪৫)
"বামোন মণিগী কুম শক ১৬২৯ শজিবু থাদি লংমাইচিংনা হনএ।
... ১৯ ইরাইদা কৃষ্ণগী কিয়োং হৌখ্রে।[৩]

অসুম্না মতুংদা বামোন্না চৈথাবা ফাওবা য়াওরম্মি। মসিনা তাকপদি মণিপুরদা শতাব্দী ১৮ গী মমাঙদসু ব্রহ্মণগী য়ুমকোক কয়ামকম লরায় অংসুং ইম্ফালদা চাইনা চাইনা লৈরমফম থোক্লে। অদুমকপু মতম অসিদা মৈতৈশিংবু হান্নগী মপা–মপুগী লাইনীং তোকহন্দুনা অনৌবা হিন্দুগী লাইনীংদা পুশিনবদি ঙমখিদে তৌইগুম্বসুং মপাল লমগী মীশিংগা শম্নরুবদগী লোনগী মচল কয়াদি অরিবা সাহিত্যদা হাপচিনবা ঙমখি।

নিংথৌ খাগেম্বগী মতম (খৃঃ ১৫৭৯–১৬৫২) দা থাঙ্গেশেংনা হিন্দু ধৰ্ম্মদা চঙত্রবসু লাইনীং অসিগী শাফুদি মৈতৈ সমাজদা তাখিদবা নত্তে। মাগী

৩। ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র ওপ সিট, লাঃ ৭০

মতমদা ইখিবনি লৌনবা "পান্থোইপী খোঙকুল" লাইরিক্তা পান্থোইবীবু দুর্গাগী শক্রোন অমসুং নোংপোকপু মহাদেবনি লৌনরিবসি হিন্দু লাইনীংগী ইথিল তাকপনি। মাগী মতমগী শুবিকা ময়াম শিববু ঈরাৎপগা লোয়ননা পাঞ্জিগী মরমদা ইরল্লিবা কয়াসি হিন্দু লাইনীংগী শামিল ফংলবা মতমনি।

হিন্দু লাইনীংগা নক্নবা লৈশেম্লোনগী ৱারী অমসুং লাইবা লাইশোন্নচিংবদসু মণিপুরদা খৃষ্টগী ১৮শুবা শতাব্দীগী মাঙওইননা মরী লৈনরম্লবগী খুদম কয়া ফংদবা নত্তেঃ

> 'ওম হায়না মপুক নীংশিংলক্রে ... হরে মকে নহে কারে হনু মীহে হসী নারে মরে হাসী হাসী, কারে নারে সহে মরু কারে হসি হীংমী হীংচিং তেতে টিংথেতে নপনু, সিরিং কিরিং কেথুথেঙ নৌ সহা অনি কাংপিক কলা পুন সহা।'[৪]

'লৈথক লৈখারোল, 'পুদিল' অমসুং 'খগেম্বা য়ুমলেপ', মালেম লৈশেম নোংশেম্বা অমসুং তাইবংমী শেল্লকপগী মরমদা ইবা লাইরিকশিংনি। লাইরিকশিং অসিদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা অমসুং তাক্লিবা হীরমগী মতাংদা মণিপুরগী থোইদোকপা অরিবা শক্তম মান্দে। ওম, হুঁ, সিরিং, কিরিং, সহা অমসুং গুরু নত্রগা কুরুনচিংবসি অঙনবা মণিপুরীগী ৱাহৈ ওইনা ফংদে।

লৈথক লৈথরোল, থিরেল লায়াৎ, য়াঙবী, নাউয়োম, লাইহুই, নোংলোন, নুংলোন, থিরেল, শেকনীং মহৌ চীংলোন, শিবিকা, নুমিৎ-থা খেনচংলোন, অসিনচিংবা হীরমশিংগী মনুংচনবা লাইরিক ১২০ লোম মৈদিঙু গরিবনিৱাজ (খৃ১৭০৯-১৭৪৮) হাক্তক্তা শান্তদাস গোসাইনা মৈতৈগী হান্ন চৎনরম্বা অরিবা লাইনীং লাইশোলশিং মুথৎতুনা রামন্দি ধর্ম্ম চৎহনবা হোৎনবদা অপনবা লৈতনবা মৈ থাদোকখি।[৫]

---

৪। য়েংখোম ভাগ্য (সম্পা.), লৈখক লৈখারোল, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, (১৯৬৭), লাঃ ৫

৫। মিয়াৎ (অরিবা খুৎই) ফংলকফম - থোঙাম মাধব সিংহ, তাউবুংখোক অমসুং এন. খেলচন্দ্র সিংহ, অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, লাঃ ৩৯

লাইরিকশিং অসি মৈতৈগী হান্না চংনরম্বা লাইনিং লাইশোনগা মরী লৈনবনা মরম ওইদুনা মাঙহন্নবা হোৎনখিবা অসিনা তাকপদি খুৎইশিং অসি অয়াম্বনা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী মাঙওইননা লৈরমফম থোক্কে। অদুম ওইনমক হীরমশিং অসিদা ইবা লাইরিকশিং অসি থোইদোক্লা ঙনবা মতমগী খুৎইশিংনি হায়না শৌগৎপা ইতিহাসকী মায়গৈদগী খুদম ৱাৎলী। ইরিবা ৱাহৈ ৱাতাসু অচম্বা লোন্দা, সাহিত্যগী লৈতেং থোইনা শীজিন্নদনা ইবনা নম্মী।

মৈ থাখ্রিবা লাইরিকশিং অদুদি কোনুংদা লৈবা লাইরিকমখৈগা কোনুংগী পণ্ডিতশিংদা লৈবা লাইরিক খরগা অতোপ্পা মী খরদা লৈবা খরগতা ওইগনি। মৈ থাহৌদবা লোৎশিন্দুনা থমহৌবা অরিবা লাইরিক কয়া হৌজিক ফাওবা লৈনবা য়াওরি।[৬]

'খাগেম্বা লাঙজে' অমসুং 'নোংসামৈ' হায়বা লাইরিক অনী অসিদা নিংথৌ খাগেম্বা হাকতক্তা ভারতকী লমদম খরদগী ব্রাহ্মণ, মুসলমান অমসুং অতৈ শিনশুবা, খুৎহৈবা কয়া মণিপুরদা চঙলকখিবগী ৱারোল কয়া ইরি।

'খাগোম্বা লাঙজে' গী অহৌবমক্তদা শৈহৌরিবা খোইমোম শিদবগী মিংখৈরোন অমদি নিংথৌ খাগেম্বনা চীংঙু তাইবং খায়বা (সনামহী) মহাকপু নীংজরিবা।[৭]

অসিনা সনা হাকতক অসিদা নোংচুপলোমগী ব্রাহ্মণ অমসুং মুসলমাননচিংবা য়াম্না চঙলক্লবদসু নিংথৌ অসি হিন্দু লাইনীংদা লূপখ্রবা মীশক অমদি ওইরমদ্রি তাকই।

নোংসামৈ হায়বা লাইরিক অসিদা মণিপুরদা মুসলীমশিংনা খুন্দাখিবা অমসুং মখোয়গী য়ুম্নাক ওনখিবগী ৱারোল কয়া য়াওরিঃ

সগ্র মহমততা মৈতিংঙুনা লীকলৈমাপু তালোয় ওইনা পীপিএ।

কগ্রামহমততা থৌপাল চনু খমপীপু তালোয় ওইনা পিএ।

---

৬। এম. খেলচন্দ্র সিংহ অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, লাঃ ৪৫
৭। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), খাগেম্বা লাঙজে, (ইম্ফাল ১৯৬৭)

মচল চিনানতি কৌশিপু পাৎসোয় তাপা মুসাক্রামুলা কৌপাতা শিপাহো লুহোংপিএ।[৮]

'খাগোম্বা লাওজে' অমসুং 'নোংসামৈ' হায়বা লাইরিক অনী অসিদা খোনফম কায়রবা সংস্কৃতকী ৱাহৈ অমসুং মিং য়াম্না য়াওরিঃ পিথি (বিথি) মনতরনা (মন্ত্রনা) লাচা (রাজা) চাত্রা (যাত্রা), সমতরু (সমুদ্র), 'সৈত (সত্য), কুৱাল (গ্বাল) কংকারাম (গঙ্গারাম) তুখো) দুখঃ) চুগী (য়োগী) অমসুং কুচরাৎ (গুজরাত) প্রামহোন (ব্রাহ্মণ), নর + ইনএ (নর,-ইন্দ্র), সিংখাসোন (সিংহাসন), চৈক্যা (যজ্ঞ) সুৱামিচী (স্বামীজি), পৈসনোপ (বৈষ্ণব), ফকপাল তাশা (ভগবান দাস) নরান তাশা (নারান দাস) অসুম্না গ, জ, দ, ব গী খোনথোক য়াওদবা অমসুং তপশিন্নবা ব্যঞ্জন ময়েককী খোন্থোক য়াওদবনা হাইফেৎ হেক য়েংবদনদি খঙনা থোক্তে।

১৬শুবা শতাব্দীদা হিন্দু ধর্ম্মগী ইথিল চঙবা হৌরক্লবসু মণিপুৱী সাহিত্য অমসুং লোন্না মপালগী ইথিল চঙদনা মথন্তা হৌজরকপা অংসুং চাওখৎলকপসি খৃষ্টগী সতাব্দী ১৮ য়ৌদ্রিফাওবনি। মরম অসিনা শতাব্দী ১৮ হৌরকপদগী মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী অহোংবা কয়া লাকপা মরমদগী ময়ায় চনবা মতম হৌই হায়নবনি।

ময়ায় চনবা মতম অসিগী খর মমাঙ ওইবা মতমদা পুথোকখিবনি লৌনরিবা লাইরিকশিংদি মরুওইনা পানথোইপী খোঙকুল, লৈথক লৈখারোল, খম্মোই য়াংমোই, খাগেম্বা য়ুমলেপ, নোংসামৈ, শীংখল লাংখল, লৈরোল অমসুং শুবিকা নত্রবা শিবিকা অসিনচিংবা মমিং পনবা য়াই। লাইরিকশিং অসি নৈনরুরগা মতম অদুগী লোনগী য়াওলদা হিন্দু লাইনীংগী ইথিল খর খর চঙনা হৌরকপা,লাইনীং লাইশোল, লাইৱা তিলৱানচিংবদা মরী নকশিন্নরকপা উরকই। অদুমকপু মতম অসিগী খৃৎইশিংদা শীজিন্নরিবা লোনগী মওংদি অঙনবা মতমগী লোন্দগী খরদি লায়থোক নৌথোরক্লবসু করিগুম্বদা সংস্কৃত, বাংলানচিংবগী ৱাহৈশিং, হিন্দুগী ওইবা মিং খর, হিন্দুগী লাইশিংগা নক্লবা শক্তম অসিনচিংবগী লোন অমা অনী মরক

---

৮। ও. ভোগেশ্বর সিংহ অমসুং এম, এ, অনাব খাঁ ইফম (সম্পা.), নোংসামৈ, (ইম্ফাল ১৯৭০), লাঃ ৪৬

মরক্তা থেংলকপা নত্তনা লোনগী পরিংদি মহৌশাদগী চংনরকপা অরিবা মওং অসিদা অদুম চংথরকই। হিন্দু লাইনীংগী ইথিল চঙবা হৌরকপা মতমসিগী লাইরিক খরদা মৈতৈগী অথোইবা লাই খরদি হিন্দুগী মরুওইবা দেবতা খরগা মান্নবা শক্তম উংলিঃ

চীংঙু থংপা নোংনিংথৌক্তি লাংকোই কোক অনী লোঙপা ময়া মরি পানশাবু খোঙওইনা কোরৌ কুপতুম কুপ ৱাংপন লংতুম লংনা মালেম লৈফাওরক্লে।[১]

মথককী অসিদা হিন্দু লাইনীংগী গজরাজবু শাদোং ওইবা ইন্দ্রদেববু নীংশিংহল্লি।

নোংপোক নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্ববু শিব মহাদেবগা চপ মান্নবা শক্তমদা 'পানথোইপী খোঙকুল' (লাঃ ৪৭, ১৩৬); সনামহি লাইকন, লাঃ ৯৮), 'খাগেম্বা লাঙজৈ' (লাঃ ৫৭) অমসুং 'পাখংপা নোংকারোল' (লাঃ ৫৮) দা ইরি–

কাউরেন সনতনপা খোঙওইনপা। তিমেন তারোং শুপা। সনা লৈখাম তোলোং চিনপা। আঙচা খৌয়েক্লাপা। ... সমলাং তারৈনপা ... লোইতাম থা নিংথৌ থাচা পাখংপাপু। লাইপক খেলাই তোমথিননা। কোকলেন লূফম হেনপা।

মতৌ অসুম্না অশিবগী নিংথৌ লৈনুং থোংঙারেনবুসু যমরাজগুম্না ইরোই খারোবীবু শাদোং ওইনা উবা ফংইঃ

'খম্লুং লৈমাপাসুং হুয়েন লান হৌরক্লে। থোইনু অহোঙপী ঙাতাসন কাওরেন থোইকাপাক মানপী চীপাকপাপু সমু খোঙওইননা কোরৌ কুপতুম কুপ চেংলৌ মীৎপু লংনা নুংপান মসুমাঙতা হুয়েন লানতারক্লে হায়তাপারা। (নুংঃ পোঃ লুঃ লাঃ ৪৬)

শতাব্দী ১৮গী মমাঙদা মণিপুরদা হিন্দুগী চহীগী ওইবা উসব মেলাসু মশক নাইনা পাঙথোক্লরদ্রি কোন্না মৈদিংঙু পামহৈবগী মতমদা গুরু শান্তাদাসকী

---

১। কোন্‌থৌজম নোংকারোল (অরিবা খুৎই), ফংফম – মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, ইম্ফাল।

থৌইনশিন্দগী মৈতৈগী কুমওললগী কুম্মে কয়া হিন্দুগী কুম্মেদা ওনথোকখি হায়বসি 'সনামহি লাইকল' দা পল্লি, খুদম খর পল্লবদাঃ

> তুবী পায়মা লিন্দাং শাংবনা ঊনবী পুক্রীং চেৎনা নীংলুবদি পোইরৈ ঐগী খল্লাংবা ব্বারী ইরেং পুরমচৎ অরিবা লোইদাম থাবুম খুদিংগী কুম্মে ঈরমচৎ হৌন ওন্না অসিবু হিন্দু কুম্মে য়ৌনা শিল্লগে হায়না নিঙখল্লুরবগী গুরু স্বামীজি লাই ওইনবগী সনা ময়াথংবু ... লোইদাম ইঙেল থাগী অহোং খোংচিং মহুৎশিনবদি রথ যাত্রা কাংচিংয়ে।[১০]

ময়ায় চনবা মতম (খৃঃ গী শতাব্দী ১৮) হৌরকপদগী চৎনরকপা সাহিত্যগী লোনদি সংস্কৃত, বাংলানচিংবগী ব্রাহে কয়া থেৎচিল্লকপগা লোয়ননা লোনগী খোঙচৎসু মমাঙগী অরিবা লোনদগী খর খর লায়থোরকপগুম তৌরকই, খুদম ওইনা 'লৈরোন' দা শৈথারিবা লোন অসি অরিবা লোনদগী খর লায়থোরক্লবা সাহিত্যিক ওইবা মওংদা ইরিঃ

> বকুল লৈঃ হাওবৈ নোংচুপলা পাংবরম পাশা মপুঙয়াইদগী উল্লকপা লৈ, শিংলেন বকুল লৈনা মপাল পোরোং য়াথিন মাল্লক্লে। শিংলেন মনা লেকনা লোইদাম কুমশারক্লে।[১১]

অসুম্না লৈরোল, লাইরিক অসিদা মণিপুরগী মহৌশাগী ওইদবা লৈশিং বকুল, তুলসী, কুসুম লৈ, জুব্রা চন্দু অমসুং শ্রীজকুসুম্নচিংবা লৈ খর, মখোয়বু পুশিল্লকখিবগী মরী মখোঙগা লোয়ননা তাক্লি। লাইরিক অসি চরাইরোংবা মহারাজ (খৃঃ ১৬৯৮-১৭০৯) না লেংলম্বনিঃ

> খোইয়ুম লাইমিংথোংবু শৈওইনবা তুবী চরাইরোংবনা শেনবী তেখাউ লৈগী খোল্লান লোইথাফবা নিংথৌরেন্না লেংলমশৈনে। (লৈঃ, লাঃ ২)

অদুবু লাইরিক অসি মহারাজ চরাইরোংবনা লেংলম্না তারবসু চীংথংখোম্বা (খৃঃ তুং ১৭৬৩ - ৯৮) না ফম্বাল কারবা মতুংদা অমুক মপুঙফাহল্লমফম থোকই হায়বসি লাইরিক অসিগী অকোনবগী পরেং খরসিনা তাক্লিঃ

---

১০। ওয়নাম ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), সনামহি লাইকল (১৯৭২), লাঃ ৬৩
১১। রাজকুমার স্নাহল সিংহ (সম্পা.), 'লৈরোন' (১৯৬৫), লাঃ ১২

> শ্রীজকুসুম ... লাইরেন মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বা ধর্ম্ম অত্যা নিংথৌরেন্না শ্রীবৃন্দাবন নুংঙাইবদগী শিংলেন মপান ফূক চরৈ ফিনা য়োম্না পুরকপা, পোইরৈ সনাপুংগী লমদম নুংঙাইবা কৃষ্ণ চীংদোমপোক বীষ্ণুপুর লাইফম্লেনদা লৈঙোই মখোঙ শোম লাইজ খীকলেন চাইনা নাওয়োকলেনে। (লৈঃ, লাঃ ৯৫)

মতৌ অসুম্না নিংথৌরোল নিংথৌরোলগী ওইনা হাপচিন্দুনা মখা তাথরকপা অরিবা খুংই কযামরুম লৈ। 'চৈথারোল কুম্বাবা', 'নিংথৌরোল লম্বুবা' নিংথৌরোল অমসুং চাদ লাইহুই অসিনচিংবা শীংথাবা য়াই। লাইরিকশিং অসিদা মতমগী মতুংইন্না হোংলক্লিবা নিংথৌরোলশিংগী হাকতকশিংদা লোনগী য়াওলসু চাওরাকপা অহোংবা খরদি উবা ফংই।

**ব্রাহ্মে পরেং খুৎশেম অমসুং ব্রাহ্মেগী মশকশিংঃ**

মথককী ব্রারোলশিং অসি চাউরাক্লা শতাব্দী ১৮গী মাঙওইনবা মতমগীনি। ১৮শুবা শতাব্দীদদি ঈরম নাশিখোং মযাম্না চেনশিল্লক্কুনা থনগৎলবা পৃথ্রিগুম মণিপুরী লোন অসিগী অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি।

মতম অসিদদি মণিপুরদা সংস্কৃত লোন্দগী হন্দোকপা নত্রগা ইথোকপা লাইরিক কয়া কয়া থোক্কুনা মৈতৈ সাহিত্যগী পুকৈদা অনৌবা মখল মথেল কয়া হাপচিনখি। সংস্কৃত, বাঙ্গলাদগী হন্দোকপশিং অসি অরি-অনৌ য়ান্নবা লোন্দা ইবনা নম্মি। অদুগা সংস্কৃতগী ব্রাহ্মে কযা মরক মবক্তা থেৎলি। অসুম তৌনা বাঙ্গলা অমদি সংস্কৃতনচিংবদগী হন্দোকপশিং অসিবু পাংঙল লোন্দগী হন্দোকপা হায়না খঙনরম্মি। মতম অসিগী লাইরিকশিং অসিদি অয়াম্বনা লাইরিক ইবা মীগী মমিং, ইবগী শোক থাবাল, নুমিৎ, লাইরিক অদু ইবা মতমদা পাল্লি পাল্লিবা নিংথৌগী মমিং ইবা চৎনরে।[১২]

গরিবনিব্রাজ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা (খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮) রামায়ণ, মহাভারতনচিংবা লাইরিক কয়া অঙোম গোপিনা মৈতৈরোন্দা ইথোকখি। মহাক্লা কৃত্তিবাসকী রামায়ণদগী 'কিস্কিনধ্যা কাণ্ড', 'লংকা কাণ্ড', 'উত্তরা কাণ্ড'নচিংবা মৈতৈরোন্দা ইথোকখি।

১২। এল, খেলচন্দ্র সিংহ, 'মযায ওইবা যুগকী মণিপুবী সাহিত্য' ঋতু, ২৭শুবা মশীং (১৯৬৮). দি কলচবেল ফোবম. ইম্ফাল।

সংস্কৃত লোন্দগী বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইরিক কয়া মৈতৈরোন্দা ইথোকপদা নত্তনা মৈতৈগী ওইবা অরিবা লোন্দা ইবা ৱারী কয়াসু গরিবনিৱাজ সনা হাকতক ১৮শুবা শতাব্দীগি অহানবা তঙখায় অসিদা ইখি মদুগী মনুংদা 'চরাইরোংবা খুনগুম' 'শমশোক ঙম্বা', 'তখেলঙম্বা' শীংথাবা য়াই।

মতম অদুগী ইৱাকমা (লাইরিক ইবা) শিংনা ইরম্বা খুৎই মওং অসি সংস্কৃত, বাঙ্গলানচিংবদগী হন্দোকপা ওইরবসু নত্রগা লাইরিক, পুরাণ অদুগী ৱারীগী মপুং অদু লৌরগা মশা মশাগী ওইবা লোন্দাদা ইথোকপবু ওইরবসু খুৎইদি থায়নঙৈদগী চৎনরকপা ৱাহৈ পরেং খুৎশেম–নাউন অমসুং এদজেক্টিভ ক্লোজশিংনা মপুং ওইবা, সবজেক্ট অমসুং ভার্বকী মফম খর লোৎনা থম্বা, অর্থ মান্নবা ৱাহৈ পুংবাশিংনা শৈরেংগী লৈতেংগুম্না য়াওবা মওংগী খুৎই অসি চৎনবী অমা ওইনা ১৮শুবা শতাব্দী অসি লান্দুনা ১৯শুবা শতাব্দীগী মপুং লেপ্পা মতম ফাওবা চৎথখি। তৌবতদি অর্থ মান্নবা ৱাহৈগী পুংবা কাঙলুপশিংগী মনুংদা অর্থ মান্নবা সংস্কৃতকী নত্রগা বাঙ্গলাগী ৱাহৈ য়াম্না তোয়না থেৎচিল্লকই। মথককীশিং অসিগী খূদম ওইবা ৱাহৈ পরেং খর মখাদা থমজরিঃ

'কোরৌ নোংলোন তরেৎমাবু। নোংথৌ লৈপাক খুনঙমলবগা। লোইদাম থাজ পাখংবা। নোংপোক লমহৌয়াইমরু। অহিং ঙানবা য়াইরংচান। লোইদাম থাজ পাখংববু। কোরৌ নোংলোন তরেৎমক্ত। থবী শেনকোইরেন অপানববু। হুয়েন লান শোক্লরবদি। লোইদাম থাজ পাখংবনা ৱাইরা মতেনচা। খাবা উনগী তেন। কোটি সাহস্র লীশিংমানা। বাবণ তাংজ লুবেনথক্তা কাপথরকপবু। রাবণ ৱাইরা মতেনচা। খম্বী মৈরিতোন্না। তুমহল্লবগী থবী শেঙ্গোইরেনদি রাবণ মায়োক য়াঙমদনা হুয়েন লান চেল্লববু। ব্রহ্মন নামুংবনা থৌখামখিযে। হে রাবণ নিংথৌ XXX ইনুংগী সংসার পুন্নমাবু। ঙান্নরিবা খাম্বীমৈনে তারা থৱানমিচাক অপকমাগী। তেজ মঙাল থোক্লবা জীবজন্তু থৱায় পানবা পুন্নামানা। থাজ মঙাল নাইনা। চেংলৌ লিৎকোই থন্নবা। কোরৌ নুমিৎ তরামঙানিদা। পূর্ণ মপুঙ ফাবসুঙ। অনন্দ নুংঙাইবা য়ায়নে। চন্দ্র থাজ য়াইমরুবু। হুয়েন লান শোক্লরুগনো লক্ষা নপুঙয়ায়দা। নিংথৌ চাকচা ৱাত্তনা। হনৱাইখিয়ো।'[১৩]

১৩। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), উত্তরা কাণ্ড, (অহানবা খুৎনম ১৯৬৬), লাঃ ২২–২৩

অসুমনা মৈতৈলোন অরি-অনৌ অমসুং আর্য্য ভাষাগী য়ান্নবা খুৎহই ওইরবসু কবিত্ব শক্তি অমসুং খুৎশেমগী হৈশিংবগী নীংথিনা মচাক লৈবা মৈতৈ ইরাকমাশিংগী খুৎইনি।

১৮শুবা শতাব্দীগী মৈতৈরোনদা অচৌবা য়াওল অমা লৈরিবসি মরুওইনা হান্নগী অরিবা অর্থ মান্নবা ৱাহৈগী পুংবাশিং অসিদা অর্য্য ভায্যগী ৱাহৈশিংনা মমাও থাদুনা তোয়না মহুৎ শিনজিল্লকপা অসিনি। অওনবা পুরকপা অসিগী খুদম ওইনা মখাদা 'উত্তরা কাণ্ড' হায়বা লাইরিক অসিদগী সংস্কৃতকী ৱাহৈগা মান্নবা অর্থদা পুংবা শেম্বা ফ্রেজ খর খন্দোক্নুনা মখাদা উৎলিঃ

> তেজ মঙান নাইনা, দুখ অৱা চঙহন্দনা, বচন নয়াথং, অপসরী চুকোই শাবী (জগোই শাবী), পুত্র নচা, স্বামী মপু, প্রভূ ইবুংঙো, প্রথম অহানবদা, খোইমোম সৃষ্টি মালেম লৈকোয় শেম্বনা, লতা উরী, রাক্ষস হিংচাবা, বর লনকু থোইবা, বীর অকনবা, ধন লন, পবন নোংশিৎ, তাইবং সংসার, সর্ব্ব অয়াম্বা, সমুদ্র ইরেনপুং, বাজ লৈপাক, প্রান থৱাই, দশানন তরা পানবদি, কীর্ত্তি মিংচৎ, শাপ মীচৈখোন, খমনুং যম, মিত্র পাথৌ, শান্ত পুক্নীং তপ্না, নরক লৈখা তাবা, বাক্য য়াথং, মহা বিষ্ণু শিদবা, চতুর্ভুজ পাম্বোম মরি পানবা, সময় মতম, দণ্ডি ৱারক, পুরুষ নীপা, শব্দ খোঞ্জেন, গুণ ইতিক, শুন্যা কোরৌ অতিংঙা, আনন্দ নুংঙাইবা, বিজয় য়াইফবা, সেনাপতি হুয়েন লানগচিংবা, তপস্যা লাইবু নীংনগদববু, দক্ষিণ মখা, যজ্ঞ মঙম, তাম্র কোরী, কর্ণ মনাকোং, গৃহ য়ুম, হেলা থওইদবা, ত্রিভুবন মরোন অহুমককী, ধুলী উফুল, ক্রম মথং শীন্ন,[১৪] অসিনচিংবা।

মথককী অসিগুম্বা সংস্কৃত ৱাহৈগা অমুক মান্নবা পুংবা শেম্নবসু মসিমক্না মপুং ওইবা লোনগী খোঙচৎতি নত্তে। হান্নগী লোইদাম থাজ, থবী শেনকোইরেন, হুয়েন লান, ৱায়রা মতেনচা অসিনচিংবা মৈতৈরোন অরি-অনৌগী ৱাহৈ পুংবানা ময়াঙদা চৎলি। মরক্তসু মৈতৈলোন অমসুং সংস্কৃতকী ৱাহৈ পুনশিনলগা শেম্বা সন্ধি, সমাসকী মশক অদুগা করিগুম্বদনা সংস্কৃতকী ৱাহৈদা মণিপুরীগী প্রত্যয় হাপচিনদুনা শেম্বা মখলগী ৱাহৈ খরসু থেংনৈ-

---

১৪। ইবিদ

খুদম ওইনা – অজয + যাইথীবা বিজয + যাইফযান্ন মহাবলিবেন, মহামুনিরেন, ধোবা শঙলেন তেংমাই থিনবা, বেতানীপা, খেল্লেনঃ– উত্তরা কাণ্ড. লাঃ ৩০

অসিনচিংবা মওংদা ব্রাহ্মেগী লৈতেং অমসুং ব্রাহ্মে শেন্না হৈবগী মতিক-মগুনশিং অসিনা তাকপদি মতমদুগী মৈতৈ কবিশিং অসিগী চঙখোনবা জ্ঞান, প্রতিভা লৈবা অমসুং সংস্কৃতনচিংবা অরুবা লোনশিংবু মমুৎ তানা খঙলমগনি হায়বসি উৎপনি।

খৃষ্টগী শতাব্দী ১৮দা লৈরম্বা অঙোম গোপী হায়বসি মৈতৈ লাইরিক হৈবতা নত্তনা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলা লোন নীংথিনা হৈরম্মী। মহারাজ গরিবনিৱাজনা পানবা মতমদা (খৃঃ ১৭০৯–১৭৪৮) মহাক্না কৃত্তিবাসকী রামায়ণ অমসুং যষ্ঠিবর সেনগী মচানীপা গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতকী শরুক যাম্না মৈতৈলোন্দা ইথোকখি।[১৫]

মহাক্না কৃত্তিবাসকী রামাযণদগী মৈতৈরোনদা ইথোক্লুম্বা 'কিষ্কিন্ধা কাণ্ড' 'লঙ্কা কাণ্ড', 'উত্তরা কাণ্ড'নচিংবা লাইরিকশিং অসিগী খুৎই অমসুং লোনগী মওংসু মথককী 'উত্তরা কাণ্ড'গী অদুগুম্বা মওংদনি।

কোরৌ নুমিৎ অমদা
থায়না লহান নোং
হযিঙৈদা পাণ্ড নিংথৌ
থায়াঙ কোন্দাই লোনবনা
য়াওরৌ শাতানবা তুকুম্নবু
রাজা পরিক্ষিত নিংথৌরেন্নচিংনা
সেনা লানমী পুম্না হুপ
নমু য়োমলোই হৌ
পুনুং লানপোৎ শেৎ

১৫। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, লাঃ ১২৪

শঙদিং লাল্লে খোমনা

খোয়মা নারকচৎ

য়াওরৌ শায়াম হাৎ ...।[১৬]

অসুম্না ইরিবা খুৎইদা থায়নগী ইৱাকমা, মাইচৌশিংনা ইনরকপা খুৎইগী মওংদনি, মরক্তা সংস্কৃত বাঙ্গলনচিংবগী ৱাহৈ থেৎচিনবতনি।

ইৱাকমা অসিদা নত্তনা গরিবনিৱাজ স্নাহাক্তক্তা হিন্দুগী পুরানশিংবু মৈতৈলোন্দা ঈথোকলম্না শীংথাবা য়াবা ইৱাকমা – নুঙ্গাংবম গোবিন্দ্রাম, ওঝা অসিনা ১৮শুবা শতাব্দীদা মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা শরুক য়াখি। সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলাসু নিংথিনা খঙবা মীশক অমনি। মহাক্না অস্টকাল মৈতৈলোনদা হন্দোকখি। মহাক্না ইরম্না লাইরিকশিংগী মনুংদা "তখেল ঙম্বা" হায়বা লাইরিক অসি মৈতৈ সাহিত্যগী লৈকোন্দা মহাক্না থারম্না চান্নি।[১৭]

অসিদা নত্তনা লাইশ্রম অরোই অমসুং য়ুম্নাম অতিবারসু শীংথাবা য়াবা মতম অসিগী লাইরিক ইবনি। অনী অসিনা 'শমশোক ঙম্বা' হায়বা লাইরিক অসি ইখি। গরিবনিৱাজগী স্না হাক্তক্তা বৈষ্ণব সাহিত্যগী নত্তবা অতোপ্পা লাইরিকশিংদি 'সনামহী লাইকল' অমসুং "চোথে থংৱাই পাখংবা" শিংথাবা য়াই। অকোনবগী লাইরিক অনী অসি অরিবা লোনদাদা সংস্কৃত, বাঙ্গলাগী ৱাহৈ থোইনা শীজিন্নবা তৌদনা হান্নগী চৎনরকপা খুৎইদা ইবনি। তৌবতদি অইবা মীগী মমিংদি থারমদে, গরিবনিৱাজ মতমগীনি হায়বদি তাক্লম্মী।

"চেথে থাঙৱায় পাখংবা" কৌবা লাইরিক অসিগী শৈহৌদা অসুম্না ইরি– "শ্রী হরি হয়া হে লীকলাই ইপুংথৌ নোংথৌরেন বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্পা, চীংঙু ইন্দ্র সোরারেন নমু পোংহনবা, ভক্তি ঙক্কোই থোংপু চুনপা ল্যাইরেল সনা নখোঙ খাদা হয়িঙৈগীবু নতাইরেম তয়ম চীনকোই ইৱাকমানা হয়া লাউৱা শৈথিরক্কে"[১৮]

---

১৬। রাজকুমার স্নাহল সিংহ (সম্পা.), মৈতৈরোন অরিবগী পরিফিৎ সর্প যঙ্গ (১৯৬৯), লাঃ ৫

১৭। খেলচন্দ্র, ওপ, সিট, লাঃ ১৪৪

১৮। এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), চোথে থাঙৱায় পাখংবা, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, ইম্ফাল, (১৯৮০), লাঃ ১

অসুমনা মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্পা (গরিবনিৱাজ) গী মতমদা ইবা মৈতৈগী লাইরিক অয়াম্বদি অসুম্না শৈহৌই। অদুম ওইনমক মতম অসিগী ইৱাকমাশিংগী থোইদোকপা মগুণ অমনা 'চেথে থংৱাই পাখংব' গুম্বদা ইরিবা লোনগী পরিং অসি ১৫শুবা শতাব্দীগী মমাঙগী খুৎইগুম্না হয়িঙৈগী ৱাহৈ ফাওবা শীজিন্নদুনা হান্না চৎনরম্বা সাহিত্যগী ওইবা খুৎইদা ইনরম্মি। অসিগুম্বা মওংগী খুৎইদা বৈষ্ণব সাহিত্যগী য়ুম্ফমদা ইরবসু 'সনামনিক, ধণঞ্জয় লাইবু-নীংবা, অরোং নন্দকুমার লাইবু নীংবা, বীরসিংহ পনচালি, অমসুং বিধি নোংতম্বা অসিনচিংবা অসি মৈতৈ ইৱাকমশিংগী খুৎশেমনি। অকোনবগী লাইরিক বিধি নোংদম্বা অসিদি মোইরাংগী ইৱাকমা অমনা ইরম্বনি তাক্লি – ''চীংঙু ৱারী লমদাং নুংঙাইবা অসিবু ইয়ু কৌবা অঙাংঙা মনোংয়াই কেগে মোইরাং মচানা পাইমা শিল্লেরোম্বগী লিওং নাতৈ চুম তেংথা ময়েক চাদনা লিওং পনথাং হৈতা ঈশৈ লিওং চুমদবনিগীনা ৱারী লমদাং থিঙমদে।''[১১]

মসিনা তাকপদি মতম অদুদা মৈতৈ, মোইরাং, খুমন খায়দনা শলাই পুম্বা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইথিল চঙলকপগী খুদমনি।

৩। মপাল লমগী ধর্ম্মগী অমদি চৎনবীগী ইথিল মদুগা লোয়নরকপা লোন অমসুং ৱাহৈগী ইনোৎঃ

তরানিপালশুবা শতাব্দীদা মণিপুর তম্পাককী মৈতৈশিংনা হিন্দু ধর্ম্ম ওনখিবদা ফংলিবা লোন অমসুং মনাৎ অসিনচিংবদা অহোংবা পীরিবা ইথিল অসুম্না অতোপ্পা মপালগী অকনবা ইথিল খক লৈখিদ্রি। মতমগী তাংফম অসিগী মনুংদা অমুক হেন্না শা–লান, লল্লোন–ঈতিক অমসুং চারৌ মৌরৌনদা অসিনচিংবা তোয়না তৌরিবা মতম শাংনা মরী লৈনরক্লনা অন্না লৈবাককী লোন অমসুং মনাত্তগী নুদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈচন শেম্লম্বগী খুদম থোইনা ফংদে। অমরোমদা হিন্দু ধর্ম্ম লৌহন্নবগীদমক নিংথৌগী শুপনম ফনা শীজিন্নদুনসু ১৮শুবা শতাব্দীগী মনুংদা সংস্কৃত নত্রগা বাংলা লোনতনা ধর্ম্মগী ওইবা লোন ওইগদবনি হায়বগী তেমথেংদি ফংখিদে অদুবু মতম অসিগী ইনরকপা খুৎই লাইরিকশিংদা বাংলা সংস্কৃতকী ৱাহৈ থেত্তুনা শেম্বা সাহিত্যগী লোনগী খোঙথাং লেম্নবী অমগুম্না

১১। ময়াংলম্বম কোমেন্দ সিংহ (সম্পা.), বিধী নোংদম্বা (১৯৭৭), লাঃ ১০

চৎনরকখি। অদুমকপু মসিমক্না মৈতৈ সাহিত্যগী চৎনরকপা লোনগী খোঙচৎ অদুবু থুগাইখিবদি নত্তে। করিগুম্বা মতাংদা সংস্কৃত, বাঙ্গলাগী ৱাহৈবু থেৎলবসু থেত্রবসু খোঙচত্তি হান্নগী পরিং অদুনি। খুদম ওইনাঃ

নোংপোক ৱাইরং পামহৈবা
ধজবন্ত অতপ্পা
বলবন্ত পাঙ্গনবা
বুধবন্ত লৌশিংবা
পুন্যবন্ত থোইথোইবা
ক্ষেমাবন্ত ঙাকহৈবা
রাজ রাজেশ্বর নোংপাখং
ছত্রধার নোংথৌরেল-ও।[২০]

মতাং মতাংগী ওইনা সংস্কৃতকী ৱাহৈ থেৎলুরবসু অয়াম্বা খোঙচৎতি মখাগী অসুম্না ইরিঃ

শজিক লাননোংতম, থবা লাননোংখাযবু খায়য়োন্দ
শায়বা পনয়ৈথ, লাংখোং য়িদ শি,
পনম খোয়খৈ, য়ৈখায়ববু শোঙকিদবা
কোংয়াং ৱাশা শৌ, লোকলৌ শৌরাই তাঙনা
খুয়া য়ৌরুমলেন, ইমু ফিরাক শাবু নোহাংদবা
নম্বু খোঙলোয় হুম, খরং লয়চুম ফেল
তেনবী খোইপাই তম, কমার নোংমৈ খোংফেনববু শৌপিংদবা
পানবা মখোং চোংবু লান্দানবা
কৈরেন উমবিচাবু শাগৌনবশিং-ও। (তঃ ঙমঃ লাঃ ৬৯)

অসুমনা লোনয়ান কয়া শীজিন্নদুনসু মতম অসিগী খুৎইদা অসুককী মতিক নীংথিরবা সাহিত্যগী ফজবা অরেপ্পা অমসুং অচুম্বদু কায়হন্দনা ইনরকখি।

---

২০। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), তখেল ঙম্বা (১৯৮৬), লাঃ ৬৫

মহারাজ চরাইরোংবগী মতমদগী হৌনা মণিপুরদা নিমান্দি নত্রগা সাক্ষ্য ধর্ম্ম মরা চেৎনা লৈরম্লে। লাইমিং লৌবা অহানবা নিংথৌসি চরাইরোংবনি। মাবু রাইবনমালি জন্মডার্থনা দিক্ষা পীখি।[২১]

মহাক্কী তুংদা ফম্বাল কাখিবা মজা ইবুংঙো গরিবনিৱাজসু রামান্দি চট্রিঙৈদা হান্না গৌড়িয়া ধর্ম্ম চৎলম্বগী খুদম ফংই:

তুবি নঙনা চৎলম্বা গৌরিয়া লাইরমলেন অথোইবগী ভক্তি মরমচৎ অসিদি ব্রজবাস চনুরা স্ত্রী নুপী শকহেনবীশিংগী মরমচৎ মহাক্লে। ... গৌরহরি মপুরেনগী ধর্ম্ম লাইরমলেন অচীকপা অসিদি পোইরৈ মীয়ামপানগী নত্তে। ৱাংঙম মীয়াম থুংনা তৌঙমদে। কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মরম ৪ মাবু শমু মহকশাংদা পক্তরবশিংনা লমচৎ মতিক ওক্লা তৌঙমঙৈনে। ক্ষেত্রি মরমচৎ হৌনশাদি পোইরৈ লৈবাক ঙাক্ল ৱাদি সনা অযোধ্যা মপুরেন শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌগী রামান্দি অচেৎপপু তৌরবদুম ঙমঙৈনে হায়না পাউমেল্লবদা লাইরেন মৈতেংঙু মণিপুরেশ্বর লৈমাবদি শ্রী বৈষ্ণব ময়াথংবু নাতারবগা গোড়িয়া লাইরমলেনবু ওইনরিবা শ্রীগুরু গোপলদাস বৈরাগ্য অথোইববু সনা মখোঙখাদা রামান্দি অথোইবগী তারক মন্ত্র অরুববু লৌবনা হিন্দু আচার মরমলেন ক্ষেত্রি মরমচৎপু উনবি পুক্লীং খুংনা তাফংজরে।[২২]

গরিবনিৱাজ মহারাজনা রামান্দি ধর্ম্মদা লাইমিং লৌদ্রিঙৈ মমাংদা অহানবদা বামোন গঙ্গাধরদা শাখ্য ধর্ম্ম অমসুং মতুং খর লৈরগা নোংচুপলোমদগী লাকপা শ্রীগোপালদাস বৈরাগ্যদা গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখি।[২৩]

শান্তদাস গুরুনা থোকলকলবা অদুগী মখৈদি লৈপাককী গুরু পণ্ডিত খোংনোংথাবনচিংবা পণ্ডিত অহুম্মাদি মাইবা লোয়শঙ অহুম্মাতা

---

২১। এম, কীর্ত্তি, মণিপুরগী বৈষ্ণব ধর্ম্ম, ঋতু, ৪৭ শুবা চেফোং দি কলচরেল ফোরম, ইম্ফাল অমসুং ও, ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), সনামহি লাইকল (১৯৭২), লাঃ ৪৭

২২। ও, ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), সনামহি লাইকল (১৯৭২), লাঃ ৫১-৫২

২৩। ইবিদ, লাঃ ৪৭-৪৮

থৈচিনখিয়ে শান্তদাস পুরুম্বনা ফমহৌএ।[২৪]

গরিবনিৱাজগী মতমদা ধর্ম্মগী ওইবা ইরাং অমা থোকপ্লিবা অসিদি শান্তদাসকী থোইনসিন্দগী নিংথৌনা মৈতৈগী অরুবা উমংলাই ময়াম লৈরোন চল্লুবা অমদি পুয়াশিং খোমগৎলগা মৈ থারুবদগীদ নত্তনা হান্না চৎলম্বা মৈতৈগী লাইনীং অমসুং গৌড়িয়া ধর্ম্মবু তাথিখিবা অসিনসু মরম অমা ওইখি। মসিগী খুদমদিঃ

৮নি য়ুমশকৈশদা নিমান্দিগী ৱাকোংবা লোই থাইএ। ক্ষেত্রি চৈতৈন্য পুমানী শাইখোম লাংমৈ, খাইদেম নরোত্তোম অসিনচিংবা লোই থাইএ।

মুতুম নিরনজন পেক্রুক খুন্না চৎএ।[২৫]

মথককী মিংশিং অসিনা তাক্লিবসু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ওইবা লোন সংস্কৃত অসি মতম অদুদা য়াম্না নৌরিবা ওইরমদরে অসিনি। মতম অদুগী মায়চৌ ওইরম্বা মোইরাং লনহান্বা মশামককী মমিং ফাওবা লক্ষ্মী নরায়ন কৌই।[২৬]

শান্তদাস অমসুং গরিবনিৱাজ হাৎপদা মহাকপুসু য়াওখি।[২৭]

মতম মতম অদুদা কৌনরিবা প্রজাগী মিং হায়বসি মতম অদুদা মীয়াম্না পাম্নরিবা ধর্ম্ম অমসুং লোনগী মমি শোযদনমক তাই। মরম অদুনা মহারাজ গরিবনিৱাজগী মমাওদশ্মী হৌনা মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মফম চাউনা লৈরম্লে তৌবতদি মৈতৈ খুদিংমককীদি নত্তবা মাল্লে হায়বসি মথক্তা শান্তদাসনা গৌরিয়া ধর্ম্মবু – ''ৱাংঙম মীয়াম থুংনা তৌঙমদে'' হাযবসিনা খঙহল্লি।

তৌরমককী বৈষ্ণব ধর্ম্মনা চঙলকপসি মহারাজ ক্যাম্বগী হাকতক্তগী চঙশিল্লকপ্রবসু ধর্ম্ম অসিগী মতাংদা নীংথিনা মায়পাকখিবদি শুপ্লগী মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী হাকতক্তগীনি। চুম্নগী ধর্ম্মগী য়াহৌরকপা মতাংদা মহারাজ মশামক

---

২৪। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), ফমলোন (১৯৮৭), লাঃ ১০

২৫। এল. ইবুংঙোহল অমসুং এন. খেলচন্দ্র (সম্পা.), চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৬৭), লাঃ ৪২, ৮৭

২৬। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), সনামহি লাইকল (১৯৭২), লাঃ ৭৮

২৭। ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র, ওপ. সিট, লাঃ ১২০

ধর্ম্ম অসিদা দীক্ষা লৌদুনা মণিপুর প্রজাশিংদা চপ মান্নবা মওদা চঙশিনহনখি। সনা হাকতক অসিদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অচৌবা য়াওল অমা লাকখি। ধর্ম্ম অসিমক লিংথৌসিমক্তা মখোঙ শোম্বীরম্বনি, ধর্ম্ম অসিদা দীক্ষা লৌদুনা নিংথৌগী ধর্ম্ম ওইখিবদগী লৈবাককী ধর্ম্ম ওইদুনা মণিপুর লৈবাক্তা বৈষ্ণব ধর্ম্ম মরা চেৎনা লৈখি।

নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা জগোই ঈশৈগী অনৌবা ঈহৌ অমা পীবদা নত্তনা সাহিত্যগী লমদসু মশক থোকপা থৌদাং কয়া লৌখিবা পণ্ডিতশিংসু পোকখি। মখোয়গী মরক্তা গোপীরামসিংহ ৱাংখৈ পণ্ডিত, মাধবরাম ৱাহেংবা অনী অসিমক মমিং পনবদা মতীক চাই।

... মহারাজনা লাংথবাল কোনুংদা পাল্লিঙৈদা মৈতৈ লৈবাককী মৈহৌরোল পণ্ডিত গোপীরামনা ইখি।

মাধবরাম ৱাহেংবনা সনা হাক্তক অসিদা ১৮শুবা শতাব্দীদা সাহিত্য লৈকোন্দা লাংলোন, চীংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চৎপা, মহাভারত বিরাত পর্ব্ব, সনামনিক অসিনচিংবা লাইরিক কয়া হাপচিনবীরম্মী।[২৮]

'লাংলোন' কৌবা লাইরিক অসি মীওইবগী হৌন-লোনচৎ অমদি পুন্সিগী অৱাংবা ৱাখল (দর্শন) ওইনা ইরবসু অরুবা মৈতৈলোন অরিবদা ইবনি।

> 'খুনবী কাপতিংচা কাপতিং য়াইথংচানা লাংনা মতানবা নৌবী খুদ্বিংদা কাককৈ চিঙ্গোইচন্না খুনবী পোৎলুম খাঙলবগা কাককৈ ফমহোংখিবা তুগুম্বনে। থৱাইপোনলিংখিববু শমু খুৎনা লাকনা থৌখামফরোইয়ে। লাইজ কোংগোল তাকপা গুমসু খঙলৌদনা পানবা পুঙনে।' (লাঃ৬)

লাইরিক অসিবু অপাবা মীনা 'মৈতৈ চণাক্য শ্লোক' হায়না থোল্লি হায়না লাইরিক অসি ইবদা তাং ৪-৫-২৪ ইংদা লাইরিক অসি ফোংদোকপা (পব্লিসর) না ইরিবসিমক চপ চানা হায়বা য়াই।[২৯]

---

২৮। রাজকুমার সন্‌হল সিংহ, 'রাজর্ষি' ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা ওইরম্বা মণিপুরী সংস্কৃতিগী ফিভম' সাহিত্য, ২২ শুবা মশীং, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, (১৯৭৪)

২৯। ৱাহেংবম য়ুমজাও সিংহ (সম্পা.), লাংলোন, (১৯৬৬)

লোন্দি অরিবা মৈতৈরোন ওইরবসু 'লাংওন', 'ভক্ত-চরিত' 'ধনঞ্জয় লাইবু নীঙবা' অসিনচিংবা লাইরিক খরগী পরিং (থিম) দি বৈষ্ণব সাহিত্যদগী লৌবা ওইনা তৌই।

নিংথৌজাম্বা মাধবনা ইবা 'ভক্ত-চরিত' অসি চাউরাক্লা খৃষ্টগী ১৮শুবা নত্রগা ১৯শুবা শতাব্দীগী ওইবা য়াই হায়না নীংই।

'চেংলৌ মমিৎ কুৎপী, তাংজ মকোক তুম্বী থরুম থরাং নাইবী মথককী অহনবু থৌওইদে অলখীনে লৌহৈদে' – ভক্ত চরিত

খৃষ্টগী ১৮শুবা সতাব্দীগী লবঙ্গসিংহ কোনথৌজামবগী 'রাম নোঙাবা' লোংজম পর্সুরাম (খৃষ্টগী শতাব্দী ১৮) গী 'লাঙ্গোই শগোল থাবা', 'খুমুজাম্বা পণ্ডিত, চিংঙাখম চাউবাতোন, শরাংথেম সুরপানন্দ অমসুং থৌদামচা চাউতোন মরিমক্লা শেম্বা – 'ঔৱা ঙম্বা', চিংঙাখম চাউতোনগী 'খাইঙম্বা' অমসুং সুরপানন্দ, পূর্নচন্দ্র অমসুং গোকুলসিংহগী 'শঙ্গাই ফম্মাং' অমদি ১৯শুবা শতাব্দীগী 'নোংপোক হাবম, নোংচুপ হারম', 'বামোন মৈহৌবরোল', নোংশামৈ শরুক খর খুম্বোং দেবকিশোর সিংহ চন্দ্রসিধান্তগী লাইরিক 'লঘু জোতিষ চন্দ্রিকা' অমসুং মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা মতোল ইবুংঙো আনন্ত শাইদা হাযদুনা শকাব্দ ১৭০২ (খৃঃ ১৭৮০) দা চিরোম শ্যামরামগা ওয়নাম আনন্দবাম অনীবু অমুক শেগৎহনখিবা 'চৈথারোল কুম্বাবা' অসিনচিংবা লাইরিকশিং অসি মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম মপুঙ ফাবদুনা বৈষ্ণব সাহিত্যগী অকনবা তেমথেং লৈরবা মতমদা ইখিবা লাইরিকমক্তনি। লোন্দাসু মৈতৈরোন অরিবগী ঈচেলদা সংস্কৃতি, বাঙ্গলাগী ইহুল হাপতুনা ইবা খৃৎইনা মপুঙনি।[৩০]

> অসাইতৈংগী কোরৌ নোং শগোল যজ্ঞমঙমশা অদুদি বভ্রুবাহন মরৈপাক্তা চঙখিরবনা অর্জ্জুন তেনহৈবনচিংনা লানমী ঙাইরোইনরিবা খৈবিক্তি লৈপাক মতৌ উনা উনবী পুক্লীং ঙক্লবদা অর্জ্জুন মাগা লোয়নরিবা হংস ধাজ নিংথৌরেন্দা পাউহংখিয়ে।[৩১]

৩০। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগী অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, তগী য়েংদুনা ইথোকচবা।

৩১। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), লাঙ্গোই শগোল থাবা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল (১৯৬৮), লাঃ ১২

মথক্তা পনখ্রিবা অরিবা লাইরিকশিং অসিদগী মপুং ওইনা লৌথোকপা খুদমশিং খর মাঙদা থন্নগা অরিবা মতমগী লোনগী শক্তম অদু বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মচু শঙলবা মণিপুরী লোন্দা করি অহোংবা য়াওল লৈরক্লবগে হায়বসিগী মতাঙদা পৌরপ্না মখাগী অসুম্না খন্দোকপা য়াই।

(১) সবজঙ্কটিভ মুদকী 'বদি' গী মহুত্তা 'কিদি' হায়বা অসি শীজিন্নে।

'লাইগী নোংদম লৈ হাইয়িকিদি।'

(২) 'ঙোন্দা' হায়বা শব্দ বিভক্তি অসি থেংনদে।

(৩) 'গনি' হায়বা ক্রিয়া বিভক্তি অসিসু থেংনদে, মসিগী মহুত্তা 'ঙৈনি' হায়না শীজিন্নে।

'মরান লোনয়ুম য়েংনা ব্রা হায়ঙৈনে।'

(৪) আসমপিকা ক্রিয়াগী বিভক্তি 'তুনা', 'দুনা', গী মহুত্তা 'গী', 'কি' শীজিন্নে।

'থাজ খুব্রাং কোন্না ঙাকচঙমদবগী' [৩২]

(৫) গ, জ, দ, ব, র গী খোনফম (ফোনিম) শীজিন্নবগী চাং নাইরক্তে অমুকসু শীজিন্নে, অমুকসু শীজিন্নদে। ঘ, ভ, ধ নচিংবা ব্যঞ্জনগী মরিশুবা ময়েকশিংগী খোনফম শীজিন্নবা মরক্তা থেংনৈ।

'ধুপ থাউমৈ মঙাল নাই ... ঘট লাইজ ঈমায় চোল ... ভক্তি কাওবী চিগ লুকনা'।[৩৩]

মমাঙদা খোনথোক চুন্নমদবা সংস্কৃতকী ব্রাহ্মে কয়া, অসুম্না শতাব্দী ১৮ মতুংদগী খোনথোক অমসুং বনান খর খর চুম্না ইবা হৌরকই। মসি মতম অসিব্রাইদগী খোনথোক চাওখৎলকপগী খূদম অমনি।

৩২। ব্রাহ্মেংবম য়ুমজাও সিংহ (সম্পা.), লাংলোন, (১৯৬৬) ব্রাহৌদোক
৩৩। মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ (সম্পা.), খাহি ঙন্না (১৯৬৭), লাঃ ২৪

(৬) খর কনশিনবা ৱাঙাংগীদমক ভার্বকী মাঙদা নাউল প্রিফিক্সশিং মরক্তা অদুম । খুদম খর পল্লবদা – থৌ+খাম্বা, না+তারবদা, লম+ওকঙমএ, পাউ+কৌরবগী, অসিনচিংবা।

(৭) ৱাতায় (কন্‌জঙ্কসন)শিংগী মশক অঙনবা মতমগীদগী থোইনা হোংবা উদে। ক, চ, ত, প, লগী মহুত্তা অয়াম্বা মতমদা গ, জ, দ, ব, র নচিংবা খোনথোক্লা মহুৎ শিনবা য়াওরকপতনি। খুদম ওইনা– গসুং, তৌইগী দি, পুম্নামানা, মদোমদে, তুগুম্ববু, অনৌবা অমরক, অসিনচিংবা।

(৮) ৱাহৈ পরেং খুৎশেমদি মমাঙঙৈগীগুম্না ভার্ব কয়া য়াওদবা মরী শমথ–শাংনা ইবা অদুমক চৎনরি।

খুদমদি – শ্রীগম্ভীরসিংহ, তুপী চীংলেন নোংদ্রেন খোম্বা বিলাট ঐখোয়গী চান্ন–লমদাং শাংবু কায়ফদবা নিংথৌরেলগী মপারী শ্রীপনচুকতো মণিপুরেশ্বর মহারাচা লাইরেনমৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নাউচিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা পোইরৈ নিংথৌবু পারতোন লাইরিক খুতোন তৌনা, লয়পাক লাকলেন কিশি তাইনা চান্না পকুমান্নন দরবার ৱা ঙাঙনরুও হায়না ৱাহমখোনকী ... খুবাং চাংজৌ চেপ্লা লোন্না ৱাকৎচখিয়ে।[৩৪]

অসুম্না নাউন অমসুং এদজেক্টিভ ক্লোজনচিংবগী মরী, মরী শম্নবা অশাংবা ৱাহৈ পরেংদা ভার্বকী মশক অমসুং মথৌ হনথনা য়াওবা খুৎই অসি থোইদোক্লা চৎনবী অমা ওইরকই। অদুম ওইনমক পাউতাক অমসুং পাউরৌগী ওইবা লাইরিকশিংদদি হৌজিককী অচম্বা ৱাহৈ পরেংগুম্না, ভার্বকী ফমফম চানা অতৈ ৱাহৈ পরেংশিংদা ইবসু চৎনরম্মি।

(৯) থেঙথরকপগী মতুংইন্না অর্থ মান্নবা অরিবা ৱাহৈগী পুংবা হাপ্পসি চাং হনথরকই। লোয়ননা হয়িঙৈগী ৱাহৈ অমসুং শলাই অতৈগী লোনগৈদদি চঙলকপা ৱাহৈ শীজিন্নবগী চাং হন্‌থরকই।

৩৪। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা.), চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা (১৯৭৯), লাঃ ৪

(১০) থাইনাগী কংলৈরোলগি ৱাহৈ ৱাতা, হিন্দু লাইনিংগি মতুংইন্না লৌশিল্লকপা মপালগি ৱাহৈ অমসুং অনৌবা মতমগি ৱাহৈ ৱাতা হৌরকপা অসিনচিংবা মখলগি য়াওলশিংগি অপুনবা শক্তমদা খৃষ্টগি শতাব্দী ১৮ অমসুং ১৯ অসিদা ফংবা মরম্না মতম তাংকক্ অসিবু ময়ায় চনবা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগি মতম্লি হায়বদী থোইদোক্লা চূনৈ।

(১১) নাউন, ভার্ব, এদভার্ব অমসুং এদজেক্টিভনচিংবগি ফ্রেজশিংদা সংস্কৃত, বাংলাগি ৱাহৈ য়াম্না থেৎচিনলক্কনা অরিবা মতমগি ফ্রেজশিংগি মশক ওন্না থোকই। অর্থ মান্নবা ৱাহৈ পুংবাশিং অসিগী মনুংদসু অরিবা মণিপুরী ৱাহৈ নত্রগা মপালগি ৱাহৈ (করিগুম্বদা য়াওরগসু) ৱাহৈশিং অদুনা হান্না মাঙদা থল্লগা হৌজিক শীজিন্নরিবা অনৌবা ৱাহৈশিংনা অর্থ হনবগুম্না মতুংদা থম্লে। খুদম শ্বর পল্লবদা 'খোইমা নারকচৎ' বলবন্ত পাঙ্গনবা, বুধবন্ত লৌশিংবা। অসুম্না খোইমা, বলবন্ত অমসুং বুধবন্ত ৱাহৈশিং অসিগি অর্থ তাকপগুম নারক, পাঙ্গনবা অমসুং লৌশিংবা অসিনচিংবনা মতুংদা শেন্নরি। ময়ায় চনবা মতমগী 'লংকা কাণ্ড, উত্তরা কাণ্ড, লাঙ্গোই শগোল থাবা, বিরাত শান্থুপলোন, তখেল ঙম্বা, ঔৱা ঙম্বা, অমসুং খাহি ঙম্বচিংবা লাইরিকশিংগী আর্যা ৱাহৈশিংনা মাঙদা থাবা ফ্রেজশিংনা অরিবা ফ্রেজশিংগী মহুৎ শিল্লকপা শক্তম কয়া ফংইঃ

| **মমাঙগী অরিবা** | | **শতাব্দী ১৮–১৯গী অহোংবা** |
|---|---|---|
| শাৱা ঙক্লোইশিন | – | অস্থি ঙক্লোই শিন |
| উনপী খোয়খৈ তানা | – | নাভি খোয়খৈ য়ৌনা |
| শরী ৱাচুম্নরপাকি | – | সংকল্প ৱাশক্লরবগা |
| চোইনৌ ফমপাললাংতা | – | আসন মফমলেনতা |
| লাইচ ঈরু শান্তেং (বা) | – | স্নান ঈরু শান্দেং (বা) |
| অহোং খৈন মনিন্নাই | – | কীর্ত্তন মনিন্নাই, |
| য়াথং খোইরেন হীকুম | – | য়াথং অমৃত থুমথোইপা |
| পাথৌ মঙাইরোই | – | মিত্র লোয়ন চান্নবা |
| পাইমা লিন্তাং শাংপা | – | জ্ঞনবন্ত লৌশিংবা |
| | | জ্ঞন লৌশিং চৈরোইনবা |

৩৫। মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ (সম্পা.), চরাইরোংবা খুনগুম (১৯৬৭), লাঃ ২

| | | |
|---|---|---|
| লাইরৈমা নোইনা ভমতনপী | – | অপসরী চুকোই শাবী |
| মানবী খুৎতপননা | – | ভক্তি কাউবী চিগ লূকনা |
| অথৌ লিচা হেল্লা, | – | বলবন্ত পাঙ্গনবা |
| পাঙ্গল মপা তান্না | – | " |
| কঞ্জাও মথি নাই | – | ক্রোধ কঞ্জাও থোইনা |
| য়ারেল খোংখৈ চীক্ল | – | মুখ মখা চীক্ল |
| শীজেপ মৈরা হাইজৌ থান্না | – | প্রদীপ থাউমৈ মঙান নাইনা |
| ৱাকমা শৈদমপাল | – | মুর্খ কবি |
| খাংজেং পোং পৈবা | – | সভা লেংনা তিনবা |
| খাইজেং লেংনা তিনবা | – | " |
| য়াইবি নোংমনহনবা | – | প্রান থৱাই মাঙহনবা |
| নোয়ন ভমদম হৌ (বা) | – | নর্ত্তক চুকোই শা(বা) |
| চুকোই লেপলৌ শা (বা) | – | " |
| খোঙদোই হুনবা | – | যাত্রা খোঙশানবা |
| ইনুং শোইয়াইমদা | – | রাত্রি ইনুংমদা |
| কংলা চৎলম ফানশাং থন্না | – | সোরোক য়াংলৌ লমশাং থন্না |
| পিরেম খকমা তানা | – | প্রেম লাইজ ঈথক হৌনা। |

অসিগুম্বা ময়ায় চনবা মতমদা, হিন্দু, লাইনীংদগি ফংবা ৱাহে কয়ামরুম য়াওরবা মণিপুরী সাহিত্যগী মতম অসিনা চৎথরকখিবসি চাউরাক্লা ২০শুবা শতাব্দী চঙলক্ত্রিঙৈগী মমাঙ ফাওবনি।

(১২) ময়ায় চনবা মতম অসিদা অরিবা মণিপুরীগি ৱাহে খোনথোক খর খর হোংবা য়াওরকই। খুদম ওইনা – শীঙয়েন নত্রগা শীংলেন → শীংঙেন, কাকলেন → কাকয়েন, নোংশিৎ → নুংশিৎ, চৈরৈ → চরৈ, লঙতিয়া → লঙজা, মপা তাউ → মপাথৌ অমসুং য়াম্মা → য়াম্বা, ইয়াম্বা; য়িপুংঙু, ইপুংঙো → ইবুংঙো।

(১৩) সমাস তৌদুনা লৈবা মতমদা সন্ধি ওইবা ৱাহে খরগি হৌফম (দিরাইভেসন) খণ্ডবদা মতেং ওইবা য়াওই।

অসুম্না, মপাতাউ → (ম) পাথৌ, থংলেন ঐবু লোইবা → ইপুরোইবা, পন্থৌ লেপলৌশিনগুম্বা → পন্থৌ শকপা, (ই) পা শকপা, পোইরে মৈতৈগি মবুংঙো → মৈতিংঙু, মৈদিংঙু, ইমানগি মচা → মানচা, মাঞ্জ।

(১৪) অঙনবা মতমদগি চংনরক্তবগুম্না ময়ায় চনবা মতম অসিদসু হৌই হায়বা ক্রিয়া বিভক্তি অসি শীজিন্নবা থেংনদে। মসিগি মহুত্তা 'লৌয়ে, নত্রগা 'রৌএ', অসুম্না শীজিন্নরম্বা উই। খুদম ওইনাঃ

তারৌরে →তাহৌরে

উরৌদে → উহৌদে

ঙমলৌএ → ঙমহৌএ

খামলৌএ →খামহৌএ

লোকলৌএ → লোকহৌই।

(১৫) মান্নবা চাংদম অমদি চাং উৎননবগীদমক এদজেক্টিভ ফ্রেজগী ওইবা হৌজিক শীজিন্নরিবা 'অমুক' 'মুক' অমসুং 'রোম' লোম অসি ময়ায়চনবা মতমদসু শীজিন্নরম্বা পংউ উদে। মসিগী মহুত্তা মথংশীৎনা 'মরুম', 'মরম' অমসুং 'মতম' অসুম্না শীজিন্নরম্বা উইঃ

মিংশেল য়াংকোক মরুম পাকপা ১

উচি হৌতোং মরম চাউবা অরাংবসুং য়াওবা ৭ পুরকই।

(চৈঃ কুঃ ২৫৩-২৫৪)

'তকুপ চীংগী নোংপোকলম খুদুপ্ মঙাগী মতমদা সনা থেংক্রু চীং কৌবা লৈপাকশঙ লৈবনে। (নুং. ২৩)

(১৬) এদজেক্টিভ ফ্রেজ খরদি মাঙজিন থাবা নাউন অদুদা ফোর্মেটিভ এফিক্স হাপ্লগা ঋাহে অমত্তা ওইনা পূনশিনবা থেংনৈ।

মদুদি - মতীক্লবা- মাগ মতীক চানবা

মপানবা – মাগা মপা চানবা

ফৈজোম্নবা – ফৈজোম শেৎপা মী

কৈমিংনবা – কৈগুম্না থৌই হায়নবা

লৈমিংনবা – লৈগুম্না থেৎলি হায়নবা

মথোকলকপা – মথোক কারকপা।

(১৭) হৌজিককী ইম্পরেটিভকী ওইবা নেগতিভ সফিক্স 'গনু' 'রোইসি' নচিংবসি শীজিন্নবা কয়া থেংনদে, মসিগি মহুত্তা মথংশীৎনা 'কুনো' কুমসি নত্রগা 'গুমসি' অসুম্না শীজিন্নরম্বা উই।

খুদম ওইনাঃ

'গুনো' 'লঙজা অয়োন ৱারৌবি গুনো' (সনামনিক) ৬৬

'গুমসি, গনুসে – মাইয়োক য়াবদা চেন্নগুমসে'। (তঃ ঙম্বাঃ ৯৯)

(১৮) ময়ায়চল্লকপা মতম অসিদা থোক্লকপা ফমথোন খরগি মমিং অনৌবা ওইনা থোক্লকই।

| | | |
|---|---|---|
| ধামান্দি | – | রাজগুরু, পুরোহিত |
| ভান্দার পুরেন | -- | পুকৈ পান্নবা মকোক |
| মেঞ্জর | – | লানমীগী মেজর ফম |
| পোইলা | – | মেঞ্জরগী মখা সুবেদারগী মথককী ফম |
| কত্থান | – | ইংখোল খৎনবগী বীচার তৌবা ফম অমা |
| কুৎ | – | লানমীগি ফম অমা |
| শত্থান | – | শগোল লানমীগী ফম অমা |
| হাজারী | – | হঞ্জবগুম্বা ফম অমা |
| শাজোর | – | ফম অমগী মমিং, অসিনচিংবা। |

(১৯) তরামাপলশুবা শতাব্দীদা গৌড়িয় ধর্ম্মগী য়ুম্ফম হেন্না চেৎশিল্লকপা মরমনা মতম অসিগী ধর্ম্মগী ওইবা লোনগী খোঙথাংদা মণিপুরী লোনগী মফম য়াম্না লীক্লা য়াওবা ৱাহৈ পরেং কয়ামরুম থেংনৈঃ

'ব্যাসকী ভাষিতং য়াথংনা পুর্ব্ব নোংপোক পাংবগী মলেছদেশ মরৈপাকপু বিনৈশতি মাংহনখিএ হায়বা অদুবু লৌরুরগা আদি লিলাগী প্রসঙ্গ ৱারী মধ্য পুরাণ য়াইমাবগী দক্ষিন যাত্রা স্রস্তভজন সাক্ষি গোপালদা চৈসু খুৎপাই থোকখিবনা অবতার তৌরকতনা সোকুচা সিংকক্না নমু মীওইরকপা শেষলীলা অকোনবগী বন্দেহঃ শ্রীগুরু হায়বা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা রাম অবতার লৌনা বিজয়াদশমী যাত্রা তৌরকতনা বিজয় দশমী পনচপাতক ক্লাকতানবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন গৌরাঙ্গ লক্ষ্মণ সয়া মমিরেলনা তিনখিএ'।[৩৬]

নিংথৌরোল কয়া ফাওনা চৎথরক্লিবা চৈথারোল কুম্বাবগী লোনসু শতাব্দী ১৯ অসিদা মথককী অসুম্না অওনবা ৱাহৈ পরেং খর ফংইঃ

'১৯নি শকোনসেনতা শ্রীপনচযুক্ত, যুবরাজ অতুমপা যুবরাজ (মৈদিংঙু নরসিংহ) মহাক অতুতি অসুর্য্যমুক্তি, খুফমপু পামদরবা শ্রীরধাকৃষ্ণগী শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রগী শ্রী জগন্নাথকী শ্রী চৈতৈন্যা নিতাইগী শ্রীবিষ্ণুগী শ্রীমোদোন মুহনগী শ্রীমহাপ্রভুগী পাতম পুজাদা আশকতোজি কত্তুনা নব বিধা ভক্তি ৯পু নিতি তৎতনা তৌজরিপা সেপাপু খিজিক্তা সুএ ওইনা খিচিক্তা শীংথাজরক্কে। নিতি ব্রহ্মমুহূর্ত্তদা হৌগত্তুনা প্রাতঃস্নান তৌরগা শ্রী রাধা কৃষ্ণগী পাদপদ্মতা মানসিক সেবা প্রেম সেবাপু নিতি তত্তনাতৃসন্ধ্যা তপু তৎতনা তৌরিপা ... শ্রী মনিপুর পুরন্দর শ্রীনরসিংহ মহারাজনা চহী ৫১ শুবা ফাইরেন ১৯নি শকোনসেনকী অয়ুক য়ুথক্তা নিংথৌ ওইএ'।[৩৭]

(২০) ময়ায় চনবা মতম অসিগী খুৎইশিংদা থেৎলকপা সংস্কৃত অমসুং বাংলাগী খোনথোক ৱাহৈ (করপ্তেদ ৱর্ড) খরদি মৈতে লোনগী ৱাহন (অর্থ) লোয়নরমদ্রবদি পাক হেক খঙবা ৱায় খুদম খরদিঃ

---

৩৬। ইরোম অমুবী সিংহ (সম্পা.), ঔৱা ঙম্বা (ইম্ফাল, ১৯৭৯), লাঃ ৪১

৩৭। এল, ইবুংঙোহল অমসুং এন. খেলচন্দ্র (সম্পা.), চৈথারোল কুম্বাবা, (১৯৮৯), লাঃ ২৬৫-২৬৬

পিপাহো লুহোংপিএ, থিয়ান (ধ্যান) পুক্লীং তোক্লবদা (খাঃলাঃ ৭৫), চোইথনি (জয়ধবনি), ক্ষেত্রি পৈরাকি (বৈরাগি), পাদ্মশ্বরী (পাতেশ্বরী), মন্ত্রিলুক (মন্ত্রীলোক অয়াম্বগা) মন্দ্রনা (মন্ত্রনা) ব্রাতাম্নখিএ (ওঃ ঙমঃ ১৫) অসিনচিংবা।

(২১) হিন্দু ধর্ম্মগী ইথিল লৈরবা ময়ায় চনবা মতম অসিদসু থোইদোকপা অহোংবা উদবা সফিক্স অমসুং প্রাইমারি সফিক্সকী মওং খরা হৌজিককীগা খেন্নবা উইঃ

| অরিবা মওং | অনৌবা মওং |
|---|---|
| হুইয়াই শেনকোই+য়ে | ইকাই+জে |
| কৌ+ঙাময়ে | কৌ+রম্মি |
| কৌ+খিঙাময়ে | কৌ+খিরম্মি |
| কৌ+ঙামপাপু | কৌ+রম্ববু কৌরম্বদি |
| তৌ+ঙৈদা | তৌ+রিঙৈদা |
| তৌ কুনো, গুনো | তৌ+গনু |
| তৌ+কুমসে | তৌ+রোইসি |
| তৌ+কতঅনে | তৌ+গদবনি |
| ফ।+রৌয়ে | ফা+হৌই |
| য়াংগোই+মন্নরুও | লৈ+মিন্নরুচো |
| য়াংগোই+খিরবা | লৈ+খ্রবা |
| য়াংগোই+মন্নখরবকি | লৈ+মিন্নখ্রবগী, রদুনা |
| তৌ+শিকনো | তা+রদুনো |
| নাতা+রাপাকি | তৌ+বনে |
| তৌ+ঙাইনত্তে | তৌ+ফম থোক্তে |
| নোং+ফাই+এ | নোংমা ফাই+দুনা লৈরে |
| ব্রা+কন+খিএ | ব্রা+লৌ+খিগ্রে |

| | |
|---|---|
| ৱাবু+নরিঙৌনে | ৱাবু+ওইহৌরিনি |
| অৱাপোৎথোক+লম্মবগা | অৱা পোৎথা+রল্লগা |
| খঙ+সুনো | খঙ+সনু |
| খঙ+হৌদবে | খঙ+হৌদরে। অসিনচিংবা। |

## তরুকশুবা পন্দুপ

# ১৯শুবা শতাব্দী অমসুং ২০শুবা শতাব্দীগী তাইনবা মরককী লোন অমসুং সাহিত্যগী ফীভম

তরামপালশুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক অসি মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী অরি–অনৌ শিন্নবগী মতম অমনি। মতম অসিগী মনুংদা 'খাহি ঙম্বা', 'ঔবা ঙম্বা', 'চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা' অমসুং 'শঙ্গাই ফম্মাং' নচিংবা মশক নাইবা লাইরিক খরদং অসি নত্তনা অতৈ অরিবা সাহিত্য কা হেন্না চাওখৎলম্বগী খুদম ফংদে হায়বা মথক্তসু নৈনখ্রে। মরক অসিদা বাঙ্গালাগী মায়কৈদগী বৈষ্ণব সাহিত্যগী 'পদাবলী, লালসা' অমসুং 'কীর্ত্তননচিংবগী ইথিল হেঙ্গৎলকখি। মসিনা লমজিং ওইদুনা বাঙ্গলা লোন অমসুং সাহিত্যগী ইথিল অসি থোইদোক্লা হেঙ্গৎলকপা হৌখি। গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোরকপা অমসুং অয়াম্বা ব্রহ্মণশিংগী হৌরকফম বাঙ্গলা লৈবাক্তগী ওইবা মরম্না ধর্ম্ম অসি চাওখৎনবা হোৎনবদা থোইদোক্লা বাঙ্গলা লোন শীজিন্নরকখি। মৈদিংগু গম্ভীর সিংহনা ইংরেজ সরকারগী মতেং লৌদুনা ঔবাশিংবু মায়থীবা পীদুনা (খৃঃ ১৮২৬) মণিপুরদগী তানথোকখ্রবা মতুংদা লৈবাক মরা তপ্লা পানবা হৌরকপগা লোয়ননা বৈষ্ণব লাইনীংসু নোংম নোংমগী হেঙ্গৎলকপগুম তৌখি।

মতৌ অসুম্না বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইথিলদগী বাঙ্গলাগী শৈরেং ব্রারেংদা পুক্লীং চঙবা অদুগা লোন অসিদা ইবা লাইরিক পুথোকপগী চাং হন্থখিবসি নরসিংহ, চন্দ্রকীর্ত্তি, সুরচন্দ্র ফাওবগী মতম অদু ফাওবনি। মায়কৈ অমরোমদনা ইংরেজ সরকারনা মরী নকশিন্নরকপদগী ইংরেজী তম্বা স্কুল লীংনবা হোৎনরকপা ইংরেজীগা মণিপুরীগা লোন ফাওননবা হোৎনরকপগী ঈহৌ অমসু লাকখি।

মথক্কী য়ারোল খরসিগী খুদমগা লোয়ননা নৈনবা শরূক খর মখাদা মথং মনাউ নাইনা উংলক্লি।

**অনম্বা লাইরিকঃ** য়াম্না থাজদনা তরামাপলগুবা শতাব্দীগী অগুনবা শরূক্তা খৃষ্টান সাহিত্যগী ওইনা উইলিয়ম কেরীনা মণিপুরী লোনগী 'বাইবল ন্যুটেস্তামেন্ট অমা দেব নাগরী ময়েক্তা ইথোক্লুনা মণিপুরগী মপান্দগী ফোঙলকখি। লাইরিক অসি মণিপুরদা শক্লাইবা লাইরিক অমা ওইখিবগী খুদম ফংদ্রবসু মতম অদুদা শীজিন্নরম্বা লোনগী মওং অমা মসিদগী নৌহৌনা য়েংবা য়াই। লোনদি অচম্বা মণিপুরী লোন্দা ইরবসু ময়েক্তি, দেবনাগারী ময়েক্তা ইথোক্লুনা নম্বনি। লাইরিক অসি মণিপুরী লোন্দা হন্দোকপদা তেংবাংবা মীগী মমিং পল্লমদে। ইরিবা লোনগী মওংদিঃ

> ৭ তরেৎ–পর্ব্ব অসিকি মতুংদা য়িশু গালিলিতকি হললকলে করিকি য়িষুদিশকি মাসিপু হাতখরপতকি য়িহুদাহ মাসি নৈপাকদা হনকেনিংতরে।

মখা তাবা খরগা পল্লবদা –

> ১০ তরা পর্ব্ব – ঐ নখোয়পু সরি সোলনা হায়রপনে করিনো কনাকুমপনা য়াব (য়াউ) কী যুমকী থোংচিলদা চগুলো এতনে হলনা অমসু করম্পা লমপিতাকি চগুকপনো... ।[১]

অসিগুম্বা খুৎই অসিদা মহৌশা কয়া শীজিন্নরমদবগুম্না ব্যঞ্জন ময়েক পরেংশিংগী অহুমগুবা ময়েকশিং গ, জ, দ, ব নচিংবগী খোনথোক থোইনা শীজিন্নবা উদে।

'য়াউ' হায়বগী মহুত্তা য়াব অসুম্না ইরি। মওং অসি মমাঙদা চংনরম্বা উদে।

'অমসু হায়বসি হৌজিক শীজিন্নরিবা কঞ্জংসন 'অমসুং' অসীনী।

ফ্রেজগী মওং সরী সোলনা' এতনেহলনা হায়বসি হৌজিক্তদি মথং শীংনা 'য়াশক্লুনা' অংসুং য়েংলোমদা হন্দুনা অসুম্না হায়নরি।

বানানগী অরূম–অয়াং খোনথোক্কী ফনা চুম্না ইরি হায়বা য়াই।

---

১। উইলিয়ম কেরী (সম্পা.), দি ন্যুতেস্তামেন্ট ইন মণিপুরী, মিশন প্রেস সেরামপুর (খৃঃ ১৮২৭), লাঃ ৩০০

থোইদোকপা সাহিত্যগী মৈতেং শীজিন্নদনা ইবা লাইরিক অসিগী লোন অসি মপুংওইবা মীৎয়েংদদি অনৌবা শক্তম হৌরক্লবনি হায়বা য়াই।

**মতুংদা ফোঙলকপা গৌড়ীয় ধর্ম্মগী অকনবা ইথিল লৈরবা মতমগী ইতিহাসকী মচাক ওইবা লাইরিকঃ**

বিজয় পঞ্চালী মৈতে পুরাণ অসি শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ মা হাকতক্তা গুরুদেব কীর্ত্তি কবিনা দ্বীজ সীতারাম ব্রহ্মণগা তানজদুনা মৈতে পুরাণ ময়েক্তগী বেঙ্গলী ভাষা ময়েক্লা পয়ার সেমদুনা লেংঙগা খূৎই লাইরিক ওইনা থম্বিরম্মী।[২]

অদুবু লাইরিক অসি বাঙ্গলা লোন্দা ইরম্বা মরম্না মণিপুরী লোনগী ওইনা নৈনবগী মনুং চম্দ্রে, অদুম্নদি ওইরবদা বাঙ্গলা লোন পাম্বগী চৎনবী অমদি উৎলী। মথাদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা খৃঃ ১৮৮৫ গী ডিসেম্বর থাদা ভারতকী ভাইসরোইদা অপেনবা ফোঙদোক্কুনা বাঙ্গলা অমসুং মৈতৈরোন য়ান্নদুনা ইবা চিঠি অমগী ৱারোল খরদা লোন অমসুং খোনথোক্কী চৎনরম্বা শক্তম উচ্চরিঃ

মহা মহিম মহামা বর শ্রীযুক্ত রাইট অনারেবল লার্ড ডফরিণ ভায়সরয় এবং ভারতবর্ষর গভর্ণর জেনারেল বাহাদুর মহিমার্ণবেষু। শ্রীযুক্তা লার্ড গভর্ণর জেনারেল সাহেবকী মফমদা খঙহঞ্জখি। ... মাগুলে লৌবগি পাও মণিপুরগি শ্রীযুক্ত পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেবকী থোঙদগী তারদুনা শ্রীযুক্ত গভর্ণর জেনারেল সাহেবকী মফমদা নুংঙাইবা ফোংদোকপবু ঐনা তৌজে। পাউ অসি তাবদা ঐসুং ঐগী প্রজা অপুম্বসুং য়ামনা নুংঙাইরে। ঔওাঁ অসি বৃটিশ গভর্ণমেন্টগি মখা পোনবা ওইদুনা নুমিৎ কুইনা লৈবা 'ঈশ্বরনা কুবিসনু। ইতি

শকঃ ১৮০৭ মহ ২৭ অগ্রহায়ণ।

মণিপুর

শ্রীযুক্ত লার্ড সাহেব বাহাদুরগি অসেংবা মরুপ

কে, সি, এস, আই।[৩]

---

২। লাইশ্রম মঙ্গি সিংহ অমসুং লোংজম মণি সিংহ (সম্পা.), বিজয় পঞ্চালী প্রথম খণ্ড, ৱাহৈদোক, (ইম্ফাল, ১৯৪৪), লাঃ ।

৩। Simla Records, Foreign Department, Rxtt. A. February, 1885 No. 71.

ইকাইখুম্নবা মিঙৌ (অ্যাক্রেশ) কীদমক চৎনরম্বা বাঙলা ৱাহৈ পরেংশিং অসিদ নত্তনা চিঠিগী ৱারোলগী মনুংদা মখাদা লৈই চিংলিবা ৱাহৈশিং অসি বাঙলা অমসুং ইংরেজী ৱাহৈশিং মণিপুরীদা য়ানশিনবা শক্তমনি। ৱারোল খরসিদা য়াওরিবা থোইদোকপা ৱাহৈ খর হৌজিক্কীগা মান্নদবা চাংদম ওইনা মখাদা উৎলিঃ

| মথক্কী চিঠিদগী | হৌজিক্কী |
|---|---|
| ফোংতোকপবু | ফোঙদোকপবু |
| ঐসুং অপুম্বসুং | ঐসু, অপূম্বসু |
| ব্রিটিশ | বৃটিশ |
| ঔওাঁ | ঔৱা, অৱা |
| ঈশ্বরনা কুবিসনু | ঈশ্বরনা থৌজানবিসনু। |

মমাঙওঙৈ মতমদা চৎনরম্বা ভার্বকী শক্লোন খর অনৌবা মতমগা চাননা হোংদোরকপা উরেঃ

| অরিবগী | মথক্কী চিঠিদগী |
|---|---|
| নাতারপাকী | তারদুনা |
| ওইঙ্ঙামলাপকী | ওইদুনা, অসিনচিংবা। |

অসুম্না অনৌবা মতমগী লোন অমসুং সাহিত্যগী খোঙহৌ ওইনা লৌবা য়াবা লাইরিক খর লৈখ্রিবসিগী মতুং কোন্নথংদা ১৯শুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা শরুক্তা হাওদৈজাম্বা চৈতন্যনা ছাপা নম্লবা লাইরিক খর ফোঙলকখি। মহাক্কী মতমদি মণিপুরী সাহিত্যগী চপ চানা অরি অনৌ শিন্নবা লংদাই ওইবা মতমনি। মহাক্না মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবীরম্বতা নত্তনা 'খম্বা থোইবী ৱারী নচিংবা মণিপুরগী নীংথিরবা সাহিত্যগী মচাক কয়াবুসু বাঙলা লোন্দা হন্দোকপিদুনা মপালগী লমদসু মণিপুরী সাহিত্যবু মশক খঙহন্নবা হোৎনবিরম্মী।

তাং ২৯-৩-১৮৮০ ইংদা মণিপুর ষ্টেট সরকারগী ভাইস প্রসিদেন্ট W.A. Gosgrave না অসুম্না ইরম্মিঃ

Under the supervision of Mr. Porteous the Political Agent he translated the story of 'Khamba and Thoibi' the Manipuri Legend into Bengali and Modern Manipuri.[8]

হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহনা 'ভাগ্যচন্দ্র' (১৮৯৮) অমসুং 'খম্বা থোইবীগী ৱারীনি' হায়বা লাইরিক অনী অমসু ফোঙলম্মি। অকোনবগী লাইরিক অসি ১৮৯৯ ইংদা অমুক ছাপা তৌদুনা ফোঙখি। হায়রিবা লাইরিক অসিমক মহাক মশামক্না বাঙ্গলাদা অমুক হন্দোক্লুনা ছাপা তৌদুনা ফোঙখিবনি। 'খম্বা থোইবীগী ৱারীনি' হায়বা লাইরিক অসিদা ইরিবা খুৎইগী মওংদিঃ

অদুদগী থোইবীবু সোড়া হাইবা চিঙ অদুদা কাদুনা সিং চলহল্লি, লৌবুক তান্না কুমহন্দুনা য়েলাঙ কেংঙোই হেকহল্লি, অদুগা লৌসি হায়বা পাৎ অদুদা কুমহন্দুনা লোং খোলহল্লি।[৫]

'খম্বা থোইবীগী ৱারীনি' হায়বা মৈতেরোনগী লাইরিককী ৱাহৌদোক্তা লাইরিক অসি থাইনগী কোরবেক মৈতে খুনুং অরিবনা ইবদগী শিনদোকপনি হায়বগী মতাংদা অইবনা অসুম হায়না তাক্লিঃ

'অসিগুম্বা খম্বা থোইবীগী ৱারী' কোরবেক লাইরিক অসি মণিপুর স্না লৈবাককি উজা শ্রীলাইশ্রম চাওবা হঞ্জবা, সেগা লম্বী লৈমজম লৈকাই ইম্ফালদা লৈবগী থাইনগি কোরবেক মৈতে খুনুং অরিবনা ইবদগি শিনদোকপনি।[৬]

মতৌ অসুম্না অনৌবা মতমগী মাঙওইনবা মতমদা ফোঙখিবা লাইরিকশিং অসি অনৌবা লোনগী শক্তম হেন্না উবা ফংলবসু অরিবা কোর্বেকশিংদগী নৌহনা ইথোকপা ওইবা মরম্না থোইদোক্না মশাগী অনৌবা সাহিত্যগী খুৎশেম ওইনা ফংদে। নৌনা ৱারী লীথোকপগুম্না তৌই।

---

৪। রাজকুমার স্নাহল সিংহ, হাওদৈজাম্বা চৈতন্যসিংহগী লাইরিকশিং পুনশিনবা, ৱাহৌদোক, (ইম্ফাল, ১৯৮২), লাঃ ১০

৫। ইবিদ, লাঃ ১০

৬। ইবিদ, লাঃ ১১

চৈতন্যগী 'মণিপুর ইতিহাস' ১৮৯০ দা কলিকতা ব্যপটিষ্ট মিশন প্রেসতা নম্লগা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্টনা ফোঙখি।

লাইরিক অসিগী ৱাহৈ পরেং খূৎশেমদা ইংরেজীদা চৎনবা মওংগী চৈখৈ, কোমানচিংবা পঙ্কচুয়েসনগী খুদম উদে। অচম্বা লোন্দদি ইথোক্লগা থাইনগী চৎনরকপা মওংগুম্না অয়াম্বা ৱাহৈ পরেংশিং মরী মরী শমথদুনা ই। খূদম অমত্তং পল্লবদাঃ

'... মহেন্দ্রেশ্বর মহারাজদগী হৌদুনা নুমিৎকী বরদগী পোক্লক্লবা মরম্না মণিপুর নিংথৌনা সুর্য্যবংশ ওইখরে অদুগী মতুংদা খোই মহারাজনা নিংথৌ ওই অদুগী মতুংদা তাওথিংমাঙ রাজানা নিংথৌ ওই অদুগী মতুংদা পেংসিবা মহারাজনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে অদুগী মতুংদা ... '[৭]

অসুম্না 'অদুদগী অদুদা, অদুগী মতুংদা' রদুনা, হাইদুনা অসিনচিংবা কঞ্জংশনশিংনা ৱাহৈ পরেং অমগা অমগা শম্নহন্দুনা মখা শাংনা চৎথৈ।

১৯০০ ইংদা চৈতন্য সিংহনা 'খাহি ঙম্বা' শ্রীহট্টগী শ্রীচৈতন্য প্রেসতা আবদুল রহম্না ছাপা তৌদুনা ফোঙলমই। লাইরিক অসিদগীঃ

চিতন, প্রেমতন, গিরান, ইস্কা কৌবা নখোয়দি সরকারগি সিফাইগা লোইনদুনা মখা পাংবা লোমদা তকখৎলকউ খাহি মচিংসাং খুনৌ মপূং টাকনা থুগাইরকউ।[৮]

মহাক্কী লাইরিকশিংদা, বানানগী অক্রম-অয়াং অমসুং তপশিন্নবা ময়েক থোইনা শীজিন্নবা তৌদে। মমাঙঙৈগী চৎনরকপা খূৎইগা খেন্ননা অরিবা ৱাহৈশিংগী লৈতেং কয়া হাপ্পা তৌদে। ইচম চম্না ৱারী লীথোকপগুম্না অনৌবা লোন্দা ইথোকই। মসিদগী খঙবা ঙম্বদি মহাক্কী মতমদগী মণিপুরী সাহিত্যগী অরি-অনৌ শিন্নবগী লমখৈ য়াৎপগী খুদম ফংলে হায়বা য়াই।

চৈতন্য সিংহনা ১৯০২ দা 'তখেল ঙম্বা' হায়বা লাইরিক অমা শ্রীহট্ট ক্রনিকল প্রেসতা চারু চন্দ্র ঘোষনা ছাপা তৌদুনা ফোঙলম্মি। লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক্তা অসুম্না ইরিঃ

---

৭। ইবিদ, লাঃ ১০-১১
৮। ইবিদ, লাঃ ৭

নিংথেম গরিবনিৱাজ মল্লা হাকতক্তা ঔৱা তখেলবু লান সোকনবা ঙমহৌবা অদুগী ৱারমবু কোরবেক অসিদা ইরি লাইরিক অসি ননাই ঐনা লেংবা নত্তে। হাইখরিবা নিংথেম অসিগি সনা হাকতক্তা লেংখিবা খুনুং লোন্নি। মরম অদুনা ৱা থৈনৈ হায়দুনা পাবিরিবা গুরুশিংনা ননাই ঐবু তাথিবা ওইবিগনু।[৯]

ৱাহৌদোক্তা শেমদোক্লিবা অসুম্না তশেংবমকসু মমাঙঙৈগী চৎনরকপা অরিবা খুৎইদগী থৈদোক্লুনা খর অচম্বা মৈতৈলোন্দা শেমদোক্লেগা ইথোকপনি। চৈতন্যগী খুৎইদা নৌনা থোক্লকপা ৱাহে ৱাতাগী মওং মতৌ খরদং হেন্না লাকশিনবা ঙম্নবা মখাদা 'তখেল ঙম্বা' গী অরিবা খুৎই (ওরিজিনেল তেক্স) গা মহাক্লা নৌনা ইথোকপগীগা চাংদম্নবা ৱাহে পরেং খর উৎচরিঃ

অরিবা খুৎইদাঃ

লহান ইমাঙগী
ইয়ু নিংথৌরোল খুদিংদসু
মালেম লয়য়ি মূৎ
কোংযাং উরোং শৎনা
ঙমখৈ কনাগুম্বদা মীপীরক্তে
তখেন নিংথৌ ইমান্নবা
ঔৱা নিংথৌ ইতিক্লববু
থাঙলেন খূৎনা ফংনা
য়ান্নগে হাযনা
নোংহামলিবা নোংলেননে।[১০]

**মসিবু চৈতন্যনা অসুম্না ইথোক্লিঃ**

তখেল ইমান্নবা ঔৱা নিংথৌ ইতিক মান্নবা অনিমকপু থাংশাং খূৎতা পাইদুনা শান্নগনি। নিংথৌ ঐগী ঐহাকথক অসিদদি নিংথৌ ইমান্নবা কনাগুম্বা অমত্তসু ইরৈবাক অসিদা চংফরোই।[১১]

---

৯। ইবিদ, লাঃ ৬
১০। ও, ভোগেশ্বর সিংহ, (সম্পা.), 'তখেল ঙম্বা', (ইম্ফাল, ১৯৮৬), লাঃ ১১-১২
১১। ম্নাহল. ওপ. সিট. লাঃ ২৬

হাওদৈঙন্না চৈতন্যগী মতম ফাওবদা চৎনরম্বা অরিবা ব্রাহৈশিং ২০শুবা শতাব্দী চঙলকপদগীদি মশক ওল্লবা ব্রাহৈ অমসুং খোম্ছোক্কী শক্তম খর পল্লবদাঃ

| মতমদুগী অরিবা | হৌজিক্কী |
|---|---|
| মশক ওন্দ্রিবা | |
| নবিঙঙাগী (মণিঃ ইতিঃ লাঃ৫) | নবানীগী |
| মতমগুম্লে (মণিঃ ইতিঃ, লাঃ ১০) | মতৌগুম্লে |
| মমাগা পোকমন্‌নবা (মণিঃ ইতিঃ, লাঃ ১৭) | মমাগা পোকমিন্নবা |
| চরৎ চরৎ চঙলক্কুনা (মণিঃ ইতিঃ, লাঃ ১৮) | জর জর চঙলক্কুনা |
| অমরক তন্না (মণিঃ ইতিঃ, লাঃ ১৯) | অমুক থুনা |
| অতোন (মণিঃ ইতিঃ, লাঃ ২১) | অতো |
| ময়াম্মা (মণিঃ ইতিঃ, লাঃ ২৫) | ময়াম্বা |
| **মতমদুগী অরিবা** | **হৌজিক্কী** |
| ফনেক সেবাৎপা (মণিঃ ইতিঃ, লাঃ ২৬) | ফনেক শেগায়বা |
| সন্ত্রি তৌদুনা (মণিঃ ইতিঃ, লাঃ ২৬) | সন্ত্রী তৌদুনা |
| অমদংনা হনখিদুনা (মণিঃ ইতিঃ, লাঃ ২৭) | অমত্তংনা হনখিদুনা |
| ফগবরা (মণিঃ ইতিঃ, লাঃ ৩৪) | ফগদ্রা |
| চঙমন্নরক্লে, কুমন্নরক্লে (খমঃথোইঃব্রারীঃ,লাঃ২৫) | চঙমিন্নরক্লে, কুমিন্নরক্লে |
| মচি (ময়াম্বা) + মনাও (খমঃথোইঃব্রারীঃ,লাঃ৩৬) | মচিনমন্নাউ |
| মরৈ তৌদুনা কৌরবোরে (খমঃথোইঃব্রারীঃ,লাঃ৩৭) | মরৈ–মরা তৌদুনা কৌরিবোইরে |
| করিসুং (খমঃথোইঃব্রারীঃ,লাঃ৩৭) | করিসু। |

চৈতন্যগী খুৎইদা ফংবা অয়াম্বা ভার্বকী শক্তমশিং অনৌবা মতমগীনি। হান্না চৎনরম্বা ভার্বকী মমাঙদা নাউন প্রিফিক্সশিং হাপ্পা (খুদম – পাউ + কৌবা, না + তাবা, থৌ + খাম্বা নচিংবা) গী মওংদু লৈখিদ্রে। মমাঙদা চৎনরম্বা ব্রাহৈশিং, ব্রাহল্লবগী, য়ৌখিরপবু, ফারৌএ হায়বসিগী মহুত্তা হায়রদুনা, য়ৌশ্রবদগী, ফাহৌএ অসিনচিংবনা শিল্লকই।

ক্রেজ অমসুং ক্রোজগী শক্তম কয়া, য়াম্না নীংথিনা অনৌবা লোন্দা ইথোক্কইঃ

| অরিবা | চৈতন্যনা |
|---|---|
| লাংজেংমথোক্লকপা | য়িনখৎলকইবা |
| কাওরেন মপা তাম্বা | সল লাবা অকনবা কাওগুম্বা |
| কাওবি চিগা লুক্কা | সল মচিনা লূকপগুম |
| লাহানঙৈতা | থায়না মমাঙঙৈদা |
| অদুসুং মদোমদে | অসিদসু নত্তরি |
| কাউরেন ষণকু হোইবগুম | শামুক সলগু হোইবগুম |
| মতুম মুনা | ইমু মুনা, অসিনচিংবা। |

বানানগী মতাংদদি চৈতন্যগী পূনশিনবা লাইরিকশিং অসিদা মশাগী অরেপ্পা অমা থম্লা ইবা উদে।

মহারাজদি অহিং অওাঁ (অব্রা) লমতান্দ, নুংথিল অওাঁ (অব্রা) পোৎথাদা ... (খাঃ ঙমং, ১২), ওন্তকপা (ওনথোকপা) (ভাগ্য, লাঃ ৬), থাংগাই সেংবা (থাঙ্গৈশেংবা), মাওব্রা (মাব্রা), হাইবা (হায়বা), মি (মী), অনি (অনী), লাঈ (লাই);

'ও' কার তপকদবা মনীং তম্বা বাঞ্জন (ফ্রী কোনসোনেন্ট) গী খোনথোক কয়া 'ে া' তপ্পা তৌদনা বাঙ্গলাগী মতৌগুম্না 'ে া' খোনথোক ফোংদোকহন্নবা থম্মি। খুদন (খুদোন), লাঙ্গই (লাঙ্গোই), কনুং (কোনুং), অসিনচিংবা। ' ু ' গী 'ে া' গা ওনথোক ওনশিন তৌদুনা শীজিন্নবা মওং খরা উবা ফংইঃ

মৈদঙো (মৈদিংঙু), কুকিল (কোকিল), নোংঙাইতবগা (নুংঙাইতবগা), থৈবুং (থৈবোং), নোমিৎতা (নুমিত্তা), অসিনচিংবা।

মমাঙঙৈগী খূৎই লাইরিক্তা চৎনরম্বগুম্না হৌজিককী মতমদদি চৎনদ্রবাময়েক তপশিন্নরোইদবা মফমদা তপশিন্নবা তপফম থোকপা মতাংদনা তপতবা, ব্রাহ্মৈগী বানান কয়া উবা ফংইঃ

ক্নাগুম্বা (কনাগুম্বা), স্না (সনা), ম্নাইনিপা (মনাইনীপা), পানস্নু (পানসনু), অনিমকতি (অনীমক্তি), মতমগুমনা (মতৌগুম্না) অসিনচিংবা।

'ত' গা 'দ' গা মফম চাদনা ওন্নবা খরসু উই মদুদি–

ঋাহৈশিংগী স্বরগী খোঙলেপ (জক্ষচর) তোঙান্না খায়দোক্লদুনা অয়াম্বা মতমদা ইরি। বিস্বর্গ (ঃ) য়াম্না তোয়না মরক্তা থেৎচিল্লিঃ 'ক্রম তৌসি বাঃ' 'স্নাঃ পুকনিঙ' 'ঐসুং চাকচাঃ তোকলগা কারগ্নী' 'নখোই পুমনা মকতি' তাঃ দরিঙৈংদা।

অরিবা মতমদা চৎনরকপগুম্না (হৌজিক্তি চৎনদ্রবা), ঋাহৈগী মরক্তা 'া' য়াম্না হাপচিনবা থেংনৈঃ

আমুক্তা, পূম্নামক, ঙমগাবরা, তৌরাকপা, অসিনচিংবা।

অকোনবগী ঋারোল অনী (জক্ষচর অমসুং আকার) অসি চৈতন্যগী লাইরিকশিম পূনশিনবগী শরুক্তা 'খাহি ঙম্বা', 'ভাগ্যচন্দ্র' অমসুং 'খম্বা থোইবিগি ঋারীনি' হায়বা লাইরিক অহুম অসিদদি হৌজিককী চৎনরিবগা মওংগা কয়া খেন্নদবা উবা ফংই।

১৯শুবা শতাব্দীগী অথেঙবা শরূক অসি অইবা সাহিত্যগী পোৎথোক য়াম্না হনথরম্লবসু চীনথাংগী সাহিত্য (ওরেল লিট্রেচর) গী হীরম কয়াদদি য়াম্না চাওখৎলকখিবগী খূদম ফংই। পেনা, অমসুং খোংজোম–পর্ব্বগী শৈশক ঋারীশিং খূৎলং ঈশৈ, নাউশুম ঈশৈ, থাবল চোংবগী ঈশৈ অসিনচিংবগী অনৌবা পোৎথোক হেন্না ফংই। সমাজগী অমাং অশেংগী চৎনবীগী মৈশাদা কেমগ্রবী শাবী শনৌশিংগী নুংশি নুংওলগী থৌদোক মচা মচাশিংদগী ফাওবা চাউথোকহন্দুনা চীনথাংগী কাব্য ওনথোকখি। 'সতী খোংনাং', 'শগোলশেম থম্বাল অমসুং মুসলমান চাউবা।' (চৈঃ কুমঃ ৪৪৫), 'পেমচা বোরাচাউবা।' (চৈঃ কুমঃ ৪৬১) 'থম্বালনু' অসিনচিংবা শৈশক ঋারী কয়া হৌজিক ফাওবগী মীরোন্দা অইবা সাহিত্যগীসু খুদোল তল্লি। অদুমকপু চাওখৎলকখিবা চীন্থাংগী সাহিত্যগী হীরম খূদিংমক্তসু বাঙ্গলা লোন য়ানশিনবগী চৎনবী অমদি ঈরোয় লোয়নরকখি। মসিগী খূদম কয়া মখাগী হীরমশিং অসিদা ফংলিঃ

**থাবল চোংবা (কেক্রে. কে চোংবা)ঃ**

জগোই অসিগী মওং অমসুং মসিগী শৈশক্লবা শৈরেং অসি 'লাই হরাওবা' হায়দুনা মৈতৈগী মমাঙঙৈদগী চৎনরক্লিবা অদুগী মনুংদা 'ঔগ্রী হংগেন চোংবা'

হায়বা মতাংদগী পোইরৈ তারকপা মওং অমনি। ঔগ্রীগী ঈশৈ 'ক্রে ক্রে কে, মো মো য়াঙ্গেন শম্বা শ্যাও শ্যাও' অসিগুম্বা শৈরেং অসি মৈতৈগী থাবল চোংবদসু শরুরি। অদুবু মণিপুরদা গৌড়িয় ধর্ম্মগী ঈথিল য়াম্না কল্লবা মতমগী মতুংইন্না থাবল চোংঙমদাই মতমদা 'মহাপ্রভু জন্ম হরি হরি বোলা' হায়না ঈশৈ হনবনা লাউরগা পালা ময়াম্না হে হরি' হায়না খুল্লগা মদুগী মতুংদা ঈশৈ হনবা ওঝাদুনা খূদক খূদক্তা তাঞ্জা মেঞ্জা, লয়–মাত্রা কায়দনা লেং লেংদুনা হায়দোরকপা শৈরেং অমদি শৈশক অদুবু ময়াম অদুনা তাল কায়দনা খোঙথাং শাথেক কায়দনা খুম্মি, অহানবদা,

ব্রজ নিংথৌ মপারি

শ্যাম কহ্নাই শকহেনবা, অসিনচিংবা।

মসিগুম্বা পদ অমমমগী তঙখায় ফাওবা সংস্কৃত অমদি বাঙ্গলাগী ৱাহৈশিংনা হৌখি।[১২]

'থাবল চোংবা' হায়বা অসি মৈতৈগী অশেংবা ঈনাৎকী ওইবা কুম্মৈ অসিদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অনৌবা মচুদা অমুক লুপশিনখিবসি ২০শুবা শতাব্দী হৌরমদাইদগী থাবল চোংবগী শৈরোল মখল মথেলশিংগী মনুংদা – নিংথৌরোল, মোইরাং শায়োনশিংগী ৱারীদা নত্তনা মতম অদুদা থোকখিবা কুইদ্রি হায়না থাজনবা 'থম্বালনু', 'মাইনু পেমচা' নচিংবী মৈতৈ চনুশিংগী নুংশী ৱারী কয়াসু শৈশেমদুনা পুথোক্লরকখি। তৌবতদি মথক্কী বাংলা শৈহৌ অদুদি শৈশক খুদিংমক্তা ইরোয় লোয়নৈ। অসুম্না মৈতৈগী চৎনরকপা খুন্নুং ঈশৈগী শৈরেং খরদসু বাঙ্গলাগী ৱাহৈ থেৎচিনবা হৌরকখি।

খূৎলং ঈশৈদাঃ

হা ইবেম্মা নোংদম নুংশি **প্রেমগী** ৱাশক
তাশোনগী চৈনাখোলমক্তবু থৌওইদদুনা
য়োৎকী তাশোল চৈনাখোলবু কিরদুনা

১২। কালাচান্দ শাস্ত্রী, অশম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, (ইম্ফাল, ১৯৭৬), লাঃ ১০৯

নুরা পুক্লীং ওনগে ও', নুজা খল্লুগনু
মীগীসু মচা প্রানগী (করিগুম্বদা প্রানের)
নোংদম ওইবী ঈ ঈবেম্মা।[১৩]

**মতুংদা চৎনরকপাঃ**

নুপা- নুরা ইবেম্মা নুংশিবী
নহালগী লোইদাম থাদদি
পাখং ঐগী কাদা
**সরকারগী টেলিগ্রাম** য়োৎলিনা তিংবগুম
নুরা পুকচেল তিংলখি ...

নুপী- শাবী ইবুংঙো নুংশিবা,
পলেম ফৈরা তাজিনথক্তা
অমৃত খোল্লাং মায়োক্লরিঙৈ,
কুল্লং নাদা চিল্লিঙৈ,
মাঞ্জ সেবা তৌগে নীংবদি
বিধি কৌবা ব্রহ্মানা
অজ্ঞিগী লায়ুম য়েকপদা
থংলেন মাঞ্জ পামুবা
**কলম** মচিন থৈখ্রমাল্লে।[১৪]

অসিনচিংবা।

মতৌ অসুম্না ইনাংকী চৎনরকপা শৈরেংগী খৃৎশেমদা অরিবা ব্রাহ্মে অমসুং বাঙ্গলাগী ব্রাহ্মে য়ান্নদুনা শৈশেম্বদা নত্তনা থেঙথরকপগী মতুংইন্না ইংরেজী ব্রাহ্মে ফাওবা করিগুম্বদা থেৎচিল্লকপা য়াওরকখি। অঙাংশিং শান্নবগী অমসুং খুল্লক্তা চৎনরকপা ফাগিগী শৈরোলশিংঃ

১৩। ইবিদ, লাঃ ১২১
১৪। রাজকুমার ম্লাহল সিংহ, 'মণিপুরী লোক সাহিত্য', সাহিত্য, মশীং ১১, মে, ১৯৬৯, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, লাঃ ১৫

বাঙ্গলা লোন চঙলকপদগী মৈতৈরোনগা বাঙ্গলাগা য়ানশিন্নদুনা উরাওবী শান্নবদা অসুম্না লাউবা মরাউ অমসু লৈরি–

একনং দুকনং তিন চার ভুমিবাসি মাঙ্গোলজাও
তের বিবি চেঙপাকশু কামিনী করে লুপা খাউ।

য়াওশংদা অঙাংশিংনা লৈগী থাদুনা শকপা ঈশৈ মতেক অমসু লৈরিঃ

শ্যামমালা উরীরৈ
গনধারাজা চিংগোংলৈ
ভুমি চম্পা লৈপাকলৈ...।

অঙাং নিংঙাই তৌবা থেন্বদা কনাগুম্বী মমানা অসুম্না নাওথেম্নৈঃ

মৈতানচাবী আওরে, কহ্নাই ধররে।

অসিগুম্বা ব্রজবলিদা মৈতৈরোন য়ানশিনব ঈশৈ মতেক কয়া থোক্লকখি।[১৫]

মওং অসুম্না 'শন শেনবা লীলা (গোষ্ঠ লীলা)দগী লৌথোক্লুনা 'মাও মাও বোলিরেপ্রাণ মুখো তুলিরে' অসিনচিংবা ঈশৈ কয়াসু নাওথেন্বদা শক্লরকই।

মতমগী য়াওল অমসুং মপালগী ইথিল চঙলকপা ফিজেৎ চাকচানচিংবা তাকপা ফাগিগী শৈরেং খুল্লক্তা ঙাঙন–শক্লরকই; অহল লমননা পামদবা, অরোনবা নুংশিনবা থন্বদা নিংঙোলবু মমানা কিহ্নববু খুল্লক্কী ঈশৈ ওনখিঃ

মমানা – চাউবী কনানো?

মচানুপী – ইমা, হৌদোংনে,

মমানা – হৌদোংনা **জয়পুর** য়েৎপরা, হৌদোংনা **থাকা** ককপরা? চাউবী নপা তাকেকদো।[১৬]

১৫। ইবিদ, লাঃ ১৬

১৬। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ, 'মণিপুরী লোকগীত', সাহিত্য, ২৭শুবা মশীং, (১৯৭৬), মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, লাঃ ২০

অসিগুম্বা থৌদোক মচা মচাদগী শেমখিবা লোক সাহিত্যগী খূৎশেম অসিদা মতম মতমদুগী মমি তারি। লোয়ননা অসিগুম্বা শৈওং অসিদা য়াওরিবা 'জোয়পুর' অমসুং 'ধাকা' হায়বা মপালগী ৱাহৈ অসিনা মতমদুগী পাখংশিংগী ফিজেৎ অমসুং শমকক লাককুচিংবা খণ্ডহল্লি।

ইমাগীদি ইবুংঙো
নিংথৌগীদি শজিকলোই,
সাহেবকীদি পুজারি...।

অমসুং

'লাকখোং সন্ত্রী
চোংদুনা ফন্দুনা লাকপদি
নল্লাক চোক্তরা...[১৭]

নিংথৌ কোনগা অরোনবা মরী লৈনবা শৈরেং মতেক অনী অসিদা য়াওরিবা ৱাহৈশিং মথংশীৎনা 'সাহেব', 'পুজারি' অমসুং 'সন্ত্রী' অসিনচিংবা অসিনা সাহেব (বৃটিশ)না পাল্লবা মতমগী ৱাখল পোকহল্লি। মতম অদুগী মীদা অচৌ-পীশক খায়বগী ফজদবা শক্তম উৎলি। য়ানশিল্লিবা ৱাহৈশিং অসিনা হোংলক্লিবা মতমগী লোনগী য়াওল লেপ্পদা মতেং ওইরি।

**খোংজোম-পর্ব্বগী ঈশৈদা বাঙ্গলাঃ**

খোংজোম-লানগী মতাং লৌদুনা খোংজোম-পর্ব্বগী শৈশক অসি সার চুড়াচান্দ মহারাজগী সনা হাকথক্তা শকপা হৌখি। হৌজিক্তি শৈশক অসিদা রামায়ণ, মহাভারত, নিংথৌরোল অমসুং খম্বা-থোইবীনচিংবগী মোইরাং শয়োনশিংগী মতাং ফাওবা শক্লরে। শৈশক অসিদবু শক্লবদি শক্লিবা মথৈ খোংজোম পর্ব্বগী মতাং নত্ত্রবসু খোংজোম-পর্ব্ব শকপা অদুম হায়নরে।[১৮]

শৈখল অসি 'ধোবি লৈনৌ' হায়বা ওঝা অদুনা হৌদোকপীরম্বনি, মথংদা খুমনথেম ওঝা চাওবনচিংবা ওঝাশিংনা মথং মথং লৌহৌই হায়নৈ।[১৯]

---

১৭। ইবিদ
১৮। স্নাহল, ওফ, সিট, লাঃ ১৫
১৯। চান্দম গোপাল সিংহ, 'খুনুং ঈশৈ', সাহিত্য, ১৫শুবা মশীং (১৯৭১), মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

অহানবদা গৌরচন্দ্র অমসুং প্রার্থনা শক্লগা খোংজোম-পর্ব্ব শকপা হৌই, অয়োইবদা ভজন অমসুং মন শিক্ষা শক্লগা নীংথিনা লোইশিল্লি। মতাং অসিদা স্বর্গীয় ওঝা খুমনথেম চাওবা সিংহনা খোংজোম-পর্ব্ব হৌরমদাইদা শৈরাংখিবা গৌরচন্দ্র অমসুং প্রার্থনাশিংগী মরক্তগী অমা অনীদং পঞ্জরিঃ

গৌর আজকেন কেন্দেছ, মুখো রাধা রাধাবলি, গৌর আজকেন তুমি লুকাইলে শ্যাম অঙ্গ গৌর অজকেন কোৎথা তব পীত ধরা, ব্রজের গোপী মোহন চূড়া

*X* *X* *X*

তুমি ব্রজেছিল কাল শশী, তধন বাজাইতে মোহন বাঁশী কি লাগি কুরঙ্গ কৌপিন, দণ্ডধারী, আজকেন[২০], অসিনচিংবা।

অসি নত্তবা বাঙ্গলা, সংস্কৃতকী ওইবা বন্দনাদি সংকীর্ত্তনগী মণ্ডংদা মখাগী অসুমনা শৈহৌনরকই। অসিদা নত্তনা শক্লিবা ওঝাশিংদুনা অফাবা শ্লোক্কী বন্দনাদা শৈহৌবসু মখল কয়ানি।

এস এস গৌরহরি
দ্বিজমণি দ্বিজরাজ হে। ধ্রু।
হরি সংকীর্ত্তনের মাঝে
আইল করি দ্বিজমণি
দ্বিজরাজ দ্বিজরাজ হে। ধ্রু।[২১]

খোংজোম পর্ব্বদা অসিগুম্বা ভজন অমসুং মন-শিক্ষা শকপা অসি হৌজিক্কী শৈশকতসু অদুম শক্লবা য়াওরি। অসি তাংকক অসিগী ঈহৌদগী হৈনরকখিবা মওং অমনি।

---

২০। সঞ্জেম্বম নদীয়া সিংহ, 'হৌজিক চৎনরিবা খোংজোম-পর্ব্ব, সাহিত্য, ৩৩/৩৪ শুবা অপুনবা মশীং (১৯৭২), ভোঃ৯, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

২১। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ, 'খোংজোম-পর্ব্ব', মীৎয়েং ১৪/১৫ শুবা মশীং (১৯৭৬), মণিপুরী নহারোল সাহিত্য সভা, ইম্ফাল।

**লাই হরাওবাঃ**

> খৃষ্টগী ১৮শুবা শতাব্দী অহৌবদা পানবা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ হাকতক্তা লাই হরাওবা অসি নমথখিবদগী মশুইহ্বুংঙো জয়সিংহ (ভাগ্যচন্দ্র) মহারাজ সনা হাকতক্তা য়াম্না কম্না থিজিনবীদুনা থম্বীরম্মি। অদুম্নদি ওইহ্রবদা লোনয়াম্না মপূং ওইনা অশে অমাই, মাইবী লোয়শঙ অহুম্মক্তা চঙশিল্লম্বনা স্বর্গীয় শ্রীবোধচন্দ্র মহাবাজ সনা হাকতক্তদি লাই হরাওবদা 'হবি হে নারায়ণ, রাম কৃষ্ণ নাবায়ণ' হায়না শক্লরক্লে।[২২]

অদুমকপু অকোনবগী অসিগুম্বা ঈশৈ অসিগী তঙাইফদবা শীজিন্নফম থোইনা থেংনদে। হৌজিক ফাওবদা লাই হরাওবগী থৌরমদি অশেংবা (য়ানশিন্দবা) মণিপুরী লোনগী মফম অদুম্মক ওইরি।

**ৱারী লীবা অমসুং লাইরিক হায়বা থীবাঃ**

হৌজিক মণিপুরদা চৎনরিবা ৱারী লীবা অমসুং লাইরিক তৌবগী মওং অসি ১৮শুবা শতাব্দীদা চৎনরম্বা মওং অদুগা খেন্নরমফম থোকই, মরমদি অসিগুম্বা থৌরমদা হৌজিক লীনরিবা পুবাণশিং অসি মতম অদুদা মৈতৈরোন্দা ইথোকপিরম্বশিং--

অঙোম গোপী, ৱাহেংবম মাধবরাম অমসুং লোংজম পরসুরামনচিংবগী রামায়ণ, মহাভারতনচিংবদা মৈতৈলোন অরিবগা সংস্কৃত, বাঙ্গলানচিংবগী ৱাহৈশিংনা যান্নবা লোনগী খোঙচৎ অদুগা খেন্নে। হৌজিক ফাওবগী মৈতৈ খুল্লক্তা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলা লোনগী ৱাহৈশিং শ্লোকশিং অমসুং প্রমান পানথৈশিং, পুরাণশিং অসিদগী খঙহল্লিবসি ৱারী লাইরিক তৌবশিং অসিনা অচৌবা মরম অমনি হায়বা য়াই। খৃদম ওইনা হায়রবদা, মমাঙঙৈদা চৎনরম্বা খুরুম খাজংবগী ৱাহৈ 'চরৈ ওকয়েৎননা, মুকমু লৈতোন কোনমানবী খৃৎদপ্পনা' অসিগী মহুত্তা হৌজিক্কী ৱারী

---

২২। কুলচন্দ্র সিংহ, 'লাই হরাওবা', ঋতু, ৪৬ শুবা চেফোঙ, ১৯৭২, দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, ইম্ফাল।

লাইরিক তৌবনা – 'গলে বানথী ভক্ত কি য়েৎলেরেরগা ন্তান্ত প্রণাম দণ্ডবত তাগ্রে মদুরক্তগীদি...' অসিনচিংবা।

অসুম্না সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলাগী ৱাহৈ কয়াবু বানান অমসুং খোনথোক্কী থোইদোকপা তুকা থিরুদনা মৈতৈরোন্দা ৱাপা শেমদুনা লীনা শক্লরি। প্রমান পানথৈদা – 'কীচক মীশি', 'সীতা হরমদাইগী রাবণ', গড়ুর চাক্কৌ' অসিনচংবা কয়া ৱারী লাইরিক তারুবদগী মৈতৈরোন্দা হাপচিল্লকই। মথক্কী খূদম অসিদা য়াওরিবা মৈতৈরোনগী ৱাহৈ' হায়(রগা) মদু (দগীদি) অসিনচিংবা ৱাহৈদা ওনথোকপা মওংগী প্রতয়শিং 'রে রে রেরগা' রকত নচিংবা তপ্তুনা ৱাহৈ কয়া শেম্মি। অসুম্না – 'হেনো সোমোয়ে মতম কাল অদুরক্তা', তৎ বৎ অদুগী মতৌগুম্লগুদনা, অসিনচিংবা মখল কয়া কয়া থোকহল্লি। অসিগুম্বা চীনথাং য়ৈনা চৎনরকপা মহৈ অসিদা লৈরিবা ওঝাশিংনা 'নাতোক' হাপ্পা হায়না খণ্ডনদুনা মহৌশাগী ওইদবা অশেম্বা ৱারী অমসুং ফাগি কয়া কয়া হাপচিন্দুনা ভাবকশিংবু পেলহল্লি। মসি মৈতৈগী ৱারী অমসুং লাইরিক তৌবগী থোইদোকপা মগুণ অমনি। লোনগী হৈশিংবা কুম্মৈ অমসুনি।

মৈতৈগী ওঝা ৱারী লীবশিংনা রামায়ণগী মনুংদা হুম্লিরোম চঙনা লীবা 'চন্দ্রজিনী' হায়না কৌদুনা অশেম্বা ৱারীমচা (উপকথা) ওইনা লীনরিবসি মৈতৈ ওঝা কনাগুম্বগী খুৎশেমনি। উপান্যাসকী মওংদা মথং মনাউ কায়দনা লীনৈ।[২৩] লোন অমসুং সাহিত্য শেম্বা হৈবগী মগুণ অমনি।

**মৈতৈ ময়েককী মহুৎ বাঙ্গলা ময়েক্কা শিনখিবাঃ** ১৮শুবা শতাব্দীদগী হৌনা, হিন্দু ধর্ম্ম চৎলবা মণিপুরীশিংনা বাঙ্গলা লোন অমসুং ময়েক্কী মফম চাউনা পীদুনা তম্বা হৌনরকখি। মতুং তারকপা তরামাপলশুবা শতাব্দীদা মৈতৈ ময়েক অমসুং বাঙ্গলা ময়েক অনীমক শীজিন্নদুনা ইনরকপগী খুদম ফংই। অসিগুম্না মওংগী খূৎইদা মার্জিৎ মহারাজ (খৃঃ ১৮১৩–১৯) না ৱাঙ্গোইগী মনাক থিয়াম লৈশাংথেমদা য়ুংলম্বা নুং অমসুং মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি হাকথককী (খৃঃ ১৮৫০–১৮৮৬) কোরী কোম্পাক্লচিংবদা ইবা মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মদা থমদুনা হৌজিক উবা ফংলে।

---

২৩। কালাচান্দ শাস্ত্রী, অশম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, (ইম্ফাল, ১৯৭৬), লাঃ ১১৬

খৃঃ ১৮৯১ বৃটিশনা মণিপুর খুদুম চনখ্রবা মতুংদগী মৈতৈ ময়েক্কী মহুত্তা বাঙ্গলা ময়েকনা শিলহন্নবা হোৎনরকখি। বাঙ্গলানা মহৈ মশিং তম্বগী লোন ওইরক্রবা মতম অদু ফাওবদা মণিপুর তম্পাক্কী মফমশিংদা মৈতৈ ময়েক অদুম চৎনরম্মি। মতম অসি ফাওবদা বাঙ্গলা ময়েক্না মৈতৈ ময়েক্কী মফম শিন্দোকপা মপুংফানা ঙম্লমদ্রি।[২৪]

বৃটিশনা মণিপুর লৌখিবগী মতুংদগীদি মৈতৈ ময়েক অসি থৌগৎপীবা ৱাৎপদগী অপাম্বা মীওই খরতগী ওইনা তৌখ্রে । মৈতৈ ময়েক অসি হৌজিকমক স্কুল, কোলেজদমক্তি তম্মদ্রবসু মণিপুরগী সনা কোনুংগী পণ্ডিত লোয়শঙদদি নুমিৎ খুদিংগী শীজিন্নরি।[২৫] অয়াম্বা হিন্দু ধর্ম্মগী লাইরিক বাঙ্গলা লোন্দা লৈরম্বনা মদু পাবা হৈনবা হোৎনবদা মৈতৈনা বাঙ্গলা ময়েক অমসুং লোন য়াম্না পাম্না তম্নবা হৌখি। মতমদুদা ছাপাখানাদা মৈতৈ ময়েককী মরু (ব্লোক) শাবগী খুদোং চাদবা লৈখি, অদুনা বাঙ্গলা ময়েক্না খুদোংচাবা ফংখিবনি।

মৈতৈ ময়েক্কী মহুত্তা বাঙ্গলা ময়েক লৌশিনখিবদা বাঙ্গলাগী খোনথোকসু য়াওনা লৌশিনখিঃ

> হৌজিক্কী মতম ফাওবদা লাইরিক তম্বা হউবদা 'অ' বু 'সরেও' হায়না তম্বী। 'সরোও' হায়বসি সুরের 'অ' দগী ওইবনি। ক, খ বু কো, খো (ব্যঞ্জন ময়েক খুদিংমক অসুম্না) হাঙ্গনা তম্মি। অদুগা শিজিন্নবা মতমদা ক, খ, হায়না শিজিন্নে। ঐখোয়না তম্বদা কো, খো, অসি করিগুম্বা মতমদা শিজিন্নদে। ঐখোয়না শিজিন্নরিবা 'করি' (হবাই), খর (সম) অসি ঐখোয়না কদাইদা তম্মুদুনা শিজিন্নরিবনো হাঙ্গবা ঙমদে। মসিগী মরুওইবা মরমদি অহানবা মিতয়না স্কুলদা বাঙ্গলা লোন তম্লকই। মরম অদুনা বাঙ্গলা ময়েক্তা বাঙ্গলা উচ্চারণ তৌদুনা লাইরিক তম্বা হউঈ, হায়বদি বাঙ্গলা লোন্দা 'ক' বু 'কো' হায়না উচ্চারণ তৌই, সংস্কৃত

২৪। মণিপুর পোলিটিকেল এজেনসিগী চহিগী এদমিনিষ্ট্রেশন রীপোর্ট, ১৮৯৩–৯৪, লাঃ ১২

২৫। এন, খেলচন্দ্র সিংহ, অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, ১৯৬৭, লাঃ ২৯

অমসুং হিন্দী, মণিপুরীদদি 'কো' হাঙ্গনা উচ্চারণ তউদে 'ক' হায়না উচ্চারণ তউই। মিতয় নত্তবসু দেব নাগরি অক্ষরদা হিন্দী নত্তগা মণিপুরীগী উচ্চারণদা তম্না হউরম্মবদি মসি থোকলমলোইদবনি।[২৬]

মথককী বাঙ্গলা ময়েক্কী খোনথোক শীজিন্নবগী মওং অসি হৌজিক ফাওবদসু চংনরি।

**মৈতৈ স্কুলদা বাঙ্গলা লোন তম্বাঃ**

গরিবনিৱাজগী হাক্তক্তগী চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতম ফাওবা, বাঙ্গলা ভাষাগী প্রভাবনা নোংম নোংগী কনখৎলম্বনা অদুগা মতুংদা ইংরেজী মহৈ তম্বগী চংনবী মতুংইন্না, এলঃ পিঃ, ইউঃপিঃ মিদল স্কুলনচিংবা নিয়ম নাইনা পাঠাক্রম (সিল্লেবস) গা লোয়ননা চংথখিবনা মৈতৈলোনগী সাহিত্যনা পাঠাক্রমদা মশক নাইনা চংপা ঙমহৌদ্রিঙৈদো বাঙ্গলা সাহিত্যনা চোংশিনবনা হানখি। মৈতৈরোনগী লাইরিক হায়ববু মতমদুদা মকরসিংহগী 'মৈতৈরোনগী অহানবা তম্লবা লাইরিক' হায়বা অমগা ওঝা মুনালগী 'মীতৈরোল অনীশুবা' হায়বা অমগা মচা অনীসিদা ঙায়রম্মি।[২৭]

**মতুংদা বাঙ্গলা লোনতগী ওইবা সাহিত্য তম্বা তাখিঃ**

মতম অদুদা তৃতীয় শ্রেনীদগী উচ্চপ্রাইমারি কাখিবা ফাওবদা তম্মরম্বা বাংলাগী লাইরিকশিংদি মথংশীংনা শিশু শিল', 'বোথোদয়, পনচমপাঠ অমসুং 'সুধপাঠ' প্রিয়পাঠ' কৌবনচিংবা লাইরিকশিংনি। মতুংদদি 'সাহিত্য' ত হায়বদা বাঙ্গলা সাহিত্যবু অমসুং বাঙ্গলা লোনবু খঙনখ্রে। উচ্চপ্রাইমারী (য়ু.পি.) গী পরিক্ষা পাস তৌরবা তুংদদি, বাঙ্গলা ভাষানা 'সাহিত্য' কৌবা বিষয়গী লোন ওইবতা নত্তনা, অঙ্ক, জ্যোমিতি নচিংবা বিষয় অসি বাঙ্গলা লোনগী 'শিসুরঞ্জন', 'পাটিগণিত', জরীপপরিমিতি', 'প্রকৃতি পাঠ' কৌবনচিংবা তম্মরম্মি। মতম অসিদা ইউঃ পিঃ মিদলগী

---

২৬। লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, 'অফোংবা অধিবেশনগী ভাষণ', সাহিত্য মশীং ২, ডিসেম্বর, ১৯৬৩, মণিপুরী সাহিত্য পারিষদ, ইম্ফাল।

২৭। কালাচান্দ শাস্ত্রী, অশম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, (১৯৭৬), লাঃ ১৩৪-১৩৫

সিল্লেবসতা মৈতৈরোনগী লাইরিক অমত্তা মশক উরমদে। মতুংদা ওঝা য়ুমজাওগী 'লৌবুক' হায়বনচিংবা মৈতৈলোনগী লাইরিকশিং অসি পাঠক্রমদা চঙবা হৌখি। ক্লাস সেভেনদগী ক্লাস টেন (মেট্রিক) ফাওবদদি মৈতৈলোনগী লাইরিক অমত্তা মশক উখিদে। ইংশোক ১৯২২ ফাওবদা 'সাহিত্য সন্দভ', 'সীতারবনবাস' অসিনচিংবা বাঙ্গলাগী লাইরিকশিং অসি মেট্রিক ক্লাস ফাওবা তম্লরম্মি। ভারণাক্যূলার হায়রগা বাঙ্গলা সাহিত্য অমদি বাঙ্গলা লোনতবু খঙনরম্মি। ... খৃঃ ১৯২৪ ফাওবগী হায়স্কুল ছাত্রশিংনা ইংরেজী, বাঙ্গলা, সংস্কৃত লোনগী লাইরিকমক্তা তম্লরম্মি। মতুংদা মরৈবাক অমদি মরোল নুংশিজবা শিক্ষিতশিং খরগী হোৎনমনগী মহৈনা ১৯২৫ দুব্বাইদগীদি মেট্রিক ক্লাসদা মণিপুরী লোনগী সাহিত্যনা চঙবা হৌখি।[২৮]

## মণিপুরী থিয়েটরগী অহানবা শরুক্তি বাঙ্গলা থিয়েটরগী মওংদনিঃ

মণিপুরদা থিয়েটরগী চপ চাবা মওংদা লীলা শান্নবা ইহান হান্না হৌদোক্লম্বসি সার চুড়াচান্দ মহারাজনি, পুরানা রাজবাড়ী, হৌজিক রাজ ভুম্ব্রাসিংহগী ইংখোল হায়না খঙনরিবা মফমসিদা রাজা উপাধিগা লোয়ননা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা লেঙশিল্লবা মতুংদা শ্রীগোবিন্দজীগী নাট্য মন্দিরদা ষ্টেজ শেমদুনা 'প্রবাসমিলন' ড্রামা ইংশোক ১৯০২ দা উৎখি। লোন্দি বাংলা লোন্দা শান্নবনি। কাব্যদা তাক্লিবা রুপকশিংদু শুনা পুর্ণাঙ্গ নাটক মণিপুরদা উৎপনি মসিনা ইহান হানবনি। হায়রিবা লীলাসি মৈতৈমচা ঙাক্তনা শান্নবনি।[২৯]

**বাঙ্গলা লোন্দা শান্নখিবা মরুওইবা লীলাশিংদি–**

'রিজিয়া', 'বঙ্গেবজী', 'পাণ্ডব-কৌরব', 'জয়দেব', 'রাণী দুর্গাবতী', 'অনুধবজের হরি সাধ', 'সীতা', 'ইরানের রাণী', 'কর্ণার্জুন', 'পৃথ্বিরাজ সংযুক্তা', বিল্বমঙ্গল', কেদার রায় অসিনচিংবা কয়ানি।[৩০]

---

২৮। ইবিদ

২৯। অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ, মণিপুরগী শুমাং লীলা অমসুং থিয়েটর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, (ইম্ফাল, ১৯৮০), লাঃ ৩০-৩১

৩০। ইবিদ, লাঃ ৩২-৩৩

১৯২৫ গী এপ্রিলগী তাং ৩০গী নুমিদাংদা শ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা ষ্টেজ শেমদুনা এম, এস, পি, না লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহলগী – 'নরসিংহ' হায়বা ঐতিহাসিক নাটক অসি উৎখি। মৈতৈগী ওইজবা লীলা মৈতৈগী অশেংবা আর্ট, খোনথোক, শাথেক শাওংদা ড্রামা উৎপসি হায়রিবা 'নরসিংহ' অসিনা ইহান হানবনি।

**ইংরেজনা মণিপুর খুদুম চনবা, ইংরেজী লোন তম্বা অমসুং মদুগী অনৌবা ইথিলঃ**

খৃষ্টব্দ ১৮৯১ দা মণিপুরনা বৃটিশকী মখুত্তা মায়থীবা ফংদুনা লমদম অসিদা অনৌবা লৈঙাকলোন য়ৌরকখিবা তাংকক অসিদগী অনৌবা মণিপুরগী ইতিহাসকী পন্দুপ অমসু হৌরকখি। মরমদি মসিনা নোংচুপলোমগী অনৌবা শিক্ষা পুরকপগা লোয়ননা হীরম কযাগী ভ্রন ফংহন্দুনা সমাজগী চাওখৎ খোঙথাংদা খোঙদাবা হৌখি। মতম অসিদগী লোন, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী অনৌবা য়াওল অমসু লাকখি। মতৌ অসুম্না মণিপুরীশিংনা স্কুল লিংবগী কান্নবা খঙদুনা মহৈ মশিং তম্বা পাম্নরকখি।

**স্কুল তম্বাঃ**

মণিপুরদা নোংচুপলোমগী মওংদা স্কুল লিংদুনা তম্বগী চৎনবী অসি থেঙনা লাকখি। মণিপুরীশিংনা ইংরেজী স্কুল তম্বা অসি অমাংবা থবকনি খন্নরম্মি।

ক্যেপ্তেন গোর্দোন্না মণিপুবদা অহানবা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা লাকপা মতমদা মহাক মশামক্না শেল–থুম পুথোকচদুনা অমদি ইংরেজীদগী বাঙ্গলা, মণিপুরী লোন্দা ইবা ডিক্সনারী অমা সম্পাদন তৌদুনা স্কুল অমা লিংখৎনবা য়াম্না কন্না হোৎনরম্মি, তৌইগুম্বসুং নিংথৌ অমদি প্রজাগী মায়কৈদগী থৌগৎপীবা ৱাৎপনা মায়পাকখিদে। খৃঃ ১৮৭২ দা মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট দক্র এফ, নথালনা ইম্ফালদা ইংরেজী তম্ফম স্কুল অমা শানবা হোৎনরম্মি। বাঙ্গলা সরকারনা লুপা ৫০০ রোমগী লাইরিক অমদি ম্যেপ্পচিংবা দান তৌরকখি। অসুক থব্রায় য়াওনা হোৎনজরবসু থৌগৎপীবা ৱাৎপাঅমসুং ছাত্রশিংনা চাং নাইরক্তবদগী স্কুল অসিসু মপূং মরৈ ফাদ্রিঙৈদা অদুম শিখি। মতুং চহী খর লৈরগা জোষ্টোম্না মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী য়াথং লৌরগা খৃঃ ১৮৮৫ দা অতোপ্পা ইংরেজী তম্নবা স্কুল অমা অমুক

লিংখৎখি। হন্দক হোনষ্টোন্না হোৎনরক্লিবা স্কুল অসিমদি মহৈ য়ানখরে। মতৌ অসুম্না তপ্না তপ্না মণিপুরগী মফম কয়াদা স্কুল লিংখৎনবা হৌখি। মরম অদুনা মণিপুরদা ইংরেজী তম্বা হৌবগী মহৈ য়ানবা চহী অদু খৃঃ ১৮৮৫নি হায়না লৌরুবদা অরানবা লৈত্রে। মণিপুরনা মনীংতম্বা মাঙখ্রবা মতুংদগীদি লৈবাক অসিগী কাচিন কোয়া য়ৌবা ফাওবা বৃটিশ সরকারনা স্কুল লিংখত্তুনা অনৌবা যুগকী ঈচেন্দা মণিপুরীশিংবু মহৈ মশিং তমহনবা হৌখি। মসি মণিপুরনা বৃটিশকা মরী লৈনরুবগী অচৌবা মহৈ অমনি।[৩১]

লৈঙাকলোনগী থৌশিন্দসু অনৌবা নিয়ম কয়া চৎনরকখি। বেঙ্গলী মচা খরতনা সরকারগী থবক পুবদা ৱানা থোক্লকই অদুনা মৈতে মচাবুসু শীজিন্নবা তারকখি। মসি হান্না পরিং অমা উরম্লবা সার জেম্‌স জোনষ্টোন্না লিংখৎলম্বা জোনষ্টোন এম, ই, স্কুলবু হাইস্কুলগী থাক য়ৌহল্লগা মহাক্না লাইরিক হৈবা মৈতৈমচা পুথোক্তুনা লোয়শঙগী থবক্তা শীজিন্নবা হৌখি। ফম্লাইবা অমসুং তলব চাবগী অপাম্বা পোকহনখি। হীরম কয়াদা মণিপুরীশিংগী থম্মোইদা অচাউরম তানবগী ঈরাং অমা ফাওরকখি। লোয়ননা নোংপোক নোংচুপকী শিক্ষা অমদি অহল্লোন নহারোলগী মরক্তা চৎনরোলগী খেন্নবা মরু হূনবসু হৌরকখি।[৩২]

মতৌ অসুম্না লাইরিক হৈবা উৎনবা হোৎনবদা সংস্কৃত, বাঙ্গলা, হিন্দী, ইংরেজী য়ান্নবা ৱাহৈ কয়া থেত্তুনা অঙনবা হৌরকখি।

**লোনঃ**

ইং ১৯০৭ তা চুরাচান্দ মহারাজন মণিপুরী ৱায়েলগী দায়িত্ব লৌরবা মতুংদগীদি মহৈ তম্বা অমসুং লোনগী মতাংদসু অনৌবা থৌদাং অমদি মায়কৈ অমা শেংলকখি। ঈশাগী ওইবা পোৎপু নুংশিবা ঐখোয়গী ওইজবা ঈনাৎপু য়োক্লবা হোৎনবা অদুগুম্বা ইথিল অমা য়াম্না কন্না থোকহনখি। মদুনা মরম ওইদুনা ইং ১৯০৯–১০ দা বাঙ্গলা ময়েক অসুম লৈজরবসু মৈতৈরোন তমথহন্নবা হোৎনরকখি। মতম অসিৱাইদা মৈতৈরোলগী অহানবা অমদি অনীশুবা থোরকখিবনী, বাঙ্গলা

---

৩১। এল. চন্দ্রমণি সিংহ, মণিপুর ইতিহাস (ইম্ফালই ১৯৭০), লাঃ ২০৯–২১০

৩২। নিংঙোম্বম ইবোবী সিংহ, মণিপুরগী শুমাঙ লীলা, 'মীৎয়েং', ১১ শুবা মশীং (১৯৭৫), মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা, ইম্ফাল।

লাইরিক কয়ামসু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লরকখি। অদুনা ইংশোক ১৯২৪ দা বানানগী কমিটি অমা শেমদুনা ১৯২৫গী মে থাদা বানানগী আইন অমা শেমদুনা পুথোরক্লে। পুম্নমক অসিগা মতম অদুদা থোরক্লিবা পাউজেল চে, সাহিত্যগী চেফোঙ অসিনচিংবা কয়া অমগা পুন্দুনা লোনগী অনৌবা ঈহৌ অমা থোকহল্লে।[৩৩]

**অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং লোনগী য়াওলঃ**

মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মতম অসি মপূংওইনা শরূক অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মণিপুরদা বৃটিশ সাসন লাকখিবা খৃঃ ১৮৯১দগী পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংগী নীংতম্বা চহী খৃঃ ১৯৪৭ ফাওবনা 'অহানবা শরূক', অমসুং নীংতম্নবা মতুংদগীনা হৌজিক ফাওবগীনা 'অকোনবা' নত্তগা 'হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য অসুমনা লেপ্পা য়াই। খায়রিবা শরূক অসি লোনগীসুনি।

অনৌবা মতম অসি লাকক্রিঙৈগী মথক্কী শরূক চাউরাক্লা খৃঃ ১৮৫০দগীনা খৃঃ ১৮৯১ ফাওবগী মতুং খরগী মরক অসিদি অনৌবা সাহিত্যগা শক খঙনবা হৌরকখ্রবসু মদু বাঙ্গলা সাহিত্যনা মপূংনি অশেংবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য অমা শেমগত্ত্রি হায়বা মথক্তা উৎপ্রে।

২০ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপগী মচীনথংবা শরূক্তা ফোঙলকখিবা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী মরুওইবা লাইরিকশিংদি মথংশিংনা – ওঝা সনাচাওগী 'মৈতৈ ব্রারেং অহানবা' (১৯০৯) 'পারা অনৌবা' (১০২০), পেত্তিগ্রুগী 'মণিপুরী গ্রামার' (১৯১২), পুত্রম্বম পারিজাৎকী 'ভক্তি অঙ্গ (১৯১৫), 'মণিপুর পুরাবৃত্ত' (১৯১৭), খ্বাইরাকপম চাউবগী 'ছাত্রমচা' (১৯১৩), 'ফিদম' (১৯২৫) অমসুং ইবুংঙোহল সিংহগী 'নবসিংহ' (১৯২৫) অসিনচিংবানি।

খৃঃ ১৯২৫ দগীদি মেত্রিক ক্লাসকীদমক মণিপুরী সাহিত্য তম্বা হৌব্রে হায়বা মথক্তা পনখ্রে। মসিগী মতুংদগীদি মণিপুরী সাহিত্যগী অচৌবা ঈহৌ অমা লাকখিবা মরম্লা মদু কোন্না নৈনরি।

৩৩। অবাম্বম লোকেন্দ্র সিংহ, 'হৌজিকক্কী মণিপুবী সমাজ অমসুং সাহিত্য', ব্রাখল, নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল।

হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী মতুংদা লাকপা, অনৌবা মতমগী অঙনবা মণিপুরী সাহিত্যগী পোৎথোক খরদি স্কুল ছাত্রশিংগীদমক বাঙ্গলাদগী হন্দোক্নুনা ফোঙবা হৌরম্মী।

'মৈতৈ ৱারেং অহানবা' কৌবা লাইরিক অমখক অসিবু 'পদ্যামালা পার্ট ৱান'দগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্নুনা ওঝা সনাচাওনা 'ফার্ষ্ট বুক ওফ মৈতৈ পোইত্রি' হায়না লাইরিক্কী অহানবা চেমায়দা পল্লম্মি। মমিং 'মৈতৈ ৱারেং অহনবা' কৌরল্লবসু লাইরিক্তি শৈরেংগী লাইরিকনি।

**ইরিবা শৈরেংগী লোনগী খুদম অমত্তং পল্লবদাঃ**

১০– 'লৌউবা অমসুং লৌশিং থোকপা'
হে 'অঙাংশা', লৌবুক্তা চত্নুনা অমুক্তা য়েংলু।
কয়া ৱানা মীনা ষম্বোৎ খোইনরিবনো।
চেকশিন্না লৈপাক অদু নীংথিনা ফাৎলিবনি।
অদুতা ফৌ হৱাই চেং হৱাই ফবনি।
হৌজিক নখোইগী লৌশিংদি লৌবুককুম্বনি।
তম্বনা লৌউবনি, নরৌশিংনা মহৈশিংনি।
কন্না হোৎনৌ মহৈগুম্বা লৌশিংসি থোক্লুবা।
হোৎনদনা হী–য়াই ফংঙুবা নত্তবনি।[৩৪]

মতুংদা মথক্কী ওঝা অসিমক্না 'নুটন পাথ' কৌবা লাইরিক অমদগী হন্দোকপা 'পারা অনৌবা' হায়বা ৱারেং–শৈরেং খরগী অপুনবা লাইবিক অমগা ফোঙলকখি। লাইরিক অদুদা ইরিবা লোনগী মওংদিঃ

**ৱারেং –**

পারা অহানবা

(নুংশিৎ–ঈশিং মৈশা মঙাল)

---

৩৪। সনাচাও সিংহ (ট্রান্স) মৈতৈ ৱারেং অমানবা, অফোংব দেপুটি ইন্সপেক্টর ওফ স্কুলস, মণিপুর, আসাম (১৯০৯), লাঃ ১৫

তাইবংপান্দা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক অসিগী মরক্তা কয়ামরুম্না মথৱাই পাল্লি, অদুগা কয়া মরুমগীনা থৱাই পান্দে। (লাঃ ১)

শৈরেং – অয়ুক অঙনবা

নোংপোক চীংখৈ ঙাল্লক্লে, ইনুং কৌবা শোইরক্লে
চীংখৈ ফীদুপ অহুম্না হুল্লক্লে
ক্লাককী লানবাউনা শিল্লকলে চরোই তেক্তুনা খোংলক্লে
তেংবানগী মীনা যাহৌরক্লে।[৩৫]

উৎলিবা খুদমশিং অসিদা ফংলিবা ৱাহৈশিং অসি হৌজিক্কী অনৌবা লোনগী শক্তমগা পংখেন খেন্নবা উদেঃ অমসুং চত্তুনা, অমুক্তা অদুত (দা) কুম্বনি, নত্তবনি, পুম্নমক অসিগী মবক্তা কয়ামরুম্না, অদুগা অসিনচিংবসি অনৌবা কঞ্জংকসনগী শক্তমশিংনি।

মথককী লাইরিক মচা অনী অসিদা য়াওবিবা-ৱাহৈ পরেং খুৎশেম ভার্বশিংগী মথৌ, সনথিগী মওং (ইচিন্নাউ, ঙস্মোইদগে, নচিংবা) কঞ্জংকসন অমসুং সফিক্সনচিংবগী মথৌ খুদিংমক অনৌবা মতম অসিদা শীজিন্নরিবগা খেন্নদরে হায়বা য়াই। চৈতন্য সিংহগী মতমগী ৱাহৈশিংগা অবিবগীগা চাংদম্নদুনা মথক্তা উৎখিবা অদুদগীসু মসিগা খেন্নবা খর ফংগনি। বানানগী মতাংদদি অরুম-অযাং (হার্স-দীর্ঘ) গী মশক লেপ্তবা খবা উবা ফংই।

পুম্নমক অসিদি স্কুলগী ছাত্রমচাশিংগীদমক শেমখিবা সাহিত্য হাযবদুনি। মৈতৈলোন্দা সাহিত্য তম্বগী লাই-খাই অমা তারকপগী ৱাফমনি।

**মণিপুরী অমসুং আর্য্য লোনঃ**

লোনগী ওইবা মিৎয়েংদদি মতম অসিগী লময়ানবা পণ্ডিতশিং পুখ্রম্বম পরিজাৎ, ৱাহেংবম যুমজাও অমসুং খ্বাইবাকপম চাউবানচিংবনা ফোঙদোক্লম্বা ৱারোল মতুংইন্না মণিপুরী লোন অসি ভারতকী আর্য্যশিংগী লোনগা হৌরকফম তিন্নৈ তাযবগী থাজবা মরী অমা উৎলম্মি। মরম অসিনা মখোযনা শেমগৎলকখিবা

৩৫। সনাচাও সিংহ (ত্রান্স.), পারা অনৌবা, স্কুল লাইব্রেরী মণিপুর, আসাম (১৯২৮), লাঃ ৬

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লোন্দা সংস্কৃতকী ৱাহৈ লৌশিনবদা অকায়বা লৈতে হায়বা মখাগীশিং অসিনা ফোঙদোকই:

**পুত্রম্বম পারিজাৎকী মিৎয়েংদা –**

মৈতে লাইরিক ময়েকসু নাগরি ময়েক্তগী লৌবনি। লোনসু সংস্কৃত্তগীনি ওঁ অমসুং গুরুনচিংবা বৈদিক অদুম মরৈ, যুগতগী–চক, মন্ত্র–মহৈ, পুরাণ–পুয়া, স্বর্ণ–সনা, রৌপ্য–লুপা, খং–খং, মনু–নমু, কিম–করি, কৌমার–কৌব্রু, তাত–তোন, বস্ত্র–পশোৎ, সৃষ্টি–শেম্বা, মৃ–মালেম, সংহার–শিবা, রণ–লান, মানব–মী, তৃণ–তিংথৌ, প্রবাদ–পাউরৌ, টঙক–তাঙ্গ অসিনচিংবা শব্দসি সংস্কৃত্তগী ওনথোকপনি।[৩৬]

অদুগা ৱাহেংবম য়ুমজাওগী মিৎয়েংসু মথককী অসিগা খেন্নবা উঁদে।[৩৭]

**অদুগা চাউবনা আর্য্য লোনগা নক্লবগী মতাংদা পল্লমই:**

মৈতেলোন অসিসু চাওখৎলবা লোন অতে অতেগুম্না মীওইবগী অৱা–অনানচিংবা পূম্নমক পুবদা লায়না ঙমলম্মে। মরমদি সংস্কৃত লোন্না বাঙ্গলা লোনগী অহানবা ইফূৎ ওইবগুম্না মৈতেগীসু অরিবা লোনগী খম্বা হৈত্রবা ইফূৎ লৈরি। ভগীরথী গঙ্গানা গোমুখীগী নাপোমদগী চেনথরক্লগা লম্বীদা উপনদী ময়ামগা তিন্নদুনা ঈচেল মপুং ফাবগুম্না মৈতেলোনসু নীংথিরবা সংস্কৃত লোন কয়া লাক্লুনা তিল্লরে।[৩৮]

**অতোপ্পা মত ওইনা মহাক্না অমুক পল্লম্মি:**

অওইবমক ঐখোয়গী লৈবাক অসি থাইনা মমাংঙৈদা আর্য্যগী মতীক চাওরবা নিংথৌশিংনা পাল্লম্লবা লৈপাকনি।[৩৯]

---

৩৬। পুত্রম্বম পারিজাৎ সিংহ, মণিপুর পুবাবৃত্ত (১৯১৭), ২ শুবা নম্বা, (১৯৮৫) লাঃ ৭

৩৭। ডব্লিউ, য়ুমজাও সিংহ, জেনেরেল রিমার্কস ওন দি মণিপুরী লেংগোইজ, (১৯৬৮), পেঃ ১৪

৩৮। খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, ৱাখলগী ঈচেল, অনীশুবা ফোঙবা (১৯৭৮), লাঃ ৪

৩৯। ইবিদ, লাঃ ৫২

ঋরোলশিং অসিনা মহৎশিন্দুনা মতম অদুগী পণ্ডিতশিংগী মপূংওইবা ঋাখল ফোংদোক্লিবদি– মণিপুর অসি মৈহৌরোলদগী হৌনা হিন্দুগী লৈবাক ওইরকই, লোনসু আর্য্য লোনগী মনুং চল্লি হায়বসিনী। শক্লাইরবা পণ্ডিতশিং অমসুং অইবশিং অসিনা উৎলমলিবা ঋাখল, শীজিন্নরম্বা লোনগী পরিং অসিনচিংবগী অপুনবা মিৎয়েং অসিনা তাকপদি মতমদুগী পণ্ডিতশিংনা নৈনরিবা হীরম কয়াদা, মতাং মতাংদা মখোয়না পুনিংলিবা মতপু শৌগৎনবগীদমক সংস্কৃতকী শ্লোক নত্রগা পাউরৌ কয়া (বেদ, শাস্ত্র, পুরাণশিংদগী) হাপ্লা য়াম্না চৎনরকখি। অতেনবা খুদম অমা ওইনাঃ

খম্বা, থোংলেনগী ঋা তাও '... কিগনু 'যথা ধর্ম্ম তথা জয়।'[৪০] অসুম্না সংস্কৃতকী ঋাহৈ অমসুং ফ্রেজ কয়া কয়া মণিপুরীদা য়ানশিনবগী অনৌবা ঈহৌ হেনগৎলকই। লোয়ননা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলা সাহিত্যগী খূৎশেম, লৈতেং অমসুং লোন মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা খূৎশেমদা পানশিল্লকখি। মণিপুরগী মহৌশাগী ওইবা লোক সাহিত্যদগী মচাক লৌবা খূৎই কয়াদসু অসিগুম্বা অনৌবা অমসুং বাঙ্গলা ঋাহৈ য়ানশিনবা লোন অসিদা শৈহেক শৈদা (ছন্দ, অলংকার) শেমদুনা ইবা চৎনরকখি। মমাঙগী অরিবা সাহিত্যগী লোনগী খোঙচৎ অদুগী মরী শমথরকপা ওইনা উদে।

২০শুবা শতাব্দীদগী বাঙ্গলা স্কুলগী মওংদা মহৈ–মশিং হৈশ্লবা কবিশিং অমসুং অইবশিং কয়া থোক্লক্তুনা মহারাজ চুরাচান্দ হাক্তকী (খৃঃ ১৮৯–১৯৪১) ময়ায় চনবা মতম অদুৱাইদদি মওং তাবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী য়াওল হৌরক্লে। অনৌবা মতমগা চুনরবা শৈরেং ঋারেং ইনরক্লে। মতম অদুগী লময়ানবা অইবশিংদি মরুওইনা, চাউবা, ডাঃ কমল, অঙাংহল, ময়ুরধ্বজ, নবদ্বীপচন্দ্র, এল. ইবুংঙোহল অমসুং মীনকেতন অসিনচিংবনি।

মখোয়না মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মশক অমসু শাগৎলকখি। চাউবা (ঋাখল, ফিদম, ছাত্রমচা, থাইনগী লৈরাং, ঋাখলগী ঈচেল), কমল (লৈ পরেং, মাধবী), অঙাংহল (খম্বা থোইবী শৈরেং, থম্বাল, শীংঙেল ইন্দু, জহেরা, ইবেম্মা, পোক্তবী, য়াইথিং কোনু), নবদ্বীপচন্দ্র (মেঘনাদ তুবা াব্য, তোনু লাইজিংলেম্বী),

---

৪০। খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, ফিদম, (ইম্ফাল, ১৯২৫), লাঃ ৩৫

দরেন্দ্রজিৎ (মোইরাং থোইবী, ভাগ্যচন্দ্র, কংস বধ) চিংঙাখম ময়ুরধবজ (শৈরেং অনৌবা), পুখ্রম্বম পারিজাৎ (ভক্তি অঙ্গ, মণিপুর ইতিহাস), ইবুংঙোহল (নরসিংহ), সোরোকখাইবম ললিত (অরেপ্পা মরুপ, সতী খোংনাং), মীনকেতন (বসন্ত শৈরেং), হিজম ইরাবত (শৈদম শৈরেং) অসিনচিংবা লময়ানবা অইবশিং অসিগী লাইরিক কয়া ফোঙলক্লুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলকখি।

অইবশিং অসিগী সাহিত্যদা ফংবা চাউরাকপা লোনগী শক্তম উৎভ্রিঙৈগী মমাঙদা মতম অদুগী হায়বদি ২০শুবা শতাব্দীগী অঙনবা শরুক্কী ওইরম্বা মণিপুরী সমাজদা ঙাঙন-শক্নরম্বা লোনগী শক্তম অদু চাউরাক্লা য়েংথোকহৌবা চুমগনি।

**মীয়ামগী লেম্লরকপা বাঙাংগী মওংঃ**

সার চুরাচান্দ সিংহগী হাকতক্তা শকাব্দ ১৮১৩ অসিবাইদা সংস্কৃত, হিন্দী, ইংলিস, বাঙ্গলা, মৈতৈলোন অসি তিন্নবা ব্রাহে পরেংশিং ফাওবা চৎনরকখি। মদুদি - হয়েং পাঁচ তারিখকী শ্যাম বগত চার তাবদা ফুটবল মেচ হন্নগনি হায়রে। হয়েং এয়োদশী তাই, থা তরা তরেৎনি পানবনি।

হব্রা চাবা, ব্রার্কিং চৎপা, বনবস তৌ, এরেঞ্জ তৌ মতৌ অসুম তৌন লোন মরি মঙা তিনবা লোনচৎ অসি থায়নঙৈদগী হৌজিক ফাওবা খক হোংদে।[৪১]

২০শুবা শতাব্দীগী ময়ায় চনবা শরুক ফাওবগী চৎনবী ব্রাহে পরেংশিংদা মথক্কী অসিগুম্না অতোপ্পা লোনশিংগী ব্রাহে কয়া চঙলবসু মপালগী ব্রাহে অয়াম্বদি বাঙ্গলাগীনি।

**মওং অসুম্নাঃ**

কুলচন্দ্রনা নাটক্কুগী নায়িকাগী অভিনয় তৌখি। ব্রাহে পরেংসিদা না, গী, তৌখি হায়বা তুংদা তপ্লিবা অমসুং ভার্ব অসি নত্তবা অতৈদি বাঙ্গলা লোন ঙাক্তনি। অসুম্না অমুক য়েংলবদা - পুত্রস্নেহদি প্রতেক মাতৃহৃদয়দা সময় অসময় খাক্তনা আধার ওইদুনা লৈরিবনি। ব্রাহে পরেংসিদা বাঙ্গলা ব্রাহে তরুকনি, মৈতৈলোনগী ব্রাহে অহুমনি, অসিগুম্বা মথক্তা পনখ্রিবা সেন্টেন্সশিং অসি মৈতৈ নুপা নুপী

---

৪১। মুতুম ঝুলোন সিংহ, সাহিত্য ইতিহাস (১৯৫০), লাঃ ৪৮

অয়াম্বা অদুম ভাব তানে। করিদগী হায়ববু তোয়না তামনখিবনা। হৌজিকসু মৈতৈরোন ভাঙবদা অমদি ইরকপদা অয়াম্বনা অদুম থেংনরিবসিনী।[৪২]

অসিগুম্বা লোনগী চৎনবী অসি অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মমাঙ ফাওবা কাবক শাবক অদুম লৈরম্মি।[৪৩]

মতাং অসিদা ঐখোনা খঙজিনবা য়াবা অমনা মশক নাইবা অইবশিংনা মখোয়গী সমাজগী লোন অমসুং সংস্কৃতিদগী মচাক খোমজিল্লগা সাহিত্যগী খূৎশেম ওইনা পুথোক্লক্লবসু হোৎনরকই। চাউবা, অঙাংহল, দরেন্দ্র অমসুং নবদ্বীপচন্দ্রনচিংবনা খোংজোম পর্ব্ব, পেনা অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা ৱারী লাইরিক কয়াদগী সাহিত্যগী মচাক লৌদুনা অনৌবা সাহিত্য শেমগৎলকপদা মতেং ওইনখি।

**কবি চাউবনা মাগী শৈরেংগী লাইরিক 'থায়নগী লৈরাং'গী ৱাহৌদোক্তা অসুম্না ইরম্মিঃ**

> লাইরিক মচা অসিদা য়াওরিবা কবিতাগী শৈরেংনচিংবা হীরম পূম্নমক মৈতৈ লাইরিক থীবা হায়বা ওজা, পেনা শকপা ওজাগী, থাবল চোংবিগী ওজা, অমসুং মৈতৈগী চৎনরম্বা ঈশৈদগী থোকপা ঙাক্তনি হায়বা খবদং খনবদা হেক্তা খঙবা ঙমগনি।[৪৪]

খম্বা থোইবীগী শৈরেং ইবিবম্বা কবি অঙাংহলনা ওজা কুলিজাওগী খোংজোম-পর্ব্ব ঈশৈদা – 'ক্লাক্তা লমজেন' গী মতাং তারুবদগী পূক্লীংগী ঈহৌ লাকখি মতুংদা চুংখামগী ওজা মনিক সিংহদা চঙজদুনা ৱারীগী মচাক লৌদুনা ইখি। মতুংদা থৱায় হাপ্লা (জিবন্যাস) তৌবগুম্না–

> বিষ্ণু পাদ শ্রীমধুসুদন গোস্বামী ... শ্রীগুরুগী পাওতাক অমসুং সাধুগী গুণ খর অদুদবু ঐনা মবৈ লোম্বনা ঙাংবগুম্না ইজবনি।[৪৫]

---

৪২। অযেকপম শ্যামসুন্দর সিংহ, মণিপুরী শুমাং লীলা অমসুং থিয়েটব, (ইম্ফাল, ১৯৮০), লাঃ ৩৫

৪৩। ইবিদ,

৪৪। খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, থাইনগী লৈরাং, ৱাহৌদোক, লাঃ ।

৪৫। হিজম অঙাংহল সিংহ, খম্বা থোইবী শৈরেং, ২শুবা খূৎনম, (ইম্ফাল, ১৯৮৬), লাঃ । (হৌরকফম – ৱাহৌদোক)

অসুম্না কবিনা 'শৈরেং' অসিগী ৱাহৌদোক্তা লমজিংবীখিবা মীওইশিংগী মশক তাকুনা তৌবিমল উৎলম্মি। শক্লাইবা অইবশিং অসিগা থংমু নাউমু ফাওরকখিবা কবি দরেন্দ্রজিৎকী 'মোইরাং থোইবী' (কাব্য নাটক) মোইরাং শাইয়োনগী ৱারী ওইরবসু লাইরিক অসিদা শীজিন্নরিবা থৌগল্লোন ৱাহৈগী বৈষ্ণব ওইবগী মওংদা পল্লিবা মিৎয়েং অসিনসু অদুম খঙহল্লিঃ

> 'মোইরাং থোইবী' গী আধ্যমবস্তু (প্লোত)গী মরমদা মৈতৈ পেনা শকপা ওঝাশিংগী ধারণ করিমত্তা হোংজদে। ... চাউরবা ধারণ কবিশিং অদুগী পাদ পাদ্মাদ মখোইগী মতুংইঞ্জরিবা তোল্লবনা ঐগী ক্রটি মার্জনা তৌবিয়ু হাইনা ইকোক নোঞ্জরি।[৪৬]

মথককী অইবশিং অসিগী 'ৱাহৌদোক' শিংনা খুদম ওইদুনা থোইদোক্লা পঞ্জরুবগী মরমদি- মখোয়না অনৌবা সাহিত্য শেমগৎলকপগী মচাক লৌফম ওইখিবা ৱারী, লাইরিক, পেনা অমসুং খোংজোম পর্ব্বনচিংবদা মপালগী লোনশিংগী ইথিল চঙবদুগা মরী লৈনবা উৎপনি।

অনৌবা সাহিত্যগী অহানবা মতম অসি মপালগী ৱাহৈ থেৎপনা অতাবদা পূক্লীংগী পাঙ্গল হেন্না পীনবা হোৎনবা মতমসিগী লোনগী ঈচেন্দা ইচেন চেন্নে। ডাক্তর কমলগী 'লৈ পরেং' গী শৈরেংশিংগী মমিংশিং মথংশীৎনা চন্দ্রনদী, বিশ্বপ্রেম নীরব রজনী, নির্জনতা, মাতৃতর্পন, চিরবিদায় অমসুং অতীতের স্মৃতি অসিনচিংবা কৌই। অসুম্না মতম অসিগী অইবশিংগী শৈরেংগী মমিং নত্রগা মনুংদা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলাগী ৱাহৈ লৈতেং হাপ্পা থোইদোক্লা চৎনরকইঃ

**কমলগী শৈরেংদা –**

খোংলরো কোকিল নিলহন্দুনা চীংনূংসি,
শেন্নরো নিকুঞ্জবন তম্পাকসি।
চেনহল্লো ঈচেন কংগ্রবী চন্দ্রনদীবু
কৌশিল্লো উমংসিদা বীনা পাণিবু।[৪৭]

– মৈতৈ কোকিল।

---

৪৬। অরাম্বম সমরেন্দ্র সিংহ (সম্পা.), অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎকী অপুনবা খোর্জে, (১বা শরূক, ইম্ফাল, ১৯৮৭) লাঃ ২২৫

৪৭। ডাঃ কমল সিংহ, লৈপরেং (১৯২৯), লাঃ ২৬

**চাউবগী খুৎইদা–**

অমত্তা পোকপী থাদোইদো
গোমুখীগী নাপোমদা গঙ্গা ধারানা শিনথবগুম,
মিৎয়ম্না থন্বাল অনীদা তরং লাইজ শিনথরি।[৪৮]
– লোই কাবা।

**অঙাংহলগী খুৎইদা–**

কাওগী মৱাদুসু ননাই হান্না তাজদে,
সৈত্য কৌবা লাই'দুগা বিষ্ণু কৌবা চোবোলনে,
অনী সাথী ওইগনি। ননাই শলবু ফারগে।[৪৯]

**নবদ্বীপচন্দ্রগী খুৎইদা–**

বসন্ত নিংথৌ লাকপনা
প্রকৃতি রাণী ইবেম্মা
শমগ্রেং সিন্দুর থোন্দুন
নিংথৌগী মঙ্গল কচ্চরে।[৫০]

**দরেন্দ্রজিৎকী খুৎইদা–**

কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংমক্তা চীংয়া তময়া পূম্নমক্তা
পোম্বীনা চেক্লানা নগুণদো শকচবি
শান্তিগী অচীকপা ঈবাদি শিনথবি।[৫১]

মথক্তা উৎখ্রিবা শৈরেং মতেকশিং অসিদা ফংলিবা ৱাহৈগী লৈতেং অমসুং ফজবগী চাংদম (উপমা) উৎপদা মপালগী ৱাহৈ কযা শীজিন্নবিঃ

---

৪৮। খ্বাইবাকপম চাউবা সিংহ, থায়নগী লৈবাং, লাঃ ২৭

৪৯। হিজম অঙাংহল সিংহ, খম্বা থোইবী শৈরেং, (ইম্ফাল, ২বা খুৎনম, ১৯৮৬), লাঃ ৪৮

৫০। হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ, তোনু লাইহিজংলেম্বী (১৯৮৩), লাঃ ৪

৫১। অবাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ, ইবৈপাক, পরিষদকী মণিপুরী শৈরেং লাইরিক, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, (ইম্ফাল, ১৯৭২), লাঃ ১০

মৈতৈ লমদমদা 'কোকিলগী নিকুঞ্জবন', মমিং ফজবা বাঙ্গলাগী ৱাহৈ 'চন্দ্রনদী'

থোইবীনা মিৎলু পিরাং ঈহৌবদা তামথ্রবা গোমুখি নাপোমদগী শিনথরকপা গঙ্গ ধারা (ঈচেল) গুম্না চাংদম্নবা।

মোইরাং লৈশেমবা থাংজিঙ লাইগী মহুত্তা বিষ্ণু, মনাই ভক্ত খম্বা।

নীংথিরবী মণিপুরগী মহৌশাগী লাইরেম্বীবু বসন্ত (ঋতু) নিংথৌ ওক্লনবগীদমক ছারী শেৎপী, শমগ্রেং সিন্দুর থোনবীদুনা শকশেম্বা (মমাঙগী ইৱাকমশিংগী য়েন্নীংথাগী ঈশৈদুগা কয়া য়াম্না শকওন্নবা),

কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা শান্তি ঈরা থীক্লিবা পোম্বী চেক্লানা হরিগী গুণ শক্লিবা মফমসি মহৌশাগী মণিপুররা, বৃন্দাবনগুম্বা মফমলা নীংশিংগদবসি ভাবুকশিংগী পুক্নীংগী ৱানী। অসুমনা অইবশিংনা শীজিন্নরিবা লোনগী পান্দম অমসুং চাংদম (সিমিলি) কয়ানা মণিপুরসিবু মণিপুর মাল্লিবরা হায়বা ৱাহং অমা অপাবশিংগী পুক্নীংদা হেক হেক ফাওহল্লি।

থেৎলিবা ৱাহৈগী শক্তমসু বাঙ্গলা খোনফম চঙবা মশক ওল্লবা (তদভব শবদ) মণিপুরীগী ওইরবা ৱাহৈশিংনা মপূংনি। খুদম ওইনা অঙাংহলগী শৈরেংদা উৎখিবা – সৈত্যং সৈত (সত্য), চোরোন (চরণ), সাখি (সাক্ষি), অসিনচিংবা।

দরেন্দ্রজিৎকী 'কংস বধ' কাব্যদা মণিপুরী ৱাহৈগা য়ানশিন্নবা অশেম্বা ৱাহৈ কয়া শীজিন্নরি – লাইজমৃত, সাজোম্লে (লাঃ ১৫), জবাঞ্জরে (লাঃ ৩৫) সভাবিদায়রমদুনা, খেঞ্জোংনরক (লাঃ ১৬), সেবারিদা (লাঃ ২৯), বিনয়নোঞ্জ ফিভম্লে (লাঃ ৮১), সম্মানুনা (লাঃ ১২৯), হুঙা শব্দারদুনা (লাঃ ৫৭), অসিনচিংবা।

অসুমনা অনৌবা মতমগী লময়ানবা অইবশিংনা শজিন্নরম্বা সংস্কৃত নত্ত্রগা বাঙ্গলাগী ৱাহৈ য়াম্না থেৎপা সাহিত্যগী লোন মতম অদুগী অইবশিমনা শাগোন্নরম্বা মতমগী লোননি।

মথক্তা পনখিবগুম্না মমাঙগী অইবশিং অসিনা পেনা অমসুং খোংজোম–পর্ব্ব শকপা ওঝাশিংদগী শৈখোমখিবদা তারিবা ভাবুকশিংবু পেলহন্নবা ৱারী অদুগী

মতমগা চানবা চানদবা থোইনা থিদনা অনৌবা মতম অদুগী ফাগিগী লোন অমসুং মতাং কয়া থেৎচিনবগুম অইবশিংগী খুৎশেমদসু মফম মতমগা চানদবা মতাং কয়া ফেনজিনবা য়াওরকই। মসিনা মরম ওইদুনা অইবশিংনা চহী চা কয়াগী মমাঙগী মতমদা চৎনরম্বা লোনগী শক্তম লাক্তুনা ইবগী মহুত্তা, মহাক্না শাগোন্নরিবা মতমগী লোন্না নমহৎলক্তুনা মহৌশাগী মান্দবা কয়া য়াওরকই, খুদম খর পল্লবদাঃ

অঙাংহলগী শৈরেংদা – থোইবীবু লোই ওক্তুনা শগোল তোংহনবদা নোংবান্না খল্লকই,

> জগোই মকোক চিংহনগে, কুমশিদি লৈশাবীগী মশম হেক হাইগৎপদা মৌগী অমুক লিংখৎকে। নুপী পালা দোহার তৌহনগে ঐ পুং য়েগে খুবাক ঈশৈদু লোইবে পুমশা শাদুনা সিগী রাগ তৌবনা পুমশা শাবে লোইখরে।[৫২]

**চাউবগী ঐতিহাসিক উপন্যাস 'লবঙ্গ লতা'দাঃ**

> 'মাইবীরা লাইরেম্বীরা' মতাংদা লতা সনাবু ঙংহল্লিবা ঈশৈ' চীংদা শাৎপা ইঙেল্লে' (লাঃ ৪২) অসিনা মশক মতম নাইবা কংলৈরোন ঈশৈ ওইবনা, খোর্জেগীদি নুংঙাইবগী ঈরোং অমদা তাউখিদুনা মইশিনখিবনি, মতম নীংগা মাংগ থংদোক থংজিন শান্নরে। ঈছে অসিদি চরাইরোংবগী হাক্তক্তা পোকপনি অদুগা শকহল্লরিবনা মাগী মথক্কী নিংথৌ অহুমশুবা হাক্তক্তনি ... অসিগুম্বদুনা 'লম্বান থিয়া হাজাবিগী ইমুং মতাংদা খুলগী মীয়াম ব্রাবী শাবদা য়াওবিবা শা মমাঙদা অঙৌবা মকোক তাগনি হাযবদুসু ঙরাংদা নখোয় ঐখোয়গী মাংদা হেক মথোকইদোসে (লাঃ ৬১) ব্রাহৈ অসিদি কুইন্টলনা মাগী খোংলোইশিংগা কংলা মাংদা কুলচন্দ্র হাক্তক্তা তুবদুবুনি খঙনবনা মহাকথক্তগী নিংথৌ তরাগা তরুক শুবগী লৈবাকপু ঙাওনহল্লুরিবা অসিসু ইঙেললৈ'গীদা কায়বা অদু খোর্জেনা অমুক হজিনবনি ... অদুগা খাগেম্বা হাক্তক্কী (হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিঙৈ) লানমীনা 'জয় দুর্গ্যামায়কী জয়' শোন্দুনা লাঞ্জংবা, মাগী ফম্নাইবশিংগী মনুংদা হাঞ্জরিকুৎ, মেঞ্জোরনচিংবা

---

৫২। অঙাংহল ওপ, সিট, লাঃ ৩০৪

হাপ্পা অসি মৈত্রবাককী কংলৈরোনথিরবা তুংগী মীরোনগী লমুক্রফম অটৌবা অমা ওইফম থোকই। করিনা 'শক-শকাব্দী ১০ (২০) গী ... লৈবাক্কী খুৎমাবা সাহিত্য সেবীশিংগী লুচিংবা অমনা ইবনি।[৫৩]

ইতিহাসনা লৈবাক (অযাম্বগী) গী ওইবা মফম পীরমম্রিবা হিন্দু ধর্ম্মগী মফম 'মৈদিংঙু খাগেম্বা হাক্তককী ওইনা শেন্না' লবঙ্গ-লতা' দা চাউবনা মফম চাউনা পীবম্মি। অযাম্বা চবিত্রশিংগী মিংথোল হিন্দুনি। খগেন্দ্র (খাগেম্বা), লবঙ্গ, নবীন, কুঞ্জলতা, ইন্দুবেখা, অসিনচিংবা পামজনা থোনবা মিংশিংনি। কমলগী মাধবীগী চবিত্রশিং বীবেন, ধীবেন, শশীকুমাব, ভুবন, ধনঞ্জয়, বাজেন কবিরাজ অমসুং মাধবী অযাম্বনা হিন্দুগী মিংশিংনি। মিংগা লোযননা চবিত্রশিংগী ৱাঙাঙদা অইবশিংনা মহুৎ শিন্দুনা হাযদোকপা অৱাযবা ৱাহৈ কযা মতম অসিগী খুৎইদা তোযনা থেংনৈ। খূদম অমত্তং পল্লবদা - খুঙ্গংগী লাইবিক লাইশু হৈতবী মাধবী অমসুং উবীবৈগী ৱাঙাঙদা মথংশীৎনাঃ

> 'হে', দযাময হুকচাং পাঙ্গল শোল্লবী ... অন্ধবিশ্বাসকী কুযোম্না যোমদুনা পোক্লবী ঐঙোন্দা ... অমম্বা সমাজগী মনুংদা স্বার্থত্যাগকী মঙাল খজিক্তং উৎননবা পাঙ্গল পীবিযু।

উবীবৈ - হুবানবা নংনা থাঙ্গৈশেংবা প্রণযা অমা ওইবল্লবদি খঙগদবনি। নুংশিবগী মবীদা শিবা হাযবা অসিদি লৈগী দোলায তোংবগুর্ম্বনি।[৫৪]

দবেন্দ্রজিৎকী খূৎইদা 'কংস বধ' অমসুং 'মোইবাং থোইবী' (ক, বৈষ্ণব সাহিত্য, অমসুং খ, মোইবাং কংলৈবোন) অনীগী লোনগী খোঙচৎ খেন্নবা উদে।

মথং শীৎনাঃ

> (ক) ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ, 'স্না নাক্ত থৌগনবা পাথৌ লুচিং অযাম্বা মশিং' মশু তেক্তরি।

---

৫৩। এ, মীনকেতন, মৈতৈ উপন্যাস (১৯৫০), লাঃ ৩৭-৩৮

৫৪। ডাঃ কমল সিংহ, মাধবী (১৯৩০), লাঃ ৪৭-৫১

(খ) মুবা মুক্তাম জি অজ্ঞ, গুরুগী য়াথং,
গুরুগী য়াথং খোংলেনগী হুকুম
শিবগী মনাই নন্দি ভৃঙ্গি
*X* *X* *X*
সমুদ্র শিত্তুনা কংহনগে।"[৫৫]

অসুম্না সাহিত্যগী লোনবু সমাজগী চৎনরিবা (ঙাঙন-শান্নরিবা) লোননা নমহৎনা উবা লোনগী খোঙচৎ ওইনা অয়াম্বনা ফংই। সাহিত্যগী মচাক লৌফম ওইবা মতমদুগী পেনা, খোংজোম পর্ব্ব শকপা ওঝাশিংগী শৈহেক্তসু মখোয়গা শগোন্নরিবা মতমগী চাওখৎলকপা লোনগী লৈথেৎ কয়া শীজিন্নরম্বা উই।

পেনা, খোংজোম-পর্ব্বগী ঈশৈদা ফংলিঃ

'ঐগায় (অজ্ঞ) মপু সনা চরণনা কৃপা তৌবিগনিদো...।
'... নগুনা সতী ধর্ম্ম কায়রক্তবী মক্ত ওইববদি
'... নহাদে যাত্রাদে'।

মিংঙ্গৌ থাগৌদা – ''ইন্দ্রানী মহারাণী'', 'চীংখুবা যুবরাজ', ইপু মন্ত্রী' মবুদ্ধিনা ফম্নাইবা অসিনচিংবা।

মতৌ অসুম্না মতাং মতাংগী ওইনা মপালগী ব্বাহে কয়া মরক মরক্তা থেৎপা চৎনবকথ্রবসু মসিমক্লা মণিপুরী লোনগী অশেংবা মশক অদু মাঙহল্লকপদি নত্তে। ইশাগী লমদমগী ঈনাৎকা লোযনবা সাহিত্যগী যুম্ফমদা শাগৎলকখিবা মরম্না থোইদোক্লদুম লোন অসিগী চাওখৎলকপা খোঙহৌ অমদুম ওইরকখি।

মতমগী মতুংইন্না বৃটিশনা মনিপুর লৌশিনখিবগা লোয়ননা লাকখিবা নোংচুপলোমগী ওইবা মহে-মশিং অমসুং অনৌবা সাহিত্যগী খূৎশেমগা শকখঙনরকপদগী লময়ানবা অইবশিংনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং মসিগী লোন মশাগী ওইবা মশক মচু লেপ্পবা হোৎনরকখি। মরম অদুনা মমাঙদা চৎনরম্বা

৫৫। অবাম্বম সমরেন্দ্র (সম্পা.), অবাম্বম দরেন্দ্রজিৎকী অপুনবা খোর্জে (অহানবা শরুক), ইম্ফাল, ১৯৮৭, লা ১১-৩৯১

অরিবা সাহিত্য চংনলোনগী মমল অদুবুসু খণ্ডজবা ঙম্লকখি। মতম অদুদা বাঙ্গলা লোন অমসুং সাহিত্যগী অকনবা ইথিল লৈরল্লবদসু মখোয়না অশেংবা মণিপুরীগী ওইবা শৈরেং অমসুং ৱারেং কয়া ইনরকখি।

**ডাঃ কমলগী শৈরেং 'থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য'দা থিরিঃ**

মোইরাং পর্ব্বগী মতৌগুম্না,
নিংথিরবা শঙ্গাই হন্দোক্লুনা
তুমলিবরা শেগাইরবা লুপাক মনুংদা
*X* *X* *X*
ফদি ফরানা কুপ্তুনা
উতোং মনুংদা থুপ্তুনা
লোৎখিগদগে চহী কুমজা কয়া।[৫৬]

চীংঙাখম ময়ুরধ্বজনচিংবা 'পোক্লফম লমদম'গী নীংথিবনা শুমহৎলবা কবিনা শৈথাজেঃ

প্রকৃতিগী শান্নফম
ফজবগী হৌনফম
নিংথিবগী তুংনফম
নুংঙাইবগী পোক্লফম
হায়রিবা মফম অসিদি
অনী শুদে মালেমদা।[৫৭]

অসিগুম্না মহৌশাগী ফজবনা থল্লবা মণিপুরবু শৈথাবীনবা কবি কয়া থোক্লক্লবগী খাংঙমদবা অপাম্বা কমলগী শৈরেং 'মৈতৈ কোকিল' অমসুং চাউবগী শৈরেং 'মৈতৈ কবি' দা উৎলী। অকোনবগী অসিদা ফোঙদোক্লীঃ

---

৫৬। ডাঃ কমল সিংহ, <u>লৈ পরেং</u>, ১৯২৯, লাঃ ৩১
৫৭। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (সম্পা.), <u>পরিষদকী মণিপুরী শৈরেং লাইরিক</u> (ইম্ফাল, ১৯৭২), লাঃ ১

লাইরবী ইরোন্নি
খংদবনা হায়বনি
মীতৈ কবি লাকখিনি।
X X X
নুমিদাংৱাইগী কান্দুদা
তময়া কোরি চেনবদা
পুকনিংগী তোর্বানথক্তুদা
ৱাখলগী আসন থাদুনা
ইথক ইরৈ খুদিংদা
পলেমগী ফজবা য়েংজহৌ।[৫৮]

হিজম অঙাংহলগী শৈরেং 'লমন', 'মৈতৈ চনু' অমসুং অবাম্বক দরেন্দ্রজিৎকী শৈরেং 'ঈরৈপাক অসিনচিংবদা মরৈপাক মচাশিংবু নুংশিব ফোঙদোকলি। নুংশিবা অসিদগী মমাবোন অমসুং মরমদমগী সাহিত্যবু নুংশিজবন তোঙানবা নত্তে। অদুমকপু অসিগুম্বা মরৈবাক নীংবা মজাতিগী লোন অমসুং সাহিত্যবু য়োকখৎপা পাম্বা শৈরেংশিং অসিদা ভারতকী মফম অতৈগীদা তৌবগুম্ব মীখা পোনবা, শুপ্পমগী লৈঙাক্লোন্দা পেন্দবা অমসুং মীচং মীখাই নাইবা সমাজগী মায়োক্তা শীংনবা ঈহৌ অদুদি অদুক হাক্লা উদে। সমাজ শেংদোকপা অমসুং য়োকখৎপগী ইপোম ওইনা হৌরকখিবনি। অইবশিং অসিনা মীপাল তাংদবা, মশাগী অশেংবা মরল ওইবা মরমদমগী মহৌশাগী শক্তমতবু নুংশিজখি।

চাউবনা অমুক তেংথাখিঃ

ফুবা দলানসু মিহৌদে
ফিজেৎ চাকচাসু কল্লক্তে
X X X
লৈবাক অসিদা পোকচরগা
লৈবাক অসিদা শিজগে।[৫৯]

৫৮। খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, থাইনগী লৈরাং, লাঃ ৬
৫৯। ইবিদ. লাঃ ৫৬

অঙাংহল কবিনা মীতৌ তম্বগী নুংঙাইতবা ইকাইবা ফাওখিঃ

নোংচুপ তোর্ব্বান মায়কৈরোমদা
ব্রায়শিনখরে কোরৌ খোংকাপতি কম্লো ...
X X X
মায়া পুরী থোঙজিন্দুদা,
ভীক্ষারীবু ওইরুরবোই
খল্লু নংনিদো অচুম্বা,
লৈপাক মচানি অশিংবা,
অশিংবনা করিগীনো
অরুবগীদা (পোৎলীকপগীদা) ইকাইদরা?
করিগী চাক্লি ফিনিরুরি।[৬০]

মহাক্কী শৈরেং – 'লমন' অমসুং 'নাচোম চিনবী'দা লমন তোন্দবা, মীতৌ তমদবা সাহিত্যগী অপাম্বা মশক উৎলী।

কমল কবিনা মৈতৈ সাহিত্যগী অশেংবা মমল লেপচরকখি, মপালগী করেম্নবা মীনোক তাঙমখিদেঃ

মৈতৈ লৈকোনগী হৈনৌ ময়োল,
খোনথাং হেগদবনি চুপলবদি কোকিন্না,
'খায়দা' 'খায়দা' খোংলে ক্কাক্ল চুপ্তুনা
তাহৈদ্রে খোংবসি 'পহাড়ী' 'পহাড়ী'।[৬১]

মতুংদা মীনকেতন্না অরিবা সাঙ্গিত্যগী চৎনলোনবু নৌহ্নৌনা লোন শেমদুনা অনৌবা মহাও (রস) অমা অমসুং মসিগী ঈহৌ অমমুক হৌদোকখি। মহাকনা চাংয়েং কয়াগা লোয়ননা অরি–অনৌ য়ান্ননা শেমদোকপা খূৎইদা 'ঙাঙ্গোই পরেং', 'তোনু লাইজিংলম্বী', 'রামায়ণগী ব্রারী খর' অমসুং 'ভারত চনু' (লারোন ১দগী

৬০। হিজম রোমণি সিংহ, (সম্পা.), হিজম অঙাংহলগী শৈরেং খর (১বা অমসুং ২শুবা শরুক), লাঃ ৫২–৫৩
৬১। ডাঃ কমল সিংহ, লৈ পরেং (১৯২৯), লাঃ ২৬

৪ ফাওবা) অসিনচিংবা কয়া খুদোল তম্লকখি। কংলৈরোনগী সাহিত্যগী খুৎশেমদা মহাক্না য়াবিবমখৈ মপালগী ওইবা ব্রাহে় য়ান্দনবা হোৎনরকপা উই, অসুম্নাঃ

হৈয়ায়নু মশাবীবু মপা নিংথৌগী কৈজাউনুংদা
লোৎ-থন্না লৈরাং লোঞ্জিন্নমিন্না হৈরাং লোঞ্জামিন্না লৈরক্লে।
কোরৌ শিংবুম য়াম্লক্লে, লোইদাম থাবুম ফারক্লে,
চহী কুম্নাং তাল্লক্লদৌরে।[৬২]

মহাক্কী মাঙওইনরপ চৎনরম্না অইবশিংগী কংলৈরোন্দা বাঙ্গলা ব্রাহে় থেৎপা অদুদগী অনৌবা চুমথোক্লবা খুৎশেম অমা হৌদোকপনি।

মথক্কী লময়ানবা অইবশিং অসিগী তুংওইনরপ লাকখিবা রাজকুমার শীতলজিৎকী খুৎইদা ইচম চম্না ফজবা মণিপুরী লোনগী শক্তম অমা উবা ফংলকই।

অমরোমদা কুনশুবা শতাব্দী লাকপদগী হৌনা ইংরাজী সাহিত্যগা শকখঙনবা হৌরকখ্রবসু ইংরাজী ব্রাহে় শীজিন্নবা মণিপুরী দা হন্দোকপা ইংরাজী সাহিত্যগী মচাক অসিনচিংবা মতাংদা লোন অসিগী ইথিল (লান মমাঙগী ওইনা) কল্লম্না উদে. চাউবগী শৈরেং 'থম্বাল উবদা'. 'ইঙাল্লে', 'লমগী চেক্লা অমদা' অমসুং 'শীওইবা' নচিংবা শৈরেং খরদা ইংবাজীগী মমিং লৈরবা শৈরেং খরগা নুংগী ঈচেন্দা মান্নবা খর লৈ হায়নরবস শৈরেংশিং অসিদা ইংরাজী ব্রাহে় য়ানশিনবা উদে। থোইদোক্লদুম মৈতৈগী অরিবা ঈশৈ (লোকগীত) গী শৈহেক শৈদাদগী থোক্লফম শেমদনা ইবা মণিপুরী শৈরেংশিংনি।

মাযকৈ অমদা. মণিপুরী লোনবু গৌড়ীয়া ধর্ম্মগী লাইনীং লাইশোনগী ওইনা শীজিন্নবা মতাংদদি অশেংবা লোন ওইনা লৌনরমদ্রি। চুরাচান্দ মহারাজনা পাল্লবা মতুং কোন্নথংদা অমাং-অশেংগী হেনমনবা চৎনবী অসি খর খর কোমথোরক্লনা মৈতৈলোন য়োকখৎনবগীদমক হীরম কয়াগী মীওই কয়া চোংথোক্ররকাখিঃ

মণিপুরদা পেনা ঈশৈ শকপা নত্তনা মৈতৈলোন্দা ঈশৈ শকপা অসি ইকাইনবা অমসুং অচোপ্পা ওইনা খন্নরকই। সার চুরাচান্দ

৬২। এমীনকেতন সিংহ, ভাঙ্গোই পরেং, (ইম্ফাল, শক ১৮৭১), লাঃ ৯

মহারাজ সনা হাক্তক্তা মৈতৈলোন শক্লুরকখি। রাঃ কুঃ সূর্য্যবর সিংহনা বাসক, নটপালাদা, লাইশ্রম ওজা গোপালনচিংবনা মৈতৈলোন শকই। শৈশক্তি হান্নগী ভক্তিদা মৈতৈলোন্দা শকপনি। মাগুবতা নট পালানচিংবদা মৈতৈলোন শকপা য়ারোই হায়বগী অচৌবা আন্দোলনসু থোকখি।[৬৩]

**মতাং অসিদা চাউবনা হায়খি–**

মৈতৈলোন্না লাই শোনবা লাইনা খঙবিদে হাই। অসিগুম্বা লৈবাক্কী হৌনবী পূন্নমক অসিগা মহৌশাগী মীওইবগী হৌনবীগা করি থোকপা হাঙবা অদুদি ঐখোয়না খংদে।[৬৪]

মৈতৈলোন্দা ঈশৈ, লীলা, শকপা শোনবা হৌদোক্লুম্বশিংগী মরক্তা অতে শীংথাবা য়াবদি ওঝা নাতুম, অতোম্বাপু শর্ম্মা, ওঝা তোয়াইমা, অসিনচিংবা পনবা য়াই।[৬৫]

অসুম্না হীরম কযাদা মণিপুরী লোনগী অনৌবা য়াওল অমা লাকখি। মতম কুইনদগী মৈতৈমচাশিংনা মতৌ তম্লকপা বাঙ্গলাগী ড্রামা কয়া মতম অসিন্নাইদা মণিপুরী (মৈতৈলোন) দা ওনশিল্লকখি–

খৃঃ ১৯২১ দগী ১৯২৫ ফাওবা অসিগী মতম্দা ড্রামাগী অকনবা যুগ অমা ওইনা মণিপুরদা [illegible] মতম অসিদা মৈতৈলোনগী ড্রামা [illegible] বাঙ্গলা ড্রামা বইদগী ট্রান্সলেসন তৌবা [illegible]

৬৩। লাইশ্রম গৌরহরি সিংহ, 'অধুনিক ঈশৈগী [illegible]', [illegible] ২৬ শুবা ৮হীগী সাধারণ অধিবেশন

৬৪। খাইদাকপম চাউবা সিংহ, ফিদম (১৯২ [illegible]), [illegible]

৬৫। জি. সি. তোংব্রা, মণিপুরী শুমাং লীলা' মণিপুরী থিয়েটর [illegible], (সম্পা.), ইম্ফাল, ১৯৬৮

৬৬। সোরোখাইবম ললিত সিংহ, 'মণিপুরী [illegible]', মণিপুরী থিয়েটর, ই, নীলকান্ত (সম্পা.), দি থিয়েটর [illegible] (১৯৬৮)

মথক্তাসু পনখ্রে, মৈতৈমচানা ইবা মৈতৈলোনগী দ্রামা অহানবদি ইবুংঙোহলগী 'নবসিংহ' (১৯২৫) নি। মতুংদা মথং মথং ওইনা সোরোকখাইবম ললিত সিংহগী 'সতী খোংনাং' (১৯২৮), অবেপ্পা মকপ (১৯৩১), অঙাংহল কবিগী 'থাবল চোংবী' অমসুং 'নিমাই সন্নাস' (১৯২৮), কবি দবেন্দ্রজিৎকী 'খম্বা থোইবী (১৯৩৬), 'ভাগ্যচন্দ্র' (১৯৩৯) অসিনচিংবা মণিপুবী দ্রামা কয়া ঈহৌ নাইনা শান্নখি অমসুং ফোঙলকখি। থিয়েটবগীদমক বাঙ্গলা দ্রামা কয়া মণিপুরীদা হন্দোকপিখিবা অথোইবশিংগী মনুংদা খাইদেম নোংযাই সিংহ, অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ, নোংমাইথেম থানিল সিংহ অমসুং খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহনচিংবা থোইদোক্লা শীংথাবা যাই।

চেফোঙঃ মণিপুবদা চেফোঙগী ঈহৌ অসিদি তপ্লা লাকখিবনি। খৃঃ ১৯৩০ অদুবাইগীনা মাঙজিন থাবনি। মতম অসিদগী লাঞ্জাও মমাঙ ফাওবদা ফোঙখিবা চেফোঙ খবদগী লৌথোক্তুনা লোনগী যাওল উৎপদা মতেং ওইগদবা সম্পাদক্কী ব্বারোল খব মতাং মতাংগী ওইনা মখাদা উৎচবিঃ

(অ) মণিপুবী মহিলা (মৈতৈ চনু) (সম্পা.), পুখ্রম্বম পাবিজাৎ সিংহ, ১৯৩৯ ইং

**পারিজাৎনা সম্পাদক্কী ব্বারোন্দা ইরিঃ**

> অনৌবা চহীনা লাকপদা অনৌবা য়ুগকী অনৌবা সভ্যতা লাক্লগনি। মধ্যযুগকী ব্বাখল হন্দোকলমদুনা কুনশুবা শতাব্দীগী সভ্যতাদা দীক্ষা তৌরগনি শাবীবিক মানসিক আধ্যত্মিক উন্নতি ওইবগনি, থাইনগী স্বাধীন হিন্দু ভাবতকী মতমদা লৈরম্বা মীগুম মী পুম্নমক্কী থম্মোই লূবগনি, ধর্ম্মিক ওইবগনি। মতম অদুগী পবিত্র ওইববা হাব ভাব অদুগী মথক্তা হৌজিক্কী অনৌবা শিক্ষাগা তিন্নদুনা অনৌবা মওংগী ভারত মণিপুব ওইরকলগনি।[৬৭]

সম্পাদক্কী মোত অসিনা মতম অদুগী মীয়ামগী ওইবা অপাম্বা ঈহৌ অমা উৎলি। মথক্তা নৈনখিবদুগা চূশিন্নবা থোকই।

৬৭। রাজকুমাব স্নাহল সিংহ (সম্পা.), মৈতৈ চেফোঙ, (ইম্ফাল, ১৯৮২), লাঃ ১৩৫

লোনগী ওইনা য়েংলগদি ৱারেং মতেক অসিদা মণিপুরী ৱাহৈগা হিন্দুস্থানী ৱাহৈগা হাইফেৎ চাং মান্নবা য়ানশিল্লকই। মওং অসি সাহিত্য পোৎথোক হেনগৎলকপা অমসুং অইবশিংগী মশীং য়ামখৎলকপগা লোয়ননা অসিগুম্বা ৱাহৈশিং য়ানশিন্নবগী চাং হেনগৎলকখি।

(আ) মণিপূরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকাঃ (সম্পা.) থোকচোম মধু সিংহ, ১৯৩৭ ইং

**মধুসিংহ সম্পাদকী ৱারোল্দগীঃ**

> মৈতৈ সমাজ চহী ৪-৫ গী মমাংগী ফীভম অদু নত্তে। হৌজিক্তি কুইনা কায়নখ্রবা মৈতৈ পূম্নমক কনানা কদাইদা লৈবগে থিনরক্কে। মৈতৈ সমাজ অপীকপা জাৎ অমা নত্তে হায়বা খঙনরকলে। অৱাবা অমতংদদি, হৌজিক ফাওবা মীরৈবাক্তা লৈবা মৈতৈশিংনা ইমারোল অমদি মৈতৈ সাহিত্যবু থৌওইনদবা অমতং উবগুম তৌরে। মদুদগী ৱাহৈ উচ্চারণ বানাননচিংবা মরুওইবা মরম খরদা তশেং তশেং খেন্নবগুম উরে। ... বাঙ্গলাগী জাৎনা মফম অমদা চৎখ্রবসু অমদবু চৎখ্রবসু মরোল পান্না অমসুং চাওখৎনবা লাক্লবা থাদোক্তে। মসিদগী বাঙ্গল সাহিত্য চাউখৎখিবনি হায়নসু য়াই। মানা মানা লৈবা মফম অদুগী লোনদি মরাইনা হৈজগনি। মৈতৈ সাহিত্য চাউখৎনবা লাকনবদি খুদিংমক্তা তৌগদবা মথৌনি।[৬৮]

মৈতৈ সাহিত্যগীদমক চেকশিন্নরকপা অমসুং শৌগৎপিবা মীচঙ খোম্নরকপগী ঈহৌ অমা উৎপনি।

(ই) মিং নাইদবী - (সম্পা.) খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, ১৯৪৭ ইং

**সম্পাদককী ৱারোলদগী -**

> 'ডিমোক্রেসিগী' যুগনি পূম্নমক কাঙবু কাঙবু, লেগুনা ফি ওম্না শেম্নরে। রাজনীতি ক্ষেত্রদা লৈবশিংনা মাগী মাগী কাঙবু শেম্লে। মী খোম্নরে

৬৮। ইবিদ, লাঃ ৯১-৯২

ভোট লৈনরে। ইউনিয়নগী জাৎ সিণ্ডিকেটকী জাৎনা ৱাই চাইনরে হৌজিক ফাওবদা ৱাৎলিবা 'এসোসিয়সন' গী জাৎকী মনুংদা রাইটরস নত্রগা লেখককী সঙ্গ অমা ৱাৎলিবগুম উই। অদুনা প্রবনব লেখকপা স্বর্গীয় নবদ্বিপচন্দ্র সিংহ অমসুং হিজম অঙাংহল সিংহ অহুমনা অহানবা সাহিত্য পরিষদ অমত্তং থম্লবা লাক্লখি। অদুমক হৌজিক ফাওবা মৈতৈ সাহিত্যগী লমদা থবক তৌরি। তৌইগুম্বসুং মাদুনসু ঐখোয়গী লেখক লেখিকাশিংগী নৈনবা, ইবা অমসুং ফোঙবগী শীনবা য়াবা থোক্তে। অদুনা ঙসি ঐখোয়গী তরুণ লেখক লেখিকাশিংনা মদুগীদমক অনৌবা উদ্যম অমা তৌরকপা অসি ঐখোয় মৈতৈ জাতিগী অফবা নত্তনা অমাঙবদি ওইরোই। ঐখোয় অহল্লোম্দা থোক্তবা অদু নহারোন্না পুথোকপা অসি থাঙ্গেশেংনমক থাগৎনফম্নি।[৬৯]

খ্বাইরাকপম চাউবগী থেঙ্থরকপা মতম (খৃঃ ১৯৪৭) দা ইখিবা ৱারেং মতেক অসিদা ইংরাজী নত্রগা বাঙ্গলাগা মণিপুরীগা য়ানশিন্নবা ৱাহৈশিংগী ফ্রেজ কয়ামরুম উবা ফংলি।

**লোনগী শক্তম নৈনবাঃ**

নৈনরিবা পন্দুপ অসি চাউরাকপা মতম তরামাপলশুবা শতাব্দী তঙখাইদগীনা কুনশুবগী তঙখায় ফাওবগীনি হায়বা মথক্তা পনখ্রে। মথক্তা উৎখ্রিবা মতম অসিগী সাহিত্যগা মরী লৈননা লোনগী য়াওল হোংলকপা শক্তমশিং অমুক মথং মনাউ নাইনা মখাগী অসুম্না নৈনরক্লিঃ

১। হান্না চৎনরম্বা অরিবা সাহিত্যগী ৱাহৈ পরেং খুৎশেন্নদা অথ মান্নবা ৱাহৈ পুংবা কয়া হাপতুনা শাংথ লেংথ ইরম্বা মওং অদু অনৌবা মতমদদি হোংদোকখ্রে। অরিবা ৱাহৈ (অয়াম্বনা নাউন) থেৎপা য়াওরবসু মান্নবা ৱাহৈ পুংবানা লৈতেং ওইবা চংনখিদ্রে। ভাবত্তা নাউন প্রিফিক্স তপ্পা (না+তাবা, খৌ+কৌবা) নচিংবা মওং অদু অনৌবা মতমদা চংনখিদ্রে।

৬৯। ইবিদ, লাঃ ১৯৪

২। অনৌবা সাহিত্যগী মতম অমসুং মাঙওইনবা মতমদগী হৌনা খোনফম ওল্লবা (তদভব শব্দ) গী লোনগে কয়ামরুম মাঙজৌননা লৈরম্বা উরে। মরুওইবদি সংস্কৃত্তগীনি। খোনথোক্কী মতুংইনবা বাঙ্গলা ৱাহৈ কয়াসুনী। খুদম খর পল্লবদা - ধর্ম্ম, জরমা (জন্ম), পন্দিৎ (পণ্ডিত), শরৎ (শরদ), পৃথিবী (পৃথ্বী), বাশি (বাঁশি) অসিনচিংবা। বাঙ্গলা খোনথোক্তা - নোয়োন (নয়ন), কোমোল (কমল), চোরোন (চরণ), সাখি, তপোন (তর্পন), মান্দোপ (মাণ্ডব), মাধোপ (মাধব), পরিখা (পরিক্ষা), জন্ত্র (যন্ত্র), অসিনচিংবা।

৩। অরিবগী ৱাহৈ পরেংশিংদা ব্যঞ্জন ময়েককী তপ্পবা শক্তম থোইনা উদে, তৌইগুম্বসুং ময়ায় চনবা সাহিত্যগী থেঙথরকপা মতম অমসুং অনৌবা সাহিত্যগী খুৎইদদি বাঙ্গলাগা ময়েক শীজিন্নরকপগী মতুংইন্না তপশিন্নবা, বানানগী ৱাহৈ কয়ামরুম চাওখৎলকই:

'হে লাইরেল ক্রৌ (কোরৌ) ইনিংথৌৱোৱা'।
অসুম্না ক্রিথোই (করি থোইনা), ফ্রিংকিলুক (ফিরঙ্গী লোক)
হৈক্রুজাম্বা, ষম্বোৎ, ঙাল্লক্লে, শিল্লক্লে (পাঃ অরিঃ লাঃ, ৬, পারা অনৌবা, লাঃ ৬)

৪। করিগুম্বা ৱাহৈ খরদা 'র'গী খোনথোক হেন্না হাপচিল্লক্তুনা হান্নগী ৱাহৈগী তুংগী খোনফম অদুদা 'র' গী '্র'(রফলা) নত্রগা 'ৃ' (ঋফলা) য়াওবা ৱাহৈসু চৎনরকই। 'র্' (রেফলা) শীজিন্নবা ৱাহৈসু হৌদোরকখি।

কাংতুম → কাঙক্রম, খোংতুম → খোংক্রম, চকি→চক্রি,
চৌকি →চৌকৃ, নীঙকি → নীংগ্রি, ঙাপুম → ঙাপ্রুম,
লোংখুরৌ → লোংখ্রৌ, ঔগরি → ঔগৃঃ

'র্' (রেফলা) শীজিন্নবা ৱাহৈশিংদি তোর্ব্বান, খোর্জৈ, শর্ম্ম, পর্ব্ব, অসিনচিংবা।

৫। ৱাহৈ খরদি খোনফম (ফোনিম) অহুমলক মহৌশদগী হৌজিক ফাওবদা থঙথরকপা উই। খুদম খর -

| | | |
|---|---|---|
| মখূৎথীন | → মখুৎশীন | → মখুজিন (মথৌরাং) |
| হায়চফম | → হায়জবম | → হায়ঝভম |

তৌঙামপা → তৌলমপা → তৌরম্বা
চঙসিললু → চঙজিল্লু → চঙঝল্লু
হাইথলকও → হাইদরকউ → হাইধরকউ
খায়থলকও → খায়ধরকও → খায়ধরক্লো
অসিনচিংবা।

মথক্তা উৎলিবা অসিগুম্না ভ, ধ গী খোনফম অসি চুম্ন–ঙাঙন–শান্নবদা নত্তনা অইবা সাহিত্যদসু য়াম্না শীজিন্নরে।

৬। অরি–অনৌ শিন্নবা মরককী মতম অসিদা ধর্ম্মগী অমাং–অশেং অমসুং খক–খানচিংবা খেন্নবা হেঙ্গৎলকপগী মতিক থৌগল্লোনগী ৱাহৈসু য়ামখৎলকই। মণিপুরীশিংগী মরক্তা, থোইদোক্লা থায়না নিংথৌ পাল্লিঙৈদগী হৌনা ‘থৌগললোন হায়দুনা ফজবা নোললুকপগী চৎনলোন অমা তোপ্পা লৈরকই। অমগা অমগা কৌন–খোৎনবা মিঙ্গৌদা, লোয়শঙগী নত্তগা নহা অহলগী মতুংইন্না মচীন–মনাউগী ওইবা থৌগল্লোন্দা লোয়নৈ।[৭০]

থৌগল্লোন্দা শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অসি চুম্না ঙাঙন–শানরিবা ৱাহৈশিং অসিদগী তোঙাল্লি। মসি অয়াম্বনা মথাঙ অহূমনি, অদুগা করিগুম্বা অহূমদগী হেন্না শীজিন্নফম লৈবসু উই। খুদম ওইনা–

(ক) চম্না হায়বা – ইবুংঙো য়ূমদা অমুক চৎলুরো।

(খ) খর হকচিনবদা – ইবুংঙো য়ূমদা অমুক চৎপিরুরো।

(গ) খর ইকাইখুম্নবদা – ইবুংঙো য়ূমদা অমুক লেংঙুরো।

(ঘ) থোইদোক্লা ইকাইখুম্নবদা – ইবুংঙো শঙ্গাইদা অমুক্তং লেঙবিরুখিসি।

অসিগুম্বা থৌগল্লোন ৱাহৈ পরেংশিং অসি থকশি–খাশি খঙনা শীজিন্নগদবা অমসুং শীজিন্নরোইদবা মীশক মতুংইন্না খেন্নবা অসি লৈবনি।

মখাদা থৌগল্লোনগী ওইবা লোনগৈগী খূদম খরা উৎলিঃ

৭০। B.W. Dun, Gazetteer of Manipur (Delhi, 1981), p. 20

| নাউনগীওইবা থৌগল্লোন | | শীজিন্নফম |
|---|---|---|
| ঐগ্যা (অজ্ঞা) | – | ব্রাহ্মণ নত্তগা রাজবংশগী মথক থোংবা মীওইদা। |
| থাগু (ঠাকুর) | – | ব্রহ্মণ নাহাদা |
| থৌরানী (ঠাকুরানী) | – | ব্রহ্মাণনুবী অহলদা |
| সনাখ্বা, সনাখ্য | – | নিংথেমমচা মশুদা |
| য়াম্বুং | – | মথকথোংবা নিংথেম মচাদা |
| শিজা | – | নিংথেমমচানা লৌবা নুপীদা |
| লৈমা | – | নিংথেম্মচানা পোকপা নুপী |
| লূক | – | চাক |
| নমথাঙ | – | ইন্নফি, অসিনচিংবা। |

| ভার্বকী ওইবা থৌগল্লোন | | শীজিন্নফম |
|---|---|---|
| লেঙখৎপা | – | হৌগৎপা |
| মিৎয়েং তাব | – | য়েংবা |
| হাবা | – | চাবা |
| ফানবা | – | থকপা |
| চেপ্পা | – | তুম্বা |
| চাইথবা | – | ইরুজবা |
| লেঙবা | – | চৎপা |
| নোঙ্গাবা, লৈতবা | – | শিবা |
| হকচাং ঈবা | – | নাবা |
| হঙ্গৎপা | – | ৰা তম্বা, হায়জবা |
| থোনবা | – | শেৎপা, ইনবা। |

করিগুম্বদা মথাঙ অহুমশুবা থৌগল্লোনগী ফ্রেজ খরা লৈ, মদুদি–

| অচম্বা | | ময়ায় | থোইদোকপা |
|---|---|---|---|
| থী ফায়বা | – | খোঙ হাম্বা | মনুং অচৌবা চঙবা, মনুংদা লেঙশিনবা, হকচাং শেংদোকপা |
| য়া থিনবা | – | চীন শেংবা | চীন কৃপ্পা |
| য়ুং হানবা | – | ঈশিং চৎপা | মপান থোকপা |
| চাক চাবা | – | চাক ঈশিং তৌবিবা নত্ত্রগা চাবিবা | লূক হাবা, প্রসাদ ফংবা নত্ত্রগা ফংবিবা |
| থিগোমশঙ | – | অমাংশঙ | মনুং অচৌবা। |

থৌগল্লোন ৱাঙাং অমসুং লোনচৎকীদমক অহল–লমন ওইবশিংনা মচা–মশুশিংদা থৌওইনা তাকপী তম্বীরম্মী।

চিনকুপলিঙৈ, মন্ত্র শোল্লিঙৈ, লূক হারিঙৈ, নয়ন য়াওনা চেপ্লিঙৈ, ময়াই কারিঙৈ, লমজেল থোল্লিঙৈ অমসুং লেংশিল্লিঙৈ শ্রীষুৎ খুরুম্বা হৌনদে, থৈদোকতুনা লৈগনি, মী অতৈদসু অদু মঙাই।

শ্রীযুক্তা ৱা হঙ্গৎপদা 'সনা নোংদম করি তমবিগদবনো'?
'স্না বুধি বিচার তৌবিয়ু' অসিগুম্বা ৱাহে শিজিন্নৌ।[৭১]

মথক্তা উৎলিবা অকোনবগী ৱাহে পরেংদা য়াওরিবা অসুম্না, মণিপুরীগী থৌগল্লোনগী ৱাহে মরাং কায়না লৈদুনসু হিন্দু ধর্ম্মদগী লৌবা থৌগল্লোন ৱাহেনা মহুৎ শিনবা মফম খরসু চৎনরকই:

| | | |
|---|---|---|
| সনা খুয়াখাদা | – | অঙ্গ শ্রীচরণদা |
| লূক হাবিরবরা | – | প্রসাদ ফংবিরবরা? |
| লৈদৌঙৈ লেঙবিগদবা | – | কৈদৌঙৈ যাত্রা তৌবীগদবা |
| চাইথবীবা য়ারে | – | স্নান তৌবিবা য়ারে |
| অমুক্তা থৌজানবীয়ু | – | অমুক্তা কৃপা তৌবিয়ু |
| মিং করি কৌবিবগে | – | নাম করি কৌবিবগে? |

৭১। পুখ্রম্বম পারিজাৎ, ভক্তি অঙ্গ' (ইম্ফাল, ১৯১৫), লাঃ ৩–১৬

৭। হিন্দু ধর্ম্মদগী লৌবা মীয়াম্না খঙনরবা মণিপুরী লোনগে কয়া হেক্সৎলকখিঃ

ধর্ম্ম, কর্ম, ফল, সেবা, উপায়, প্রেম, ভক্তি, ভক্ত, পূজা, কীর্ত্তন, সংকীর্ত্তন, রাজ, লীলা, বৈসনোব, (বৈষ্ণব), জৈগ (যজ্ঞ), সন্ধ্যা, গৌরি, জগৎ, বোন্ধু (বন্ধু), উসব, মেলা, ঐগ্যা (অজ্ঞ), সংস্কার, সিলোক (শ্লোক), নোৎ (নট), সংসার, মায়া, পাপ, পূণ্য, মঙ্গোল, আশিব্বাদ, ধাম, বার্ত্তোন, নিমন্ত্রণ, বালভুগ, দক্ষিনা, অসিনচিংবা।

অসিগুম্বা মপালদগী লৌশিনখিবা ৱাহৈশিং অসি অয়াম্বনা বানান অমসুং খোনথোককী অচুম্বা নিয়ম থোইনা থিরুদনা লমদম অসিগী হৈনবী মওংদা লৌশিনখিবনি।

৮। হিন্দুগী চহী অমসুং থা পাবা অমদি পাঞ্জিগী ওইবা ৱাহৈ কয়াসু মণিপুরীদা লৌশিনখিঃ

চন্দ্রাব্দ, শকাব্দ, খৃষ্টাব্দ, একাদশি, দ্বাদশি, তৃতিয়া, প্রতিবোৎ, পুর্ণিমা, গ্রহন, পঞ্চমী, শংক্রান্তি, শনি, রাহু, কেতু অমদি রাশি তরানিথোইগী মিং অসিনচিংবা।

৯। হিন্দুগী হরাউ কুমহৈগী ওইবা নুমিৎ কয়া চৎনরকই়ঃ

কালেন তৃতিয়া, রথ যাত্রা, ঝুলন যাত্রা, কৃষ্ণ জন্ম, ঠৌরাণী জন্ম (রাধাস্তমী), বামন জন্ম, মাহালায়া দুর্গা পূজা, হরি শয়ন, হরি উঠান, দিপান্নীতা, গোবর্ধন পূজা, ৱাকচিং সংক্রান্তী, শ্রীপঞ্চমী, দোলযাত্রা, অসিনচিংবা।

১০। হিন্দুগী ওইবা মশক হোংদবা ফ্রেজ কয়ামসু মণিপুরীদা খঙনরকই়ঃ

দিবা-নিশি, ত্রিসন্ধ্যা, প্রেমপত্র, প্রেমলীলা, রাশি-গুণ, হরি সংকীর্ত্তন, রাসলীলা, ধর্ম, কর্ম, সাধু, শঙ্গ, লঘু, গুরু, পাপ, পূণ্য, অতিথি সেবা, পরম ধর্ম, মহাবেরা, মহাভারি, শক্তি উপাই, উসব-মেলা, অসিনচিংবা।

১১। মণিপুরীগা চুংশিন্নদুনা শেম্বা অসিগুম্বা ফ্রেজ কয়ামসু চৎনরকখিঃ

সেবা সেবী, শঙ্গ-পঙ্গ, সেবা নুংবা, পূজা নুংজা, দশা লাংবন, দক্ষিনা নুংথিনা, পাত্রনুংত্র, ভারি-ভুরি, যেশা উপাই।

অসুম্না শেম্না নাউন ফ্রেজ খর মণিপুরী ৱাহৈনা মমাঙ থংবসু লৈঃ

লমচৎ ব্যবহার, লাই-গুরু, লাই সেবা, সনা চরণ, নুমিৎ মৈধ্যান, লাইগী বর, অসিনচিংবা।

১২। ধর্ম্ম অমসুং চৎনবীগী মতুংইন্না পূশিনখিবা, অসি মিংগী ওইবা ৱাহৈ (নাউন ৱর্দস) না নপূংনি। মিংগী ৱাহৈ নত্তবা অতৈ 'পার্টস ওফ স্পীচ' কী ৱাহৈশিংদি মণিপুরী লোনদা থোইনা চূপশিনবা উদে।[৭২]

অপুবা, ৱাহৈশিংনা ভার্ব ফ্রেজ শেম্না তারবসু মণিপুরী ইনফিনীতিফ অমমমগা চুৰশিন্নবা উইঃ

নাম শোনবা, যজ্ঞ কৎপা, লীলা তৌবা, ভেগ কৎপা, চন্দোন থিনবা, মন্ত্র শোনবা, যাদু তৌবা, দয়া তৌবা, মায়া তৌবা, ঝুৎ (ঝুথ) তৌবা, চক্র লংবা, ধ্যান তৌবা, অসিনচিংবা।

১৩। করিগুম্বদা অসিগুম্বা ভার্ব ফ্রেজ শেল্লিবা মণিপুরীগী ইনফিনিতিভ অদুনা সফিক্স ওইদুনা অপুবা নাউনবু ভার্ব ওইনা শীজিন্নবা ৱাহৈ খরসু তাওনা ফংই। খুদম ওইনা-

রাগ লৈবা - রাগিবা, লাগিবা,
শেল খরগী রাগিদুনা লৈথোকপদি ফত্তে।

কাম (থবক) ওইবা - কমাইবা,
গাড়ী মচাসিনদি কামাইবা য়ারোই।

জারি (হিঃ) তৌবা - জারিবা (চৎহনবা)
সরকারনা দিক্রী জারিখরে। নত্তগা মফমদু ধারা ১৪৪ জারিখরে।

মিলন ওইবা - মিলাইবা (তিন্নহনবা, উন্নহনবা)
হিদাক মকুপ অনীদু মিলাইনরগা থকউ।

৭২। মিলন নন্দলাল শর্ম্মা, মৈতৈলোন, (ইম্ফাল, ১৯৬৫), লাঃ ৬৫

অসুম্না, আন্দাজ মারিবা, নীংঙোম ভঙ্গিবা, থবক চলাইবা অসিনচিংবা য়ান্নবা ৱাহৈ খরসু চাওখৎলকখিবা উই।

১৪। অঙকপা, অপেনবা, অকিবা, অখংবা, খঙবনচিংবা ফোঙদোকপা (এক্সক্লেমেটরি) গী ৱাহৈ কয়াসু বাঙ্গলানচিংবদগী লৌদুনা শীজিন্নবগী চাং হেঙ্গৎলকখিঃ

অরে 'হরে হরে', 'হাই হাই', 'বা বা', 'বলিহারী'
ভালো 'সবাস', 'বস বস', অসিনচিংবা।

১৫। মথক্তা উৎখ্রিবা মপানগী ৱাহৈ শীজিন্নবগী অনৌবা মওংশিং অসি অয়াম্বনা কুনাশুবা শতাব্দী হৌরকপদগী চৎনরকপা ওইনা তৌই। মরমদি ফংলিবা মওংশিং অসিদা মমাঙগী অরিবা মতমগী লাইরিকশিংদা চৎনবা থোইনা উদে। শীজিন্নবগী মওংসু খেন্নে, প্রমান অমদা – দয়া থৌজালবিহৈবা, ক্ষমা ঙাকপিবা, গুণ মতীক্লবা, অসিনচিংবা অসি অনৌবা মতম চঙলকপদগীদি মথংশীংনা 'দয়া তৌবা', ক্ষমা তৌবা, গুণ লৈরবা, অসুম্না মতুংদা মণিপুরী ইনফিনীতিভ অমমম ইলহন্দুনা হান্নগী অর্থ হনবগুম্বগী মওংশিং অসি হোংদোক্লকপা উরকই।

১৬। মহৌশাগী ৱাহৈদগী মশক ওল্লবা (করপতেদ ৱার্দ), বাংলা, হিন্দী, আসামীনচিংবগী ৱাহৈ খরসু মণিপুরীদা মশক হোংনা চঙলকপগী খোঙ্গুল ফংইঃ

শ্রাদ্ধঃ সংস্কৃত, বাংলা–শ্রাদ্ধ, বাংলা খুন্নুংলোন–ছরাদ[৭৩]
'মণিপুরী–শোরাৎ'।

ব্রাহ্মণঃ 'সংস্কৃত – ব্রাহ্মণ' অরিবা আসামী – বামহন'
'অনৌবা আসামী – বামুন[৭৪], মণিপুরী 'বামোন'।

পুস্কারিনীঃ সং–পুস্কারনী, পুস্কিরিনী' অসা–পুখুরী 'মণিপুরী' পুখ্রী।[৭৫]

---

৭৩। S.K. Chatterjee, Origin and Development of Bengali Language, Vol. I, London (1970), p. 190.

৭৪। Dimbeswar Neog, The Origin and Growth of the Assamiya Language, Gauhati (1964), pp. 41-49

৭৫। ইবিদ, লাঃ ৭

উত্সবঃ সং–উত্সব, হিন্দী – উসব, 'মণি – উসোব।

করপত্রঃ সং – করপত্র, 'হি–করবট, 'মণি – কোরবাক'।[৭৬]

১৭। মণিপুরীগী খোনথোক চাওখৎলকপগী মতুংইন্না অনৌবা সনথিগী মশক কয়াসু থোক্লকই:

স্বর সনথি– ইমা + অহ → ইমাহল, ইম্মাল

মামা + অঃ → মামহল, মাম্মল

তাদা + অহ → তাধল

তাদা + ইবুংঙো → তাইবুংঙো, তাইঙো, তাম্মো।

চাউবা + অহল → চাউভল

ইনম্মা + ইবেম্মা→ ইনম্বেম্মা

অদু + অদগীদি → অদুদৈদি, অদৈদি

মদু + অদগীদি → মদুদৈদি, মদৈদি।

ব্যঞ্জন সন্থি– লৈনবা+ মফম+ অদু+ ফত্তবা – লৈফমদু ফত্তবা

ন+ ক – ঙ+ গ

শন+ কোন → শঙ্গোন

ন+ খ – ঙ+ গ

শন+ খোম → শঙ্গোম

শেন+ খাউ → শেনগাউ, শেঙ্গাউ।

স্বর + ল, গা স্বর+ র গা মান্নবা থৌদাং লৈ–

নিংথৌ+ লেন → নিংথৌরেল, লৈমা+ লেন → লৈমরেন

খ্বাই+ লাকপা → খ্বাইরাকপা

ঙা+ লাকপী → ঙারাকপী, য়েনবা+ লাবা → য়েনবারাবা।

---

৭৬। ভোলানাথ তিৱারী, হিন্দী ভাষা কা সংক্ষিপ্ত ইতিহাস (দিল্লী, ১৯৮১), লাঃ ২৪–৬৭–১১০)

১৮। মণিপুরীগী অরিবা ফ্রেজ খরগী শক্তম অনৌবা মতমদা মওং শেমদোকখিবা যাওইঃ

| অরিবা | | অনৌবা |
|---|---|---|
| যীকায় শেলকোইএ | – | ইকাই শঙ্গোই হাঙই |
| পাথৌ যীকাইব্রাকী | – | মকপকি ইকাইখাঙদগী, অসিনচিংবা। |

১৯। কণ্ডক্সসন্ অমসুং কণ্ডক্টিভ পার্টিসিপলগী অনৌবা শক্তম কযা চাওখৎলকপগী খূদম ফংই।

কণ্ডক্সসনশিং – সু, গসু, (অবিবদা 'সুং', গসুং), নে অমসুং অদুগা, অদুগসু, অমহীকসুং, অদুবু, তৌইগুম্বসুং, অসিমকপু, অদুমকপু, অসিদা, অদুদা অদুমক্তদা, অসিদবক্তা, অসিনচিংবা।[৭৭]

কণ্ডক্টিভ পার্টিসপলশিং – মবম অসিনা, মবম অদুনা, করিননো হায়ববু, মবমদি, অদুনত্তববদি, অদু নত্তগা, অদু নত্তবসু, অসুম ওইনমক, অদুম ওইনমক, অসুম ওইনমকপু, অদুম ওইনমকপু, অদুম্নদি ওইরগা, অদুম্নদি ওইরবদা[৭৮] অসিনচিংবা।❑

---

৭৭। Rev W Pettigrew Manipur (Meitei) Grammar with Illustrative Sentences, (Alahabad, 1912), The Manipur Research Society, Imphal pp 55-56

৭৮। ইবিদ

তরেৎশুবা পন্দুপ

# হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা চৎনরিবা লোন অমসুং অৱাংবা থাক্কী সাহিত্য ফোঙদোকপা ঙম্বা

**অনীশুবা লাঞ্জাওগী ইথিলঃ**

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী অকোনবা শরুক (হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য) অসি পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগী অনৌবা য়াওল অমা ওইনমুক চৎথরকখি। মরম অসিনা মসিগী অওনবা লাকখিবগী হৌফম ওইরিবা লাঞ্জাও মনুং অমসুং থংনবা মতুংগী মণিপুরী সমাজগী ফীভম হান্না নীংশিংহৌবা চুমগনি।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওনা চহী মঙারোম (খৃঃ ১৯৪২–১৯৪৬) মণিপুরদসু চৈথেং পীখি। লানমী ওইনা চঙলকখিবা য়ুরোপীয়নশিং আফ্রিকানশিং অমসুং জপানীজশিংনচিংবা এসিয়ানশিং, লাঞ্জেল্লকপা নোংপোকলোমদগী ভারতমচা কয়া কয়া মণিপুরীশিংনা শকখঙবা ঙমখিঃ

*Their route led them almost inevitably through Tamu to Imphal. As early as January (1945) they began arriving: Indian coalies, dock labourers from Rangoon household servants, and their women and children. Anglo-Indian and Anglo-Burmese refugees struggled along the tracks; British families who had been in oil and timber, even a few Italians and Swedes, were numbered in the throng... A regugee camp established just north of Imphal at Koirengei. Here they came in their hundreds.*[১]

---

১। Geoffrey Evans and Antony Brett-James; Imphal (London, 1962), Pp. 23-24

মণিপুরগী ইম্ফাল অমসুং খুঙ্গংগী মফম পুম্নমক্তা লানমীশিংনা শীনথুংনা শন্দোকতুনা লানথেংনরম্মিঃ

ইম্ফালগী য়ুম অহাঙবা পুম্নমক অসি সিপাহিনা থন্না থন্না লৈখ্রে। অদুদা নত্তনা মণিপুরগী চীং অকোয়বা সিপাহিনা পূময়োম য়োমখ্রবনি। মসিগী মতমদা পৃথিবীগী জাৎ পুম্নমক (মণিপুরদা) তিন্নখি।[২]

মণিপুরী লোনগৈদা মমিং লৈরমদবা বিজ্ঞানগী ওইবা খুৎশু-খুৎলাই অমসুং মেছিনগী পোৎলমশিংগী মমিংশিং এরোপ্লেন, বোম্বর, বস, ত্রক, তেঙক, বেলুন, রাইফল, জীপ, তেলিফোন, এতোম বোম, পিস্তোল অসিনচিংবা ৱাহৈ কয়া কয়া শকখঙলকখি। লাঞ্জাও অসিগী মতুংদগী ফিজেৎ-চাকচা, অকে-অমৌ, ললোন-ইত্তিক, ঠিকা, শান্ন-খোৎনবগী অনৌবা মখলশিং অমসুং মহৈ মশিংগী ওইবা অমদি লায়েংবগী হীরমশিং, লাইনা অমসুং হিদাকশিংগী মমিং লোয়শঙশিং অমসুং ফমশিংগী মমিংশিং অসিনচিংবা মরম কয়া কয়া মণিপুরদা চাওখৎলকই অমসুং ময়াম অসিগা মরী লৈনবা লোন কয়া চাওখৎলকখি লোয়ননা সাহিত্যগী লোনসু মশানা পাক চাউথোক্লকপা তাখি।

লাঞ্জাও মতুংদা অপূনবা ভারতকী ওইনা নীংতম্বা (খৃঃ ১৯৪৭) ফংলবা মতুংদগী নীংতন্নবা মণিপুরী প্রজাশিংনা মীখা পোনবা অমসুং লোইলম সাসনগী অকিবা অনম অহা কয়া লৈরম্বদু কোক্তুনা গণতন্ত্র সাসনগী অওনবা অমদা অসুম হৈনরকখি। রাজনীতি দল শেম্বা, নিংথৌ সাসন লৌথোক্লবা হোৎনবা, চীংমী-তম্মী, নুপা-নুপী খায়দনা মহৈ-মশিং তম্নবা হোৎনবা অসিনচিংবগী ঈহৌ ঈরাং কয়া হৌরকখি। অনৌবা য়াওল অসি সাহিত্য অমসুং কলাগী অরি-অনৌগী অপুনবা মনাৎ পুম্নমক্তা মমি তাখিবা ঙাক্তনি।

লান মমাঙগী সাহিত্যদা ধর্ম্ম, নুংশি-নুংওন, মহৌশাগী ফজবা,অচুম্বা অমসুং থৌনানচিংবা ফিদম উৎপা খৃৎই চৎনরম্বা অদুগী মহুত্তা মতুং অসিদদি হকথেংনরিবা পুনসিগী অশেংবা মশক অদু উৎননবা খৃৎই অমসুং খৃৎফোংদোক কয়া পান্নবা হৌরকখি। লোয়ননা পৃথিবীগী মশক নাইবা লোনশিং (হিন্দী, ইংরাজী,

---

২। মুতুম ঝুলোন সিংহ, বিজয় পন্চালী, (ইম্ফাল), লাঃ ১৬৯

আরবী, অমসুং উর্দুনচিংব) গী ব্রাহে কয়া মণিপুরী লোনগৈদা চঙলকখি। লোনগৈশিং অসিগী মরী লৈনবা খূদম কয়া লোনগী অহোংবা নৈনবা শরুক্তা থমজরি। থেঙথরক থেঙথরকপগী মতুংইন্না লোনয়ানগী ঈহৌসু হেনগৎলকখি।

**মণিপুরী সাহিত্যগা কাঙলুপ খায়দোকপাঃ**

মণিপুরী সাহিহ্ত্যদা শৈরেং, ৱারেং, ড্রামা, উপন্যাস, ৱারী মচাগী কাঙলুপ কয়াবু মওং তানা শেমগৎলকখি। মমাঙগী সাহিত্যগী খূৎশেম খুদিংমক্তা বাঙ্গলা ইথিল ঈরোয় লোয়নরম্বদু থাদোক্কুনা নোংচুপলোমগী চাওখৎলবা সাহিত্যগী চৎনরকপা খূৎশেম কয়া লৌদুনা অনৌবা সাহিত্যগী শক্তম অমা শাগৎলকই। হিন্দু ধর্ম্মগী সাহিত্যগী ওইবা হীরম কয়াদসু য়েৎশিন্নদনা মচা তানা শেম্বা হৌরকই। অসুম্না চাওখৎলকপা হৌজিক ফংলিবা মণিপুরী সাহিত্যগী অপুনবা শক্তম অসি কাঙলুপ অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াইঃ

ক) নোংচুপলোমগী অনৌবা য়াওলগী তুংইনবা সাহিত্যগী খূৎশেম অমসুং লোন

খ) হিন্দু ধর্ম্মগী ওইবা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলাগা মরী লৈনবা সাহিত্যগী খূৎশেম অমসুং লোন

গ) কংলৈরোল অমসুং লোক সাহিত্যগী তুংইনবা খূৎশেম অমসুং লোন

কাঙলুপশিং অসি মথং মনাউ নাইনা খুদমগা লোয়ননা নৈনরি।

ক) নোংচুপলোমগী অনৌবা য়াওলগী তুংইনবা সাহিত্যগী খূৎশেম অমসুং লোন

কাঙলুপ অসিনা হৌজিক্কী মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী খ্বাইদগী মপূং ওইবা শরুক্তি। নীলকান্ত (অচাইবা লৈ, চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি), লাইশ্রম সমরেন্দ্র (ৱা মত্তা হায়গে তেলঙ্গা, মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে), রজনীকান্ত (মরুপ অনী, চীংয়া তময়া য়ুমগী মৌনচিংবা), গুণ (লমন, খুদোল, ঐখোয়গী তাদ, অরোইবা পাউদম, ফীজং মরুমদা), বিনোদিনী (নুঙ্গাইরক্তা চন্দ্রমুখী, অশংবা নোংজাবী, বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী), গীতচন্দ্র তোংব্রা (মণি মমৌ, হিংমিন্নবা,

মেট্রিক পাস, অনী থোক্লা চিংখাইয়ে, হন্দোকপা – মেকবেথ, হেমলেট, ওথেল্লো, অমসুং লাই ফদিবী অমগী য়ূম অসিনচিংবা), রামচরণ (লাইবক চাওবী, লাইবক, নিংঙোল নচিংবা)। অরাম্বম সমরেন্দ্র (দশা, করবার, জজ্জ সাহেবকী ইমুং নচিংবা), অথোকপম তোমচৌ (নুংশিবা থিবা, ছুটি, বস স্তোপ নচিংবা), শ্রীবীরেন (হল্লকপা, লৈচিল্লক্কী থাজ, তোল্লবা শাদুগী রাখল, মপাল নাইদবসিদা ঐ), রাজকুমার মধুবীর (মচু মচুগী অতিয়া, কায়রবা মূর্ত্তি উরগা), দীনমণি (থক্লবী, মোরাম্বী অঙাওবী, পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা, খ্বাইরাকপম চাউবা অসিনচিংবা), কুঞ্জমোহন (ইলিশা অমগী মহাও, চেনখিদরবা ঈচেল), প্রকাশ (ইচেগী শম, মঙগী ঈশৈ), লমাবম বীরমণি (পিকনিক পিকনিক, চেক্লা পাইখ্রবদা), কাঙজম পদ্মকুমার (সনধ্যাগী ঈশৈ), শরৎ অরাম্বম (মতম অমগী রারী), তোকপম ইবোমচাগী (মোনালিসা, মোংফম), পাচা (হয়াদ বেগম, না তাথিবা অহল অমা, ইম্ফাল অমসুং মাগী ইশিং নুংশিৎকী ফীভম), থাংজম ইবোপিশক্কী (অপাইবা থবায়)। থিয়াম ইবোহল (রেখা), অমসুং য়ুমলেম্বম ইবোমচা (শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নাহুম পোঞ্জেল শাবিগে অসিনচিংবা), কবি, উপন্যাসকার, নাট্যকার অমসুং রারীমচা ইবশিংনি।

মথক্তা পনখ্রিবা অইবশিং অসিনা মখোয়গী সাহিত্যগী খুৎশেমশিংদা শীজিন্নবা লোনগী চাউরাকপা শক্তম খর খনগত্তুনা মখাদা উৎলিঃ

**শৈরেংশিংদা ফংবা লোনগী শক্তম খরাঃ**

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা ওইরকখিবা মণিপুর সমাজগী ঈহৌ, ঈরাং অমসুং মদুবু ফোঙদোকপা য়ানশিন্নবা রাহেগী শক্তম কয়া নীলকান্তগী শৈরেংদা উবা ফংই।

অদুবু মণিপুর অতিয়াদদি অমকপা, য়েংথিনবা থম্মোইদগী থোরকপা লোইবা নাইদ্রবা চৈনবা খোল্লাউ অমুবা অরংবা প্রোপগণ্ডা, কংগ্রেস, সোস্যলিস্ত, কম্যুনীস্ত, প্রজা শান্তি, হিংসা, অহিংসা, রাজ সিংহাসন।[৩]

অইবশিংগী লোন অমসুং মিৎয়েং পাক চাউথোরকই। নীলকান্তগী শৈরেংশিংদা কোয়রি, উনরি – অটলান্তিক মহাসাগর, এশিয়া, আফ্রিকা, রশিয়া,

৩। এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি, ইম্ফাল (১৯৭১), লাঃ ৭

ত্রোয়গী হেলেন, দুষ্যন্তগী সভাদা শকুন্তলা, ব্রজগী মধুকরশ্যাম, কিয়াম্বা নিংথৌগী সভাদা লাঙ্গোল লুখোই, – পার্টি পোলিটিক্স, এতোম বোম, নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখি, অসিনচিংবা।

সমরেন্দ্রগী 'রহমত' শৈরেংদা উরি – আফগানিস্থানগী চীং লৈবাক, আরবকী আলিবাবা, কাবুলগী কৈথেল অমসুং তুর্কিস্থানগী শগোল তোংবা লানমীশিং অসিনচিংবা। মহাক্কী শৈরেংগী লাইরিক ''ব্রা'' অমত্তা হায়গে তেলঙ্গা' অহানবা ওইনা ইংরেজীনা মিংথোনবা শৈরেং 'মিড সমর ভেকেসন নাইটস ড্রিম' কৌবা য়াওরকই। শৈরেং অসিমক্কী মনুংদসু ইংরেজী ব্রাহে য়াম্না থেংনৈ। মওং অসুম্না লান মমাঙগী সাহিত্যদগী হৌজিক্কীনা হেনবা লোনগী শক্তমদি, ইংরেজী ব্রাহৈশিং থেৎচিন্নরকপগা লোয়ননা হিন্দুস্থানী ইংরেজী অমসুং মণিপুরী পুনশিনবা ফ্রেজ কয়া শীজিন্নবসিনি।

সমরেন্দ্রগী খুৎইদা–

মখুৎ থাঙ্গৎতুনা ব্রাশকই লমজাওদা
শেত্তুনা লৌগনি গান্ট ইন এইদ
ফাইনেনসিয়েল ইয়ার লোইদ্রিঙৈদা।
অয়ুক নুপা অনী লাকই স্কুল কোনভর্সনগী।
জিন্সগী ব্রারী তাবদা
য়ুমগী য়াওলেন য়েংখৎচৈ
পুকচেল তপ্পবী য়াইমবী।[৪] (ওইনাম মোহন)

শ্রীবীরেনগী খুৎইদা–

ঙসিদি তিন্নদ্রে পুক্কি
উমেশ হোটেলগী
কপ প্লেট মরক্তা
নুংতি নুংতিগী
মুন্নরি

৪। লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ, ব্রা'মত্ত হায়গে তেলঙ্গা, ইম্ফালই (১৯৬২)ই লাঃ ২৭

থবাই
ঐগী পুন্সিগী দিফিনিশন অনীগা।[৫] (অপুন্বা পেঙবা)

হেন্না সিম্বোলিক ওইরকপা শৈরেংশিংদা লোনগী খোঙচৎ লুশিল্লকই চুন্নগী। বাহৈগী অতাবি অর্থদনা চৎনবা য়াররক্তে, নুংগী অর্থ খঙবনা হেন্না মরু ওইরকইঃ

মধুবীরগী খুৎইদা–
পুল্লপ পুল্লপ মকোক চুংশিন্নে
উনরগা মখুৎকাসু শোকনৈ
শোরোক লমজাওদা
চরুগী মী ময়াম।[৬] (চরুগী মী)

তাইবংবু অকিবা মঙ হাগুন্না উৎপা (সরেয়লিজম) গী খুৎফোঙদোক্তা চৎনরকপা অনৌবা শৈরেং খরদা লোন অমসুং নুংগী অর্থ থোইদোক্না লুরকই। লোন্দগী ফোঙদোকপগী অর্থনা হেন্না হকচিল্লকইঃ

ইবোপিশক্কী খুৎইদা–

অসোমদা
কনাসু হন্না য়েংলমদে তুমীৎফাও তুবৎ পাইরমদে
কেল্লবা মকোক লৈমায়থক্তা তারমই।
অথাপ্পদা কাঙ্লিপুরগী কোনুং অমনবা
মুশুক মুশিন্না উরমই
লৈচিন অবাউবা মরক্তা।[৭] (নীংখায়রবা মূর্ত্তি)

**বারেংদা ফংবা য়ানশিন্নবা বাহৈশিংঃ**

অনৌবা মতমগী মণিপুরী লোনদা বাঙ্গলা, হিন্দী অমসুং ইংরেজীনচিংবা মপালগী বাহৈ কয়া য়ানশিনবগী চাং অসি অইবা মী মীদুগী মতুংইল্লবসু মণিপুরীদা

৫। শ্রীবীরেন, তোলবা শাদুগী বাখল, ইম্ফাল (১৯৭০), লাঃ ৩১
৬। আর, কে, মধুবীর সিংহ, কায়রবা মূর্ত্তি উরগা, (১৯৬৯), লাঃ ৯
৭। থাংজম ইবোপিশক সিংহ, অপাইবা থবায়, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল (১৯৬৯), লাঃ ৫

মমিং লৈত্রিবা অনৌবা পোৎ-চৈগী অমসুং হীরম কয়াগী মিংশিংগী মতাঙদদি মপান্দগী চঙলক্লিবা পোত্তুগা কোন্নরকপা মিং নত্তবদি শীজিন্নবদা খুৎলোয়দবা য়াম্না লৈরি। অদুম ওইনমক য়ানশিনবগী হৈনবী অসি হেনমন্না থোকপা ৱাহৈ পরেং কয়া অনৌবা ৱারেংশিংদা তোয়না ফংই঳

থিয়েটর সেন্তরনা এন্নুয়েল কম্পিটিশন শীনবিবা, অফবা লীলা খনবিরগা, পার্টি পুম্নমক্তগী এক্তর এক্ত্রেস খনবিরগা, চহীদা শো ১/২দং সিনেমা শোশিংগা কম্পিটিশন তৌবা য়াবা ওল ইণ্ডিয়া লেভেলদা উৎনবা য়াবা প্লেজ প্রোদ্যুস তৌবিবা ফৈ।[৮]

**অতোপ্পা খুদম অমনা-**

গীতচন্দ্রগী ড্রামাদি অনোকপগী প্লেনি। নায়ক নায়িকা অয়াম্বা আইডিয়ানা মূর্ত্তি পান্দুনা থোরকপনি। মসিনা প্রোপগণ্ডাগী শরূক খর য়াওই। মহাক্কী মিৎয়েংদা ভাবকপু শুমহৎপা পোৎশক অমত্তংদি ৱাৎলি। অকনবা সহানুভূতি সিম্পেথি। মিৎকী পিগা লোয়ননা সহানুভূতি চাক্লবা থম্মোইগা কোন্নবা সহানুভূতি দর্দভরা সঙ্গীত।[৯]

মথক্কী ৱারেং মতেক অনী অসিদা অহানবগী অসিদা ইংরেজী ৱাহৈ কয়ামরুম য়াওবা অমসুং অকোনবগী অসিদনা ইংরেজী, বাঙ্গলা অমদি হিন্দী ৱাহৈ কয়ামরুম য়ানশিনবা থেংনরি।

অসুম্না ড্রামা, উপন্যাস অমসুং ৱারী মচাগী পোৎথোক য়ামখৎলকপগী মতুংইন্না কাঙলুপ অসিগী তোঙান তোঙানবা মীশক (চরিত্র)শিংগী মখল মথেল লোনগী শক্তম শীজিন্নবা তারকই - খুদম ওইনা ইংরেজী পাম্বা চরিত্র খরগী ৱাঙাঙদা নুংঙাইবা, অশাউবা, অৱাবা, থৌনা পীবা অমসুং মরৈ য়েৎনবনচিংবদা থোইদোক্লা ইংরেজী ৱাহৈ থেৎপগী চৎনবী অমা ওইরকই। অইবশিংনা হুকথেংনরিবা সমাজগী লোনচৎকী মমি উৎপনি।

৮। জি. সি, তোংব্রা, 'হৃজিককালদা লীলা অমদি ভাবোক' মণিপুরী থিয়েটর ই. নীলকান্ত সিংহ (সম্পা.), ইম্ফাল, (১৯৬৮), লাঃ ৩০

৯। ই. নীলকান্ত সিংহ, অচাইবা লৈ, ইম্ফাল, (১৯৬৭), লাঃ ৩০

ড্রামাদগী খুদম খরঃ

মোহন - আই সে, গেট আউট,
নো রাইট নংবু ইরাই লাইনা থাদোকলোই ...
য়েস দেত ইজ রাইট, বট রাধাগী ক্লাস মেট
আই মিন রাধাগী মরুপ নতোমতরা? ওনলি য়ু
অতে লৈত্রবরা?[১০]

অপেনবা ফোঙদোকপদা থেৎনরি-

ফুলোবাবু- বেল, ভেরি গুদ। মদুগী প্রোপোজেন অমা নুপীমচা
অসিগী মপাবুংদা পীখ্রবনি। অদুগা খঙননবা এরেঞ্জ
তৌবা তাইদনা। ডেটস ভ্যেরি সাউণ্ড রিজন। আই
একসেপ্ট ইট আই থিঙ্ক ইন ইউকে-অদুম তৌই
নত্র?[১১]

মখল মথেল কয়াগী চাংয়েং তৌদুনা ড্রামা ইবা গীতচন্দ্র তোংব্রাগী 'তপ্তা' 'চেঙনী খুজাই', 'কবুই কৈওইবা' অমসুং শ্রীবীরেনগী 'খোঙচৎ', 'হল্লকপা', অসিনচিংবদা সিম্বোল অমসুং এবসর্দকী চাংয়েং তৌদুনা পুথোরকপা লীলা কয়াদা শীজিন্নরিবা লোন মীৎশিং নাশিংনা খঙদবা য়ারক্তে। সিম্বোলিক ওইবা লীলাগী মমিংশিং অমসুং মসিদা শীজিন্নরিবা প্রমান পানথৈ কয়াগী অর্থ, ব্রাহ্মেগী মশানা তাজবা অচম্বা অর্থনা চৎনরক্তে।

গীতচন্দ্রগী 'তপ্তা' গী সিম্বোল ওইবা খুদম অম'নিদং অসুম্না উৎলিঃ

থেঙ্গুনা থেবগ, শনগাড়ীগা টাটাগাড়ীগা টটাগাড়ীদি ইঞ্জিন্দ নত্তুগাপার্ট মচা অমদা বেরা হেক লৈবগা লেপ্তুনা লৈহৌনি।... পুন্সিনা অসুম অসুম তেনসিল্লক তপ্তানা তানবা ফংখিগদ্রা হায়বগি কিবদুনি খ্বাইদৈ লুরিবদি।[১২]

---

১০। এম, রামচরণ সিংহ, লাইবক চাউবী, (১৯৫৩), লাঃ ২১
১১। অরাম্বম সমরেন্দ্র সিংহ, জজ্জ সাহেবকী ইমুং (ইম্ফাল, ১৯৭৩), লাঃ ১৭
১২। জি. সি. তোংব্রা, তপ্তা (ইম্ফাল, ১৯৮২), লাঃ ৮৩

তোমচৌগী খুৎইদাঃ

> আঃ ঐখোয় মীওইবগী দশাদি মী ওইবা লেপখিবা অসিনি। ঐখোয় মতম পূম্নমক্তা মীওইবগী মগুণ মাঙথরকপগী খুদোংথীবগী চৈরক্তা হিংলি। অদুবু মরুপশা, চাবি লৈখভুনা হিংখো। নঙসু ঐসু বস-ষ্টোপসিদা বস ঙাইরিবনি লাক্কদ্রা লাইওইদ্রা, ওইগদ্রা ওইরোইদ্রা মসিদা হিংনবা ঙাক্লি।[১৩]

শ্রীবীরেনগী খুৎইদাঃ

> নো, নো, হোটেলসিদি ঐখোয়গুম্বগীতগীনি। চাং নাইনা থক্লবা, চঙলক্লবা, হোটেলসিগী মনম, হোটেলসিগী মঙাল, হোটেলগী কপ প্লেট, গিলাস, টেবল পূম্নমক হৈনরবা মী ঙাক্তনি।[১৪]

উপন্যাস – লান মতুংদগী মখা তানা ফোঙনরকপা অনৌবা মণিপুরী উপন্যাসশিংগী লোনগী খোঙচৎতসু সংস্কৃত, বাঙ্গলা, হিন্দী অমসুং ইংরেজীনচিংবগী মপালগী ৱাহৈ কয়া থেৎচিনবগী চৎনবী লৈরকই।

গুণগী খূৎইদাঃ

> কলিকতা হেক য়ৌরকপগা প্রিন্‌সিপাল সাহেবকী মফমদা ঐগী অৱাবা খুদোংথীবগী ৱারী তম্লবদা ঐগী দোষ ঙাকপিরে। অমুক প্রি-রেজিষ্ট্রেশন কোর্শ য়াওদ্রবসু রেকোর্ডনচিংবা য়েংবিরগা বিশ্ববিদ্যালয়দা সার্টিফিকেট পীননবগী ইবিগনি। তাকপিরে। চিঙৈনা ঐহাক হয়েং ত্রেন্দগী বীরভুম য়ৌরক্কনি হায়বগী টেলিগ্রাম তৌখ্রে।[১৫]

পাচাগী চরিত্রশিংগী ৱাঙাঙ পাউদমদা মনীং তম্লা মপালগী ৱাহৈ কয়া থেৎচিনবা উইঃ

---

১৩। এ. তোমচৌ, বস ষ্টোপ, ইম্ফাল (১৯৭৩), লাঃ ১০
১৪। শ্রীবীরেন, হলকপা, ইম্ফাল, (১৯৭৩), লাঃ ১০
১৫। হিজম গুণ সিংহ, খূদোল, ২শুবা ফোঙবা, ইম্ফাল (১৯৬৮), লাঃ ৩১১

গীতানা লাওরি ক্রোধ হইতে ... বুধি নাশ .... 'হোলী প্রেস অবার হোলী প্রেস মণিপুর প্রীয়লতা মণিপুরগী পোলিটিক্স...?... তোকউ, কদায় য়ুদু হৈয়ু' – মেনেজর।[১৬]

বিনোদিনীগী খূৎইদা মতাং মতাংগী ওইনা ইংরেজী ৱাহৈ পরেং কয়া শীজিন্নরিঃ

নুপীদুনা লৈকোন্দা পুশিল্লগা লৈশক খঙনবা মেক্সুয়েন্দ তাকই, "This is cymbidum micolasianum and this is paphio-paditum venustum..." মখা তানা মানা হায়, "Vanda from Manipur I am sure you know it."[১৭]

মথক্তা উৎখ্রিবা খুদমশিং অসিদা য়াওরিবা মপালগী ৱাহৈশিং অসিদা মিং খঙনবা (নাউন)গী ওইবা ৱাহৈশিং অসিগুম্বা কয়া মণিপুরীদা মহুৎ শিন্দোকপগী খূৎলোয়বা ৱাহৈ লৈত্রিবা মরম্মা মপালগী মিংগী ৱাহৈ কয়া অদুম শীজিন্নরি।

অসুম্মা ৱারী পুরিবা মীওই (চরিত্র) শিং অদুগী তোঙান তোঙানবা লমচৎকী মতুংইন্না মখোয়গী ৱাঙাঙদা মপালগী ৱাহৈ কয়া থেৎচিল্লি। অইবা মশা মশাগী ওইনা ফোঙদোকপা মতাংদসু য়ানশিনবা ৱাহৈ কয়া য়াওরি।

ৱারীমচা – হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী লনগৈ ফনা মরাং কায়না লৈরে। মণিপুরী ৱারীমচাগী ঈহৌ অমা হৌদোকখিবদি রাজকুমার শীতলজিৎনী। মহাক্কী 'লৈকোন্নুংদা' অমসুং 'লৈনুংশি' মাঙজিনথংবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিংনি। লান মতুংদা ফীভম শোকথরক্লবা ধর্ম্মগী অমসুং সমাজগী চৎনবী কয়াগী মশক উৎপা ৱারীমচাশিংনা মপূংনি। মতুং তারকপা শীংথাবা য়াবা অইবশিংদি – রজনীকান্ত, গুণ, নীলবীর, কুঞ্জমোহন, বিনোদিনী, প্রকাশ, শ্রীবীরেন, দীনমণি, বীরমণিনচিংবনি। অইবশিংনা থেংনরকপা থৌদোক ৱাথোক কয়া চরিত্রশিংনা ফোঙদোকহল্লি, মফম, মতম, ইরৈপাক, মীরৈবাক্কী ৱারী শীংবুল কয়া অদুগা লোয়ননা লোনগী ঈহৌসু চাওখৎলকই।

---

১৬। পাচা, ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিৎকী ফীভম (১৯৭০), লাঃ ৪৬–৫২

১৭। মহারাজকুমারী নিনোদিনী, বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী, ১বা ফোঙবা, ইম্ফাল (১৯৭৯), লাঃ ২১০

মৈতৈলোন্দা, হিন্দী অমসুং ইংরেজী পূন্না থেৎলিবা ৱাঙাংগী চৎনবী কনাগুম্বগী চরিত্রশিংনা ফোঙদোকহল্লিঃ

মেডিকেল এণ্ড হেলথ মন্ত্রিনা পো ওইনা শীনবা য়াবা, ইলেক্সণ মন্ত্রি, সেবা, কার, ফীরাল থেৎপা, সভাপতি, চীফ গেষ্ট, ভাষণ, ডাক্তর 'মীনাই হ্য সেবা', করিগী সেবা', তোলেপকী তৌবা সেবা', ৱাজনীতিদি শেলগী ৱাখলবিদে।[১৮]

খুল্লক্কী লাইরিক কয়া হৈফাত্তবা মীওইশিংগী ৱারী ৱাতাই শক্তম উৎপদা, থোইদোক্লা শেলগুম্বা মশীং থীবদা ইংরেজী ৱাহৈ থেৎপা অইবনা উৎলি-

ফরে মদুনা চোইনা থাবগী ওইজরবসু পূন্না থাবগীদা পার হেডতা, অমমমদা পৈশা ৫০/৫০ শোল তৌরবদি কয়া য়াম্মনো য়েংউদো ৫০/৫০ দু ৫০০, লুপা টু হন্দ্রেত ফেফতিঃ নোংমদা ২৫০/২৫০।[১৯]

খুঙ্গংগী অচম্বা য়ুমগী অহল অমগী ৱাঙাংদসু য়ানশিন্নবা ফ্রেজ কয়া য়াওবা উরিঃ

ইচানুপা অদো মেট্রিক উচিন নাচিন্না লানথোকখরে।... হাকুম ডি, এম, কোলেজদা তম্বনি 'অদুবু টেস পরিখাদা নম্বর খর ৱাৎলি হায়বরা করিনো হাকুম অদো লৈহৌরে। কুমসিদি ওঝাখোয়গী কোলেজদা তমহনজবনি। ননাই অদো হন্দক টেস পরিখাসু য়াওজখিবনি।[২০]

শিনফমগী ওইবা মিং কয়াদা ইংরেজী ৱাহৈ শীজিন্নবা তারিঃ

মতম খরগী তুংদা হিংবদা মতেং পাংবা লম্বী অমসু ফংলে। মহাক্কী মাম্মনা শিন্দুনা সরকারগী ড্রামা অমসুং ঈশৈগী ডিপার্টমেন্টতা ক্যেজিউঅল আর্টিস অমা ওইনা চংলে।[২১]

**হিন্দু ধর্ম্মগী ওইবা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলাগা মরী লৈনবা সাহিত্যগী খুৎশেম অমসুং লোনঃ**

---

১৮। এলাংবম দীনমণি সিংহ, <u>পিস্তোল অমা কুন্দালৈ অমা</u> (১৯৮১), লাঃ ৬৯

১৯। ইবিদ, লাঃ ৯১

২০। নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ, <u>ইলিশা অমগী মহাও</u>, ইম্ফাল, (১৯৭৩), লাঃ ১৪

২১। লমাবম বীরমণি, <u>চেক্লা পাইশ্রবদা</u>, ইম্ফাল (১৯৮১), লাঃ ৭৭

বেদ শাস্ত্র অমসুং পুরাণদা য়ুম্ফম ওইদুনা ইবশিংদি সংস্কৃত, বাঙ্গলা অমসুং হিন্দী নীংথিনা হৈবা মীওইশিংগী খুৎই ওইনা তৌই। মখল অসিগীদা শীংথাবা য়াবা অইবশিংদি – মঙ্গি–মণি (বিজয় পন্চালী হন্দোকপা), মুতুম ঝুলোন (বিজয় পন্চালী, সাহিত্য ইতিহাস), অতোম্বাপু শর্ম্ম (মণিপুর প্রতিভা, পাখংবা, ঋগবেদ হন্দোকপা, অসিনচিংবা), দ্বিজমণি দেব শর্ম্ম (অলংকার শাস্ত্র, মণিপুরী ব্যাকরণ), কলাচাঁন্দ শাস্ত্রী (বাসুদেব মহাকাব্য, শৈরেং লৈতেং, মণিপুরী ব্যাকরণ কৌমুদী, গীতা অমসুং মহাভারতকী খণ্ডশিং হন্দোকপা), সুরেন্দ্রজিৎ (ছন্দ বিনা), গোকুল শাস্ত্রী (সাহিত্য মিংশেল), সুরচান্দ শর্ম্ম (সঙ্গীত সংহার, সংগ্রহ, উজবনা নীলমণি, অসিনচিংবা), অয়েকপম স্যামসুন্দর (বঙ্কীম অমসুং শরৎচন্দ্রগী বাঙ্গলা উপন্যাসশিং হন্দোকপা), শীতলজিৎ (বৈষ্ণব পদাবলী, নরোত্তমদাসকী লালসা), অমসুং ব্রজবিহারী শর্ম্মা (সংস্কৃত ব্যাকরণ, মেঘদুত, অভিজ্ঞন শকুন্তলম, হন্দোকপা),অসিনচিংবা পনবা য়াই। মাইকৈ অসোমদা অইবশিং অসিনা মণিপুরী সাহিত্যবু ভারতকী সাহিত্যগা মরী থম্নবা হোৎনৈ। হায়বা য়াই।

অইবশিং অসিনা বেদ পুরাণগী ওইবা লাইরিক কয়া মণিপুরীদা হন্দোকপগা লোয়ননা মণিপুরী জাতি অমসুং লোনগী মৈহৌরোন হিন্দুগী মায়কৈদগীনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা উৎলি। সংস্কৃত ব্যাকরণদা য়ুম্ফম ওইবা মণিপুরী ব্যাকরণ কয়া পুথোক্লকই। সাহিত্য মীমাংসা, সাহিত্য দর্পন অমসুং দর্শন্নচিংবদগী শেন্না কাব্য অমসুং অলংকারগী নিয়ম কয়া মণিপুরীদা লাইরিক পুথোকপিদুনা মণিপুরী পরিং পথাপ কয়া হৌদোক্লকখি। সংস্কৃত ড্রামা অমসুং বাঙ্গলাগী উপন্যাস, শৈরেংনচিংবা কয়া মশীং নাইদনা হন্দোক্লুনা মণিপুরী সাহিত্যদা দান তৌরকই। গৌড়ীয় ধর্ম্মগা মরী লৈনবা সাহিত্যগী মচল কয়াসু লোন অসিদা হন্দোরকই। পূং, ঈশৈ অমসুং ৱারী, লাইরিক তৌরিবা মীওইশিংসু ৱারী, লাইরিক, পূং, জগোই, ঈশৈ অমসুং নাটকনচিংবগী লাইরিক কয়া সাহিত্যগী খুদোল শেমদুনা পুথোক্লরকখি। নিংথৌজম হরিদাস সিংহগী 'মণিপুরদা লীনরিবা ৱারীগী মহাভারত (১৯৭৬), সুরচান্দ শর্ম্মাগী 'জগোই রাস', থানিল সিংহগী 'খোমজিল্লবা মৈতৈ পূং তাঞ্জাও (১৯৮১), অংসুং থম্বাল শর্ম্মাগী 'নাট্যদা চঙবা মচাক' অসিনচিংবা পনবা য়াই।

হীরমশিং অসিদা শীজিন্নবা ৱাহৈ কয়ামরুম মণিপুরী লোনগী অপূনবা লোনগৈদা মফম কন্দবা নত্তে। অসিগুম্না ৱাহৈশিং অসি অয়াম্বনা মণিপুরী ওইরবা

মহুৎ শিন্দোকপদা খুৎলোয়দনা থোক্লবা সংস্কৃত নত্রগা বাঙ্গলাগী ওইবা ৱাহেশিংনি।

খুদম ওইবা ৱাহে পরেং খর লৌখৎলবদাঃ

> রাসলীলাদা নিপা পালা হায়বসি নটপালাগী সঙ্কীর্ত্তন রাস হৌদ্রিঙৈদা শক্লে। মসি ইহান হান্না হৌদোকখিবসু ভাগ্যচন্দ্রনা কৎখিবা মহারাস অদুদগীনি। ... গোবিন্দ নিরূপণ তৌবগা রাসগা লোয়ননা নিপা পালা সঙ্কীর্ত্তনসী হিয়াঙ্গেগী শুক্লা একাদশীদগী পূর্ণিমা ফাওবা নুমিৎ মণ্ডানি চুপ্পা কৎখি। মতমসিদগী নিপা পালা, নট পালা হায়না কৌথিবনী হায়নৈ।[২২]

অসুম্না হিন্দু ধর্ম্মগা মরী লৈনবা হীরমশিংসিদা – রস, রাগ, তাল, কর্তাল, রাস, লীলা, নট অমসুং সঙ্কীর্ত্তন অসিনচিংবা ৱাহে কয়ামরুম মণিপুরী লোনগৈদা লেঙদনা লৈরি। ধর্ম্মগী ওইবা অহৈবশিং অমসুং পণ্ডিতশিং অসিনা বৈষ্ণব সাহিত্যবু মনুং হুপ্পিন্না খঙবা মরম্না মখোয়গী খুৎফোংদোক্তা মৈতৈলোনগা য়াম্না নীংথিনা চুশিন্নহনবা ঙম্মি। খুদম ওইনা নৈনবা শব্দক অমত্তং পল্লবদা, লোন অমগী অনুপ্রাসকী ফজবা শৈরেংগী শক্তম কায়হন্দনা অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপা হায়বসি অরায়বা নত্তে, লোয়ননা লোন অনী অদুগী চুশিন্নবা মরী অমসু লৈনদবা য়াদে। অসুম্না বাঙ্গলা লোনগা মতম শাংনা লোয়নরকপগী মহে ওইনা 'মেঘনাদ বধ কাব্য' (মাইকেলগী) বু প্রতিভা লৈরবা মণিপুরী কবি নবদ্বীপচন্দ্রনা ফজবা অদু মাঙহনবা তৌদনা অসুমনা হন্দোকই। পরেং অমত্তং লৌরবদাঃ

> "মৃতঞ্জয় যথা মৃত্যঞ্জয় উমাপতি"

হায়বসিদা শীজিন্নরিবা 'মৃত্যঞ্জয় অমনা অশিববু জয় তৌরবা শিব নাইদ্রবগী অর্থনি, অমনা মহাদেব মশামক্কী মমিংনি। মসিগী মপূংওইবা পন (Pun) অমসুং অনুপ্রাস অসি কায়হন্দনা কবিনা মণিপুরীদা হন্দেক্লম্মী–

> "শিব কোকপ্রে তাইবংদা শিব কোকপা শিবগুম"[২৩]

---

২২। রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহ (অনু.), রাসলীলা, ইস্কোন মণিপুর, ইম্ফাল, লাঃ।

২৩। হবাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ (অনু.), মেঘনাদ তুবা কাব্য, ইম্ফাল, ১৯৬৫, লাঃ২

মফম চানা সংস্কৃত ৱাহৈ থেৎপগী ফজবা লৈ, 'অভিজ্ঞান শকুন্তলম' দা হে ঋষিকুমার

কৃষ্ণসর্প মচান চন্দন পাম্বীবু চেম্থহনবগুম
আশ্রমগী অকায়বা লমচৎনা, সত্বগুণন লৈতেংবা
ইন্দ্রিয়া খুদুম চল্লবা – অপোকপা ঋষিবু নহাক্কী
চেম্থহল্লিবদি নহাক্কা – করিগীনো ইবুংঙো।[২৪]

কনাগুম্বগী ৱারেংগী শরূক খরদদি হেনমন্না সংস্কৃত, বাঙ্গলাগী ৱাহৈ থেৎপা য়াওরকই।

প্রজাপতিগী সৃষ্টিদা সুখ লৈরবসু দুখ লৈ অমসুং মোহ লৈ। তৌইগুম্বসুং কবিগী সৃষ্টিদদি মোহ লৈতে আনন্দতমক লৈ। প্রজাপতিনা সৃষ্টি তৌবদা উপদান, নিমিত্ত অমসুং সহকোরী অহুম অসিগী মথক্তা নির্ভর তৌই।[২৫]

মণিপুরী লোন অসি ভারতকী আর্য্য লোনগী মনুং চলহনবা মিৎয়েং অমগা লোয়ননা মসিগী ব্যাকরণগী ওইবা নিয়ম কয়া সংস্কৃত ব্যাকরণদা য়ুম্ফম ওইদুনা মন্নাবা চাংদম কয়া পীনবা পণ্ডিতশিংনা হোৎনৈ। য়ানশিন্নবা ৱাহৈসু মরাং কায়না য়াওই–

> বষিয়বী মণিপুরী ভাষাদা বৈদিককী ভাষাগা অনিগী বৈজ্ঞনিক ভিত্তিদা তুলনা মুলক সমালোচনা তৌরবা তাইবংপানবদা ইনৌ নৌরিবা জ্ঞন অমা থোরকই, মরম অসিনা মৈতৈশিংগী মড়ীদদি মাসিসু থাদোকপা য়াদবা অনুদাত্ত অমসুং স্বরিত অসুম্না বৈদিক ভাষাগী স্বর বর্ণদা খোনথাং অহুম থোক্লা লৈ, অসুম্না তৌদুনা মৈতৈরোন্দসু উদাত্ত, অনুদাত্ত অমসুং স্বরিত খোনথাং অদুম লৈ।[২৬]

---

২৪। এ, ব্রজবিহারী শর্ম্মা, (অনু.), অভিজ্ঞন সকুন্তলম, ও, কে, ষ্টোর, ইম্ফাল (১৯৭৫), লাঃ ১৪৭

২৫। দ্বিজমণি দেব শর্ম্মা, 'সাহিত্য অমসুং রস', ৱারেং অখোম্বা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল (১৯৭৩), লাঃ ২০২

২৬। অতোম্বাপু শর্ম্মা, (অনু.), ঋগবেদ, (ইম্ফাল, ১৯৬০), লাঃ ৪৪

মথক্কী অসিনা খুদম ওইরগা পল্লবদা – তঙাইফদবদগী হেন্দোক্লা লৌশিনবা সংস্কৃতকী ৱাহৈ কয়ামরুম থেৎচিনবা য়াওনরি। অদুবু করিগুম্বদা ব্যাকরণগী ওইবা কাঙলোনশিংদা শীজিন্নবা মিং অমসুং ৱাহৈ কয়ামরুম মণিপুরী মশাগী ওইবা লৈত্রিবা মরম্না সংস্কৃততগী লৌদুনা অদুম শীজিন্নরি। খুদম ওইনা – বিশেষ্য, বিশেষণ, সর্বনাম, ক্রিয়া, সম্বন্ধবোধক, কারক, অমসুং বিভক্তি অসিনচিংবা ৱাহৈশিং অসি মণিপুরী ব্যাকরণ তম্বদা অদুম শীজিন্নরি।

**কংলৈরোল অমসুং লোক সাহিত্যগী তুংইনবা লোন অমসুং খুৎশেমঃ**

কংলৈরোল অমসুং ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইদুনা সাহিত্য অমা মচু তানা শেমগৎলকপদি অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগীনি। হান্নসু পনখ্রবা মসিগী মমাঙদা সাহিত্যগী মখল মথেল খুদিংদা ৱাহৈবু ওইরবসু ছৈলিদবু ওইরবসু বাঙ্গলা সাহিত্যগী শামিন ফংদবদি তাওনা থোক্লম্মি। মতম অসিদগীদি বাঙ্গলা সংস্কৃতনচিংবা ৱাহৈ শীজিন্নবা তৌদনা মশাগী অশেংবা খুৎশেমগা লোয়ননা পুথোক্লকই।

কাঙলুপ অসিগী মরুওইবা খুৎইশিংদি মীনকেতনগী তোনু লাইজিংলেম্বী ঙাঙ্গোই পরেং, অয়েকপম শ্যামসুন্দরগী শামু খোঙয়েৎপা, মাইনু পেমচা, সুরচান্দ শর্ম্মগী হাওবা কোনু শৈরেং, লমজা অনী, হাওবম তোম্বগী শান্থলেম্বী, তাম্না, শায়োন শাফবা, পীদোন্নু, শরাংথেম বরমণিগী মেলৈ লৈস্না নোংজুম্বা, কেগে লমজা, হাওরং লৈশং শাফবী, তোনু লাইজিংলেম্বী, শনুলেম্বী, লম্মিৎলোন, মৈতৈ ফুঙ্গা ৱারী, মোইরাং শায়োনগী লাইরিকশিং, ওইনাম ভোগেশ্বরগী নিংথৌরোল শৈরেং, য়ুমজাও লৈমা, মণিপুরী লোক সাহিত্য, সঞ্জেম্বম নদীয়াগী চাউবা নোংথোনগী অহানবা পুন্সি, এম. বীরমঙ্গলগী হেঞ্জুনহা, চরাইরোংবা, শিজ লাইওইবী, গরিবনিৱাজ, নরসিংহ, চিংঙু খোংনাং থাবা, রামচরণগী থম্বালনু, মৈত্রম বীরগী টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং নীলবীর শাস্ত্রীগী খোংজোম তীর্থ শীংথাবাদা মতিক চায়।

থোইদোক্লা মশক থোক্লা শেম্বদি ড্রামাগী শরুক্তনি। মণিপুরগী মফম কয়াদা শান্নখিবা লম অসিগী ৱারীশিংদা য়ুম্ফম ওইবা ড্রামা কয়া লাইরিক ওইনা ফোঙনরকই। মথক্তা পনখিবা তোম্বা, বরমণি অমসুং বীরমঙ্গলনচিংবগী খুৎই অসিগুম্বা মখলগীনি।

মখোয়গী খুৎফোংদোক্কী খুদম খর লৌখৎলবদাঃ

মীনকেতনগী খুৎইদাঃ

কোয়ৌ অহানবা উরবা
থাজ অহানবা কোল্লবা,
নোংলেনগী ঈপাল লোক্লবা।
কুমগাইনা থৌগাই পুরবা
নীংথিরবা লৈবাক্কিদা
কোলোয়না মাগী স্নাপূং।[২৭]

তোম্বগী খুৎইদাঃ

শানৌ শাইনোন নাপ্ল য়ান
শাবি নাদা থেৎন-য়াল
মীৎয়েং চোন্না ঙাঞ্জবা
শিঙেন নশিন নত্তরা।[২৮]

মথক্তা অইবা অনী অসিগী লোনগী খোঙচৎ হেন্না লিবা লোন শীজিন্নবগী মহুত্তা অরিবা মান্না (অরি অনৌ য়ানদুনা) সাহিত্যগী খোঙব্রাই খুদা চানবা শেম্না লোনগী খুৎশেমনি। অরিবা লোনগী ব্রাহ্মেগী মচল নীংথিনা শেমদুনা ইবা খুৎই কয়াসু ফংলিঃ

ভোগেশ্বরগী খুৎইদাঃ

সিংঙেল ইচু থাউসিসু লৈরাং ইব্রাক চামদরি,
য়ব্রা শুজা নমদরি, তিকতা লাইকোই থোংদরি।[২৯]

বরমণিগী খুৎইদাঃ

অয়াং লৈমা পানথোইবী মীলুং ঈরুথেৎ অচেৎপী
লাংজং চার মীরুথেৎ খোয়নৌ মীরাংমৈ তা-ও।
নাপা চীক্লা চিঙ্গোইগে তম্ফা নদোম তাজৌ-ও।[৩০]

---

২৭। এ, মীনকেতন সিংহ, ঙাঙ্গোয় পরেং (১৮৭৪ শকাব্দ), লাঃ ২৬

২৮। হাওবম তোম্বা সিংহ, শাইয়োন শাফবা' (১৯৬৫), লাঃ ২২

২৯। ও, ভোগেশ্বর সিংহ, য়ুমজাও লৈমা (ইম্ফাল, ১৯৭১-৭২) লাঃ ১৮

৩০। এস, বরমণি সিংহ, কেগে লমজা (১৯৭২), লাঃ ২

থাইনগী অরিবা শক্তম ওাক্লা, মপালগী ৱাহৈ থেৎপা তৌদনা শাগৎপা কংলৈরোনগী খুৎইশিংনি।

মণিপুরগী ফুঙ্গাৱারীগী মচাক খোমজিনবা লাইরিকশিংদি রাজকুমার স্নাহল সিংহগী 'ফুঙ্গাৱারী', বরমণি সিংহগী 'চীং তমগী ফুঙ্গাৱারী', তোমচৌ সিংহগী 'ইবেনপোক্কী ৱারী অমসুং ৱাই. কে. সিমরেগী' তাংখুলগী ৱারী শিংবুল' অসিনচিংবনি। অতে অইবা কয়াগীসু মৈতৈ পাউরৌ পাউতাক অমসুং খুন্নুং ঈশৈগী ওইবা, লোক সাহিত্যগী লাইরিক কয়াসু ফোঙনরক্লি। অসিগুম্বা খুৎইশিংদা য়ানশিন্দবা অশেংবা মণিপুরী লোনগী ৱাহৈ পরেংশিং ফংই।

খূদম খরদং পল্লবদা

ক) থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌগী মনাই অচানবা অঙম্বা অমা লৈরম্লোইরে। মহাক্কী নুপী অনী লোনবা। নুপী অহল অদুনা শন্দ্রেম্বী কৌবী মচানুপী অমত্তমক পোকপোইরে। অতোম্বী অদুদি মচানুপী অমগা মৌপ্পা অমগা অনী পোকপোইরে। মচে অদুগী মমিংনা চাইশ্রা কৌবোইরে। চাইশ্রাগী মৌপ্পা অসিনা য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা অঙম্বা অসি শিদোকখরেদো।[৩১]

খ) থাইনা মমাংঙৈদা সিটাংফুং কৌবা খুন অমা উখ্রুলগী অৱাং নোংচুপ চিদাইদা লৈরমই। খুল অসিগী মনাক্তা ইরিল তুরেল মপান্দা পুম্রি অচৌবা অমা লৈরমই। পুম্রি অদুগী লাইরেম্বী অদুগী মমিং লৈমাবা কৌই। লাইরেম্বী অদু মশকসু ফজে, মরমচৎসু ফজে।[৩২]

মণিপুর অমসুং মসিগী অকোয়বদা লৈবা লমদম (ষ্টেট)শিংদগী খোমজিন্দুনা মণিপুরীদা ফোঙবা ফুঙ্গাৱারীদসু য়ানশিন্দবা অশেংবা লোনগী মশক উবা ফংইঃ

---

৩১। ও, ভোগেশ্বর সিংহ, মণিপুরী লোক সাহিত্য, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী ইম্ফাল (১৯৮৫), লাঃ ১০৬

৩২। ৱাই, কে, সিমরে, তাংখুলগী ৱারী শীংবুন, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, ইম্ফাল, (১৯৭৬), লাঃ ৪

'তেজিমালা অমসুং মমা পোক্তবী'

(আসামগী ফুঙ্গাৱারী)

থাইনা মমাংঙৈদা হিদিঙ্গা ললোনবা অমা লৈরমই। মহাক নুপী অনি লোল্লমই। অহল অদু মচানুপী অমা পোকই, মমিং তেজিমালা কৌই। অতোপ্পী অদুদি মচা পোক্তে। তেজিমালানা অঙাং ওইরিঙৈদা মমা লৈখিদরে অদুনা মপানা মাবু লুনা তৌরমই। মমাতোন অদুনা য়োক্তি য়োকই হায়ববু পোক্তবী মচা তেজিমালাবু মপানথোংদা মপুরোইবা কিবদগী নুংশিশন্নরবসু মপুক্তদি নুংশিরমদে।[৩৩]

অরিবা কংলৈরোন্দগী মচাক লৌদুনা ইথোকপা ফুঙ্গাৱারীদসু অশেংবা মণিপুরী লোনগী মফম ফংলিঃ

'পেনা শেল্লিঙৈদা শামুরৌ য়ৌই'।

কুপত্রেং শেন্দ্রেং মচিল মনাওনা মতম খর মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। মনাউ নুপা শেন্দ্রেংনা অয়ুক নুংথিন্দা নিংথৌ ওই। ময়াম্বা কুপত্রেংনা নুংদাংদা নিংথৌ ওই। অসুম্না মচিল-মনাওনা শিলোন শিনজিন ঙাক শেন্দুনা লৈবনা য়েক্রবা কনানসু লান্দাবা ঙল্লমদে। খ্বাই নোংজেংবা পিবা হায়বসি শেন্দ্রেংগী অচানবা মনাইনি। কুপত্রেংগীদি মাগুম্বা অফবা মনাই অমত্তা লৈতবদগী খ্বাই নুংজেংবা পিবাবু কৌর কৌরগা শীজিন্নরম্মী। মসিদা খ্বাই নুংজেংবা পিবা য়াম্না শাউরে।[৩৪]

মাইবা, মাইবী অমসুং অরিবা মৈতৈগী লাইনীং লাইশোন্দা পুক্লীং লুপ্পা মীওই কয়াসু হীরম অসিগী ওইবা সাহিত্যগী লাইরিক কয়া পুথোক্লরক্লে। মমিং খর পল্লবদা - পণ্ডিত কুলচন্দ্রগী ''মৈতৈ লাই হরাওবা'', কুমার মাইবীগী 'কংলৈ উমং লাই হরাউবা', ৱাহেংবম লুখোই মাইবগী 'লাই হরাউবা' অমসুং হৈস্নাম মাঙ্গোলজাওগী 'খম্বা থোইবীগী পুন্সি ৱারী অসিনচিংবা শীংথাবা য়াই। অরিবা লাইনিং লাইশোন অমসুং শৈশক্কী ওইরবসু অরি-অনৌ য়ান্নবা লোনগী শক্তমনি তৌইগুম্বসুং মপালগী ৱাহৈ য়ানশিনবগী মফমদি ওইদে। খুদম ওইনা ৱাহৈ পরেং খরদংঃ

---

৩৩। রাজকুমার স্নাহল সিংহ, ফুঙ্গাৱারী, ইম্ফাল, (১৯৫৯), লাঃ ২১

৩৪। সরাংথেম বরমণি সিংহ, মণি পরেং, অনীশুবা নম্বা, ইম্ফাল (১৯৮১), লাঃ ৩৬

"চিঙভু ইবুংঙো খোইয়ুম ইবেম্মা লহান নোংথিংব্বাই পাম হাইরকপ শিনৌ লংওতম হুনবন লৈরাং খুমু হুনলক্পন শিনৌ ময়াই কাদুনা তুনুং লংলা নাইববু নাক্ক তেমথেং তোয়বদি য়িয়োং শঙদিং ককলে। চরৈ ফিরোই তানলক্লে। খুঞ্জাউনব, লৈচাউনব, লৈবাক মরা তপ্লব, নিংথৌ পুনশিনব চরৈফি কৎচরিয়ে লাইনিংথৌ।"[৩৫]

অসুম্না মপালগী ব্বাহে য়ানশিন্দবা অশেংবা মণিপুরী লোনগী ব্বাহে পরেংশিং অসিগুম্বা লাইরিকশিংদা ফংলি।

মথক্তা পনখ্রিবা কংলৈরোন সাহিত্যগী পোৎথোকশিং অসিদা অরিবা সাহিত্যগী ওইবা লোন, ব্বাহে ব্বাতা অমসুং চৎনবী কয়া অদু ময়েক শেংনা শেমগত্তুনা কাঙলুপ অসিগী ওইবা চৎনলোন (পরম্পরা) অদু নৌহৌনা পুথোক্লক্লি।

মথক্কী তরুকশুবা পন্দুপতা লান মমাঙগী ওইবা চেফোংশিংগী থৌদাংগী মরমদা শরুক খর উৎখরে। মখাদা লান মতুংদগী মথং মথং ফোঙলকখিবা চেফোঙশিং অমসুং মসিদা ফংবা লোনগীদমক হোৎনখিবা থৌদাং খর শন্নপ্না খুদমশিং পীদুনা উৎচরি।

**চেফোঙঃ** মণিপুরী চেফোঙ অমসুং পাউ–চেশিংগী হৌরকপগী মরমদা খোমজিন্দুনা ফোঙবা রাজকুমার স্নাহল সিংহগী লাইরিক 'মৈতে চেফোঙ' দা লান মতুংদগী হোংলকইবা লোনগী শক্তম লেপ্লগী মতাংদসু কান্নবা মচাক ফংই। খোমজিনবা লাইরিক অসিগী মতাং মতাংগী ওইনা মতমগী ঈহৌ উৎপা সম্পাদক্কী ব্বারোল মতেক খর খরদং পল্লিঃ

| চেফোঙশিংগী মমিং | অহানবা সম্পাদক অমসুং চহী |
|---|---|
| (ক) ভাগ্যবতী পত্রিকা | – মাইস্নাম বীরমণি সিংহ, খৃঃ ১৯৪৫ |
| (খ) অনৌবা যুগ | – হিজম ইরাবত সিংহ, খৃঃ ১৯৪৭ |

'অনৌবা যুগ' কী সম্পাদক্কী ব্বারোল – 'ধর্ম্মগী অন্দোলন' হৌজিক মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চঙকপদা নত্তনা মিতৈ মরুপ (স্নামহি), মিতৈ লাইনিং মরুপ

৩৫। কুলচন্দ্র সিংহ, মৈতে কংলই হৱাউবা (ইম্ফাল, ১৯৬৪), লাঃ ৭৬

(পাখংবা) অসিনচিংবা কযা লৈরে। মসিনা কাংবু কাংবু মরৈ যেৎনবা, খবরদা চৈনবা, ফি শেম্লবা কাওবা যাওরে। মাংলে হায়বগীদমক্তা কোর্টকী সাহায্য লৌনবগী থৌরাংদা কেশ তৌনবসু যাওরে। অদুনা লৈবাক কুম্মৈ তৌরে।

(গ) ভাগ্যবতী – অরাম্বম লালমণি সিংহ, খৃঃ ১৯৪৭

চেক্লোঙগী মরমদা –

'ভাগ্যবতী পত্রিকা' পবচার তৌজবগী উদেশ্যাদি ঐখোয়গী সাহিত্য যাম্লনবগীদক্তনি।'

(ঘ) গুসি মেগাজিন – কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ, খৃঃ ১৯৫০

সম্পাদকী ৱারোল 'সনামহি পালা' –

'হাইদবদি যাবোই – সনামহি মকপ হাইবা অমা মণিপুরদা থোবকপদগী মৈতৈবোল অসি খব কন্না নৈনবা হেল্লে – থোইদোক্লা লান মতুংদা কন্না মৈতৈলোল অরিবা চাওখৎলকপগী মওংসু। মদুগী লম্মনসু অযাম্বদি সনামহি মরুপ্তা ঐখোযনা তোল্লবনি।

(ঙ) কিষাণ মেগাজিন – য়ুম্নাম যাইমা সিংহ, খৃঃ ১৯৫০

(চ) সাহিত্য ইচেল – খুমনখেম ইবোহল সিংহ, খৃঃ ১৯৫০

সম্পাদকী ৱাবোল–

মৈতৈ সাহিত্য সেবাগীদমক্তা মৈতৈ লৈবাক্তা চে কযা কযা ফোঙখি, অদুবু তত্তনা থুনা মাংখি, মাংখিবনদুম হাল্লি হাইবদো থোইনদুম লান্দমাল্লে খঞ্জে।

(ছ) মিৎযেং – এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, খৃঃ ১৯৫৩

(জ) মতম – কোংব্রাইলাৎপম ইবোহল শর্ম্মা, খৃঃ ১৯৫৬

(ঝ) মখল মথেল মেগাজিন – জোতিন্দ্রা সিংহ, খৃঃ ১৯৬০

সম্পাদকী ৱারোল –

মৈতৈলোনগী বানান অসি য়াম্না মনিং মখা তন্বা অসি উরে।... লেখকশিংনা অপাম অপান্বা খুদোংচাবা য়েংদুনা মনিং তম্না ইনরি।... কনাগুম্বশিংনা মৈতৈ, ক, খ, অসিবু পাবা মতমদা কনানা 'কো' কনানা 'কা' মৈতৈরোনগী খোনথোক অসি য়াম্না খেৎনবা উই। ময়েক খর, শ, ষ, স, হ্ ব্যঞ্জন অদুগা ই,ঈ,য়, স্বর ময়েক খর অসিগী শিজিন্নফম অসিনি য়াম্না মনিং মখা তম্না উরিবা।

(ঞ) ৱাখল – নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ, খৃঃ১৯৬৮

সম্পাদকী ৱারোল –

থোইদোক্না মণিপুরীগুম্বা চাওখৎলক্লিবা সাহিত্যদদি অনুবাদ সাহিত্যগী মফম চাউনা লৈ।

(ট) মীৎয়েং – পি. কোকঙাং সিংহ, খৃঃ ১৯৭১

মণিপুরগী মপালদগী ফোঙলকখিবা চেফোঙশিংদিঃ

কছাড়দগী – 'মৈতৈলৈমা' (১৯৬০), পাঞ্জন (১৯৫২), ইচেল (১৯৫৯), ঐখোয় (১৯৬৭), পিথাদোই (১৯৭৩), অসিনচিংবনি।[৩৬]

অসুম্না চেফোঙশিংদা ফংবা সাহিত্যগী চেনথরক্লিবা লোনগী ঈচেলদা উরে–বৈষ্ণব ধর্ম্মগা মৈতৈ মরূপকা য়েৎনবা, সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনরকপা, সনামহী মরূপপ্না মৈতৈলোন চাওখৎনবা হোৎনখিবা, মৈতৈগী চেফোঙশিংনা শৌগৎপিবা ৱাৎপদগী থুনা থুনা মুৎথখিবা, মৈতৈলোন ব্যাকরণগী চম্মম্নবা, নোংপোক নোংচুপকী মীৎয়েংদগী লৈতৈলোনগী বৈজ্ঞানিক ওইবা সাহিত্য চাওখৎলকপা, তৌইগুম্বসুং বানানগী মনীং মখা তম্বগী মরম্না খুদোংচাদবা, অনুবাদ সাহিত্যগী কান্নবা অমসুং ছাত্র–ছাত্রীশিংগী বিজ্ঞান অমদি সাহিত্য অসিনচিংবা। চেফোঙশিং অসিদা উৎলিবা হীরমশিংদা সমাজগী অমসুং সংস্কৃতিগী য়াওলগা লোয়ননা লোনগীসু অওনবা শক্তম উরি।

---

৩৬। রাজকুমার ঝলহল, মৈতৈ চেফোঙ (১৯৮২), গী লামায় ৭১দগী ২১০ফাওবদগী য়েংদুনা শৌগৎখ্রবা।

মথক্তা কাঙলুপ খায়দোক্তুনা নৈনম্লিবা অইবশিংগী মরক্তা বানান অমসুং ব্যাকরণগী মতাংদদি মান্নদবা অমসুং য়েৎনবা মিৎয়েং কয়ামরুম লৈ। মখাদা মথং মনাউ নাইনা নৈনরি।

বানানঃ ইংশোক ১৯২৫ অমসুং ১৯৩৪ দা মণিপুর সরকারগী স্পেলিং কম্মিটিনা বানানগী পথাপ শেমখিবগী ৱারী মথক্তসু পনখরে। পথাপ অসি য়ানরবা অমা ওইনা চৎনরক্নি, অদুবু অহল্লোন অমসুং নহারোল অইবশিং খরদি মশা মশাগী ওইবা বানানগী মওং কয়া খেন্নবা উত্তুনা ইবা উইঃ

... ঐ-কার (ৈ) গী মহুত্তা অয় (য়্), অনুস্বার (ং) নত্তুগা (ঙ্) গী মহুৎপু কনাগুম্বনা চন্দ্রবিন্দু (ঁ) না শেরাম্ননা শীজিন্নে।[৩৭] অহল্লোন খরগী খুৎইদা-

> ভারতবর্ষগী ময়েক অতয়গুম্না মিতয় লোনগীসু বানান পেন্নদদুনা মহৃয় য়াম্না পুথোক্লুরি। মরম অদুনা ছাত্রশিংনা ইরকপা মতমদা থাঙ্গেশেংনা লেপথ্রবা বানানদা সোঙ্গবা নত্তবদি ককপিদবনা ফৈ।[৩৮]

অতোপ্পা খুদম অমনা - অৱাবা নুঁঙাইবা থস্মোইগী মপোৎনি। অদুনা মখোয়সু অৱাবা খঁঙি, নুঁঙাইবা হৈ।[৩৯]

নহারোল খরগী পথাপ-

> 'ৱাহৈগী অরোইব ''আকার'' পঙ্তপ্ত তপ্সন্ব লাক্লী। মরম্দি-
>
> খোঙদ : খোঙদা
>
> মায়দ : মায়দা

মীতৈরোন্দ 'য-ফলা, খ-ফলা, রেফ, চান্দঁবিন্দু অমদি বিসর্গ সীজিন্নরোইদবনি।[৪০]

---

৩৭। দ্বিজমণি দেবী শর্ম্মা, মণিপুরী ব্যাকরণ, (ইম্ফাল, ২শুবা নম্বা, ১৯৮৩), লাঃ ৬-৭

৩৮। এল, ইবুংঙোহল সিংহ। 'অফোংবা অধিবেশনগী ভাষণ, সাহিত্য, মশীং ১, খুঃ ১৯৬৩

৩৯। এ, মণিকেতন সিংহ, ভারত চনু, (১৯৫২), লাঃ ৩২

৪০। এম, এস, নিংঙোম্বা, মীতৈলোনগী বনান, মণিপুর য়ুনিভরসিতি, লাঃ ১-২

অতোপ্পা শূদম অমনা–

... লাইরিক ইবশিংনা বানান লানবাঃ

(১) 'অ' না লোম্বা ৱাহৈ মমৈদা 'া' হাপ্‌ত্ববা – ঐন, মদু খঙব ঙমদে

(২) 'ঙ' গী মহুত্তা 'ঁ' ইবা – খঁবা, চঁবা।

(৩) 'উ' গী মহুত্তা 'ও' শিজিন্নবা – শাওবা, চাওবা, পাওতাবা।

(৪) 'য়' গী মহুত্তা 'ই' শিজিন্নবা – পোকখাইবা।[৪১]

(৫) 'ঙ' গী মহুত্তা 'ং' শিজিন্নবা – লন মাংহনবা[৪১], অসিনচিংবা।

(লোন অমসুং বানানগী কাওলোন নৈনরিবা মথক্কী ৱারোল খর অসিদসু অইবশিংনা খেন্ননা শীজিন্নরিবা লন্নাই বানান খর মখাদা লৈই চিংদুনা উৎচরিবসিনী)।

মতাং অসিগা মরী লৈননা খৃঃ ১৯৩৬দা এডুকেশন ষ্টেণ্ডিং কমিটিনা লেপ্পখিবা বানান পথাপ খর শন্নপ্পা নীংশিংবা য়াইঃ

(২) ধাতুদগী থোরকপা অনেম অৱাংগী মতুংইন্না অর্থ তোঙানবা য়াবা ৱাহৈ পূন্নমক হ্রস্ব দীর্ঘ খাঙৈনা ইগনি...''ই'' না অৱাংদা অমসুং ''য়'' না অনেম্বদা শীজিন্নগনি। (''ই'' গী অনেম্বদা ''ঈ'' ওইরোই ''য়'' ওইগনি)ঃ মদুদি – হায়বা (to say) কায়বা (to break), অসিনচিংবা।

... অনুস্বারনা অৱাংবা 'ঙ্' না অনেম্বদা শীজিন্নগনি।
... 'ও' গী হ্রস্বদি 'উ' নি – চাউবা (মবেপ মঙাল হেন্নবা),
চাওবা (শাংবা), অসিগুম্বা মতাংদা 'উ' গা 'ও' গা খায়বা য়াগনি।

ৱাহৈগী অরোইবদা লৈবা খোনফমদি শেংফাওনা হাইদোকপা আকার অসি য়ান্না শোন্নদি তারবসু লৌথোকপদি চুমদে, মশানা খোনফম কন্না হাঙৈবা মতমদদি আকাব অসি মশানা ফোংদোকচরকই।[৪২]

---

৪১। ডবল্যু, তোমচৌ সিংহ, মৈতৈলোন তম্বীবগী নিয়ম (ইম্ফাল, ১৯৮২) লাঃ ৫১

৪২। The Education, Standing Committee, Vide their proceedings dated 6/9/1934 p 4

**ব্যাকরণঃ**

লোনগী য়াওল হোংলকপা অমসুং চাওখৎলকপগা লোয়ননা মণিপুরী লোন্দগী খুরৌ থাংলিবা অরুবা ৱাফম অমদি ব্যাকরণগী মতাং অসিসুনী।

খৃষ্টগী চহী চা তরানিপাল হৌরকপদগী সংস্কৃত, বাঙ্গলাগী ঈচেল হাইজিন্নরুবসু, মপালগী ওইবা লৈতেংগী ৱাহৈ খর লৌবদগী হেন্না, ব্যাকরণ, কাব্যশাস্ত্রগী মরমদদি থোইনা থৌশারুবা তৌরুদ্রে। মদুমক্কা মরম ওইদুনা হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংদা লমুক্রুবা অসি ওইরিবনি। সংস্কৃত লোনগী ব্যাকরণগী য়ুম্ফমদা ইবা মরুওইনা দ্বিজমণি দেব শর্ম্মগী 'মণিপুরী ব্যাকরণগী খর চৎনবা য়ানা ফংই, নন্দলাল শর্ম্মগী 'মণিপুরী গ্রামার' অৱাংবা থাক্কী ওইখিবনা ইবা পাবদা চঙগদৌবা ব্যাকরণ অদুদি অমুক ওইরদ্রি। অদুবু মণিপুরী লোনগী খোঙচৎতদি অচৌবা মশক নাইবা লমদাং অমনি। দাঃ নিংথোম্বগী 'লোনমিৎ' য়াম্না খন্ননিংঙাই ওই, মিংশিং অদু মণিপুরীদা খংওন ওনবদুদা লৌশিনবা খর ৱানা থোক্লরি।[৪৩]

মণিপুরী লোনবু আয্য লোনগী মরী মতানি খনবা পণ্ডিত খরনা সংস্কৃত ব্যাকরণদা য়ুম্ফম ওইদুনা মণিপুরী ব্যাকরণ পুথোকপসি মণিপুরীদি তিবেতো বর্মন লোন শাগৈগী মনুং চল্লি খল্লিবা লমদমসিগী লিঙ্গুইস্ত অয়াম্বনা য়ানীংদবা ফোঙদোকই। শন্নপ্পা খূদম অমত্তং পল্লবদাঃ

> Whereas Manipuri is not even remotely related to Sanskriti language. It is a Tibeto-Burman language, having remote afinities with the Tibeto-Burman and Chinese languages. Its grammar shows very few similarities with the grammar of the Sanskrit language.[৪৪]

লিঙ্গুইস্তশিংগী মিৎয়েং কয়া অসি লৈদুনসু মণিপুরী লোনবু তিরেতো বর্মন লোনশিংগা মান্নবা মরী অদু উৎপা হিস্ত্রীকেল নত্তগা কোম্পরেটিভ গ্রামারনচিংবা

৪৩। সি, এইচ, মণিহার সিংহ, 'মণিপুরী তম্বীবা' মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্য তম্বিবা, দি মণিপুরী টিচর্স এসোসিয়েসন, ইম্ফাল, ১৯৮৮, লাঃ ৬

৪৪। D.N. Bhat and M.S. Ningomba, 'The Grammar of Sanskrit and Manipuri', Manipur University Research Journal, Humanities and Social Science, Vol. 3, No. 1, 1986, p.2.

পুথোক্লুনা মনুং হুনজিন্না লোনশিং অসিগী মরী খঙনা নৈনবা অদুদি হৌজিকসু তশেংনা য়াংনা লৈরি।

**লোনগী শক্তম নৈনবাঃ**

হৌজিক ফংলিবা (ওইরিবা) মণিপুরী লোনগী শক্তম অসি থায়নভেদগী য়াম্না শক ওল্লবা অনৌবা মহে-মশিং (শিকা)গী ওইবা লোন অমনি হায়বা য়াই। মমারোন শীজিন্নদুনা মণিপুরীশিংনা কুনশুবা শতাব্দী হৌরকপদগী নোংচুপলোমগী শিক্ষা অমসুং অন্ন তানশিনবগী মমিৎ পাঙখিবগা লোয়নগ্নবা মতম অসিগী মনুংদা হৌজিক্তি অপুনবা ভারতকী ষ্টেটশিংগী মনুংদা চাদা লাইরিক হৈবগী চাং মকোকথংবা শরুক্তা য়াওরে। অসিগুম্বা মহে হৈবগী চাং অসি ফংননবা তানখৎলকপদা মীশিং য়ামদবা কাঙলুপকী লোন অমা ওইবনা অতোপ্পা মপালগী লোন কয়াবু লৌশিনবা, নৈনবা তাখি। মসি ফাওবা অমাঙবা ওইনা লৌনদে, চাউখৎলবা পৃথিবীগী মতমগী নুংশিংনা পুরকপনি। হিন্দী, ইংরাজীনচিংবা অচৌ অচৌবা লোনশিং ফাওবা অতোপ অতোপ্পা লোনশিংগী য়াহে লৌশিনবগী লেপ্পা লৈতরিবনি। অদুম ওইনমক মণিপুরীগা শাগে পুল্লি হায়নরিবা নোংপোক মায়কৈগী ওইবা সাইনো-তিবেতোনগী মনুংচনবা লোনশিং স্যামিজ, চাইনিজ, বর্মিজ অমসুং নক্লনা লৈমিন্নরিবা কুকি অমদি-নাগানচিংবগী মরী অসি নোংমা নোংমগী লাপথোক্লবগুম তৌরক্লে।

হৌজিক লৈরিবা মৈতৈ সমাজ অসি থায়নভেদগী চৎনরকপা সংস্কৃতি অমদি হিন্দু সংস্কৃতি অনীমক য়ানশিন্নদুনা লৈবনি অদুনা লোন অসিবু অপুনবা সংস্কৃতি অসি উৎনবা অমদি মাঙহন্দনা থন্নবা হোৎনবদা থায়নদগী চৎনরকপা য়াহে য়াতা কয়ানা পূনবা লোন ওইরি।[৪৫]

লোয়ন লোয়ননা, চোংচুপলোমগী ওইবা মহে-মশিং, অন্ন, পোৎথোক অমসুং ফিজেৎ চাকচানচিংবগী মরম কয়াদা লৈনরকপা মরী হেনগৎলকপগী মতুংইন্না ইংরেজী য়াহে অমসুং ইংরেজীনা অতোপ্পা লোনশিংদগী লৌশিনখিবা য়াহে কয়াসু মণিপুরীদা খুৎথাং ওইনা পুশিনখিবা অসিনচিংবগী য়াহে কয়া শীজিন্নবা লেপত্রে।

মখাদা মীরৈবাক্তগী মফম মতম্না থেঙনা পুরকখিবা লমদম অসিদা চুনরবা

৪৫। দবলা, তোমচৌ সিংহ, 'মণিপুরী লোনগী হৌরকফম অমসুং মথং মথং চাওখৎলকপা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ৫১ শুবা চহীগী মীফম, সেমিনারঃ অরিবা মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাস, ১৯৮৬

(খঙনরবা) ৱাহৈ অমসুং খোনথোক্কী ইথিল খৱ সাহিত্যগী শরুক্তা পনখিবা লাইরিকশিং অদুদগী মপূংওইনা লৌত্তুনা খূদম খৱ উত্তুনা নৈনরক্লিঃ

অপূবা ৱাহৈশিংঃ

অপুবা ৱাহৈশিং অসিগী মরক্তা খোনফম ময়েক (ফোনিম) শিং – আ, গ, জ, ঝ, ট, ঠ, ড, ধ, ব, ভ, র, ষ অমসুং ক্ষ অসিনচিংবা মাঙথাবা ৱাহৈ য়াওই।

মদুদি – আনোক, গদা, জীব, ঝালর, টোপী (টুপী), ঠীকা, ডাকু, ধোল, বর, ভগবান অসিনচিংবা।

> মৈতৈলোনগী হান্নগী ৱাহৈশিংদা ময়েক (মথক্কী) শিং
> অসিনা লুচিংবা (মাং থাবা) ৱাহৈ য়াওদে।[৪৬]

মণিপুরনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা লৈবাক অমা ওইবা অমদি ভারতকী ষ্টেট অমসু ওইরবা মরম্না ভারতকী আর্য্য লোনগী ৱাহৈ শীজিন্নবগী চাং অসি মণিপুরী লোন্দা নোংম নোংমগী হেঙ্গৎলক্লি। মৈতৈলোন্দা পুশিল্লিবা আর্য্য লোনগী ওইবা ৱাহৈশিং অসি শক্তম অনী থোক্লা লৈরে, মদুদি মশক হোংদ্রিবা (তৎসম) অমসুং মশক হোংলবা (তদভব্) অসুম্না।

(ক) সংস্কৃত্তগী লৌবা মশক হোংদবা ৱাহৈশিং – কবি, কবিতা, আশা, উপাই, সেবা, গুণ, আকাশ, পূজা, মন্ত্রী, মায়া, ব্রত অসিনচিংবা।

(খ) মশক ওল্লবা সংস্কৃতকী ৱাহৈশিংঃ

| অশেংবা শক্তম | হোংদোকপা শক্তম | অশেংবা | হোংদোক্লবা |
|---|---|---|---|
| আরাত্রিক | আরাতি | ক্ষীর | খের |
| আজ্ঞা | ঐগ্যা | তর্পন | তর্পোন |
| কেতকী | কেতুকী | দক্ষিনা | দাখিনা |
| বৃন্দাবন | বিনাবোন | কন্যা | কৈন্যা |
| নিয়ম | নিয়োম | বন্ধক | বন্ধান, |

অসিনচিংবা

৪৬। নন্দালাল শর্ম্মা, মৈতৈলোন (ইম্ফাল, ১৯৫), লাঃ ৬১

সংস্কৃতকী লোনখাই (আসামী, বঙ্গালী, হিন্দী) শিংদগী চঙলকপা মশক হোংদোক্লবা দেশী শব্দশিংঃ

| অশেংবা শক্তম | হোংদোক্লবা শক্তম | অশেংবা | হোংদোক্লবা |
|---|---|---|---|
| ইস্তিরী | ইস্ত্রি | খিচুড়ী | খেচ্রি |
| কম্বল | কম্পোর | খুখড়ী | খুগ্রী |
| কুআ | গুহা[৪৭], অসিনচিংবা। | | |

(গ) অসামীগা মান্নবাঃ দাঁও, কিল, বুর্বক, উসন্ন, ফিগ্রি (ফিকির), ফুটানি (ফুটানি), গপ, চোলোম (চলন), কবচ (কবজ), হার (সার), হাপ্তা (সপ্তাহ), হোরাই (শরাই), কাটি (কাটি) জর জর, সর সর, ফর ফর[৪৮], অসিনচিংবা।

বাঙ্গলাদগী লৌবা ৱাহৈশিংদিঃ উপন্যাস, রসগুলা, সন্দেশ, অভিভাবক, আপত্তি[৪৯], অসিনচিংবা।

(ঘ) মৈতৈলোন্দা মশক হোংদ্রিবা ফারসী ৱাহৈশিংঃ অঙ্গুর, আন্দাজ, কিশমিশ, গজ, চামচ, জাদু, দরবার, দরকার, দাগ, সরকার, তহসীলদার, অদালত, অসিনচিংবা।

| অশেংবা শক্তম | হোংদোক্লবা শক্তম | অশেংবা | হোংদোক্লবা |
|---|---|---|---|
| খানসমান | কংশমান | তারিখ | তারিক |
| চাদর | চাদোর | দেগ | তেক (পাত্র অমা) |
| জাঞ্জির | জিঞ্জুর | নমুনা | নোমনা |
| পাজমা | পাইজমা | চপরাসী | চম্প্রাসি |

(ঙ) আরবী লোন্দগী চঙলকপা মশক হোংলবা ৱাহৈশিংঃ

| অশেংবা | হোংদোক্লবা | অশেংবা | হোংদোক্লবা |
|---|---|---|---|
| অখবার | খবর | ৱকিল | উকিল |

৪৭। ইবিদ, লাঃ ৬২

৪৮। ইন্দ্রজিৎ সিংহ, গৌহাটি, 'মৈতৈলোনগী ইতিবৃত, ঋতু, ২০শুবা চেফোঙ, ১৯৬৮, দি কলচরেল ফোরম, ইম্ফাল

৪৯। ভোলানাথ তিৱারী, হিন্দী ভাষা ঔর নাগরী লিপি, লোক ভারতকী প্রকাশন (ইলাহাবদ, ১৯৮৩), লাঃ ৫৮

| | | | |
|---|---|---|---|
| আক্কিল | আকোল | কৈফিয়েত | কৈফেৎ |
| ইজ্জৎ | ইজ্জৎ | তলব | তোলোপ |
| কলম | কোলোম | জেলা | জিলা।[৫০] |

তুর্কীদগী লৌবাঃ কাতি (কৈংচীদগী) কাবু, কুলী, গলিচা, চাকু, বোম, তোপ, দারোগা (দরোগা), বহাদুর, বিবি (বীবী)[৫১], অসিনচিংবা।

**য়ুরোপকী লোনশিংদগী লৌবা মণিপুরী ওইরবা ৱাহৈশিংঃ**

য়ুরোপ্তগী চঙলকপা ৱাহৈশিংগী মনুংদা ইংরেজী লোন্দগী চঙলকপা ৱাহৈনা মপুংংনি। অনৌবা যুগ অসিগী ওইনা ইংরাজীদগী চঙলকপা ৱাহৈশিংদি হৌজিকসু লেপ্লা লৈত্রিবা মরম্না মৈতৈলোন্দা মসিগী মশীং চপ চানা পীবা লুনা থোক্কনি। ইংরাজীদগী লৌশিনবা ৱাহৈশিং অসি চাংচত্তা মণিপুরীদা চঙলকপা অনৌবা পোৎশিংগী মমিং অমসুং অনৌবা হীরমশিংগী মমিং (নাউন) শিংনা মপুংনি। ভার্ব অমসুং এদজেক্তিভনচিংবা অতৈ পার্টস ওফ স্পীচশিংগী মনুং চনবা ৱাহৈশিংদি থোইনা য়ামদে। ইংরেজগা মণিপুরগা ৱা চৎনবা হৌখিবসি খৃঃ ১৭৬২ দা ভাগ্যচন্দ্রনা (নিংথৌনা) ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানীগী ওফিসার মিঃ ভেরেলষ্টকা অৱা লান থেংনবগী তেংবাংগীদমক তৌনখিবা সন্ধি অদুদগী হৌখ্রবনি। অদুবু মতম অদুদগী হৌনা কুনগুবা শতাব্দীগী মমাঙ ফাওবদদি ইংরেজী লোন তম্নরমদবা মরম্না তঙাইফদবা মিং খরগী নত্তনা অদুক হাক্লা ইংরাজী ৱাহৈ লৌখিদে। কুনশুবা শতাব্দী হৌরকপদগী ইংরাজী লোন তম্নগী ঈহৌ লাকখিবা মতমদগীদি তপ্লা তপ্লা মণিপুরী লোন্দা, লোন অসিগী ঈথিল চঙবা হৌরকখি। হৌজিক্কী মণিপুরী লোন্দা ইংরাজী ৱাহৈশিংতা নত্তনা পোর্তুগীজ, ফ্রেন্চ অমসুং দতছকী মশীং য়ামদবা ৱাহৈ খরসু ফংঙি। ৱাহৈশিং অসি, ইংরেজী, বাঙ্গলী, অমসুং হিন্দীগী খুৎথাং লৌবা, ৱাহৈ ওইনা তৌই। য়ুরোপিয়ান লোনশিং অসিদগী চঙলকপা ৱাহৈশিং খর মখাদা মথং মথং উৎলি।

পোর্তুগীজ ৱাহৈশিং – অম্বারী (অলমারী), অচার, আলপীন, ইস্পাৎ, ইস্ত্রী, কমীজ, সাম্পোন (সাবুন), খৃষ্টান, গমলা, গার্দ, গীর্জা, কোবী (গোভীদগী),

---

৫০। নন্দালাল, ওপ, সিট, লাঃ ৬৩

৫১। ধিরেন্দ্র বর্ম, হিন্দী ভাষাকা ইতিহাস, হিন্দুস্থানী একাদেমী (প্রয়াগ, ১৯৮০), লাঃ ৭২–৭ দগী য়েংদুনা ইথোকপা

গোদাম, চাবী, তোলা, নীলাম, পাদ্রি, পিস্তোন, পিপা, ফর্মা, ফীতা, বালতিন (বালতিদগী), বিস্কুত, পোদোন (বোতলদগী), মার্ক, মিস্ত্রী, মেজ[৫২] অসিনচিংবা।

ফ্রেন্চ ৱাহৈ – কুপন, অংগ্রেজ।

দতছ ৱাহৈ – তরুপ, বম (ষণগাড়ীগী)[৫৩]

অসিদা নত্তনা গ্রীক, লাটিনগী ৱাহৈ কয়াসু শীজিন্নরবনি। অদুবু অয়াম্বনা ইংরেজী লোন্দগী খুৎথাং লৌবা ৱাহৈশিং ওইবনা ইংরাজীদগী লৌবা অদুম শকখরে। খুদম ওইনা – হীরমশিংগী মমিং – ফীলোসোফী, সাইকোলোজী, আর্টস, সাইন্স অসিনচিংবা।

ইংরেজীদগী মণিপুরীদা লৌরবা ৱাহৈশিংঃ

অ – অপীল, আর্মি, আদালী (ওর্ডলী),

ই – ইন্সপেক্টর, ইঞ্জিন, ইঞ্জিন্যার, ইনকম

এ – এজেন্ট, এক্তর, এক্তিং, এনামেল

ও – ওফিস, ওর্ডর, ওপরেসন, অসিনচিংবা

ক – কমিস্নার, কম্পেনি, কেলেণ্ডর, কম্ফোর্টি, কলর, কর্ণেল, কোপি, কংগ্রেস, কোলেজ, ক্লাতর, কলাস, কিলিপ, কেটলী, কোৎ, অসিনচিংবা।

গ – গার্ড, গিলাস, গ্যাস, গেত, গীলতি, গেরেন্তি

চ – চোকলেৎ, চেমনী, চেন

জ – জজ্জ, জম্পর, জিম্নাস্তীক, জেনেরেল, জেকেত, জেল, জেলর

ত – তব, ত্রঙ্ক, তিকেত, ক্লাতরস, তাই, তেম্পরেচর, তিফিল, তোন, তীন, তেনীস, তেবল, তেলিফোন

দ – দবন, দাক্তর, দ্রামা, দাইরী, দিক্সনারী, দিস্ত্রিক, দিপ্লোমা, দিগ্রী, দর্জোন, দরী

থ – থর্ম্মোমিটর থেঙ্ক

৫২। ইবিদ,

৫৩। ইবিদ,

ন – নর্স, নোত, নো (নত্তবা) নোটিশ, নোটবুক

প – পেসসেঞ্জর, পল্টন, পলস্তর, পম্প, পাইপ, পার্ক, পালিস, পার্টি, পার্সেল পাস, পেন্সিল, প্লেত, পেতলোং (পেট্রোল), পিন, পুলিস, প্রোফেসার, প্রেস, প্রসিদেন্ট, পাউদর, পোষ্ট, পোষ্টমেন, পৱার

ফ – ফোর্ম, ফাষ্ট (ফার্ষ্ট), ফলালী (ফ্লানেল), ফীস, ফুতবোল, ফুত, ফেল, ফ্রেম, ফেসন, ফোতো, ফোতোগ্রাফর

ব – বস, বতালীয়ান, ব্যারেন্দা, বোক্স, বিলদিং, ব্রেক, বেঙ্গুন (ব্যগন), বুত, বেঙ্ক, পার্টি, বোর্ড

ম – মেচিন, মাজিষ্ট্রেত, মণি ওর্দর, মোন্দ, মফলা, মেলেরিয়া, মেচিনগন, মেনেজর, মাস্তর, মিনিত, মিল, মীকচর, মীতিং, মেম, মেম্বর, মোত্তোর

র – রবর, রসীদ, রসন, রেজিস্তার, রিজল্ত, রিতাইর, রেকোর্দ, রুল, রেল, রেস, রোড

ল – লন্চ, লোত্তরী, লাইব্রেরী, লালতেন, লেন, লেতর, লেকচর, লেন্স

ৱ – ৱাসকৎ, ৱান (অমা)

স – সোমোন, সার্জন, সন্ত্রী, সরকার, সার্ভিস, সাটিফিকেত, সাইন্স, সিগরেত, সিলিং, সিল্ক, সেক্রেটরী, সিংগল, সিলেত, সিত, সিবিল, সুইতর, সুপারিনতেন্দেন্ট, সুত, সুতকেশ, সেসন, সেকেণ্ড, সাইকল

হ – হাই+কোর্ত, স্কুল, হারমণি (হারমোনিয়ম), হোল, হাপ (হাফ), হোতেল, অসিনচিংবা

ভ – ভেল্যু, ভোৎ, ভোলুনতিয়র, ভাইস+প্রসিদেন্ট, ভাইসরোই, ভায়োলিন

ত – তেরসিং (কেরোসিন)

শেমদোক্লবা ৱাহৈ অমসুং মিংশিংঃ অতোপ্পা লোনগী ৱাহৈগা মণিপুরী ৱাহৈগা য়ানশিন্নরগা শীজিন্নবা অপূনবা ৱাহৈ কয়ামরুম লৈ। ৱাহৈশিং অসি শীজিন্নবগী মতুংইন্না নাউন, ভার্ব, নত্ত্রগা এদজেক্তিভ ওইনসু ফংই।

**হিন্দী ৱাহৈশিংদগী শেন্বাঃ**

সিফাই মাংগাইবা (চৈঃকুমঃ, লাঃ ৬৩২), চলা+ইবা, খি+লাইবা, অসুম্না কামাইবা, মিলাইবা, শিখাইবা, জারিবা, মারিবা, মরাশি, মণ্ডপ, মচরীৎ, ইবুদ্ধি, নপাপ অমসুং মমোন (মাগী পূক্রীং), সমঝাইবা (পিঃ ১, কুন ১, লাঃ ৬৮) অসিনচিংবা।

মীগী মমিং থোনবদা হিন্দুস্থানী নত্রগা ইংরেজী ৱাহৈগা পুন্না থোনবা কয়াসু চৎনরক্নে খূদম ওইনাঃ

ৱাণী তোম্বী, মংলেম চন্দ্র, মঙ্গীশ্বর, ইমোচন্দ্র, তোম্বীরাজ, অসিনচিংবনা হিন্দুগী মিংদা শেন্বনি।

**ইংরেজীদগী শেন্বদিঃ**

মেজোর (মেজর), মেমভোর (মেম্বর), বোইনাউ, জোনমচা, হেলেনবী, অসিনচিংবা।

মপান্দগী অনৌবা পুশিল্লকপা হৈ, লৈ, উপাল-ৱাপাল, শা-ঙা অসিনচিংবগী মমিং কয়া হোংবা তৌদনা মণিপুরী লোনগেদা হেনগৎলক্লিঃ

এপল, বদাম, অঙ্গুর, নাসপতি, জাম, মালতী, জাতি, গোল্ডমুহোর, পোপী, ভার্বিনা, নাসিক, জারন, তিক, বোইলর, জরষি, কমনকাফ, সিলভরকাফ, অসিনচিংবা।

হিন্দী নত্রগা বাঙ্গলাগী ৱাহৈ অমমম মাঙদা ফমলগা অর্থ শেন্বা মণিপুরীগী ফ্রেজঃ

ঠিকা তৌবা, গাড়ী থৌবা (তোংবা, চৎপসু), দরকার লৈবা, উপাই তৌবা, সেবা তৌবা, নেশা চাবা, পরিক্ষা থাবা, বিদাই তৌবা, ধমকা তৌবা, হৱা চাবা, ফরক তাবা, অসিনচিংবা।

মথক্তী অসিগুম্বা মওংদা ইংরাজী ৱাহৈনা মকোক থংলগা অর্থ খূৎলোইবা ফ্রেজ খরসু থোক্লকইঃ

চেক তৌবা, ওপরেশন তৌবা, চার্জ তৌবা, চান্স লৌবা, ব্লোক তৌবা, প্রোব্লেম খোকপা, স্ট্রাইক তৌবা, রেডী তৌবা, বস তোংবা, রেডীও তাবা, ইলেক্ট্রিক

থানবা, সিলিপ তাবা, পমচর ওইবা, পাস তৌবা, ফেল ওইবা, ইন্টর্বিয়ু য়াওবা, ব্রাকিং চৎপা, অসিনচিংবা।

মতমগী চৎনরকপা মতুংইন্না মণিপুরীদা – হিন্দী, ইংরেজী অমসুং মণিপুরী অহুম্মক য়ান্নবা ফ্রেজ অমসুং ক্লোজ কয়া অনৌবা মতমগী মণিপুরী ড্রামা অমসুং মণিপুরীগী পাউ–চে কয়াদা শীজিন্নবা উরিঃ

ছাত্রশিংগী স্ত্রাইক, স্ত্রাইকর জাৎ জাৎনি, বস ভারাগী, মেলাগী তিকেট, পরিক্ষাদা ফাষ্ট তাবা, সেনিয়র গুরুনি, কনানা হেড পণ্ডিতনো? কেনেলগী ঠিকা লৌরি, বাজার বোর্ডকী মেম্বরশিং, গাড়ীশিং রেডী তৌবা, পরিক্ষাগী এরেঞ্জমেন্ট, কমপোজ হার, ওঝাদা দিসীপ্লিন লৈতবা, ওফিসকী কেরানীবু, লাঠি চার্জ তৌবা, কমিটিনা দায়িত্ব পূম্নমক, গাড়ী ড্রাইভরদা, গাড়ী একসীদেন্ট থোক্লে। স্কুল মোরামত তৌবা, মন্ত্রি ফম রিজাইন তৌবা, তিকেত কালা বাজার তৌবা, ইডুকেশন মন্ত্রিনা, ওঝা হেড মাস্তরদা, অরিবা সাহিত্যগী ত্রেদিশন, আনোক শনগ্লাস উপ্পা, একাগাড়ীগী পম্প, অসিনচিংবা।

মীয়ামগী অপুনবা মরুপ নত্তগা লোয়শঙগী মমিং সংস্কৃত, বাঙ্গলা, হিন্দী নত্তগা ইংগ্রেজীদা মিংথোনবা থোইদোক্লা চৎনরি, খূদম খর পল্লবদা –

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি

মণিপুরী নহারোল সাহিত্য সভা

জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী

মহিলা মণ্ডল সমিতি, অসিনচিংবা।

হিন্দী, ইংরাজী অমসুং মণিপুরী লোন অহুম অসিদগী শেম্বা অপাম অপাম্বা মতুংইন্না শীজিন্নবা ফ্রেজ খর লৈঃ

| হিন্দী | ইংরাজী | মণিপুরী |
|---|---|---|
| তয়ারী তৌবা | রেডী তৌবা | থৌরাং তৌবা |
| অন্দোলন তৌবা | স্ত্রাইক তৌবা | ঈরাং তৌবা |

| | | |
|---|---|---|
| অচৌবা সমস্যা | অচৌবা প্রোব্লেম | অচৌবা ৱাথোক |
| মোরামত তৌবা | রিপ্যারিং তৌবা | শেমজিন শাজিনবা। |

অদুগা অমরোমদানা অইবা সাহিত্য অমসুং ঙাওন-শানবদা শীজিন্নবা ৱাংলবা মুৎথরক্লবা ৱাহৈ কয়ামরুমসু উবা ফংলেঃ

লাইরেকপা (থৌনা হনবা, থৌশাদবা), তন্ন (থুনা), তনবা (পন্থবা), অপোইবা (অকোইবা, অরানবা), ইতাউ (লেংমান্নবা মরূপ), ইতা (লেংমান্নবী মরুপ), খৈবা (লোইবা), অপানবা (অরূবা), অরাম (মীচম), ককখায়বা (চেকখায়বা), কম্বা (থাঙনা য়ানবা, হাৎপা), অচেংবা (খুদোং চাদবা), শিঙ্গোৎ (খুর, কোইকোকথাঙ), অয়ম্বা (পাঙদবা), য়োনব লঙবা (কনাগুম্বদা লাল্লুবা), থাম্বা (লৈতেংবা), নিনবা (ৱাংবা), মোংবা (চাবা), নামৎ (মতম), থোয়বা (চাউথোকপা), য়ৈবা, থীনবা (মী ফূবা), লমহুন (ঈশিং য়াফমগী লায়না), মেস্মানবা ঙাঙলৈনবা, য়েন্দম্লবা (চাংয়েংনবা), হেনফদবা (তঙাইফদবা), নাপী (লীন), মৈবী (শঙ্গাইশেন), ৱায় (কাপ), ৱানাবা (ৱানোম্বা), থোকপা (ফংবা, য়োনবা), ইমা লাউবা (খঙহৌদনা খুদোংথিবা), তাঙলম খৌরাংথা (চাক তাঙ্বা মতম), ঙনবা (খোন য়াকপা), মশিৎ (তরেৎনি শুবা নুমিৎ), পাংখক (মান্নবা), লা (ফৌরা), পুক চৎপা (কোলেরা), শেংগম (পৌলাংখোক), কাংপোৎ (ঈরোইগী গাড়ী), মাঙশোক (য়ুমগী অৱাংথংবা, ফস্মেনগা মায়য়োক্লবা শরূক)[৫৪], অসিনচিংবা।

হিন্দী অমসুং ইংরাজীনচিংবা মপালগী লোনশিংগা চাংদম্নবা য়ানা মণিপুরী লোনগী অনৌবা কঞ্জক্কসণগী মওং কয়া চাওখৎলকই:

অমসুং, অমহীকসুং, অদুগা, অদুবু, অদুম ওইনমক, অদুদগীদি, অদুগী তুংদা অমদি নত্তবা, অদুমকপু, তৌইগুম্বসুং, অদুম তৌনা তৌনা, অসুম অসুম, মরমদি, মরম অসিনা, নত্তবদি, নত্তগা, নত্তনবু, ফাওবা, সু, দ্রিফাওবা।[৫৫]

---

৫৪। এন, খেলচন্দ্র সিংহ, মণিপুরী টু মণিপুরী এন্দ ইংলিস দিক্সনারী (১৯৬৪), দগী য়েংদুনা ইথোকপা

৫৫। Rev. W. Petrigrew, Manipuri Grammar with Illustrative Sentences (Allahabad, 1912), Pp. 55-56

অনৌবা মণিপুরী সনথিগী মওং খরসু চাওখৎলকখিঃ

ইবংঙো+অহল – ইবুংঙোহল, ইবোহল
ইবেম্মা+অহল – ইবেম্মহল, ইবেমহল
তুম্বা+ওই উইবা+ওই – তুম্বোই উইবোই

অসুম্না – চাবোই থকপোই, পাবোই লাকপোই, য়েংবোই করিবোই, অসিনচিংবা।

অমুক্তগী+তোয়বা – অমুক্তোইবা (অমুক্তা ওইবদগী শেম্বা নত্তে)
অমুক্তগী+তোয়না – অমুক্তোইনা,
চাবা হৌনদবা – চাহেদবা (চাবা হৈতবদগী ওইরকপা মওং নত্তে)
অসুম্না তৌহেদবা, ঙাঙহেদবা, য়েংহেদবা, অসিনচিবা।

তোয়না শীজিন্নবা ইংরাজী ৱাহৈশিংদা মণিপুরী সফিক্স তপ্পা মওংশিংদি –

দেলীগী, কোভরদা, লোনা (আইন্না), ফার্স্তনি, ৱানলা – তুরা? হেরোরা? অসুম্না ইংরেজী ৱাহৈশিংদা –গী, –দা, –না, –তা, –নি, –লা, –রা অসিনচিংবা মণিপুরী সফিক্স কয়া তপশিনবা চৎনরি।

ইংরেজীদগী হিন্দীদা মওং শেমলবা ইদিয়মশিং ফংই, মতৌ অদুগুম্না মণিপুরীদসু লৈ।

'মঙাল পীবা', 'রেকোর্ড থুগাইবা', 'ঈখৌরাংবা', 'য়েৎথংবা পাম্বোম', 'মালং ফুরা শাবা' অমসুং 'অচাকপা মৈদা ইকং নত্ত্রগা ঘী লংশিনবা'[৫৬] অসিনচিংবা।

অনৌবা মতমগী লোন চাওখৎলকপগা লোয়ননা অশেংবা মণিপুরী ইদিওমেতিক ফ্রেজ কয়াসু চাওখৎলকখি। হকচাংগা মরী লৈনবা খূদম খরদং পল্লবদা–

কোক চাউবা – তৌফম খঙদবা
মনা কনবা – থৌ–ৱা শাদনা তাশিন্নদবা

৫৬। বোলানাথ তিৱারী, হিন্দী ভাষাকা সংক্ষিপ্ত ইতিহাস (দিল্লী, ১৯৮১), লাঃ ১৯৭–১৯৮

| | |
|---|---|
| মায় থাবা/কনবা | – ইকাই খঙদবা |
| মমিৎ খানা | – শাউনা |
| মচীন তোঙবা | – মশক্লাইবা মী |
| মচীন তুমখৎলকইবা মী | – য়াইফরক্লিবা মী |
| মচীন চোৎপা | – চানবা ৱাত্তবা |
| মচীন কনবা | – চীন য়াঙবা, চীনফেন ফবা, মতোমতা ঙাঙনবা হোৎনবা মী |
| মচীন চৎপা | – লুচিংবা অমা ওইনা মৱা লৌবা য়াবা মী |
| মচীন পৈবা | – মপূক পেলহনবা |
| মচীন থীবা | – ওইদবা ঙাঙবা |
| মচীন লুম্বা | – ৱা ঙাঙথোকপদা কিগনবা |
| মখূৎ চাউবা | – য়াম্না পীথোক্কনবা |
| খূৎ শাংবা | – মীগী মপোৎ লোন্না য়েপকনবা মী |
| খূৎ চঙবা | – চেকশিনবা, খূৎ থিংজিনবা |
| থম্মোই কনবা | – নুংশি হৈবা ৱাৎপা |
| মখোঙ শাংবা | – কোইগন চৎকনবা মী, অসিনচিংবা। |

**নাউন অমসুং মসিগী ফ্রেজঃ**

মতমগী মতুংইন্না মণিপুরী লোন অসিবু চাওখৎপা পূরক্লবগী, মহুৎশিনবা য়াবা মণিপুবী ৱাহে কয়াসু পুথোক্লুরক্লি, খূদম ওইনা – মহৈরোই (ছাত্র), মীতিন (মীতিং), ময়ায় তাংবল লৌবা (সভাপতি), খুন্নাই (সমাজ), পাউচে (নিউজ পেপর), ৱারু (রুত), ৱাতপ (এফিক্স), অসিনচিংবা।

হিন্দীদগী ইংরেজীদা শীজিন্নরবা নাউন ফ্রেজ খরঃ মণিপুরীদসু মওং কায়দনা শীজিন্নবা য়াওরিঃ

হেড পণ্ডিত, হেডমিস্ত্রী, হেড মৌলবী, সেনীগুর গুরু, স্কুল চৌকিদার, অসিনচিংবা।

---

মৈত্রম বীর সিংহ, বীর টিকেন্দ্রজিৎ, ইম্ফাল, ১৯৬৮, লাঃ ১০৪

ইংরেজী লোন্দা শা–উচেকশিং খরগী মমিংবু মীওইবগী শাজৎ লোনচৎকা প্রমাণ পানথৈ ওইবগুম মণিপুরীদা অসিগুম্বা খঙনবা মওং খর লৈ। খুদম অমতং পল্লবদাঃ

'টিকেন্দ্র – হুয়' – নংনসু নোংশা ফাগনি হায়দুনা লাকচবা শাই।

| চাংদম্নবা শাগী মমিংশিং | মান্নবা মীগী শাজৎ |
|---|---|
| হৌদোং | ইকায়বা খঙদবা মী |
| হূই | মীখা থাবা হৈনবা মী |
| গধা, শল | য়াম্না পঙবা মী |
| লমহূই | লৌনম তাৎতা হৈশিংবা মী |
| ওক | চাকচা কান্বা মী |
| চরোয় | চবেং চবেং ঙাঙবা মী |
| ক্বাক | মীথীঙ্গাই তৌবা গা গা লাউবা মী |
| ইরোই | তরু তহেন্দবা মী |
| কৈ | থৌইদোক্লা ইচঙ থৌবা মী |
| নোংশা | থোইদোক্লা মতীক মগুণ মথৌনা লৈবা মী |

ইংরেজীদগী মওং শেন্বা হিন্দীগী ৱাহৈ পরেং খূৎশেম অমদি মিং অনীগী মরক্তা মত্তুগা অনীদগী হেনবা মিংশিং মথং মথং থন্বদা ইকোন কোনবা মিং অদুগী মমাঙদা 'অমসুং' অমা খল্লি।[৫৭] মওং অসিমক মণিপুরীদসু চৎনরি। খূদম ওইনা – 'রাম অমসুং লক্ষ্মণ', অনী অসিদগী অমুক হেন্না হাপচিললক্লবদি – 'রাম, সীতা, ভরত অমসুং লক্ষ্মণ নোঙ্গাখরে'। অসুম্না ইবা মতমদা শীজিন্নরি।

ভার্বঃ অরিবা মতমদা লৈরম্বা অর্থ মান্নবা নাউনশিং (সিনন্নীম) গী অনৌবা মতমদা চৎনখিদ্রবসু মতম অসিদা ভার্বকী মখল শীজিন্নবগী চাংদি য়াম্না হেনগৎলকপগী খূদম ফংই। খূদম খর পল্লবদা – হকচাংবু তরু তহেন্নবগীদমক 'শেংদোকপ' হায়বসি ভার্ব ওইনা শীজিন্নবা মতমদা ৱাহৈ অসিমক্কী মান্নবা অর্থদা তোঙান তোঙানবা ৱাহৈশিং হকচাং কায়াৎশিং খেন্নবগী মতুংইন্না শীজিন্নৈ, মদুদি–

---

৫৭। তিৱারী, ওপ, সিট, লাঃ ১৯৪

কোক (শম) লুজবা মিং চামথোকপা
মায় তাথোকপা য়ান থিনবা
চীন তেংবা (চীনগী শরুকশিং অপূনবগীদি চীন শেংবা হায়গনি),
খোঙ, খূৎ হাম্বা নুরা ননবা (উনশা মোৎহন্দবা),
অমাংবা চান্বা ইরুজবা[৫৮] (হকচাং পুম্নমক শেংদোকপা)

হকচাংদগী লৌথোকখিবগী শরুক্তাঃ কোৎথোকপা, লৌথোকপা, শীত্তোকপা, হানবা, হামবা, ফায়বা, খাইবা নত্ত্রগা থোকপা, ককপা (শম, খুজিন্নচিংবগী)

খূৎশু–খূৎলাই শীজিন্নবগী থবক (ভার্ব) শিংবু পোৎচঙগী মতুংইন্না মান্নবা মিংশিং তোঙাল্লিঃ

ফি শানবা লংগী শিল্লমশিং – নাইবা, চাকপা (লংচাক্তা)

হনবা (লংহন্দা), খাইবা (তওৎতা)

ঙা ফানবা খূৎশু খূৎলাইগী শিল্লমশিং – খোই চোপ্পা, ঈল থাবা, নুপা ঈল লংবা নত্ত্রগা হনবা, লূ থুম্বা নত্ত্রগা যেপ্পা, লোং নত্ত্রগা লোংগ্রাই খোনবা, অসিনচিংবা।

মথক্কী, শিল্লমশিংগী মতুংইন্না শীজিন্নরিবা ভার্বশিং অসি থৌরম মান্নরবসু অমগা অমগা ওন্ননা শীজিন্নবদা চৎনদবা ৱাঙাং ওই। অদুগা থোইদোকপা খরদি মথক্কী 'হানবা' অমসুং 'ফাযবা' হায়বসি অমাং অশোয়নচিংবা চৎথোকপদগী হেন্না অতোপ্পদা শীজিন্নদে। খোই চোপ্পদা শীজিন্নরিবা 'চোপ্পা' হাযবসি শিল্লম অসিদগী হেন্না অতোপ্পদা মতাংদা শীজিন্নববদি ইকাইবা নংবগী অর্থদা লৌনৈ। লংচাক্কী 'চাকপা' হাযবসি অতোপ্পা মতাংদা শীজিন্নরবদি মৈদা চাকপা নত্ত্রগা অৱা মৈচাক খাঙবগী অর্থদা চৎলি। অসুম্না হীরম খূদিংমক্তা ভার্বকী শক্লোন কয়া চাওখৎলকপগী খূদম উরিবসিগী মথক্তা অমুক করিগুম্বদা মপালগী ৱাহৈশিং শীজিন্নরকপা মতাংদদি অয়াম্বনা ভার্ব ফ্রেজ কয়া শেম্মী। খূদম খরদি – নাম তাবা, সেবা চঙবা (থৌগনবা), চন্দোন থিনবা কৃপা তৌবা (থৌজানবিবা), অসিনচিংবা। মরম খিবিক অসিনা মণিপুরী ভার্ব শক্লোন য়াম্না চাউখৎলকই হায়বা উৎলি।

---

৫৮। Pettigrew, op.cit, p.50

পংচুয়েশনঃ ব্রাহে় পরেংশিংগী চাং নাইন্নবগীদমক চৈখৈ, কোমানচিংবা শীজিন্নবা অসি ইংরাজীদগী মওং লৌদুনা ভারত্তা চৎনরকখিবসি কুনশুবা শতাব্দী চঙলকপদগী হৌখি।[৫১] মণিপুরীদসু অসুম্না তপ্না চঙলকখি। কোমা, সেমিকোলন, ইনভর্টেদ কোমানচিংবা পংচুয়েশনগী খূদম কয়া মণিপুরী লোন ইবদা শীজিন্নবদা নত্তনা ইংরাজী লোনগী এফোস্ট্রোফি (') শীজিন্নবগী মওং লৌদুনা ব্রাহে় শম্না ঙাঙবদা শীজিন্নরকই – ক' মদৌরি (করম তৌরি)? কা' ইনো (কদাইদনো)? ভাপ্পু হায়'নিমা (ভাবপু হায়বনি হায়বা); কৈ কান' দবা (করিসু কান্নদবা), অসিনচিংবা।

খোনথোক্কী শক্তমঃ মণিপুরী লোনগেগী থোইদোকপা অনৌবা শক্তমদি অরিবগীদা চৎনরমদবা খোনথোকশিং গ, য, জ, ঝ, ড, দ, ধ, ব অমসুং ভ নচিংবা ব্যঞ্জন ময়েকশিং অসিনা হৌবা ব্রাহে়শিং কয়া মপান্দগী লৌশিল্লকপা অসিনী। খূদম ওইনা গাড়ী, যন্ত্র, জহাজ, ঝঞ্জ, ডাগঘর, দম্বুর, ধোলক অমসুং বাঁশি অসিনচিংবা।

মণিপুরী তম্বদা খোনথোক ময়েকশিং – ছ, ঞ, ট, ঠ, ড, ঢ, ণ, য, ড়, ষ অমসুং ক্ষ নচিংবসি য়াওরবসু ঙাঙন–শানবদা মখোয়শিং অসিগী খোনথোক্তি মথংশীৎনা স, য়, ত, থ, দ, ধ, ন, জ, র, শ অমসুং খ গী খোনথোকশিংনা মহূৎ শিনখি। মরম অসিনা অহানবগী খোনথোক ময়েক কাঙলুপশিং অসি মণিপুরী খোনথোক্তা থোইদোকপা মফম লৈত্রি।

স্বর ময়েকঃ ঋ, ৯, নচিংবা ময়েক খরা অসি বাঙ্গলা ময়েক্কী মতৌ তমদুনা অঙাংশিংনা ময়েক মপী তম্বদা শীজিন্নবা উরি। অদুবু কান্নবদি কয়া উদে, ঙাঙন শক্লবদা মখোয়দা খোনথোক মথংশিৎনা 'রি' অমসুং 'লি' না মহূৎ শিল্লি।

মণিপুরী লোন অসি খোনথোক অরূম–অয়াং হোংবগী মতুংইন্না মান্নবা ব্রাহে় অমনা অর্থ তোঙান তোঙান থোকপা (তোন লেঙ্গুয়েজ) অমনি। মসিগীদমক মান্নবা বানানদা অরূম অয়াং খঙহন্নবগীদমক মীয়াম্না য়ানরবা খূদম কয়ামরুম শেম্না অমসুং মসিগী মশীং লেপথোক্কুনা থম্বগী তঙাইফদবা লৈ।

৫১। তিবারী, ওপ, সিট, লাঃ ১৯৩

মপুংওইবা চাংচত্তা য়েংলগদি লোন অসিগী অয়াম্বনা খোনথোক অনী অনী লৈ। খূদম থরা –

তৌবা (থবক অমা পাঙথোকপা), তৌবা (লৈপাককুম্বা পোৎ য়ানখায়বা), কাবা (মৈরৌ হেঞ্জিনবা), কাবা (অঙম্বা হাঁইগৎপা), অসিনচিংবা।

মথক্কী অসিগুম্বা মওং অসিদগী অর্থদি তোঙানবা মান্নবা ফ্রেজ কয়া অমা থোক্লকই:

| অয়াম্বা | অরুম্বা |
| --- | --- |
| খূৎ থাবা(থবক হৌবা) | খূৎথাবা (থবক থাদোকপা অমসুং চাং য়াম্না শীজিন্নবা) |
| চাক কাবা (মৈরৌ হেল্লবা চাক) | চাক কাবা (মপোপ ফবা চাক) |
| অরেম্বা পাম্বা (চীঙলেম্বা পাম্বা) | অরেম্বা পাম্বা (মরম চাদনা অহেনবা পাম্বা) |
| শম থাদোকপা (চেঙহী, সম্পু নচিংবা লুজরগা চামথোকপা) | শম থাদোকপা (শম পুল্লম্বদগী নানথোকহনবা) |
| ১। চেঙহী লুজরগা শম থাদোকপা কাউগনু। | ২। অহল–লমন মমাঙদা শম থাদোকপা হৌনদে। |
| অচৌবা ময়া (অপীকপা নত্তবা ময়া) | অচৌবা ময়া (চাংদগী হেন্দোক্লা শাংবা ময়া) |
| ১। ঐনা শামু ময়া অচৌবা অমা জঙ্গলদগী ফংখি। | ২। চাউবীগী ময়া অচৌবদু য়াগী ডাক্তরদা শেমদোক্লুরে। |
| অপাবা লাইরিক (হান্না ঔরাইথোক্লবা লাইরিক) | অপাবা লাইরিক (অথাবা নত্তবা লাইরিক) |
| ১। নঙনা অপাবা লাইরিকমখৈ পীরক্লো | ২। অপাবা লাইরিক অসি মমলদি য়ামই। |

অসিগুম্বা খোম্লোক অনেম–অবাং অসি করিগুম্বদা অহুম লৈবসু য়াওই:

মকু (উচেক অমা), মকু (উগী মকু নত্রগা কনাগুম্বগী মকুবোক), মকু (ফি মকূ মকূ তৌবা)

চূবা (নোং চূবা), চূবা (মৈ চূবা), চূবা (মায়গী নাকল),

পাবা (কনাগুম্বগী মপা), পাবা (অথাবা নত্তবা) পাবা (লাইরিক পাবা)[৬০]
মপাল (মপাল শাৎপা), মপাল (পাম্বীগী মউ), মপাল (পৃথ্রিগুম্বগী মপাল)
মতা (মওং, তাঞ্জা), মতা (খোয়নৌ), মতা (থম্বৌ নত্তগা মঙ্গ্রাগুম্বগী মনৌ)
মশা (হকচাং), মশা (উচেককুম্বগী মশা), মশা (খুৎশেম মওং), অসিনচিংবা।

মণিপুরীদা বানান মান্নবা ৱাহৈ অমনা খোঙ্হোক অরুম–অয়াংগী মতুংইন্না অর্থ হোংবা ৱাহৈ কয়ামরুম অমসু লৈরিঃ

(ক) চানবা – চীন্দা শায়দুনা য়োৎননবা,
(খ) চানবা – ময়াম খায়নরগা চাক চানবা, শেল থানবা
(গ) চানবা – লম্বা চানবা, খেন্নদবা
(ঘ) চানবা – ঈশিংদা চানবা তৌহনবা, চরা চরা হনবা।

মথক্কী 'চানবা' গী ৱাহৈশিং অসি বানান মান্নরবসু শীজিন্নফম খেন্নবগী মতুংইন্না অমগা অমগা অর্থ তোঙান তোঙান খওনৈ।

অতোপ্পা খুদম অমসু লৌবা য়াইঃ

(১) তানবা (নাকোংদা তানবা) – তানবা কন্না হায়য়ু

(২) তানবা (মীয়াম্না তানরবা, অনকপা কৌবা ঙাওবা তানবা) – পাউদু ময়াম তানবা য়াওরে।

(৩) তানবা (খন্নবা) – ৱাফম অসি চীক্না তানবা ফৈ।

(৪) তানবা (চাং হন্থনবা, মখাদা – পূক ময়েং তানবা শাজেল তৌ। তাখিনবা)

(৫) তানবা (ময়াম মখাদা তামিন্নবা, জাত নত্তগা লৈখা তামিন্নবা অসুন্না 'লাক্লবা' 'থানবা' – থোং অসি শেমজিন্দ্রবদি মী তানবা য়াওরগনি।

মথক্কী খুদম অসিদসু খোনফম খেন্নবগী মতুংইন্না অর্থ তোঙান তোঙান্না ফংলি।

৬০। ৱাংখেময়ুম তোমচৌ সিংহ, 'মৈতৈলোন অমসুং ময়েক্কী লীখুন', মীৎয়েং, ৪শুবা মশীং (১৯৭২), মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা, লাঃ ১৭

## নিপালশুবা পন্দুপ

# ৱারোই

'মণিপুরী সাহিত্যদা লোনগী য়াওল' কৌবা মিংথোল অসিগী মখাদা পায়খৎচরিবা থিজিনবগী থবক অসিগী পান্দমদি মণিপুরী সাহিত্যদা ফংবা লোনগী য়াওল নৈনবনি। 'মণিপুরী সাহিত্য' হায়বা পনখে অসিগী মনুংদা অহবা সাহিত্যদগী ফংবা শরুক্তা মপুং ওইরবসু চীনথাংগী সাহিত্যগী অচৌবা মফম কন্দবা য়ারক্তে মরমদি সাহিত্য খুদিংমক্কী মৈহৌরোন্দা চীনথাংগী সাহিত্যগী খূদোলসু য়াওরি। লৈনুংদা ফুমখ্রবা মশক উদবা মরুদগী পাশ্বী হৌরকপগুম লেপ্লবা লুরবা, লিখ্রবা মতম অমদগী লৌদুনা কোন্না লাচনবা সাহিত্যগী শক্তম লেপ্লকখিবনি। অসিগুম্বা সাহিত্যদগী ফংলিবা মচাক্কী মতুংইন্না মণিপুরী সাহিত্যগী অঙনবা মতম চাউরাক্লা খৃষ্টগী অহানবা চহীচাদা পাল্লন্বা মৈদিংগু নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদগী চৎথরকপনা হৌজিক ফাওবগীদা ওইরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী লোন, নৈনবসিদা মনুং চল্লি।

নৈনবা খুদোং চানবগীদমক থেসিস অসি পন্দুপ নিপাল থোক্লা খায়দোক্লিঃ

**অহানবা পন্দুপঃ** য়েলহৌঙৈগী মতমদা মণিপুর তম্পাক্কী মফম কয়াদা শলাই তরেৎকী মীওইশিং, খাবা, লুৱাং, খূমন, মোইরাং, চেংলৈ, অঙোম অমসুং নিংথৌজানচিংবগী কাঙলুপশিংনা নিংথৌ পানবা লৈবাক মচা মচা কয়ামরুম শেমদুনা অমগা অমগা খৃৎকন পাঙ্গনবা তান্নদুনা পান্নরম্মি। কাইনথংদা নিংথৌজা (পোইরৈ মৈতৈ) গী নিংথৌশিংনা কাঙলুপশিং অসিবু মথং মথং খূদুম চনশিনখিদুনা খৃষ্টগী চহী চা তরামঙাশুবগী ময়ায় চল্লকপা অদুৱাইদগী অপূনবা মৈত্রবাক অমা শেমগৎলকখি। দাঃ জি. এ. গ্রিয়র্সনগী মিৎয়েংদা মণিপুরীশিং অসি চিনাগী অৱাং-নোংচুপা মায়কৈদগী খুনথোরকপা তিবেতো-বর্ম্মন লোন লোনবা কাঙলুপ অংগী

মচা মশূশিংনি হায়রি। অদুবু জোনষ্টোন অমসুং পেম্বরতন্নচিংবা পাণ্ডিতশিংনদি য়াম্না ঙনবা মতমদা ভারতকী আর্য্য কাঙলুপ খরসু মণিপুরগী লমদম অসি ভারতকী আর্য্য কাঙলুপ খরসু মণিপুরদা খুন্দাদুনা পূনশিনখি হায়না ফোঙদোকই। য়াম্না ঙনবা মতমদগী হৌনা মণিপুরগী লমদম অসি ভারতকী আর্য্যশিংনা নোংপোকথংবা এশিয়াগী মোঙ্গোলোইদ জাতিশিংগগী মরক্তা ললোন ইতিক অমদি ধর্ম্ম শন্দোকপনচিংবগী ফাওনফম অথোইবা লম্বী অমা ওইরম্মি হায়বসি অকোনবগী পণ্ডিতশিং অসিগী থাজবনি। অসুম্না খুদমশিংসু উবা ফংলি।

অনীশুবা পন্দুপঃ মণিপুরগী চীংমী–তম্মী অপুনববু 'মণিপুরী' হায়না খঙনৈ। মণিপুরীশিংগী মপূংওইবা লোন মৈতৈলোনবু মণিপুরী লোন হায়না খঙনরকই। লোনগী হৌরকফম অমসুং শাগে কাঙলুপ পীবদা মণিপুরী লোন 'তিবেতো–বর্ম্মন' লোনগী মনুং চম্লি। নাখে কয়া শেংফাত্রবসু লোন অসি 'কুকি চিন' কাঙলুপকী ইমুং–মনুং ওইনা থম্লে। অদুবু মতম শাংনা মরী লৈনরকপদগী মীরোন কয়াগী তুংদা হৌজিক ফংলিবা মণিপুরী লোন অসিদা ভারতকী আর্য্য লোনগী মচল কয়াসু য়াওপ্রে। অরিবা খুৎই লাইরিকশিং অমসুং নুংদা কোম্পাক্তা হক্তুনা ইরম্বা খুৎই লাইরিকশিংগী মতুংইন্না লোন অসিগী 'মৈতৈ ময়েক' তরামঙাশুবা চহীচা অদুবাইদগী মণিপুরদা চৎনরক্লে হায়বা খঙই। ময়েক অসিদা ইরম্বা অরিবা খুৎই লাইরিক লিশিং অমরোম হেন্না মণিপুরগী মফম কয়াদা পণ্ডিতশিংদা চাইনা লৈরম্বদগী খোমজিনবা ঙম্লে। চে অমসুং মূকশু লৈবাক অসিদা শাজবা ওইরম্মি।

অহুমশুবা পন্দুপঃ মণিপুরী সাহিত্যদা লোনগী য়াওল অসি চাউরাক্না অহুম খোক্না খায়দোকই। তরানিপালশুবা চহীচাগী মমাঙমখে অরিবা সাহিত্যগী লোন্নি। শতাব্দী অসিগী হৌনা তরামাপলশুবা শতাব্দীগী অরোইবা ফাওবনা ময়ায়চনবা সাহিত্যগী লোন অমসুং কুনশুবা শতাব্দী চঙলকপদগী চৎথরক্লিবা অনৌবা সাহিত্যগী লোন অসুম্না খায়দোকই।

অরিবা মতমগী অহানবা শরূক (অঙনবা) কী ওইবা শৈরেং অমসুং ৱারেংদা তোপ তোপ্না লোনগী শক্তম কয়ামরুম ফংই। 'ঔগ্রী', 'খেঙ্চো', 'সনা লমওক', 'হিজন হিরাউ', 'মৈ', 'লারেন' অমসুং 'নিংথৌরোন' নচিংবা অরিবা শৈরেংশিংদা হেন্না লিরবা ৱাহৈগী শক্লোন, খোনথোক অমসুং লৈতেংনচিংবা কয়া য়াওরি। ৱারেংনা মপূং ওইবা লাইরিকশিং মথংশিংনা 'নুমিৎ কাপ্পা', 'পোইরৈতোন

খুম্বোক', 'তুতেংলোন', 'খোংচোম নুপী' নোঙ্গারোল', 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাপা' অসিনচিংবা অরিবা খূৎইশিংদা ফংবা য়াহৈশিং, মতম অসিতগী ওইবা লোনগী মশক্তি। অরিবা শৈরেং অমসুং য়ারেংদা ফংলিবা য়াহৈশিংবু নাউন, ভার্ব, এদভর্ব অমসুং এদজেক্তিভনচিংবগী শক্লোন খায়দোক্লুনা নৈননি।

মরিশুবা পন্দুপঃ অরিবা মতমগী খূৎইশিং – 'চায়নরোল', 'নিংথৌরোল লম্বুবা', 'খুমন কংলেরোন' অমসুং 'মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা' নচিংবা লাইরিকশিংগী মতুংইন্না মামাঙতৌদা মণিপুর তম্পাক্কী তোঙান তোঙানবা লমদমশিংদা পাল্লম্বা, খুমন, লুয়াং, মোইরাং অমসুং অঙোমনচিংবা শলাইশিংগী খেন্নবা য়াহৈ কয়া ফংই। শলাইশিং অসিনা মতমগী মতুংইন্না মৈতৈ (কংলৈ) দা পূনশিনখ্রবা মতুংদা অপুনবা মৈতৈরোন (মণিপুরী) শাগৎখিবদা শলাইশিং অসিগী য়াহৈ কয়ামরম য়াওখি। কাঙলুপশিং অসিগী লোনগৈগী নাউন, ভর্ব, অমসুং এদভর্বনচিংবগী শক্লোন কয়া পন্দুপ অসিদা নৈনৈ।

মঙাশুবা পন্দুপঃ খৃষ্টগী চহীচা তরামঙানীগী হৌনা তরাতরেৎশুবা চহীচা ফাওবদি মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম অমসুং আর্য্য লোনগী ঈচেল খর খরা হাইজিল্লকপগী মাঙ্গওইনবা মতমনি। মতম অসিবাদগী হৌনা ভারতকী মফম কয়াদগী ব্রহ্মণশিং মণিপুরদা চঙলক্লুনা খুন্দারবা হৌখি। মতম অসিদগী হৌনা মৈতৈশিংগী মরক্তা হিন্দুগী মিংথোন্নবা খর খর হৌরকখি, লোয়ননা হিন্দুগী লাইরেম্মা লাইরেম্বীশিংগী লাইনীং লাইশোন অমসুং মদুগা মরী লৈনবা য়াহৈ খরসু মণিপুরগী অরিবা সাহিত্যদা চঙবা হৌরকখি। তরাতরুকশুবা চহীচাগী শরুক্তগী মণিপুরদা ভারতকী লমদমশিংদগী লান্দারকপা মুসলিম লানফা খরসু খুন্দাহনবা হৌখি। মণিপুরগী অরিবা মনাৎ অমসুং লোন্দা মখোয়গী খুদোলসু ফংখি।

তরানিপালদগীনা তরামাপলশুবা চহীচাগী অরোইবা শরুক অসিদি হিন্দু ধর্ম্মগী অচৌবা ঈচেল হাইজিল্লকুবা মরম্মা তমদা লৈবা মণিপুরীশিং অয়াম্বা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখি। মতম অসিগী মণিপুরী পণ্ডিতশিংনা হিন্দুগী চেদ অমসুং পুরাণগী ওইবা লাইরিক কয়া কয়া মণিপুরী লোন্দা ইথোক্লরকখি, লোয়ননা বৈষ্ণব সাহিত্যগী খূৎইশিংদা অরিবা মণিপুরী য়াহৈ অমসুং ফ্রেজশিংদা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলাগী ওইবা য়াহৈ কয়ামরম থেৎচিন্দুনা ইবা চংনরকখি।

তরাকশুবা পন্দুপঃ ময়ায় চনবা মতমগী অকোনবা শরূক অমসুং অনৌবা মতম হৌরমদাইগী মাঙওইনবা মরক অসি বাঙ্গলা লোনগী অচৌবা শাফু অমমুক লৈরুরে। মরক অসিদগী অনৌবা মতমগী চৎনরকপা সাহিত্যগী চৎনলোন খরা বাঙ্গলা সাহিত্যদগী লৌবা হৌখ্রবসু লোন (বাঙ্গলা) অসিনা হিন্দু ধর্ম্মগী অশেংবা লোন ওইনা চৎনহল্লম্বা মরম্না মতম অসিদা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী ফিভম য়াম্নাশোকথখি। অরিবা মণিপুরী লাইরিক পুথোকপগী চাং য়াম্না হন্থখি তৌইগুম্বসুং নাকল অমদদি চীনথাংগী সাহিত্য (ওরেল লিত্রেচর) দি খর হেন্না চাওখৎলকখি।

খৃষ্টকী চহী ১৮৯১ দা বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনখিবা মতুংদগী নোংচুপলোমগী শিক্ষা (লাইরিক-লাইশু তম্বা) গী মঙাল খর খর ফংনরক্লুনা ধর্ম্মগী মিংদা খুদোংচাবা লৌরম্বা মপালগী লোনশিংগী শুপ্পম কয়াদগী খর খর নানথোরক্লুনা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্য য়োকখৎপা হৌখি। অদুবু মতম অসিদগী হৌনা মৈতৈ ময়েক্কী মহুত্তা বাঙ্গলাময়েক শীজিন্নবা হৌদোকখি। কুনশুবা চহীচা চঙলক্লবদা মণিপুরগী লময়ানবা কবিশিং-চাউবা, কমল, অঙাংহল অমসুং দরেন্দ্রজিৎনচিংবা কয়া চোংথোকলক্লুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎপা হৌরকখি। মতম অসিদগী অশেংবা মৈতৈলোনগী দ্রামা অমসুং ঈশৈনচিংবগী অনৌবা য়াওল অমসু লাকখি। লোনগী অরি-অনৌ শিন্নবা মতম অমসু ওইখি। অদুবু পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মমাঙ ফাওবগী সাহিত্যগী খূৎইদি তশেংনমক মণিপুরগী তোপ তোপ্পা সাহিত্যগী চৎনলোন অমদা শাগৎপা নৎলমদ্রি, মসি হান্না চৎনরম্বা বৈষ্ণব সাহিত্যগা অদুম শাগোন্ননা চৎমিন্নবগুম তৌরি। ৱাহৈ ৱাতা অমসুং মিংথোলনচিংবদা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলাগী ৱাহৈ য়ানবগী চীংলেম্লবী অমা ওইনা য়াম্না চৎনরম্মি। লাঞ্জাওগী মাঙওইনবা শরূক অদুৱাইদগী মসিগী নীংঙমদবা খর খর ফাওনরক্লুনা মীনকেতননচিংবা অইবা খরনা অশেংবা (য়ানশিন্দবা) মণিপুরী লোনগী সাহিত্যগী খূৎশেম কয়া চাংয়েং তৌদুনা পুথোরকপা হৌখি। মতম অসিদগী মণিপুরীগী মখল মথেলগী চেফোঙ কয়া পুথোক্লরক্লুনা মমারোল সাহিত্য চাওখৎনবা কন্না হোৎনরকখি। ইংরেজী লোন তম্বা অমসুং ইংরেজী লোন শীজিন্নবগী অচৌবা ঈহৌ অমসু লাকখি।

তরেৎশুবা পন্দুপঃ অনীশুবা লাঞ্জওগী মতুংদগী মণিপুরীশিংগী মরক্তা লাইরিক হৈবা অমসুং মপালগী লোন খঙবগী চাং য়াম্না হেনগৎলকখি। হিন্দী

অমসুং ইংরাজী লোন্না মরুওইবা মহৈ মশিংগী লোন ওইরকপদগী মণিপুরীশিংগী মরক্তা ঙাওন–শানবদা, সাহিত্যগী খূৎশেমদা হিন্দী অমসুং ইংরাজী লোনগী ৱাহৈ য়াম্না লৌশিল্লকই। হৌজিক্কী মতমগী কবিশিংনা অনৌবা নমুনা অমসুং লৌথুপ লৌকোই নৈতবা পুন্সিগী শক্তমশিংনা য়েকপা নোংচুপলোমগী সাহিত্যগী খূৎশেম অমসুং লোন কয়া চাংয়েং তৌদুনা পুথোক্লরকখি।

(ক) নোংচুপকী চৎনলোনগী, (খ) হিন্দু লাইনীং লোন অমসুং (গ) অরিবা কংলৈরোনগী খূৎশেম, মখল অহুমদা ইবা মীওই কয়া মশীং হেনগৎলক্কুনা হৌজিক্কী অনৌবা মতমগী লোন অমসুং সাহিত্যগী শক্তম অমা শাগৎলকই। ভারতকী সাহিত্য একাদেমীগী মনা ফংলবা অইবা কয়া অমসুং ঈকাইখুম্নরবা অইবা অমদি অখণ্ড–অহৈ মশীং হেনগৎলকপগী মতুংইন্না মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী চীংলেম্বসু অসুম অসুম হেনগৎলক্লি হায়বা য়াই। তৌবতদি মপালগী লোনশিং (হিন্দী, ইংরাজীনচিংবা) হৈবা হেনগৎলকপগী মতিক সাহিত্যগী খূৎশেমদা মপালগী ৱাহৈশিং থেৎপগী চৎনবীদি হনবা লৈত্রে।❑

## মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং

### (কোওম্রিবা অরিবা থৃংই)

মণিপুরী

১। কংলা হৌবা, ফংফম – সিংহ, নিথৌখোংজম খেলচন্দ্র, উরিপোক, ইম্ফাল

২। কোনথৌজম নোংকারোল, ফংফম– মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল

৩। খগেম্বা য়ুমলেপ, ফংফম – এন, খেলচন্দ্র সিংহ, উরিপোক, ইম্ফাল

৪। ময়েক লাইশক খঙবা, ফংফম – এন, খেলচন্দ্র সিংহ, উরিপোক, ইম্ফাল

৫। মিয়াৎ (লরৈ লাথুপ), ফংফম– সিংহ, চোংথাম মণিহার, ইম্ফাল

৬। মোইরাং কংলৈরোল লম্বুবা, ফংফম – সিংহ, হৈস্নাম ইবোমচা, উয়াল

৭। মোইরাং ফমলোন, ফংফম – সিংহ, এন, খেলচন্দ্র, উরিপোক, ইম্ফাল

৮। লাইওন লাইচৎ, ফংফম – সিংহ, এন, খেলচন্দ্র, উরিপোক, ইম্ফাল

৯। শকোক লমলেন, ফংফম – সিংহ, এন, খেলচন্দ্র, উরিপোক, ইম্ফাল

### (অকোঙবা লাইরিকশিং)

১। কাঙবম চাউবা (সম্পা.), পাখংপা নাউয়োম, ইম্ফাল, ১৯৮৫

২। সিংহ, খুলেম চন্দ্রশেখর (সম্পা.), লোয়য়ম্পা শিনয়েন, – এন, ইবোতোম্বী সিংহ, ইম্ফাল, ১৯৭০

৩। সিংহ, খুলেম চন্দ্রশেখর (সম্পা.), অরোং নন্দকুমার লাইবু নীংবা, ইম্ফাল, ১৯৮১

৪। সিংহ, খুলেম চন্দ্রশেখর (সম্পা.), ঈরাৎ লাইশোন, মৈতৈ ময়েক ওর্গনাইজিং এন্দ রিছার্চ এসোসিয়েসন, ইম্ফাল, ১৯৮৪

৫। চনু, হাওবম নলিনী (সম্পা.), সনামনিক, চীংখৈঙম্বা, ইম্ফাল, ১৯৮৬

৬। তোম্বা গীতচন্দ্র, (মেট্রিক পাস, ফোঙবা – এস, ইবোচাউবা সিংহ, ইম্ফাল, ১৯৬২

৭। দেবী, মহারাজকুমারী বিনোদিনী,বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী, ইম্ফাল, ১৯৭৯

৯। দেবী, সবিতা (সম্পা), মোইরাং কংলৈরোন, ইম্ফাল, ১৯৮২

১০। নিংথোম্বম মণিজাও (সম্পা.), পোম্বী লাং – ইবেমপিশক, ২শুবা নম্বা ইম্ফাল, ১৯৭২

১১। নোংথোনবম অঙৌ (সম্পা.), পাখংবা নোংকারোল, ইম্ফাল, ১৯৭৮

১২। মঙ্গি অমসুং মণি (সম্পা.), বিজয় পন্চালি, ইম্ফাল, ১৯৬৬

১৩। মীতৈ, থৌগল মুপ, কৈশামপাৎ, ইম্ফাল, বামোন খুনথোকলোন

১৪। মীতৈ, পাচা, ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিংকী ফীভম, ইম্ফাল, ১৯৮৮

১৫। মৈতৈ, থোকচোম থৌয়াংবা (সম্পা.), চহ্ই লৈরোং পানপা, ইম্ফাল, ১৯৮৮

১৬। শর্ম্মা, অতোম্বপু, পাখংবা পার্ট ১, ইম্ফাল, ১৯৫২

১৭। শর্ম্মা, নন্দলাল, মৈতৈলোন, ইম্ফাল, ১৯৬৫

১৮। শর্ম্মা, ব্রজবীহারী (অনু.), কলিদাসকী অভিজ্ঞন শকুন্তলম, ও.কে. ষ্টোর, ইম্ফাল, ১৯৭৫

১৯। সিংহ, অয়েকপম শ্যামসুন্দর, মণিপুরী শুমাং লীলা অমসুং থিয়েটর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালল, ১৯৮০

২০। সিংহ, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, ভাগ্যচন্দ্র, ইম্ফাল, ১৯৩৯

২১। সিংহ, অরাম্বম সমরেন্দ্র, (সম্পা.), অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎকী অপুনবা খোর্জে, অহানবা শরুক, ইম্ফালই ১৯৮৭

২২। সিংহ, অরাম্বম সমরেন্দ্র, (সম্পা.), জজ্জ সাহেবকী ইমুং, ইম্ফাল, ১৯৭৩

২৩। সিংহ, অরাম্বম সমরেন্দ্র, (সম্পা.), কারবার, ইম্ফাল, ১৯৭৬

২৪। সিংহ, ইরোম অমুবী (সম্পা.), নুংলোন, অফোঙবা-মণিম্না, ইম্ফাল, ১৯৮০

২৫। সিংহ, এল্যাংবম নীলকান্ত, চৎলসিনে কদাইদনো ইবানী, ইম্ফাল, ১৯৭১

২৬। সিংহ, এলাংবম নীলকান্ত অমসুং নোংথোম্বম শ্রীবীরেন সিংহ (সম্পা.), পরিষদকী মণিপুরী শৈরেং লাইরিক, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৭২

২৭। সিংহ, এলাংবম দীনমণি, পিস্তোল অমা কুন্দাপ্লে অমা, দিনেশ্বরী, ইম্ফাল, ১৯৮১

২৮। সিংহ, এলাংবম দীনমণি, মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার, ইম্ফাল, ১৯৬৯

২৯। সিংহ, ওইনাম গোকুলচান্দ, মণিপুরী ব্যাকরণ, ২শুবা নম্বা, ইম্ফাল, ১৯৬৯

৩০। সিংহ, ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), খাগেম্বা লাঙজে, ইম্ফাল, ১৯৬৭

৩১। সিংহ, ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), নিংথৌরোল লম্বুবা, ইম্ফাল, ১৯৬৭

৩২। সিংহ, ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), লোয়ন শিনলোন, ইম্ফাল, ১৯৬৯

৩৩। সিংহ, ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা, ইম্ফাল, ১৯৭১

৩৪। সিংহ, ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), সনামহি লাইকল, ইম্ফাল, ১৯৭২

৩৫। সিংহ, ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), যুমজাও লৈমা, ইম্ফাল, ১৯৭১–৭২

৩৬। সিংহ, ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), নুমিৎ কাপ্পা, ইম্ফাল, ১৯৭৭

৩৭। সিংহ, ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), তোরৈরোন লম্বুবা, ইম্ফাল, ১৯৮৪

৩৮। সিংহ, ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), তুখেল ঙম্বা, ইম্ফাল, ১৯৮৬

৩৯। সিংহ, ওইনাম ভোগেশ্বর অমসুং ইফম জনাব খা(সম্পা.), নোংসামৈ, ইম্ফাল, ১৯৭৩

৪০। সিংহ, ওইনাম ভোগেশ্বর অমসুং পি. কোকঙাং সিংহ (সম্পা.), অরিবা শৈরেং, ইম্ফাল, ১৯৭৭

৪১। সিংহ, কালাচান্দ শাস্ত্রী, অশম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, ৪শুবা খুৎনম, ইম্ফাল, ১৯৭৬

৪২। সিংহ, খুমন্থেম কাওমচা, মণিপুর ইতিবৃত্ত, ২শুবা নম্বা, ইম্ফাল, ১৯৮০

৪৩। সিংহ, খুমন্থেম মধুমঙ্গোল, মৈতৈলোনগী ব্যাকরণ, ১৪শুবা নম্বা, ইম্ফাল, ১৯৭২

৪৪। সিংহ, খুমন্নবম য়াইমা অমসুং ইরোম অমুবী সিংহ (সম্পা.), মোইরাং থাংজীংগী চীঙ্গোইরেন, ইম্ফাল, ১৯৫৮

৪৫। সিংহ, খ্বাইরাকপম চাউবা, থাইনগী লৈরাং, ইম্ফাল,

৪৬। সিংহ, খ্বাইরাকপম চাউবা, ফিদম, ইম্ফাল, ১৯২৫

৪৭। সিংহ, খ্বাইরাকপম চাউবা, ব্রাখলগী ঈচেল, কে ঐচ. সোরোজিনী দেবী, ২শুবা নম্বা, ইম্ফাল, ১৯৭৮

৪৮। সিংহ, থাংজম ইবোপিশক, অপাইবা থবায়, নহালে সাহিত্য প্রেমী সামিতি, ইম্ফাল, ১৯৭৮

৪৯। সিংহ, দাক্তর কমল, লৈ পরেং, ইম্ফাল, ১৯২৫

৫০। সিংহ, থিংবাইজম টুতেশ্বর (সম্পা.), কেগে হারেপ্পা, ঙাঙোই লৈশেম্বা, ইম্ফাল, ১৯৮৩

৫১। সিংহ, নামৈরাকপম দিনচন্দ্র, খুম্নুং লোনগী অর্থ, ইম্ফাল, ১৯৬০

৫২। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, ইম্ফাল, ১৯৬৯

৫৩। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, অরিবা মণিপুরী লোনগে, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, ১৯৭৮

৫৪। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা.), উত্তরা কাণ্ড, ইম্ফাল, ১৯৬৬

৫৫। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা.),খুমন কংলৈরোল, অতোম্বাপু রিছার্চ সেন্তর, ইম্ফাল, ১৯৮০

৫৬। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা.), চাদ লাইহুই, ইম্ফাল, ১৯৬৬

৫৭। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা.), চায়নরোল, ২শুবা ফোঙবা, ইম্ফাল, ১৯৮৮

৫৮। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা.), চীঙ্গোইরোল, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, ১৯৮২

৫৯। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা.), চোথে থংবাই পাখংবা অমসুং নুংপাল গোম্পী লুরাউবা, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, ১৯৮০

৬০। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা.), থাইনগী শৈরেং, ইম্ফাল, ১৯৬৬

৬১। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা.), ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা, ইম্ফাল, ১৯৬৮

৬২। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা.), নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা, ইম্ফাল, ১৯৬৭

৬৩। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা.), লাঙ্গোই শগোল থাবা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১৯৮৭

৬৪। সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা.), ফমলোন মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮৭

৬৫। সিংহ, এন, ইবোচৌবা (সম্পা.), থিরেল লায়াৎ, ইম্ফাল, ১৯৮১

৬৬। সিংহ, এন, ইবোচৌবা (সম্পা.), থারোল, ইম্ফাল, ১৯৮২

৬৭। সিংহ, নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন, ইলিশা অমগী মহাও, ইম্ফাল, ২শুবা ফোঙবা, ১৯৭৮

৬৮। সিংহ, নোংথোম্বম শ্রীবীরেন, তোল্লবা শাদুগী ৱাখল, ইম্ফাল, ১৯৭০

৬৯। সিংহ, নোংথোম্বম শ্রীবীরেন, হল্লকপা, ইম্ফাল, ১৯৭৩

৭০। সিংহ, নোংমাইথেম মনাউয়াইমা (সম্পা.), তুতেংলোন, এন, চন্দ্রাবলী, ইম্ফাল, ১৯৮৮

৭১। সিংহ, নোংমাইথেম মনাউয়াইমা (সম্পা.), চেংলৈরোন, এন, চন্দ্রাবলী, ইম্ফাল, ১৯৮৯

৭২। সিংহ, পুখ্রম্বম পারিজাৎ, মণিপুর পুরাবৃত, ২শুবা নম্বা, ইম্ফাল, ১৯৮৫

৭৩। সিংহ, পুখ্রম্বম পারিজাৎ, ভক্তি অঙ্গ, ইম্ফাল, ১৯১৫ ইং

৭৪। সিংহ, ময়াংলম্বম খোমেন্দ্র (সম্পা.), বিধী নোংদম্বা, ককচিং, ১৯৭৭

৭৫। সিংহ, ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র (সম্পা.), থৌৱান থাবা হিরান, ককচিং, ১৯৭৮

৭৬। সিংহ, ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র (সম্পা.), সনামহি লাইহুই, ককচিং, ১৯৮২

৭৭। সিংহ, ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র (সম্পা.), শল কাও, ককচিং, ১৯৭৮

৭৮। সিংহ, ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র (সম্পা.), খম্লাং পুরারী অহুইরোন, ককচিং, ১৯৭১

৭৯। সিংহ, মাইবম রামচরণ, লাইবক চাউবী, ইম্ফাল, ১৯৫৪

৮০। সিংহ, মীনকেতন, ঙাঙ্গোই পরেং, ২শুবা নম্বা, ইম্ফাল, ১৯৭৪ শক

৮১। সিংহ, মীনকেতন, মৈতৈ লোঞ্জন, ইম্ফাল, ১৮৮৬ শক

৮২। সিংহ, মীনকেতন, রামায়ণগী রারী খর (লারোন অহানবা) ৫ শুবা নম্বা, ইম্ফাল, শক ১৮৮৭

৮৩। সিংহ, মুতুম ঝুলোন, সাহিত্য ইতিহাস, রাসবিহারী সিংহ, ইম্ফাল, ১৯৫০

৮৪। সিংহ, মুতুম ঝুলোন, বিজয় পন্চালি, ইম্ফাল

৮৫। সিংহ, মৈত্রম বীর, বীর টিকেন্দ্রজিৎ, ইম্ফাল, ১৯৬৮

৮৬। সিংহ, মোইরাংথেম চন্দ্র (সম্পা.), পোইরৈতোন খুনথোকপা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৭৯

৮৭। সিংহ, মোইরাংথেম চন্দ্র (সম্পা.), পানথোইবী খোংকুল, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৭২

৮৮। সিংহ, মোইরাংথেম চন্দ্র (সম্পা.), চরাইরোংবা খুনগুম, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৬৭

৮৯। সিংহ, মোইরাংথেম চন্দ্র (সম্পা.), খাহি ঙম্বা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৬৭

৯০। সিংহ, মোইরাংথেম চন্দ্র (সম্পা.), শমশোক ঙম্বা, মণিপুরী নহারোল সাহিত্য সভা, ইম্ফাল, ১৯৮০

৯১। সিংহ, মোইরাংথেম চন্দ্র (সম্পা.), গম্ভির সিংহ নোঙ্গাবা, জয়বীসিংহ, ইম্ফাল, ১৯৬৭

৯২। সিংহ, মোইরাংথেম নরেন্দ্র (সম্পা.), খোংজোমনুবী নোঙ্গারোল, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৬৫

৯৩। সিংহ, এম. উদয়চান্দ, শেল্লোই লংমাইলোন, ইম্ফাল, ১৯৭৩

৯৪। সিংহ, য়েংখোম ভাগ্য (সম্পা.), লৈথক লৈখারোল, ইম্ফাল, ১৯৬৩

৯৫। সিংহ, রাজকুমার ঝলজিৎ, 'মণিপুরী লোন্দ আর্য্য লোনগী প্রভাব', মণিপুরীগী মরমদা ৱারেং, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮২

৯৬। সিংহ, রাজকুমার মধুবীর, কায়রবা মূর্ত্তি উরগা, ইম্ফাল, ১৯৬৯

৯৭। সিংহ, রাজকুমার স্নাহল (সম্পা.), লৈরোন, রাজকুমারী মঙ্গিস্না দেবী, ইম্ফাল, ১৯৬৫

৯৮। সিংহ, রাজকুমার স্নাহল (সম্পা.), বীর সিংহ পন্চালি, ইম্ফাল, ১৯৬৭

৯৯। সিংহ, রাজকুমার স্নাহল (সম্পা.), মৈতৈরোন অরিবগী পরীক্ষিৎ সর্প যজ্ঞ, য়াইমবী, সিংহ, ইম্ফাল, ১৯৬৯

১০০। সিংহ, রাজকুমার স্নাহল (সম্পা.), শামু ফাবা অমসুং গোবিন্দ নিরুপণ, ।, ১৯৭০

১০১। সিংহ, রাজকুমার স্নাহল (সম্পা.), মৈতৈরোন অরিবগী রাম নোঙ্গাবা, য়াইমবী সিংহ, ইম্ফাল, ১৯৭৩

১০২। সিংহ, রাজকুমার স্নাহল (সম্পা.), হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইরিকশিং পূনশিনবা, ইবেমচা দেবী, ইম্ফাল, ১৯৮২

১০৩। সিংহ, লমাবম বীরমণি, চেক্লা পাইখ্রবদা, ২শুবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৯০

১০৪। সিংহ, লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল, নরসিংহ, ৪শুবা নম্বা, পোক্লফম পব্লিকেশন, ইম্ফাল, ১৯৮৬

১০৫। সিংহ, এল, ইবুংঙোহল অমসুং এন, খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), চৈথারোল কুম্বাবা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১বা ফোঙবা, ইম্ফাল, ১৯৬৭, ২শুবা ফোঙবা, ১৯৮৯

১০৬। সিংহ, লাইশ্রম সমরেন্দ্র, ৱা'মত্ত হায়গে তেলঙ্গা, ইম্ফাল, ১৯৬২

১০৭। সিংহ, লৈতানথেম রাম, জাৎ ওনবা, থৌবাল, ১৯৫৪

১০৮। সিংহ, লৈশাংথেম চন্দ্রমণি, মণিপুর ইতিহাস, ওইনাম নাতুম সিংহ, ইম্ফাল, ১৯৭০

১০৯। সিংহ, লোইতোংবম কালাচান্দ (সম্পা.), সাগৈ সলাইলোন, ও, কে, ষ্টোর, ইম্ফাল, ১৯৬৫
১১০। সিংহ, ৱাহেংবম য়ুমজাও (সম্পা.), লাংলোন, ২শুবা নম্বা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৬৬
১১১। শিমরে, ৱাই, কে, তাংখুলগী ৱারী শীংবুন, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, ১৯৭৬
১১২। শর্ম্মা, দ্বিজমণি দেব, মণিপুরী ব্যাকরণ, ইম্ফাল, ১৯৮৩
১১৩। সিংহ, সরাংথেম বরমণি, লম্মিৎলোন, ইম্ফাল, ১৯৫৪
১১৪। সিংহ, সরাংথেম বরমণি, কেগে লমজা, ইম্ফাল, ১৯৭২
১১৫। সিংহ, স্নাচাও (অনু.), মৈতৈ ৱারেং অহানবা, ফংফম – মণিপুর ষ্টেট অকহিভস, ইম্ফাল, ১৯০৯
১১৬। সিংহ, স্নাচাও (অনু.), পারা অনৌবা, ইম্ফাল, ১৯২৮
১১৭। সিংহ, হৱাইবম নবদ্বিপচন্দ্র, তোনু লাইজিংলেম্বী, মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা, ইম্ফাল, ১৯৮৩
১১৮। সিংহ, হৱাইবম নবদ্বিপচন্দ্র, (অনু.), মেঘনাদ তুবা কাব্য, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ২শুবা নম্বা, ইম্ফাল, ১৯৮৭
১১৯। সিংহ, হাওরোকচম নীলমণি (সম্পা.), বীরাত শানথুপলোন, কুঞ্জবিহারী সিংহ, ২শুবা নম্বা, ইম্ফাল, ১৯৮৭
১২০। সিংহ, হাওবম গৌরদাস (সম্পা.), মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, ১৯৮৩
১২১। সিংহ, হিজম অঙাংহল, খম্বা–থোইবী শৈরেং, অফোঙবা, হিজম রাজু সিংহ, ২শুবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৮৬
১২২। সিংহ, হিজম অঙাংহল, জহেরা, ইম্ফাল, ১৯৬৪
১২৩। সিংহ, হিজম গুণ, লমন, সুরধনী, ইম্ফাল, ১৯৮১
১২৪। সিংহ, ক্ষেত্রি মুনাল, চিঠি পরেং, ৬শুবা নম্বা, ইম্ফাল, ১৯৪৭

**হিন্দী লাইরিকশিংঃ**

১। বর্ম্মা বীরেন্দ্র, হিন্দী ভাষাকা ইতিহাস, ফোঙবা – হিন্দুস্তানী, একাদেমী, ইলাহাবাদ, ২০শুবা নম্বা, ১৯৮০

২। তিৱারী, ভোলানাথ, হিন্দী ভাষা কা সংক্ষিপ্ত ইতিহাস, ফোঙবা – ভ্রবন ভারতী ৪–১৪ রূপনগর, দিল্লী, ১৯৮১

৩। তিৱারী, ভোলানাথ, হিন্দী ভাষা ঔর নাগরী লিপি, ইলাহাবাদ, ৩শুবা নম্বা, ১৯৮৭

৪। শর্ম্মা, নারায়ণ, মণিপুরী হিন্দী শব্দ কোষ, ইম্ফাল, ১৯৬৩

**মণিপুরী চেফোঙশিং**

১। সিংহ, খুলেম চন্দ্রশেখর (সম্পা.), উমংলাই খুন্দা, ২১–২২ শুবা মশিং ১৭-১৮শুবা মশীং, ১৯৮৪ অমসুং ১৯–২০ শুবা মশীং, ১৯৮৪

২। সিংহ, থম্বালঙৌ (সম্পা.), পলেম, ১বা মশীং, ইম্ফাল, ১৯৪৭

৩। সিংহ, রাজকুমার স্নাহল (সম্পা.), মৈতৈ চেফোঙ (খোমজিনবা,), ইম্ফাল, ১৯৮২

৪। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, সাহিত্য, পাওনা বাজার, ইম্ফাল

ক) সাহিত্য, মশীং ১, দিসেম্বর, ১৯৬০

খ) সাহিত্য, মশীং ১১, মে, ১৯৬৯

গ) সাহিত্য, মশীং ১২, নভেম্বর, ১৯৬৯

ঘ) সাহিত্য, মশীং, ১৪, ১৯৭১

ঙ) সাহিত্য, মশীং ১৫, ১৯৭১

চ) সাহিত্য, মশীং ১৬, ১৯৭১

ছ) সাহিত্য, মশীং ২০, ১৯৭৩

জ) সাহিত্য, মশীং ২১, ১৯৭৪

ঝ) সাহিত্য, মশীং ২২ ১৯৭৪

ঞ) সাহিত্য, মশীং ২৩, ১৯৭৫

ট) সাহিত্য, মশীং ২৪, ১৯৭৫

ঠ) সাহিত্য, মশীং ২৫–২৬ ১৯৭৫

ধ) সাহিত্য, মশীং ২৭, ১৯৭৬

ঢ) সাহিত্য, মশীং ৩০, ১৯৭৭

ণ) সাহিত্য, মশীং ৩২, ১৯৭৭

ত) সাহিত্য, মশীং ৩৩–৩৪, ১৯৭৭

থ) সাহিত্য, মশীং ৪৫–৪৬, ১৯৮০

৫। দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, ইম্ফাল

ক) ঋতু, ১৭শুবা মশীং, ১৯৬৬

খ) ঋতু, ২৩শুবা মশীং, ১৯৬৮

গ) ঋতু, ৩৭শুবা মশীং, ১৯৭০

ঘ) ঋতু, ৪১শুবা মশীং, ১৯৭১

ঙ) ঋতু, ৪৬শুবা মশীং, ১৯৭২

৬। মণিপুরী নহারোল সাহিত্য সভা, মীৎয়েং, ইম্ফাল

ক) মীৎয়েং, ৪শুবা মশীং, ১৯৭২

খ) মীৎয়েং, ৫শুবা মশীং, ১৯৭৩

গ) মীৎয়েং, ১১শুবা মশীং, ১৯৭৫

ঘ) মীৎয়েং, ১২শুবা মশীং, ১৯৭৫

ঙ) মীৎয়েং, ১৪/১৫শুবা মশীং, ১৯৭৬

চ) মীৎয়েং, ১৬শুবা মশীং, ১৯৭৬

ছ) মীৎয়েং, ১৮শুবা মশীং, ১৯৭৭

৭। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ঈাখল, ইম্ফাল

ক) ঈাখল, ১১ শুবা মশীং, ১৯৭১

**সেমিনার পেপরশিং:**

১। সিংহ, চোংথাম মণিহার, 'অরিবা মণিপুরী শৈরেং', ৫১ শুবা চহীগী সধারণ অধিবেশন, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮৬

২। সিংহ, দবল্যু তোমচৌ, 'মণিপুরী লোনগী হৌরকফম অমসুং মথং মথং চাওখৎলকপা', মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ৫১ শুবা চহীগী মীফম, ১৯৮৬

৩। সিংহ, এন, খেলচন্দ্র, 'অঙনবা মতমগী মণিপুর', ৫১শুবা চহীগী সধারণ অধিবেশন, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮৬

**English:**

1. Austin, Research on Tibeto - Burman Language, Nuton publishers, New York, 1962.
2. Carey, William (ed.), The New Testament in Manipuri, Mission Press, Serampare, 1827
3. Chaudhury, P.C. The History of Civilization of the people of Assam to the Twelfth Century A.D., Gauhati, 1966
4. Chatterjee, S.K., Kirata-Jana-Kriti, rpt., Asiatic Society, Calcutta, 1974.
5. Chatterjee, S.K., The Origin and Development of the Benglali Language, Vol. I, London, 1970.
6. Dalton, E.T., Tribal History of Eastern India, Delhi, 1973
7. Diringer, David, Alphabet, Vol. I, London, 1973.
8. Dun, E.W., Gazetteer of Manipur, Vivek Publishing Company, rept., Delhi, 1981.
9. Evans Geoffrey and Antony Brett James, Imphal, London, 1962.
10. Grierson, G.A., Linguistic Survey of India, Vol. I, Part I, Delhi, 1967
11. Grierson, G.A., Linguistic Survey of India, Vol. II, Pt. II, Delhi, 1967
12. Grierson, G.A., Linguistic Survey of India, Vol. III, Pt. III, Delhi, 1967.

13. Harvey, G.E., History of Burman, calcutta, 1926.
14. Hodgson, B.H., Journal of the Asiatic Society of Bengal, Vol. 18, Calcutta, 1858.
15. Hodson, T.V., The Meitheis, Delhi, 1981 (rpt.)
16. Iaseluke, H.A., Tibetan Grammar, 1954
17. Johnstone, James, Manipur and Naga Hills, rept., Delhi, 1976
18. Kakati, Banikanta, Assamese: Its Formation and Development, Gauhati, 1961
19. Naekenzie, Alexander; The North-Eastern Frontier of Bengal (1884), rept., Delhi, 1981
20. Majundar R.C., Hindu Colonies in the Far East, Rept., 1974
21. Majundar R.C. & A.D. Pusulkler, The History and Culture of the Indian People, London, 1951
22. Manihar, Ch., A Clarification of the Bishnupriyass in Relation to the Manipuris, Manipuri Sahitya Parishad Imphal, 1981.
23. Manipuri Sahitya Parishad (Ed.), Glimpses of Manipur Language, Literature and Culture, Imphal, 2nd Edn., 1987
24. May, Reginal D. Le, The Culture of S.E. Asia, London, 1964.
25. NcCulloch, W., Valley of Manipur, rept., Delhi, 1980
26. Neog, Dimbeswar, Growth of the Assia Language, Gauhati, 196
27. Pemberton, H.B., Eastern Frontier of British India, Calcutta 1875
28. Pettigrew, Rev. W., Manipuri (Meitei) Grammar with Illustrativ Sentence (Allhabad, 1912, rept., the Manipur Research Society Imphal).
29. Roy, Jyotirmoy, History of Manipur, Imphal, 1973
30. Sen, Sukumar, History of Pre-History of Sanskrit, Universti of Mysore, 1958
31. Sen, Sukumar, A Comparative Grammar of Middle Ind

